# জাতিসি লান্থেংনরিবনি

## 'বঞ্চ ওফ থোঠ'কী অহমশুবা শরুক্কী হেদিং অমদগী লৌথোকচবা



এম এস গোলৱালকর

হন্দোকচবা

মোইরাংথেম নাৱালসিংহ

# ‘বঞ্চ অফ থোঠ’কী অহুমশুবা শরুক্কী হেদিং অমদগী লৌথোকচবা

এম এস গোলৱালকর



হন্দোকচবা

মোইরাংথেম নাবাল সিংহ

Data Entered

by . ........... ... ......         -:(ii):-

অহানবা ফোংবা : ২০০৮ ইং




[illegible]শিং : ৫০০

কংফম থোক্লপা : অইবা

অইবা : মোইরাংথেম নাবাল সিংহ

অফোঙবী : মোইরাংথেম ওংবী সনাহনবী দেবী
বাবুপাড়া, ইম্ফাল -৭৯৫০০১

মমল : লুপা ৯৫.০০

ফংফম : অফোঙবীগী য়ুম


নম্ফম : সি.টি. ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল-১, মণিপুর

# ৱাহৌদোক

রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘ ইং ১৯২৫ বিজয়াদশমী নুমিত্তা লিংখৎখি। সঙ্ঘ অসিবু লিংখৎশিরম্বা ডাঃ কেশব বলিরাম হেডগেৱার, ইং ১৯৪০ দা লৈখিদে। মহাক্তা লৈখিদবসি সঙ্ঘ লিংখৎপা মতুং চহি ১৫ দা ঙাইরিবা ওইবনা চাউখ্রবা থবক্কী থৌদাংদু শ্রীমাধব সদাশিব গোলৱালকরগী মথক্তা থাঙ্গৎশিরমই অমসুং গুরুজী গোলৱালকরনা সংগঠন অসিগী লূচিংবা ওইনা গুরুজীনা লৈখিদবা ইং ১৯৭৩, মতম অদু ফাওবা সর-সঙ্ঘ চালক ওইনা থবক পুবিরমই।

লাইরিক মচা অসিনা মরম ওইদুনা শ্রীগুরুজীগী হিংলিঙৈ, সঙ্ঘগী থৌ পুরিঙৈ চহি ৩৩ অদুগী মনুংদা ফোংদোক্লম্বা ৱাখল, জাতিগী সমস্যাগা মরী লৈনবা স্পিচ লিশিং কয়া, ঙাংব শকপা, খন্ন-নৈনবা, ৱারী শানবা পুন্নমক অদুদগী লৌশলহৌবা পাকচাউখ্রবা ৱাখল্লোন কয়াগী পীকথ্রবা শরুক অমত্তনি। মিৎয়েংসি থমদুনা মহাক্কী ৱাখলশিংদু তোঙান তোঙানবা বিষয়দা পুনশিন্নবা হোৎনৈ, অদুম ওইনমক বিষয় অমত্তদসু মসিমদি মপুঙ ফানা শুগাইনা ফোংদোকপা ঙমলে হায়বদুদি ওইদ্রে।

পুন্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী স্পিচশিং অদু অশেংবা হিন্দী লোন্দনা অয়াম্বা ওইরমই। লোল অদুগী শক্তি, ৱাঙাং-ৱাতা অমসুং লোল অদুনা পীরিবা পুক্লিং থৌগৎনঙাই ওইবা মুর্ত্তি অদু অতোপ্পা লোল-শিংদা মরু ওইনা মীরৈপাক্কী লোলশিংদা হন্দোকপা মতমদা অৱাবা অমা ওই, মরম অদুনা লাইরিক অসিদা থল্লিবা ৱাখল খরসিদি গুরুজীগীনি, অদুগা ৱাহৈ ৱাতা, ফোংদোকপা মফোংদোক্কী অৱাৎপা অদুদি অইহবগীনি। হৌজিক্কী মতমদা জাতিগী ৱাখল্দা মেন তাদবা থিভম মায়োক্লরকপা মতমদা গুরুজীনা পীরম্বা ৱাখলশিংনা সমুদ্রগী মৈঙান শঙগী মঙাল ওইদুনা ঐখোয়বু লমজিংবিরি।

হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাক্তা থোকলিবা খুদোংথীবা থৌদোকশিং অসি বুদ্ধি অমসুং ৱাখলগী ওইবনা হেল্লি, হকচাংগী অশোন অনাদগী থোরকপা ওইনা উরবসু ঐখোয়গী বোডি-পোলিটিক্সতা নাল্লিবা অদুগী মরুদি-লুচিংবশিংগী বুদ্ধি ৱাংপা, ৱাখল শোনবদগী থোকখিবনা অয়াম্বনি। জাতিগী থৌরমশিংদা শোয়খিবশিংদু অৱাংবা কিদম্নফমগী শকফম লৌদুনা মখোয়গী অশোয়বশিংদু কুপশিন্নবা হোৎনৈ। গুরুজীগী ৱাখলশিংসি মতম পুম্নমক্তা নুংশি হৈবা, মঙালগী মশক ওইবা, অমম্বা কোকহনবা, জাতিগী অচুম্বা তৌব লিংজেলগী খমথেংবা ৱাখল চেনবা লুচিংবনি।

গুরুজী গোলৱালকরগী সঙ্ঘগী জাতি শেমগৎপগী ৱাগী মরু, পথাপ নাইবা থৌওং লৌবদা, মরৈপাক নীঙবা, থবক্কী ওইবা আইডিওলোজিসু ঙাকপা, মপুঙ ফাবা ৱাখল চেল্লমই। মহাক্কী মপুঙ ওইবা ৱাখলল্লোনশিং খোমজিন্দুনা ফোংবা অহানবা লাইরিক 'বঞ্চ অফ থোঠ' (Bunch of Thoughts) ইং ১৯৬৬ কী ফেব্রুৱারী থাদা অহানবা ওইনা ফোংখি, তুংদা লাইরিক অসি ভারতকী মরুওইবা লোল খুদিংমক্তা হন্দোক্লুনা ফোংনখ্রে। লাইরিক অসিগী অচৌবা মগুন হায়ববু জাতিগীময়ুং মফেল ওইরিবা লংলাশিংগী লেঙদবা ভেল্যুশিং চেৎনা পুনশিন্দুনা অপাবশিংগী থম্মোয়দা ময়েক লানা পুক্লিংদা পালহনখিবা অসিনি। শম্না হায়রবদা 'বঞ্চ অফ থোঠ' থবক্কী অমসুং ৱাখলগী দর্শননি, মসিনা জাতি অসি নৌহৌনা শেম্নগৎপদা অচৌবা মতেং ওইরগনি। লাইরিক অসি শরুক মরি থোক্লা মৈতৈলোন্দা (মণিপুরী) হন্দোক্লুনা পুথোকচগে হোৎনজবনি। অহানবা অমসুং অনিশুবা বোলিউম হায়না ফোংদোকখ্রে। অহুমশুবা বোলিউম অসি 'জাতিসি লাম্হেৎনরিবনি' হায়বা টাইটল পীদুনা পুথোকচরি। মসি গুরুজীগী 'বঞ্চ অফ থোঠ' কী অধ্যায় অমা ওইরিবা 'Nation at war' হায়বা হেডিং অমদগী লৌথোকচবনি।

লাইরিক অসিদা, বৃটিশনা ঐখোয়গী লৈবাক থাদোকখ্রবা মতুংদা পাকিস্তাননা মায়কৈ অমরোমদা অমসুং চিনানা অতোপ্পা অমরোমদা

লান্দাশিল্লক্তুনা পৃথিবীগী লৈবাকশিংগী মিংয়েংদা ভারতপু য়াম্না তোঙ্ঘনখিবা, নোক্লনঙাই ওইহনখিবা অদুগী মরম অমসুং অদুগুম্বা জাতিগী মিংচংথীবা অদু মতুং থোকহন্দনবা জাতিগী শেমগৎশাগৎপা, মাখলগী অমসুং থবক্কী লমজিং য়াম্না ময়েক শেংনা তাকপিরি। মথা তারকপদা, জাতিগী অফবা মীওইশিং শেমগৎপা, অনৌবা মহৈ মশিং তম্বগী পথাপ, সমাজ নৌহৌনা শেমগৎনবগী য়াম্না চুনরবা টেকনিক কম্নাগী লম্বী তাকলি। লাইরিক অসি পাবিরগা জাতিগী হৌজিক ওইরিবা সমস্যা কয়া অসি মায়োক্লবদা খন্নফম থোকপা কয়ামরুম লৈগনি হায়বা থাজবা পোকই। লাইরিক অসি পাবিরিবশিংনা গুরুজীগী মাখল্লোলশিং অসি কুপনা নৈনখিদুনা অয়াল-অচুম অফ-ফত্ত, লৌবা য়াবা য়াদবা অসিনচিংবদা মাখল খরদং থাদখিরবদি লাইরিক অসি কোংজবগী মায়পাক্লে হায়না লৌজগনি।

অইবা-

# শ্রীগুরুজী-পুন্সিগী শক্তম অমা

মাধব সদাশিব গোলবালকর অপোকপা অপোকপীগী মচা মাপল পোকপগী মনুংদা অমখক্তং হিংহৌবা মচা নুপা অমা ওইনা পিক্রিঙৈদা মধু হায়না নুংশিনা মিঙ্গৌজখি। মহাক ইং কুমজা ১৯০৬কী ফেব্রুয়ারী তাং ১৯দা মহারাষ্ট্রগী নাগপুরগী মনাক্তা লৈবা রামটেক হায়না কৌবা মফমদা পোকখি। নোংদম্বনা তুংদা রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘগী অনিশুবা সর-সঙ্ঘ চালক ওইরনবা মাবুতা কনবিখিবা হায়বদু ওইগ্রে অমসুং জাতিগী খ্বাইদগী পুক্রিং চিংশিন্নফম মীশক অমা হায়বদু ওইনা থোকপ্রে।

মহাক ঙক্লিঙাই ওইবা মীশক অমনি, নাগপুরগী "হিসলোপ" কলেজদগী গ্র্যাডিউয়েট ওইরবা মতুংদা বরানসিগী হিন্দু বিশ্যবিদ্যালয়দগী সাইন্সতা মাষ্টর ডিগ্রী লৌখি, মতমদুদা বিশ্যবিদ্যালয় অদুগী ফাউন্দর ওইরম্বা, হিন্দু লুচিংবা পণ্ডিত মদন মহন মালব্যনা গোলবালকরবু হিন্দুশিংগী মরমগীদমক্তা থবক তৌনবা অতম্বনা খন্দোক্লমই। মতুংদা চহি অনিরোম বিশ্যবিদ্যালয় অদুমক্তদা প্রোফেসার ওইনা থবক তৌরমই। মতম অদুদগী হৌরদুনা মাগী ছাত্রশিংনা "গুরুজী" হায়না কৌনবদগী মতুংদা পুম্নমক্না গোলবালকরবু নুংশিনা কৌনবা মিঙ্গৌ অমা ওইগ্রে। মহাক্না প্রোফেসার ওইরিঙৈ মতমদা মহাক্কী ছাত্র ওইরম্বা শ্রীপ্রভাকর বালবান্ট ডানিদগী সঙ্ঘদা লাইমিং লৌখি, মহাকসু মতুংদা সঙ্ঘগী কার্য্যবাহ (জেনেরেল সেক্রেটরী) ওইরকখি।

গুরুজী খৃ: ১৯৩৩ দা নাগপুরদা মমা মপাগা লৈমিন্নবা হন্নক্রমই, মফম অদুদা মহাক ডা: কেশব বলিরাম হেডগেবার, সঙ্ঘ হৌদোকপিরম্বা লুচিংবা অদুগী য়োংচাবিগী মতৌগুম্বা চিংশিনবগী শক্তিগী মনুংদা তাখিরমই। হৌদোক অদু রামকৃষ্ণ অমসুং নরেন্দ্র অনিগী মরক্তা তৌবগুম্বা থোকখ্রে অমসুং গুরুজীসি মপুঙ ফানা হান্নগা পুমখেন খেন্নবা মীওই অমা ওইনা ওথোকখ্রে। পুন্সি চুপ্পা যুম পান্নরোই হায়না লেপখ্রে, লো তমলুরে, চহি অনিরোম লো প্রাকটিশ তৌরন্নগা মহাক্কী মতম অমসুং থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি অদু সঙ্ঘগীদমক্তা পুম্নমক কখোকখিরমই।

তৌইগুম্বসুং মহাক্কী নুংদগী তকশিল্লক্লিবা আধ্যাত্মিক্কী থৌরাংবা অদু অসুম কনশিল্লক্রমই অমসুং নাগপুরদা লৈবা হান্নসু মরী লৈনরম্বা রামকৃষ্ণ আশ্রমগা লৈনবা মরী নৌহৌনা হিংগৎলক্রমই। কন্না থম্মোয়দা ইনশিলকপা অদুনা থুঙ্গাংখিদুনা, পুম্নমক্কা ঙক্লবা মওংদা মমা মপা, মরী মতা পুম্নমক থাদোক্লমদুনা রামকৃষ্ণ মঠকী "সরাগচি" আশ্রমদা চৎখিদুনা সন্যাস ধর্ম্ম লৌখি। মহাক মফমদুদা থা খরা লৈরমই, মদুদগী স্বামি বিবেকানন্দগী গুরু ভাই স্বামি অখণ্ডনন্দনা মন্ত্র দিক্ষা তৌদুনা লাইমিং লৌখি। তৌইগুম্বসুং গুরুজীদি আশ্রমগী ফকলাং মরিনা কোইশনবা য়ুমদা ফাজিন্দুনা লৈবা অদু হৈনরমদে। মহাক্কী গুরুজীসু মতৌ অদুগুম্বা তৌখিরমই, আশ্রমগী মপান্দা মীওইবগী সমাজবু সেবা তৌরুনবা গোলবালকরদা পীরমই।

গুরুজী গোলবালকর সরাগচিদগী খৃ: ১৯৩৭ তা নাগপুরদা হন্নক্রমই অমসুং চহিদুদগী গুরুজী থবাই হকচাং য়াওনা সঙ্ঘগী থবক্তা লুপশিনখিরমই। ডা: হেডগেবারনা মতোন্দা থবক্কী কোকথোং অদু থাজৎপিরমই সঙ্ঘগী সর-সঙ্ঘ চালক ওইনা মহাক্কা লৈখিদবা জুন ১৯৭৩ ইং ফাওবা শিন্থা অদু পাঙথোক্লমই।

গুরুজী খৃ: ১৯৪০ দগী ১৯৭৩ ফাওবা চহি ৩৩ চুপ্পা সঙ্ঘগী লমজিংবা অমদি দাশনিক ওইরমই। মহাক্কা চোকথবা নাইদনা ভারতকী মফম খুদিং শিনথুংনা কোয়রমই, চহি খুদিংগী য়ামদ্রবদা অনিরক প্রোবিন্স খুদিং

য়ৌরম্মই, মতৌ অসুম্না ভারতকী মফম খুদিংমক্তা য়াম্নম্রবদা হম্খুম্রক কোয়খি হায়। মসিগুম্বা রেকোর্ড অসি মী অমগী পুন্সিদা অতাংবনি।

গুরুজীনা আসাম অমসুং কেরালানচিংবা মফম য়াওনা সঙ্ঘগী থবক থানা অসি অগুকপা মওংদা থুনা চাউখৎহল্লকখি। মহাক্কী খণ্ডহৈবনা মরম ওইদুনা হিন্দু রাষ্ট্রগী কনসেপ্ট অসি ইতিহাসকী, সমাজগী ওইবা হৌরককম অমসুং লম লমগী ওইবা মওংদা মী-শিংনা য়ানগদবা মওংদা শন্দোক্লমই। মহাক্কা ঈহৌ অসিগী হিনাও শাবা ওইনা হিন্দুশিং নৌহৌনা হৌগৎলক্কবা অচৌবা দায়ী লৌখি। আর: এস: এস: না য়ুম্ফম ওইদুনা হৌরক্লিবা হিন্দুগী ঈহৌ অসি উহৌ-তাহৌবা জ্ঞানদা য়ুম্ফম ওইবা থাখলনি, মতৌ অসুম্না মহাক্কা সঙ্ঘগী আইডিলোজিকেল ব্যাস পাকথোক চাউথোকহনখি অমসুং মপাঙ্গল কলহনখি, খুঙ্গংগী ইচম চম্বা মী-শিং সহরগী থাখল চেনবা মী-শিংদা চপ মান্ননা ভাব তাবা ওমহনখি। মহাক্কা সঙ্ঘগী শাখাশিং লিংখত্নুনা পুণ্ড অমগী সঙ্ঘগী টেকনিক য়েংনদনা চংনহনখি। থবক্তা অমদি থাহৈদো মহাক্কা সঙ্ঘগী পথাপ নাইবা মথং মনাও ওইবা মওং অদু মপুণ্ড ফাহনখি, থবক মচা মচা কয়াদা চপ চাবা অফবা সংস্কারগী থাখল হাপ্তুনা সঙ্ঘবু "ম্যেন মেকিং" মী শেম্নগী ফিদম্লফম ওইবা খুৎলাই অমা ওইহনখি।

শাখাগী নটবার্ক কয়াগী মথক্তা মহাক্কী পুক্লিং থৌগৎনিঙাই ওইবা লুচিংবগী মখাদা সঙ্ঘনা লৌশিনবা তোঙান তোঙানবা সংগঠন কয়া অমসু লিংখৎখি, য়ুখোয়শিং অদুগী মনুংদা বিদ্যার্থি পরিষদ, ভারতীয় মজদুর সঙ্ঘ, বিশ্ব হিন্দু পরিষদ, ভারতীয় বনবাসী কল্যান আশ্রমনচিংবা অসি মরুওইনা পনবা য়াই। সংগঠন ময়াম অদুগী থবক তৌমিন্নবশিং অদু সঙ্ঘগী আইডিওলোজি অমসুং ওর্গ্যানিজেশনগী হৈশিংবশিংদু মপুক্লিংদা হাঞ্জিনখিরমই অমসুং মদু মখোয়না পাম্বা লম্বী কয়ামরুমদা শিজিন্নরমই। পুম্নমকসিদা গুরুজী হৌরকফম শকওং অমসুং লমজিং লমতাকপা ওইখি।

ভারত পুম্নমক্কী সাধারণ মীয়াম অমসুং সমাজগী মরু ওইবা মী-শিং মহাক্কা মতম লৈবা খিবিক্তা শম্নদুনা লাকপনা জাতিগী মিহুল চপ চানা

খওলমই, থৌদোক কয়ামুক্তা হান্না উদুনা সমাজ অমসুং শাসন পাযরিবশিংদা মাঙজৌননা চেকশিন্নবা হায়রমই। শতাব্দীগী অনিশুবা চহি য়াঙ্খ্রেগী অহৌবা শরুক্তা লোলনা য়ুম্ফম ওইরগা ষ্টেটশিং অমুক নৌহৌনা শেমদোক্লবা "ষ্টেটস রিওর্গ্যানিজেশন কমিশন," মী অহুম্না শাবা কমিশন অমা শেম্বা মতমদা গুরুজীনা মথন্তুগী ওইবা খোঞ্জেলদা ইউনিটরি ফোর্ম অফ গর্বনমেন্ট শেম্নবা হাফম হৌদোকখি। মহাক্না মদুতনা পোকপদা ভাইরিবা রিপব্লিক অসি মপাঙ্গল কলহনবা অমসুং মরা চেৎপা ওইগনি হায়না হাখন্দা ফাওরমই। চহি কয়াগী মতুংদা চাংয়েং অদু খুদোং থীবা অমা ওইরকখি হায়বা খওনরককখি। অরাং-নোংপোক থংবা রাজ্যশিংদা কিভমদু তশেংনা উরকখি। মতম অদুদা হায়রিবা রাজ্যশিং অদুদা খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা তৌরকপা মপুক ফত্তবা থৌওংশিং অদু খওননবা মরী লৈনবা শক্তিশিংদগী চেকশিন্নবা পাউতাক পীরমই। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পাউতাক অদু কনা অমত্তনা থৌশানা তাখিদে, মদুগী ফল ওইনা দেশ অসিদা হায়রিবা লমদম অসিদা থেংনরিবা খুদোং থীবশিং অসিনি। শতাব্দীগী অরোইবা চহি য়াঙ্খ্রেগী ময়াই চল্লকপা অদুরাইদা ঐখোয়গী রাজনীতি হৈবশিংনা "হিন্দী চিনি ভাই ভাই" হায়না লাউদুনা, শাগোন-লেঙ্গোন্নখিবা, ফজবা রাহৈ রাতা কয়া ভাংনখিবা মতমদা গুরুজীনা মীয়াম খওনা "রাহৈ খোন্দা নিংথিবনা অপওবা শেম্বা য়াগনু নশাগী ওমখৈ নিংথিজনা ঠাক্লবা তৌ" হায়না পাউতাক পীখি। মহাক্না তুংদা থোরক্কদবা থৌওং মাঙৌননা উখিবগুম তৌই অমসুং চেকশিন্নবা হায়খিবনি। চিনানা ভারতকী ওমখৈদা লোন্না লানশিল্লকপা ফত্তবা অনীওবা অপাল্বা অদু মহাক্না তশেংনা উখি, সদুনা থাঙ্গেশেংনমক মতম অদুগী চিনাগী ফত্ত-থৌরাং অদু থেংনবা ওমবা চেকশিন-রাহৈদু পীরম্বনি। ওমখৈ রাংমদগী লান্দাশিল্লকপা অদুনা গুরুজীনা মাঙজৌননা চেকশিন-রাহৈ পীখিবা অদুগী অচুম্বা প্রমান ওইখি। অমুক হন্না খৃ: ১৯৬০ গী সাধারণ মীকোক থীবদা, অহানবা ওইনা গুরুমুখিদা ইবা পঞ্জাবী লোলনা পঞ্জাবকী অমত্তা ওইবা মমারোল ওইহন্নবা পাউতাক পীখি, অদুগা শিখশিংনা মখোয় মশামক

ন্যাশনাল রেজিষ্টার অদুদা "হিন্দু" হায়না মিং চনগদবনি হায়নসু খণ্ডহনখি। গুরুজীগী অদুগুম্বা পাউতাক অদু ইল্লন্নবদি তুংদা পঞ্জাব মৈথক্কী খাঙজাও ওইহল্লমলোইদবনি।

মতৌ অসুম্না দেশকী য়াইফনবগীদমক অরেপ্পা ওইনা লৌগ্নবা ফিরেপশিংদুগী ফলনা মহাক্লা তাকপা লম্বীদা চাউখ্নবা মীয়ামগী সংগঠন অমা লিংখৎপা ঙমখিবনি। সর-সঙ্ঘ চালক অমা ওইনা মহাক্লা চহি ৩৩ মমা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই, মমৈদা মহাক্লা লুচিংবগী থবক অদু শ্রীবালা সাহেব ডেওরাজ (মধুকর ডাত্তাট্রেয় ডেওরাজ) দা শিন্নরমই। মহাক খৃ: ১৯৭৩ গী জুনগী তাং ৫ দা অরোইবা স্বর হোন্দুনা সংসার থাদোকখি।



# বিষয় মথং মনাও

# জাতিসি লাম্হৈংনরিবনি

## ১- অনৌবা কুমজানা কৌরকপা

মশানা মশাবু ব্যাবহার তৌজবা, জাতিগী পুন্সিগী স্বর-মেহিন্দগী মীনা মথক থোংবা – জাতিগী থৌনাফবশিংগী লিংজেল – জাতিগী লৈবাক ঙাক্লোলগী লমজিং-অশেংবা 'ব্লার পোটেনশ্যাল' পুন্বা মাঙহনবা – অখণ্ড ভারত, অমত্তা ঙাইবা ব্রাখৈবা – ইউ এন ও গী অশেংবা মচু-জাতি মশেন মরুপ মপাং ওইনবগী নিয়ম – কাশ্মীর, থিংজনখ্রবা অধ্যায় – হেন্না চাউবা লাঞ্জাও অমা দরকার লৈ।

হন্দক্তা পাকিস্তানগা তৌনখিবা লাল অদুনা নোংথাংগী মতৌগুম্না লৈবাক অসি শিন্দুংনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মী কোটি কয়াগী ব্রাখল অমসুং থম্মোইবু অনৌবা ওইহন্নিংবা অমসুং অথুপ্পা ব্রানচিংবনা পুক্লিং থৌগৎহনখ্রে। মসি বৃটিশনা ভারত থাদোকখিবা চহি তরা নিপাল অসিগী মনুংদা অসিগুম্বসি অমুক্তা থোক্কখিদ্রি।

### মশানা মশাবু ব্যবহার তৌজবা জাতিগী পুন্সিগী স্বর

বৃটিশনা ভারত থাদোকখিবা মতুংদা লৈবাক অসি পাকিস্তাননা মায়কৈ অমদা অদুগা চিননা অত্তোপ্পা অমরোমদা লান্দাব্রক্কুনা নৈহৎপা অমসুং মাংহল্লাকহনবা মায়োক্কুবা তাখি। মখোয়গী মখুত্তা কয়ারক হন্না ঐখোয়বু ইকাইবা পীদুনা চাং তাহনখ্রে। মরু ওইনা ১৯৬২ দা চাইনিজশিংগী মখুত্তা মিংচংথীনা মায়থীবা নংখিবা অদুনা লৈবাকসিগী মী-শিংগী মোর‍্যালদা

শাথিনা শোকহনখি। মীশিংগী ৱাখল্দা লৈবাকসিগী মরাচেংপা অমত্তা ওইবা অমসুং সার্বভৌম শক্তি অদু ঙাকপা ঙম্নরোইদ্রা হায়বগী চিংনবা পোক্লখি। লান্দারকপা অদুদা মীশিংগী থাম্মোইদা অৱাবা খাঙবগী অৱা চৈনা ফংখি, পৃথিবীগী মমাঙদা লৈবাকসি করেম্লকম ওইর়ে অমসুং অচৌবা জাতি অসি মিনুংশি পোকপা য়াবা পোং অমা ওইহৌরে। লান্দারকপশিংবু তকখায়দুনা মায়থিবা শীবা ঙম্বগী হৌজিক ফংলিবা জ্ঞান, মায়পাকপা ফংবা, মদুগী মথক্তা কাউন্টর ওফেন্সিবতা মায় পাকপা অদুনা জাতিগী ওইনা য়াম্না পুক্লিং হম্হরুবা অদু অনৌবা পুন্সি অমগী স্বর হোনবদৌনা তৌরে। হান্না অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা মরৈপাক নীঙবা অমসুং মশানা মশাবু ব্যবহার তৌবগী চাউথোকচবা জাতিগী অনৌবা মিহুল হুল্লকলে। থাঙ্গেশেংবনি, মসি অহানবা খ্বাইদগী অথোইবা লাল অসিনা ঐখোয়দা তম্বিবা পারানি। জাতিগী ব্যবহার অমসুং মশাবু ব্যবহার তৌজবগী জাতিগী ৱাখল 'স্বভিমান' জাতিগী নীঙতম্বগী পুন্সিগী স্বরনি। 'স্বতন্ত্রয়া' অসি চোকথবা নাইদ্রবা ঐখোয়গী জাতিগী কর্মশক্তিনি। অকোয়বদা ঙসি ঐখোয়না উরিবা ঈথক্কী মতৌ গুম্না হৌগৎলক্লিবা অসিগী মরমদি ঐখোয়না অমত্তা ওইনা লেপথৎলকপা ইমা লৈবাক্কী নীঙতম্বা অমসুং মিংচৎপু কনখৎপদগীনি। মসিনা জাতি অমা ওইবগী নুংগী খোম্থাং অমসুং লৈবাকসিগী লিরবা মতমগী ঙাম্থোইরম্বা 'হ্যুম্যান ইলেমেন্ট' অদু পুরক্লগনি।

**অকনবা মীগা পাট্রোন টেঙ্কা পানবা**

অমুক্তা হন্না ঐখোয়গী অচৌবা ইমা লৈবাক্কী থিংবা ঙমদবা থৌনা, নুপাথোকপা মতৌ অদু হৌগৎলকপগী প্রমান চপ চাবা অদু উত্তুনা ফোংদোকপ্রে। মায়থীবা শীবা ঙম্নরোই খন্নরম্বা পাট্রোন টেঙ্ক কয়া ঐখোয়গী জম্বানশিংনা অহাংবা মৈথেং-উপু থুগাইবদৌনা থুগাইখিবা অদুনা, মায়থিবা শীবা ঙম্নরোই খন্নরম্বা য়েক্লবনা য়ামনা নাপল তৌরম্বা 'আর্মর ডিভিজন' অদু অরেম্বা তাহনখি, নোংচুপলোমগী লৈবাক কয়াদা ঙক্লা থোকখি অমসুং লুনা খন্নখি। মখোয়না 'এক্সপার্ট কমিটি' অমা শোমদুনা মখোয়গী লালগী খুৎলাইশিং (মখোয়গী ইজ্জৎ য়াওনা) মায়থীবা ফংখিবগী মরম থিগৎনখি। তৌইগুম্বসুং

ইচম চম্বা কেন্ট অমা ঐখোয়না থৌশাগ্রে মদুদি অরোইবা মচা থায়দোক্লুনা য়েংবদা, "লীংথানরিবসি মেছিন নত্তে, মীনি"। ঐখোয়গী হেন্না ফবা মীশিংনা য়েক্লবগী হেন্না ফবা মেছিনদগী থাম্না মথক থোংবা ওমই হায়রবসি প্রমান তৌগ্রে মরমদি কনাগুম্বা অমনা ঐখোয়গী মীশিংগী থোইদোকপা মগুনদা চিংনফম লৈতে। মখোয় অতোম্না করম্বা ওইফম থোকপগে, অশিবগা শিংনবা ওম্বা, মখোয়দুনা য়েক্লবনা মখোয়গী হকচাং শোক্লিওেদা জৌহারগী মৈনুংদা চোংশিন্দুনা মশা কংথোকপা ওমখিবা সতি ওইবী মমাশিং অদুগী মচাশিংনি।

## 'স্নিথ একসপ্লোডেদ'

হকচাংগী থৌনাফবতা নত্তনা থবক্তা হৈশিংবা অমসুং লাম্বোংশিনবা হৈবদা হান্নদগী চংনরকপা থোইদোক হেন্দোকপা কয়া ঐখোয়গী আর্মিশিংনা উংখি অমসুং য়েক্লবা লান্দারকপশিংগী শকওং-লাকওং অদু লায়না খঙবা ওমখি। অয়াম্বনা ঐখোয়গী লাম্রীশিংগী 'সিজ ফায়ার' লাইন অমসুং ইন্টর ন্যাশন্যাল বোর্ডর হায়নবা অদু লাম্বোক্লুনা চঙশিনখিবদা ঐখোয়গী লাম্রীনা য়েক্লবনা কন্ট্রোল তৌদুনা লৈরিবা লাহোরগী মনুং অমসুং অতে সেক্টরগী লমদমশিংদা চংশিনখি। য়েক্লবনদি ঐখোয়গী লাম্রীনা ঐখোয়গী বোর্ডর মনুংদা লৈরগা 'ডিফেন্সিব বার' তৌরক্কনি হায়না থাজনরম্বনি। তৌইগুম্বসুং লালগী লাল্লোংগী অহানবা নীতি ওইরিবা মশাগী লমদমদা লালগী থিয়্যাটর অমা ওইহল্লোইদবনি হায়বসি খঙবা কনা অমত্তনা ঐখোয়গী লমদা মাঙহন তাকহনবা তৌননবা বার্ত্তন তৌরোইদবনি। নীঙতম্বা অমসুং লৈবাক্কী মরা চেংপা পুরক্লবগীদমক্তা য়েক্লবগী কেম্পকী মনুং চনবদা লাম্বুংনগদবনি। মসি মায়পাক্লবা লালগী লাল্লোংগী মরু ওইবনি। অপেংবনি, অসুম্না হায়, "লান্দাশিনবা অসি খ্বাইদগী ফবা মওংগী লানভাকপনি"। ঐখোয়গী লাম্রী শিংনা লৈবাকসিদা মায় পাকপগী মনা পুরকপা ওমখি অমসুং মাঙবা নাইব্রবা মিংচংনা মখোয়গী লৈতেং ওইখিবসি সুপ্লগী মখোয়না মতম কুইনদগী চংনরকপা ব্রাফমবু ইন্দুনা চংপখক্তননি।

ঐখোয়গী জন্নানশিংনা নুমিৎ খরনিতগী মনুংদা য়াম্না কয়া শেমজিন-শাজিনবা বারীশিং মরুওইনা বৃটিশশিংনা থাজনা লৌরিবা পৃথিবীগী লৈবাকশিং অমসুং ঐখোয়গী লৈবাকমচাশিং অয়াম্না, মদুদি আরতমচাশিং অসি য়াম্না শোনবা, হায়বা ইনগনবা মীওইশিংনি, মখোয়সি 'ত্রি বুট্রস' অমনা নত্রগা খুদিংমক্তা মখোয়বু হেক্তা নেংথংগা গুমই। অসিগুম্না অশেম্না বারীশিং অসিনা মরম ওইদুনা গান্ধীজী কাওবনা অসুম্না হায়রমই, 'চাংচন্তা হিন্দু অমসি পাংদবা অমনি, অদুগা মুশলিম অমনা খংন-চৈনগনবা মীনি' অদুম ওইনমক অতোপ্পা অমনা খংন-চৈনগনবা মী হায়বসি থম্মোইদি শোয়কদনা পাংদবা অমনি। মতা চাবা ফংলবদি য়ামনা তমথিবা শারমচংসু চংলি। অদুম ওইনমক হিন্দু অমদদি কিদমফম ওইবা অসি অসুম্মনি 'বজ্রদপি কঠোরাণী, মৃদুনি কুসুমাদপি'। মহাক মচিনমনাও ওইবদদি খোংপদা লৈগী মনাগুম খোংলি অমসুং মরুপকীপুকচেল চেল্লি, তৌইগুম্বসুং মহাক অদুনা অতোপ্পা অমদুনা মরুপ মপাং ওইবগী খুং অদু য়ারক্লবদি মনি মুক্তাগী মতৌগুম্না কল্লি। মঙোন্দা খুং থারক্লবা থৌরাং তৌদুনা লৈ। অচুম্বনি, সমাজ অমদা, রাম অমা, কৃষ্ণ অমা, প্রতাপ অমা, শিবাজী অমা অমসুং রণজিৎ অমা পোকপা ওন্নবদি সমাজদু নুপাথোকপা থৌনাফবগি হৌরককমনি হায়বদা লাক্লোই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী জাতিগী ইতিহাসতা অসিগুম্বা অচৌবা থৌনাফবশিং অসি লাই-তিনগী নত্রগা লমদম অমগী লুচিংবশিং ওইনা লৌদুনা ঐখোয়গী মী কাংলুপ খরবু 'মার্সিয়েল রেস' হায়না মিংগৌনরিবসি থাঙ্গেশেংবমক অশেংবা জাতিগী 'ন্যাশনাল কেরেক্টর' অদুবু মওং কায়হন্দুনা শেমদোক্লগা তন্বিখিবা বাতা গুাক্তনি। ঐখোয়গী থৌনাফরবা জন্নানশিংনা অরানবা মাঙহন-তাকহন্নিঙাই ওইবা 'প্রোপ্যাগণ্ডা' অদু মীনম্বনি, ওইদবনি হায়বা প্রমান তৌদুনা উংখি। লৈবাক অসিগী মচাশিং অসি মপা-লৈত্রবা ইপা ইপুশিং অদুগী ঈগী ঈচেল অদু লৌরক্লিবনি। মখোয়না মালেম সিদা অশেংবা ভারত মাতাগী অচৌবা শক্তম অদু উৎস্ত্রবনি। ইমাগী মচাশিংগী পাম্বোম মিলিয়ন কয়া থাজত্তুনা মালেমগী লৈমায় অসিদগী ফত্তবা শক্তি পুম্নমক মাঙহন্নবা লাউত্রবনি।

ঐখোয় অমত্তা ওইনা ঐখোয়গী অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অসিনা অচৌ-মচা খায়দনা পুক্নি কংখিবা অদু ঐখোয়না তৌবিয়ন উংফম থোক্কই। মখোয়দুনা থৌনা অমসুং আত্মা ত্যাগ তৌখিবদুনা কয়াদা লেমজনগাই ওইবা নুমিৎ অমা ঐখোয়দা পীরম্বা! মখোয় লৈখিদবদু ঐখোয়না অরাবা নুমিৎ অমা ওইনা লৌদবা ওইসনু। লানফমদা লান্দা থবাই থাদোকখিবশিংগী খাইদগী রাংবা লাইরৈপাক্কী নুংঙাইবা অদু ফংখ্রগদবনি। অদু ওইরবদি ঐখোয় খুদিংনা দেশকীদমক্তা চাওথোকচনঙাই ওইবা মিংচং তানখ্রবা মহাক্কীদমক্তা থারুনঙাই করি লৈ। অতোপ্পা অমরোমদা নিংশিংবতা মখোয়গী থৌনা লিংজেল অমসুং থাদোকপা অদু ঐখোয় পুম্নমক্তা হোংবা নাইদনা পুক্নিং থৌগত্নুনা লৈরগনি। মখোয়গী থোইদোক হেন্দোকপা থাদোকপগী লিংজেল, অচাকপা পুক্নিংগী অয়েক্পা অদুনা অশেংবা ইমা লৈবাক্কী নীঙতম্বা ঙাক্লনবা ঐখোয় পুম্নমক্কী থাম্মোয়দা লেঙদনা লৈরগনি।

### শৈশকখিদ্রবা ৱারী

অদুগুম্বা ওমথৈগী লম অদুদা চুম্নগী সাধারণ ওইবা মী অমফাওবনা য়েক্লবনা শীঙনরকপা অদুদা মায়রোং য়াখিবা অদুবুসু হেন্না পুক্নিং থৌগৎনঙাইনি। মফমদুদা লৈরম্বা মীশিং অদু মফমদুদা লেঙদনা লৈখি। থৌনা ফারবা নহাশিং মফমদুদা অহিং নুংখিল চোকথবা নাইদনা থবক শুদুনা 'সেকেণ্ড লাইন অফ ডিফেন্স' ওইনা লৈখি, ট্রক ড্রাইভর চা কয়া খুদোংথীবশিংদু করি অমত্তা নাচুংদনা জৱানশিংগী দরকার ওইবা পোৎলমশিং লানমাঙ য়ৌনা চঙশিল্লকখি, মখোয়গী লোইবা খন্বা নাইদনা নোম্বা, অরাবা খাঙবা অমসুং শিব, কনা অমত্তনা তেংথাবিখিদে, কপখিদে অমসুং ইকাইখুম্নবা উৎখিদে। মখোয়শিংদুগী ৱারীদু ' ৱার লিটরেচর ' গী ফজখ্রবা লমায়দা নিংথিজনা ঙাঙ্গোই হনবা য়াবনি। মখোয়গী মরমদা আর্মি অফিসার অমনা মহাক্কী ৱাখল অসুম্না ফোংদোকই, "ঐখোয় আর্মিগী মীশিং অসিদি য়ামদ্রবদা 'কলোল্যাশন' খরদি মফংই, ঐখোয়না শিরবদি ঐখোয়গী মমিংশিংসি শহীদনি হায়না শিংথাবিদুনা ঙাঙ্গোইহল্লি, অদুগা সরকারনা ঐখোয়গী ইমুং মনুংদা পেন্সন পীগনি। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা ঐখোয়গা

লোয়ননা লেংজুম লেংজুম ঙানদুনা লেপমিন্নখিবা য়েক্লবগী নোংমৈ মরু মায়োক্লখিবা সিবিলিয়ানশিং অদুদি করিগুম্বা 'প্রোসপেক্ট' অমত্তা লৈতে। অশেংবনি মখোয়গী থাদোকপগী লিংজেল অদু ঐখোয়দগী হেল্লিবনি"।

অনৌবা মওংগী লিডরশিপ

করি মরমদগী ঐখোয়গী সরকারনা জাতিগী মোয়্যালবু পুক্লিং থৌগৎনঙাই ওইবা অৱাংবা থাক্তা পুখৎলকলিবা অসি মখোয়গী পোলিসিদা অহোংবা লৈখিবা, অদুগা লান্দারকপশিংগী মায়কৈদগী সরেন্দর তৌখিবা অদুনা ওইবা য়াই। ঐখোয়গী প্রধান মন্ত্রীনা অচেৎপা ফিরেপ লৌদুনা ইউ এন ও অমসুং অতৈ শক্তি লৈবা লৈবাকশিংনা মখল মখা অয়াম্বা প্রেসর পীরক্লবসু জাতিগী নীওতম্বা অমসুং ইকাইখুম্নবদা কনা অমত্তগা য়াশিন্নবা তৌরোই হায়না লাউথোকখি, মহাক্কী অরেপ্পা পাউখুমদা চাইনিজশিংদা 'থ্রি দেজ অল্টিমেটম' অমা পীদুনা অদুগুম্বা কিহল্লকপা অমত্তনা ঐখোয়বু নোলহনবা ঙমলোই ঐখোয়না ঙম্বা শক্তিদা লাম্ছেংনগনি হায়না লাউথোকখিবদা জাতিগী থাম্মোইবু য়োং কুম্না কলহনখি।

ন্যাশন্যাল সেল্ফ ইন্টরেষ্ট না লমজিংবা

ঐখোয়বু ভাব তাহল্লিবা অনিশুবা পারাদি জাতিগী নীওতম্বা অমসুং ইকাইখুম্নবা ঙাক্লনবগীদমক থোইদোকপা জাতিগী মনুংগী অমসুং মপানগী পোলিসি শিংদা লমজিং ওইবদি জ্ঞান তাবা ন্যাশন্যাল সেল্ফ ইন্টরেসনি। হন্দক ফংলিবা জ্ঞান অসিনা প্রমান ওইরে; হাই সাউণ্ডিং শ্লোগানশিং নত্রগা ৱার্ল বোডিশিংগী অমসুং অতৈ মরুপ মপাং ওইবা লৈবাকশিং অমত্তনা ঐখোয়বু কনবা ঙমদে, ঐখোয় ইশাখক্তনা নীওতম্বা ফংননবা চৈকু চৈনা অদু পুদুনা থাঙবা তাবনি। মতুং অসিদা ঐখোয়গী পোলিসি পুম্নমক অনৌবা মঙাল অসিগী মতুং ইন্না নৌহৌনা শেম্বা তাবনি।

ঐখোয় পাকিস্তানগা লৈনরিবা মরীসি ফিবম অসিদা অমুক্তা খন্দুনা য়েংশি। হৌজিক ঐখোয়গী সরকারনা তুংকোইবা লেমজবা মওংদা য়ানবা অমা পুরক্লিঙৈদা হায়ন-তান য়াদ্রিবা য়েক্লরিবা লৈবাক পাকিস্তানগা সিজ

ফায়ার তৌবা য়ানল্লে। ঐখোয়গী সরকারনা ঐখোয়গী থৌনা ফরবা লাম্মীশিংনা থাদোকপা কয়াগা মায়োক্নদুনা য়ৌশিনখিবা লাইন অদু চেংনা লেঙদনা লৈথবদা অমুক শোয়হন্দবা তারি। অশেংবা লাইন অফ কন্ট্রোল অদু 'লাইন অফ সিজ ফায়ার' ওইনা অমুক কনফার্ম তৌবা তারি। মসিনি, ১৯৪৭ কি কাশ্মীরদা পাকিস্তাননা লান্দারকপদা ইউ এন ও না লেপখিবা পাকিস্তানসু য়াখিবা সিফ ফায়ার লাইন অদু ঐখোয়না মতম অদুদা পানখিবা 'য়ার্দষ্টিক' অদুম হোংবা লৈতনা চংননবা ইউ এন ও দা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা হৌজিক লৈরিবা ৰিবম অসিদগী ইঙ্কি অমা ফাওবা হন্দোকপগী ৱাফম লৈতে হায়গদবনি।

অদুম ওইনমক, ঐখোয়গী আর্মিশিংনা লানমাঙদা কন্না ওকশিন্দুনা থল্লগা মসিগী মায়পাক্নবা লাম্মীশিংনা লাহোর, রাবালপিণ্ডি, কারাচি অমসুং কাশ্মীর পুম্নমক উ থাল্টনা ভারত্তা লাক্লিঙৈ অমসুং সিফ ফায়ার লাইন অদু সহি তৌনদ্রিঙৈদা মীখা পোনবা কোকহনবা য়ারম্বনি। অসুম্না ঐখোয়গী পোজিশন লম্বী খুদিংমক্তা কনখৎহনবা য়ারম্বনি। ঐখোয়গী জাতিগী ইজ্জৎসু য়াম্না ৱাংখৎহল্লমগদবনি।

তশেংবা অতম্নবা পান্দম

হন্দক্কী কন্না লাম্লেংনরিঙৈ মতমদা ঐখোয়গী কেন্দ্রদা লৈবা পোলিসি-মেকবশিংনা মরক মরক্তা লাউথোকখি মদুদি ঐখোয়গী অমত্তা ঙাইবা ওইহল্লিংবদি যেক্নবগী ৱার পোটেন্সিয়েল অদু মপুঙ ফানা মাঙহনবনি, লম লৌশিনগে তৌবা নত্তে। হৌজিক্তি চিংনবা লৈতনা ঐখোয়গী লাম্মীনা পাকিস্তানগী ৱার-মেছিনশিং অদু মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়নবা চৈঙ্ক পীগ্রে। য়েক্নবগী টেঙ্ক, জেট, রাডরশিং মকুপ মকুপ তাহনগ্রে। তৌইগুম্বসুং পাকিস্তাননা মাগী মাঙখিবশিংদু হঙ্গিলহনবা অমসুং অমুক হন্না খুৎলাই শেমগৎপা তাখি, মরমদি 'ৱার পোটেন্সিয়েল' হায়রগা ঐখোয়না আর্মস এণ্ড অ্যাম্মিউনিশন অমসুং 'ষ্টোর' বুতা খঙনৈ, মসিদি কয়ারক হন্না হেক্তা শাগৎপা য়াবা পোৎনি।

খুদম ওইনা হায়রবদা জর্মনিগী ৱার পোটেন্সিয়েল অসি পৃথিৱীগী অহানবা লাল্লাওদা মপুঙ ফানা মাঙহনগ্রে। তৌইগুম্বসুং শুপ্নগী চহি কুনমুক্তগী মনুংদা জর্মননা অমুক হন্না মদু শেমগৎলকখি অমসুং মহাক্কী অকিবা ফংলবা ৱার মেছিন্না পৃথিৱী অসি অনিশুবা লাল্লাওদা অমুক পুল্লপ লুপশনহনখিরমই। হৌজিক মতমগী পাকিস্তানগী ৱার পোটেন্সিয়েল অসিদি পুম্নমক অমেরিকা অমসুং ইংলণ্ডগুম্বা লৈবাকনা পীবনি, অদুগা পাকিস্তান অসি মশানা য়ারবা ছত্রংপো ওইনা মখোয়গী স্ত্রোবেল মিলিটরি ষ্ট্র্যাটিজিদা শিজিন্নরি। ঐখোয়না পাউচেশিংদা পারে মদুদি আর্মস এণ্ড অ্যাম্মিউনিশন শিং অসি ইরান, টর্কিনচিংবা লৈবাকশিংগী খুত্থাংদা খুৎলাইশিংদু লেপ্তুনা হৈথরকই হায়বসি খঙবা ঙমলে। ফিবম অসিদা পাকিস্তানগী ৱার পোটেন্সিয়েল মাঙহনবা হায়বসিনা অর্থ ফোংদোক্লিবদি অমেরিকা অমসুং ইংলণ্ডগী অপুনবা ৱার পোটেন্সিয়েল অদু মাঙহনবনি।

## মরুদা খুৎ থাও

মখা তাবদা ৱার পোটেন্সিয়েল মাংহনবগী পোলিসি অসিদা ঐখোয়না মীওইবগী স্বভাব হায়বা য়াম্না মরুওইবা অওইবা অমদি থৌশাদনা থমলে। মী অমনা চুম্না খুৎলাই পায়রে হায়দুনা হিংশা তৌগনি, খৎনবা হৌদুনা লান্দাগনি হায়দুনা লুপ্তুনা লৈরোই, তৌইগুম্বসুং মাগী ফত্তবা মহৌশাগী হৈনজবা অদুনা মরম ওইদুনা পুরবা মতমদা মহাক্না হিংশা অমসুং খৎনবা হৌদুনা লান্দাশিনবনচিংবা ফত্তবা থবক পুম্না তৌরকনি। ফত্তবা মহৌশাগী হৈনজবা ৱাখল অদু লৈরিবমখৈ মহাক হন্না হন্না খুৎলাই পায়রকনি অমসুং অতোপ্পশিংগী অফ নুংঙাইদা কিহল্লকই হায়বসি প্রমান ওইগনি। পৃথিৱী শুম্নগী ইতিহাসতা লান্দাগনবা জাতিশিং অসি অচুম্বা অসিগী ফিবমদগী ঙাক্তা থোরকই।

হৌজিক মহৌশাগী হৈনজবা অসি করম্না লৌথোক্কনি? ঐখোয়না মরক মরক্তা ঐখোয়গী হৌজিক্কী লুচিংবশিংনা হায়বা তাই, মদুদি ঐখোয় অদুগুম্বা ফাত্তবা মীশিং অদুগা খৎনবা নত্তে, মখোয়গী ফত্তবা পুক্নিংগী মঙং

অদুগনি। তৌইগুম্বসুং ফত্তবা ৱাখলগী মওং হায়রিবা অসিদি পোৎশক নাইবা, শোকপদা থংনগাই ওইবা করিগুম্বা অমা নত্তে, ফারগা মাংহনবা য়াবা পোৎশু নত্তে। ফত্তবা হৈনবা ৱাখল অসিদি খেন্নবা লৈতবা ফত্তবা মী অমদা নত্রগা মী কাংলুপ অমদা মশানা ফোংদোরকই। ফত্তবা অদু কোকহনগে হায়রবদি মদুদা মতেং পাংলিবশিং অদু মাংহনবা তঙাইফদে হায়বদি অতৈ ফত্তবা মীশিংদো। মীগী ফত্তবা ন্যাচর অসি খাইদোক্কে হায়রবদি, শ্রীরামনা রাবনগী ফত্তবা ৱাখল মওং অদু শোয়দনা মাঙহনবা তারম্বনি অদুগা মঙোন্দা য়াওরিবা শ্রীরামনা ৱাংনা থাংগৎচবা পুন্য চেনবা থবকশিং অদুগী য়েংদুনা অফবা পুক্তি অমা ওইনা হিংহল্লম্বা য়াবনি। অদুগা অমুক্তা শ্রীকৃষ্ণনা কংশ হাৎপগী করি কান্নবা লৈরমগনি, নত্রগা পাণ্ডবশিং কৌরবশিংবু হাৎপগী কান্নবা করি লৈরমই অদুবু পুম্নমক অদু ওইথোক্লমদে।

ৱারীদা অসুম্না হায়, মকোক তরা পানবা রাবনগী মওকশিংদু রামনা ককথৎলবা, মাগী লিক্লং তেন্দোং থুদেক্লুনা মাগী 'ৱার পোটেন্সিয়েল' অদু অমমম ওইনা মাংহল্লমই, মহাক্তা অনৌবা মকোক অমা চোংথৎলক্লুনা অনৌবা লিরুং লৌথক্লুনা হান্নগুম্না লালদু চথরমই। রামনা রাবনগী ফত্তবা ন্যাচরগী তুংনফম ওইরিবা রাক্কস্যাগী মথবাক্তা তেন্না থাবা মতমদা মহাক হাইথখি অমসুং মহাক্কী অকিবগী মশক ওইরবা ফত্তবা ৱাখল্লা গুম্না পাল্লম্বা অদু লোইখি। ৱারী অসিনা সংসার অসিগী অচুম্বা অওইবা অদু নিংশিংহল্লি মদুদি, মতেং পাংলিবা ফত্তবশিং অদু মাংহল্লগা ঐখোয়না ফত্তববু জয় তৌবা ঙমই।

## মপুঙ ফাবা নীঙতম্বগী ৱাশকখিবা অদু হন্দোরকপা

অদুম ওইনমক মসিনা অতোপ্পগী লম পাম্বগী অর্থ নত্তে মরমদি পাকিস্তান অসি ঐখোয়দি মীরৈপাক ওইনা লৌদে। পাকিস্তান অসি ইকুই কুইগ্রিঙৈদা শেমখিবা রাজনীতিগী লৌতুনবনি। নিংশিংবা ঙমগ্রবা মতমদগী হৌদুনা হায়রিবা লমদমশিংসি ঐখোয়গী ইমা লৈবাক্কী শরুক অমা ওইরম্বনি। লাহোরদা অশেংবা রবি তুরেনগী তোর্ব্বান্দা পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুনা

প্রসিডেন্ট ওইবা মতমদা লৈবাক অসিগী মপুঙফাবা নীঙতম্বা পুরক্পনি হায়না য়াশকখিবনি। অদু ওইরবদি কমদৌনা লাহোরদা ঐখোয়গী ফিরাল হাইগংপবু অতোপ্পগী লম পাম্বনি হায়না লৌগদৌরিবনো। অচুম্বদি, ঐখোয়না নীংতম্বগী লানফম থেংনরিবসি হৌজিক য়েক্লবনা লৌশিন্দুনা লৈরিবা লমদমশিং অসি মপুঙ ফান নীং-তমহল্লবদি লানফমসি মায়পাক্কা লোইশিল্লে হায়না খঙনবা য়াবনি।

ঐখোয়না মসি হায়বদা মী খরনৈ, মখোয় অকিবা ফাওই অমসুং লাউথোরকই, "মফম অদুদা লৈবা মুসলিমশিংদি করম থোক্কনি?" তৌইগুম্বসুং মখোয়না মসি হিন্দু অমসুং মুসলিমগী মরক্তা তৌনবা ধর্ম্মগী লাল নত্তে হায়বসি কাওথোকই। আয়ুব খানদু মাগী ধর্ম্ম তিন্নবা মীশিংগী মথক্তা ওং-নৈদুনা পাল্লমই, মরুওইনা NWFP, বেলুচিস্তান অমসুং ইষ্টবেঙ্গলদা, মীশিং অদু সেকেণ্ড ক্লাস সিটিজনগী থাক্তা হুম্থহল্লমই। NWFP গী মীশিং অমসুং মখোয়গী খান আবদুল গাফর খান মতম লৈবা খিবিক্তা ভারতকা লৈমিন্নরমই। মখোয়বু নমদুনা মখোয়গী অপাম্বগী মায়োক্তা পাকিস্তানদা তিলহনখিবনি। ইষ্ট বেঙ্গলগী বেঙ্গলি মুসলিমশিং মুসলিমশিংনা মখোয়গী ষ্টেট মেছিনারিশিং পায়শিনখিদুনা মখোয়গী খোঙয়াদা চৈনা খোম্না লাও-খোংদুনা খাঙখিবনি, মতুংদা খুৎলাই পায়দুনা লালহৌরকখিবনি। অদুগুম্বা লমগী শরুকশিং অদু ভারত্তা পুনশিনবা অসি পাম্নবা থৌদোক অমা ওইগনি অদুগা মখোয়গীসু মীথা পোনবা কোকহনবা ওইগনি। মখোয় মুসলিম ধর্ম্ম চৎপা ওইসনু তৌইগুম্বসুং মখোয় ঐখোয়গীসিদা লৈরিবা মুসলিমশিং অসিগুম্বা নুংঙাইনা লেমজবা নাগরিকশিং ওইনা লৈগনি, মখোয় সিটিজন অমনা ফংবা য়াবা অধিকার অমসুং খুদোংচাবা পুম্নমক অপুনবা, অমম্তা ওইবা, গনতন্ত্রিক ভারত অমগী চপ মান্নবা সিটিজন ওইগনি। ইতিহাসনা সাক্ষি ওইরি মদুদি ধর্ম্মদা পুকচেল চাউবা, ফ্রেন্ডললেণ্ড ওইবা ভারত অসি ধর্ম্ম পুম্নমকপু তরাম্না ওকই, ধর্ম্ম কাংলুপ খুদিংবু নিংতম্না, লেমজনা অকি-অখং লৈতবা পুন্সি ওইহল্লি। বীজয়নগর অমসুং মারাঠা

সম্রাজদা কাওবদা মুসলিমশিংনা শাথিনা লান্দারকপদা মুসলিমশিং কয়া লানঙাক্লবা অবাংবা পোজিসন কয়াদা মথৌ তৌনবা শিন্নরমই, মদু য়াম্না থাজনা অবাংবা দায়ীত্বগা লোয়নননা তৌরম্লনি।

## ইউ এন ও গী অশেংবা মচু

ঐখোয়গী জাতিগী পচ্চুংফম ফংনবা হোংনরিঙৈ মতমসিদা কনাগুম্বগী লৌনমগী কোম-লাং থাক্লম্লবসু ঐখোয়না মদুদগী নম্থোক্লবা হোংনবা তাই, অমসুং ৱার্ল বোডিনা হায়বা কয়াসু হেঞ্জিননা হকচিন্না লৌরোইদবনি। ঐখোয়না 'ৱার্ল বোডি কৌরিবশিং অসি নত্রগা ৱার্ল ওপিনিয়ন' হায়রগসু মখোয়গী অশেংবা মচুদু ময়েক শেংনা উংথোক্লে। মতমসিগী ইউ এন ও অমসুং 'কমনৱেল্ট' হায়দুনা য়াম্না নিলখোংলিবশিংসি পাকিস্তানগী মীচঙ চঙই হায়বসি প্রমান ওইপ্লবনি। মখোয়না ১৯৪৮ দা লান তাশিল্লকপগা লাল ঙাকথোক্লবা হোংনরিবা লৈবাক্কা চপ মান্ননা লৌদুনা মখোয়গী লুজদবা রোল অদু অমুক হন্না শান্নখি। ইউ এন ও হায়বসিদি সুপ্লগী অচৌবা শক্তিশিংগী পাৱার পোলিটিক্স শান্নফমনি হায়বা অমুক্কা হন্না প্রমান ওইররে। ইউ এন ও না পাকিস্তাননা মখোয়গী য়ৈখায়-থিজাই তৌবা খুংলাই পায়বা লাম্মী লিশিং কয়া কাশ্মীরদা থাজিল্লকপদা, করি অমত্তা হায়খিদে অদুগা মখোয়গী লাম্মীনা ইন্টন্যাশন্যাল বোর্ডর লানশিল্লক্তুনা ভারতকী মনুংদা চঙলক্লগা ছাম্ব-জাউরিয়ান সেক্টর য়ৌরকপা মতমদা, পৃথিবী শান্তিদা অকায়বা লাক্লগনি হায়বা উরকপা, ঐখোযগী লাম্মীনা পাকিস্তানগী লাহোর সেক্টরদা ডিফেন্স-মেকরগীদমক্তা চঙশিল্লকপা মতমদা মখোয় ইখঙ খঙহৌদনা লান তাবকখি। মতা চারুদুনা পাকিস্তাননা মখোয়গী 'অ্যাগ্রেসিভ' 'ডিজাইন' অদু মায় পাক্লম্লবদি, ইউ এন ও অমসুং অতৈ শক্তিশিংনা ৱার্ল পিসকী মমিংদা লাউখোংলিবসি তৌরম্লোই, থৌদোক পুম্নমক থৌশাদনা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈখোক্লম্বা য়াই। ওইবম্বা য়াই, অমেরিকা অমসুং ইংলণ্ডনা পামজনা আশা তৌরমগনি, মদুদি মখোয়গী হংলাই পাকিস্তাননা লায়না লালঙমগনি অমসুং নুমিৎ থরনিগী মনুংদা দিল্লি খুদুম চনগনি।

মতুংদসু পাকিস্তাননা গুমথে লাল্লা ফাওজিন্দুনা মী কয়া থাজিল্লবা কল্লা হোংনখি, মদুদা ইউ এন ও না হান্নদগী হেন্না আশা তৌবা য়াবা শাজং অমত্তা চংলক্তে। ঐখোয়গী লৈবাক্কী পোলিসি মেকর ওইহৈরিবশিং অসিদগী য়াম্না হন্থবা বাখল খর লৈবা অমত্তনা ইউ এন ও বু খুজিল মফে অমফাওবা থাজফম থোক্তে; অসিগুম্বা ইকাইখুম্নমগাই ওইরবা মমিং অসিফাওবা মতিক শুকচা চাদ্রবনি। অচুম্বা অমসুং ন্যায়বু করি অমত্তা থৌশাদনা লান্দারকপা মীশিং অদুগা অমত্তা ওইদুনা সিগুম্বা বার্ল বোডি অসিনা য়ামনা হকচিনবা মওংদা হৌনদবা শাজং কয়া উংখি। চহি তরানিপাল চুপ্পা চথরকলিবা মীগী লৈবাক্তা লান্দাশিনবগী থবক্কী তশেংবা অচুম্বা অদু মমিং উইশিন্দুনা লৈখি; ইউ এন ও অসি তশেংনমক শান্তি অমসুং অচুম্বগী মরমদা গুাংবগী অথিকার ফাওবা লৈত্রবা প্রতিষ্ঠাননি।

## মরুপ শান্নবগী নিয়ম

অমেরিকানা সভ্যতা মশক খণ্ডদবা, আইনবিথি লৈতবা লৈবাক্কী মিলিটরি ডিক্টেটর য়োকখংনবা কন্না হোংনরিবা, পৃথিবীগী খ্বাইদগী শান্তি পাম্বা, থর্ম্মদা মীচঙ শঙ্গল নাইদবা গনতন্ত্র চংপা লৈবাক্কী মায়োক্তা চথরিবা নীতি অসি য়াম্না তেংথানগাই ওইবনি। নোংচুপলোমগী ঐখোয়গী 'মরুপ' ওইবা লৈবাকশিংনা ঐখোয়দা চংলিবা শাজং অসিসু অমেরিকাদগী করিসু খেন্নবা লৈতে। রুশিয়া ফাওবনা ফিবম অদুদা তুমিন্না লৈশিন্দুনা লান্দারকপশিং অদুবু লাল্লি হায়বা ফাওবা গুমখিদে। পাকিস্তান অসি লান্দাগনবা লৈবাক অমনি হায়বা প্রমান ওইহল্লিবসি ঐখোয়না চহি চুপ্পা অশোনবা লৈবাক অমা ওইদুনা লাকপননি। ঐখোয় শোন্দোন থুমদোনগী পোংলুম পুরি, অমরোমদা মাগী মরুপশিংদা লম্থুমদা কান্নবা পীবা গুমগদবা অমত্তা লৈতে। মহৌশা ওইনা অকনবশিংনা অশোনবশিংবু শুমদুনা চাবা নত্তনা মখোয়গা মরুপ ওইবদি পামদে। ঐখোয়না অমুক্তং শক্তি লৈবা লৈবাক অমা ওইদুনা মিলিয়ন চামগা লৈবা ন্যাশন অসি অকনবা ইচছা শক্তি

লৈবা তুং কোইনা উবা জাতি, মশাগী চানবা পোলিসি খুদিং ইন্নবা য়ারেপ লৌবা ঙমজরবদি; মখোয়না মতেং পীদুনা পাকিস্তানগী মায়কৈদা লেপ্লবা ন্যাশনলশিং অদু ভারতকা কাথোক্লবা তাবনি।

## অচুম্বদু প্রমান তৌবা

হৌজিক কাওবদা ঐখোয়না পাজল লিংজেল অমসুং ইচ্ছা শক্তি খর উত্তুনা জাতিগী অপাম্বা লম্বীদা বরদং উৎপা ঙমগ্রবা মতুংদা নোংচুপ লৈবাকশিং অমসুং সম্রাজবাদী লৌতুনবশিংনা কাশ্মীরগী য়াকম নৌহৌনা হৌদোক্লরকলে। ঐখোয়গী মায়কৈদগীদি, 'কনষ্টিটুশন্যাল রিকাইরমেন্ট' গা মরী লৈননা কাশ্মীরনা ভারত্তা পুনবা হায়রবা অসি মপুঙ ফাগ্রে অমসুং অরোইবনি। কাশ্মীরগী মহারাজনা "ইনষ্টুমেন্ট অফ অ্যাক্সেশন" অদু সহি তৌখি অমসুং 'ন্যাশন্যাল কনফরেন্স' হায়বা মকমদুদা মীয়ামগী মীহুৎ শিনবা বোর্ডি অদুনা চুম্মি য়ারে হায়দুনা সহি তৌখি অয়েংপা কয়া মতম মতমগী ওইনা চঙশিল্লকখি মদুগী মনুংদা ভারতনা চপ মান্নবা হায়দ্রাবাদ অমসুং জুনাগাঢ়না ভারত্তা তিনবদা নিংথৌশিংদুগী অয়াবা লৌবদা ভারতনা থৌশাখিদে। হায়রিবা রাজ্যশিং অদুগী মুসলিম নবাবশিংদু ভারত্তা পুনবা য়ানখিদে হায়বদু অচুম্বনি, তৌইগুম্বসুং মফম অদুগী মীয়াম পুম্নমক্ক মপুঙ ফানা ভারত্তা তিনবদা য়ানিংলমই মখোয়না মখোয়গী লৈঙাকপশিং অদুগী মায়োক্তা লাল হৌরমই। তৌইগুম্বসুং কাশ্মীর থৌদোক্তদি হান্না পনখিবা মতুং ইন্না মহারাজ অদুতা নত্তনা প্রজা পুম্নমক্কা মখোয়গী মীহুৎশিংনা শাবা বোর্ডি অদুনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা মখোয় ভারত্তা তিনবা পামই হায়দুনা লাওথোক্লমই। মরম অদুনা ফিভম মতা খুদিংমক্তা কাশ্মীরনা ভারত্তা পুনবা হায়বসি হোংদোকপা অমদি সন্ধি তৌনবা য়াবা য়াকম ওইদ্রবনি।

মরম অদুনা ঐখোয়না য়া তাইশিন্নবা হোংনরিবা শক্তিশিংদা চেংনা হায়রিবদি য়াকম অমখক্তনি মদুদি পাকিস্তান্না মখোয়না লৌশিন্দুনা লৈরিবা কাশ্মীরগী শরুকসি থাদোক্কদবনি, মসি আইন কায়না নমদুনা ১৯৪৭ তা লৌশিনখিবনি। ঐখোয়না অতৈ অতোপ্পা খন্নবা অমত্তদা শরুক য়ারোইদবনি,

পাকিস্তান্না ভারত্তা অমুক হন্না লাল তাহন্নরোই হায়বা ইউ এন ওগী থাজবা পীবা অদু ফাওবা য়ারোইদবনি। হৌজিক মতমদা অদুগুম্বা 'অ্যাসুর‍্যান্স' কয়া অর্থ অমত্তা থোক্তে হায়বা খঙত্রে। হৌজিক মতম্সু, ইউ এন ওনা, চিঙলেম্বা অ্যাসুর‍্যান্স কয়া লৈন লৈন খুৎলাই পায়বা ঙমখৈদগী নারোন্দা ফাওজিন্নকপা থিংবা ঙমদে, নত্রগা পাকিস্তানগী রেগুলার আর্মিনা কাশ্মীরদা চঙশিন্নকপা অদুসু অদুমক্তাই। মখোয়গী অ্যাসুর‍্যান্সশিং থবক ওইনা পাংথোক্লবা মতুংদা ফোরেন ট্রুপশিং শিজিন্নরকপা তাবনি, ঐখোয়গী অচৌবা লৈবাক অসিদা মীরৈপাক্কী লাশ্মীশিং থমজিন্দুনা ঐখোয়গী ঙমখৈ অমসুং ইরমদম অসি ঙাকহনগনি হায়বসি য়াম্না ইকাইনঙাই ওইবা অমা ওইরগনি। ঐখোয়গী ৱাখলগী শক্তিদা কোমথবগী মমি অমা পুঙফম অসিদা উৎপদা মীরৈপাক্কী শক্তিশিং অসিনা মখোয়গী পাৱার পোলিটিক্সকী অমোংপা গেম অদু অমুক শান্নরক্কনি, মদুনা ঐখোয়গী মীশিংগী মোৱ্যাল য়াম্না শাথিনা শোকহল্লকনি অদুগা লানফমদা ঙমখৈ লৈতনা ৱাখিবা, মশানা মশাবু ত্যাগ তৌখিবা ঐখোয়গী জৱানশিংনা পীরম্বা কান্নবা ফলশিং অদু পুম্নমক মাঙহল্লগনি। ঐখোয়না মিলিটরি ফ্রন্টতা ফংলকপশিং অদু ডিপ্লোমেটিক ফ্রন্টতা সুকমাঙ মাঙহল্লোইদবনি।

মসিগা মরী লৈননা, ঐখোয়গী প্রধান মন্ত্রীনা 'টাস্কেন্ট' তা ৱা ঙাংনবা চৎপা য়াফম থোক্তে, মরমদি রুশিয়ানা ভারত অমসুং পাকিস্তানবু পুন্না কৌদুনা 'লান্দাবগা' লান্দাবা অদুনা মরু ওইদুনা অৱাবা নংহল্লবা 'ভিক্তিম' অদুগা চপ মান্নবা ফুটিংদা থমলে। অদুগা মফমদুদা ঙাংনগদৌরিবা ৱাফমনা করিনো? পাকিস্তাননা মাগী লাল য়াম্না পাম্বা মতৌ অদু অদুম চত্থদুনা শক্তিনা নমদুনা শান্তাইননবা হোৎনরিবা মখোয়গা ৱারী শানরুবনা করি কান্নবা ওইহল্লিংবা পুরকপা ঙমগদৌরিবনো? পাকিস্তাননা কাশ্মীর অসি ভারতকী শেৎন-খাইন য়াদবা শরুকনি হায়বসি য়াদ্রিবা ফাওবা ৱারী শানবা অদুদা করি অমত্তা কান্নবা ফংলোই, নত্রগা ৱারী শানবা অদুদা করিগুম্বা খরা থোরক্কবসু মদু ঐখোয়গী অপাম্বগী ওন্ন-তৈনবা ওইগনি।

## মতম পুন্নমক্কী ওইনা শান্তাইনবা

পাকিস্তান্না নৌহৌনা এটেক তৌবা য়াবগী খুদোং থীবদু হৌজিকসু অদুম লৈরি। মখোয়না সিজ-ফায়ার লাইন অসি 'কমক্রেক' ওম্বোক্তুনা শক্লোংপা নমথাক তৌনবা হোৎনরি। অমসুং মখোয়গী লান্মীগী শক্তি হেনগৎনবা হোৎনবা লেপত্রি। ঐখোয়গী য়ামত্রবা মমলদা, খুৎশু-খুৎলাইশিং মিলিটরি ষ্ট্রেটেজি, ঐখোয়গী পাঙ্গল অমসুং অশোনবা অসি মখোয়না খঙত্রে। অদুনা মসিদগী ঐখোয়না অনৌবা কংলকপা জ্ঞান লৌশিং, অৱাৎ-অপা মেনখৎপা, হেন্না শক্তি লৈবা, হেন্না ংবা নিংথিজনা থৌরাং তৌবা লানগী থৌরাংগী অহানবা পারা অদু তমহৌগদবনি। ৱার মোঙ্গৰিং ওইবা জাতিশিংনা মতম পুন্নমক্ত লাল অমা লোইরবা মতুংদগী অহাংবা মতমদা হেন্না চাউবা তুংগী লানফম অমগী থৌরাং তৌদুনা লৈ। অচুম্বা অমা ওইনা, পাকিস্তানদি মখোয়গী মাঙত্রবা খুৎশু-খুৎলাইশিং অমুক মেনশিন্নবা হোৎনত্রে। মহাক্কী লাল পাম্বা ফিরেপ মতাদু অদুম চথরি, অমসুং সিজ ফায়ার লাইন আইন-নিয়ম কায়না লাম্বোকপদা দন্ডী পীবা ঙমদনা নাম্বোক্তুনা লৈরি। সিজ ফায়ার মতুংদা ঐখোয়গী লমদমগী স্কার মাইল চা কয়ামরুম মখোয়না লৌশিন্দুনা লৈরি। ঐখোয়গী মী কয়া হাৎত্রে, শা-ষন কয়া হুরান্দুনা পুত্রে, মহৈ মরোং কয়া থাউদোকত্রে, অরেপ্পা লৈতনা বোম-তোপ কাপশিল্লকপা লেপত্রি। মসি ঐখোয়বু য়ামনা ইকাইবা পিবগী ফিবমনি। খাংবদা ৱারবনি। মতৌ অসুম্না কয়া ওইনা কোক নোম্বদুনা লৈবা তারিবনো। য়ামত্রবদা অরোইবা অমদি শোয়ন্না লৈবা তাই। ইশু অসি অবোইবা ওইনা লেপ্পবা চঙই।

## হেন্না চাউবা ৱার অমবু তরামনা ওকই

ঐখোয় চিনা অমসুং পাকিস্তান অনিনা ফক্ত-ৱাখলগা লোয়ননা পুনশিন্নরিবা অসিদা দরকার লৈতনা কিবা তৌরোইবনি। ঐখোয়না লাল তাগনবা লৈখাক অনিসি শোয়দনা খুউ নোলহনবা ঙমই। ঐখোয়গী লান্মীশিং অসি য়াম্না ফবা ফাইটিং ট্রিম লৈ। মখোয়গী মোর‍্যাল য়াম্না ফৈ।

তশেংনা চিনানা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দানবা মদুগী অলটিমেটম অদু ইন্দুনা চৎলক্লবদি মদু পাম্লগাই ওই। অদুনা ঐখোয়গী ফাইটিং ফোর্সতা য়াম্না খুদোং চাবা অমা পীগনি, চিনাবু উফুল লেকহনগনি; ঐখোয়গী লৈবাক্কী মিংদা মায়থীবা অমসুং মিংচৎথীবগী অমকপা মিংথোল পীথিবা অদু কোক্লনবা চিনাগা অরোইবা লানফম অমা থেংনবগী কান্নবা লৈ। পৃথিবীনা মতমদুদা ভারতবাসিশিংগী থমথেংবা অরাংবা থৌনাফবা অদু উবা ফংগনি, মরমদি পাকিস্তানগুম্বা য়াম্না পীকপা শক্তি অমগা লাল তৌনবনা করি ফাগি ওইগনি।

ইন্টর্ন্যাশনাল ফ্রন্টতসু চিনাগা শাথিবা মপুঙ ফাবা লাল অমা থেংনবনা য়ামনা কান্নবা ফল লৈগনি। রুশিয়ানা মহাক মশাগী কান্নবা য়েংদুনা ভারতকুম্বা অচৌবা লৈবাক অসি চিনানা কন্ট্রোল তৌথগী তাঞ্জা অমা কৈদৌঙৈদসু পীরোই। মসিগী রাখল অসিনা রুশিয়াবু কাটি থাদুনা হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা ভারতকী মতেং পাংলক্কনি। মদুনা চিনানা মীরমদা লান্দাবা অদু থিংলক্কনি। অমেরিকাসু নমদুনা ফিভমনা ভারত অমসুং পাকিস্তানগী মরিগী পোলিসি হোংলক্কনি। হেক য়েংবদা উবা মরমদি লৈবাক অদুনা চিনাগী কেমতা চংশ্রবা পাকিস্তানদা মতেং পাংদুনা মদুগী খুদোং থীবদু লৌনিংলোই। চিননা থোইদোক হেন্দোকনা শক্তি লৈবা, এশিয়াগী সীনদা লাম্বা লৈত্রবা লৈবাক অমা চিননা ওইরকপা তারবদি মদুগী রারোইশিন্দা গনতন্ত্র চংপা লৈবাকশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী চাউবা লৈবাক ওইরিবা ভারত্তা হেন্না চাউবা মতেং পীরক্কনি। পাকিস্তানদি অমরোমদা কামথৎলবা মিলিটরি ডিক্টেটরসিপনা শাসন তৌবা লৈবাকনি। মদুনা কুইনদগী লাম্না চৎলুরবা ফোরেন পোলিসি অদু চুমথোক্লবগী তাঞ্জা অমসু পীগনি। হৌজিক্কী রার অসিগী পাড়াদি পাকিস্তানগুম্বা খুৎলাই খর পাইজরবসু 'ডমি কণ্ট্রি' ওইবা লৈবাক অমনা ভারতকুম্বা অচৌবা নুপাথোকপা ন্যাশন অমদা শুক-তোক্নুনা কিহনবনা পোলিসি মওং হোংদোকপদা অচৌবা ফেক্টর অমদি ওইহনগনি। অকনবা নীঙতম্বা পাম্বা ভারত্তা মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা কিহনবা পোকহল্লকলিবা চিনাগী মায়োক্তা অচৌবা নিউক্লিয়ার শক্তি অনিগী অপুনবা ফন্ট্র পাম্বশিংদা য়ামনা পাম্নবা ডেভেলপমেন্ট অমা ওইরক্কনি।

হৌজিক্কী অসিগুম্বা 'লিমিটেড' বার অসিগা মান্নদবা 'টোট্যাল' বার অমা মদুদা ঐখোয়গী লৈবাক্কী খুদিংমক কয়া শরুক য়াদুনা 'অল-আউট' বার অমগী থৌরাং তৌবনা জাতিগী ব্রাখন্দা অচৌবা শেংদোকপা অমা ওইগনি। মতম কুইনা বৃটিশকী মথা পোন্দুনা নোম্বুনা, মীনাই ওইদুনা লৈরকপদগী শুনিংদবা, মশাগীতা য়েংবা, লৈকোক লৈকাইগী ওইবা কান্নবতা থনবা ওক্কবা শাজংতা হৈনরকপা, অসিগুম্বা অশোনবা দোষ কয়া অসি কুইনা শোক্লবা লালনা মৈ ওইনা মপুঙফানা, চাকথেকখিদুনা অপুনবা থৌনাফবা জাতি অমগী সনাগুয়া লংলবা অশেংবা জাতি অমা উবা ফংলক্কনি। অদুনা ঐখোয়দা মতম থরগী ওইনা অৱা অনা থর নংলবসু অচৌবা টোট্যাল বার অমবুদি ঐখোয়না তরামনা ওকফম থোকই। অওইবনি, ঐখোয়না থৱাই য়াওনা সিগুম্বা লানফম অমগীদমক্তা প্রার্থনা তৌজগদবনি, ঐখোয় মীরোল কয়া লান্না লাল পামদবা শান্তি পাম্বা জাতি অমা ওইনা থম্মোইগী ঈছলদগী খাওদুনা লাক্লবসু ঐখোয় শান্তি, নীঙতম্বা অমসুং মিংচংকীদমক্তা মমল পীবা তাই, মমল অদু অদুক্কী মতিক থুনা পীরগা অদুক্কী মতিক হেন্না ফগনি।

# জাতিসি লাম্লেংনরিবনি

## ২- শীঙনরকপা পুম্বা থেংনবা

মশানা মশাবু থাজবা, নীঙতম্বগী য়াংলেন শরু, অ্যাটোম বোম – চাকখাওনা শীঙনরকপা – শেন্তমক খনবা তোক্কদবনি – মীরৈপাক্কী মিপাল তাংবগী ফল – ইংলণ্ডগী খুদম – জতিগী মোর‍্যাল শাগৎপা – সরকারগী দায়ী – চিংনবা য়াবা পোৎচংদা মান্নহনবা লম্বী – হৌজিক্কী লাল অসি, দণ্ডি পীদুনা শেংদোকপা – 'অপসর্জ' অমসুং অরোইবা মরাচেৎপা অমত্তা ওইবা মপুম – হিন্দু ন্যাশনালিজম, খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা মতোল

হৌজিক্কী ফিভম অসি অ্যঙ্গল অমদগী হেক্তা য়েংবদা ঐখোয়দা শীঙনরকপা, অমসুং ঐখোয়গী মীশিংদা খুদোংচাবা পীবা তাঞ্জা অনিসিনি। য়াম্না মরু ওইনা শীঙনরকপা ঐখোয়না মায়োক্নগদবা অমদি ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিগী য়াম্না মরু ওইবা সেক্টর খুদিংমক্তা ইশাগী মতিক চানা ওকপা ওইহনবা হায়বসিনি।

### নীঙতম্বগী য়াংলেন শরু–ইশানা ইশাবু থাজবা

জাতিগী পুন্সিদা খ্বাইদগী চাউবা অওইবদি ইশানা ইশাবু থাজবা- 'স্ববলম্বন' না নীঙতম্বা অমসুং চাউখৎপা জাতি অমগী য়াংলেন শরু ওইরবতদা ওইথোক্কনি, অদুগা জাতিদা শক্তি লৈন ঐখোয়দা মদু ওইথোকহন্নবসু হৌজিক্কী তাঞ্জা অসিগুম্বা মমাঙদা অমুক্তা থোকখিদ্রি। অহানবা, থোইদোকপা চঙশিনগদবা থবক্কী লমদি ঙাকশেলগী মরমদা ইশানা

ইশাগী মখা পোঞ্জগদবনি। হায়বদি, ঙাকশেলগী লম্বী মীখা পোন্দনবা ঐখোয়না ঐখোয়গী বার পোটেন্সিয়েল শেমগৎকদবনি, মীরৈশাক্তি শক্তিশিংগী তেংবাংগী মখা পোম্লোইদবনি। সরকারনা ইণ্ডষ্ট্রিয়্যালিষ্টশিং, সাইয়েন্টিষ্টশিং অমসুং টেকনিশিয়ানশিংদা শোখোক পুথোকপদা মখোয়গা পুন্না থবক তৌশিন্ননবা অ্যাপিল তৌগদবনি অদুগা য়েক্রবশিংনা ক্ংলিবা খুংশু খুংলাইশিং অদুদগী হেন্না ক্বা খুংলাইশিং পুথোক্লবা হায়গদবনি। কম্যুনিষ্ট চিনানা এটোম বোম শাখিবনা মরম ওইদুনা ঐখোয়সু মদু শাবা তৌদবা য়াম্রবনি। অদুতদা মীয়ামনা অমসুং খুলাই পায়বা লাম্নীশিংনা মপুক্লিংদা লালদা তৌবা ঙম্বা অমসুং অরোইবদা মায়পাকপা ক্ংগনি হায়বগী থাজবা পোকহনগনি। রাজনীতিগী অনৌবা মত পুথোকপশিং নত্রগা মহৈ তম্ফম শঙগা মরী লৈনবশিংনা থিংবা নত্রগা তৌহন্দনবা তৌবা য়াহম্লোইদবনি।

## শিল্পী অমসুং বিজ্ঞানহৈবা পণ্ডিত খুদিং

মখা তাবদা, ঐখোয় খুদিং, লৌমিশিং, থবকশুবশিং ইণ্ডষ্ট্রি তৌবশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পা শিনফমদা পুন্সি লেনবশিং, পুম্নমক পুনশিল্লগা দরকার ওইবা লম্লোনপোৎশিং পুথোক্লবা অরেপ্পা ব্রাখলগা লোয়ননা হোৎনগদবনি অমসুং ঐখোয়গী নুমিৎ খুদিং চঙবা পোৎচং ফাওবা অতোপ্পা লৈবাকশিংদা মখা পোনবা অসি তৌহম্লোইদবনি। ফেক্টরি খুদিং লৌবুক খুদিংমক য়াইদগী ব্রাংবা চাংদা পোথোক পুথোক্লবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না মরু ওইবা পোৎশিংদা অব্রাৎপা নত্রগা মমল য়াম্না তাংবদা ইচম চম্না খাংদুনা লৈথোকলোইদবনি।

অদুগা সাইয়েন্টিষ্টশিংনা, তোপ-তোপ্নবা, লালগী থৌরাং তৌবা হায়বসি মখোয়দা অচৌবা শীঙনবা অমনি, মরু ওইবা পোৎ কয়াশিং সাইয়েন্টিষ্টশিংগী লীচিংনা অমত্তা ওইনা কন্না থব্রায় য়াওনা হোৎনদুনা পুথোকখিবনি। দরকার ওইবা পোৎলম হায়বসি, হায়নৈ অনৌবা পুথোকপগী মমানি। 'রাদার' অসি বৃটেন্না পুথোকখিবনি অদুগা 'অ্যাটোম' অসি পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওদা পোকখাইখিবনি। ঐখোয়গী সাইয়েন্টিষ্টশিং অসি

বুদ্ধিলৌশিংদা অমদি অনৌবা পুখোকপগী শক্তিদা পৃথিবীগী খ্বাইদগী ক্ষবা সাইয়েন্টিষ্টশিংগা লাম্বা তৌবদা নোম্লা নত্তে। হৌজিক মখোয়না শীঙনবা অসি য়াবা তাই, অমসুং অনৌবা ক্ষয়া পুখোকপা তাই, চুম্নগী মতৌ তম্বতনসু য়েক্লবশিংবু পাজল হুলহুনগনি অদুগা শান্তিগী মতমদা জাতিগী চাউখৎলবা খুংলাই ওইগনি।

## পুক্না শীঙনবা

মদুদগীদি 'ফুড সেক্টর' দা লাক্লে, খ্বাইদগী মকোক ওইবা অমসুং অথুবা মতমদা ৱাখল চঙগদবসি। ঐখোয় খুদিংনা খঙলিবা অদুনি, ঐখোয়গী লৈবাকসি চিঙ্গাক ৱাংপগী সমস্যা নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লিবনি। অথুবা মতমদা মতিকচানা চিঙ্গাক সপ্লাই তৌননবা অমসুং মরু-মরাং ফংহন্নবা দাবী তৌদুনা অন্দোলন অমসুং ডেমোনষ্ট্রেশননচিংবা চৎপা অসি নুমিৎ খুদিংগী থোকপা থৌদোকনি। করিগুম্বা মতমদা অ্যাজিটেশন অদু হিংশাগা লোয়নবসু তোয়না থেংনৈ। মসি অচুম্বা ওইরে মদুদি অ্যাজিটিশন অসি হৌজিক কান্দদি মীয়ামগী অপাম্বা, অৱা অনা কয়া ফোংদোক্লনবা পুন্নমক্লা য়ানরবা মওং অমসু ওইশিল্লকলে। মীয়ামনা তুমিন্না ফন্নগা খোঞ্জেল থোক্তনা অৱাবা খাঙদুনা লৈরবদি সরকারসু তুমদুনা লৈ অমসুং মীয়ামগী অৱাবা অদু থৌশারক্তে। সরকারনসু মতা চাদবা অ্যাজিটেশন থোরক্তনবা হান্না থৌরাং তৌবগী ৱাখলসু লৈতে। কোলহাপুরদা থোকখিবা থৌদোক অদুনা ঐখোয়গী মাঙদা ময়েকশেংবা অমা ওইহল্লে। টাউন অদুদা চিঙ্গাক ফংদবগী অ্যাজিটেশন অমা থোকখি। চাক লাম্নবা মীয়ামনা লুট অমসুং রাইওট তৌখি। অসুম্না হায়নৈ, মহৈ মরোং চান থক্লবা অদু হাপ্তা অমত্তং ঙনখৎনা টাউন অদুদা থুংলম্বা থোক্লবদি রাইওট অদু থোক্লমলোই। লুট অমসুং রাইওটিং তৌব্রবা মতুংদা চিঙ্গাকশিং অদু মক্ষমদুদা থুংলখিবনি।

অরোইবা ৱারোই অমা পুরক্লবগী ৱাখন্দা অ্যাজিটেশননা মতেং ওইগব্রা? পোখোক পুখোকপা অমসুং য়েস্থোকপনা চিঙ্গাক্কী সমস্যা অসি লোইশিন্নবা পাম্বে অনিনি। অ্যাজিটেশননা অনিশুবা পাম্বে ওইরিবা চিঙ্গাক

য়েঙ্খোকপা অসিদা হেন্না য়াথল চঙসি। তৌইগুম্বসুং, মদুনা মপুঙ ওইবা সমস্যা ওইরিবা চিঙ্গাক পুখোকপা হায়বসিবুদি অসুম খন্দুনা কম্মদুনা লৈখোঙ্কত্রা নত্রগা মসিগীসু অরোইবা য়াখৈবা অমা পুরক্লবা হোৎনকম খোঙ্ক্রা?

**মাঙতাক্লঙাই ওইবা শেলনা ওন্নংপা তোক্লসি**

খুদম ওইনা হায়বদা, ঐখোয়গী লৈহাও চেনবা লম একর মিলিয়ন কয়া শৈশা তান্নবা পোথোক্কীদমথ শিজিন্নখ্রে। উত্তর প্রদেশতা অমসুং বিহারদা য়েংসি, মফম অদুগী ফৌ অমসুং গেহু থারম্বা অয়াম্বা শরুক হৌজিক চু থাবদা শিজিন্নখ্রে। মদুগী ফলদি মপান্দা গেহু থাদোক্লম্বা ইউ পিনা মশাগী শিজিন্নবা কোন্নদদুনা পঞ্জাব অমসুং অতৈ লমদগী চিঙ্গাক লৈরে। মহারাষ্ট্রদা মীশিংনা য়ু শুংবদা শিজিন্ননবা অঙ্গুর থাবদা লম য়ামনা শিজিন্নখ্রে। অন্দ্রপ্রদেশতা হিদাকমনা থাবা চাউখৎনবগীদমক সরকারগী তোঙানবা ডিপার্টমেন্ট অমা হিদাকমনা থাবদা পুক্লিং থৌগৎনবা হোৎনৈ। লৈবাক হুরাই থাবসিসু মফম অদুগী কেশ-ক্রোপ অমনি। ঐখোয়না সিগুম্বা মায়ওন অসি থিংনবা হোৎনগদবনি অমসুং লমশিং অদু চিঙ্গাক্কী ওইবা মরু-মরাং নৌনা থাহৌনবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না ইম্পোর্ট তৌবা তারবদি অদুম ইম্পোর্ট তৌগদবনি, খুদম ওইনা, গেহুগী মহুত্তা চিনি ইম্পোর্ট তৌগদবনি। ঐখোয়না খঙহৌদনা থোকপা থৌদোক অমদা ইম্পোর্ট তৌগদবনি। ঐখোয়না খঙহৌদনা থোকপা থৌদোক অমদা ইম্পোর্ট তৌবা লেপ্লবদি, চিনি ইম্পোর্ট তৌবা খুদিং লেপকদবনি। চিনি ফংদবদদি ঐখোয় শিরোই অদুগা চেঙ অমসুং গেহু ফংদ্রবদি শোয়দনা শিগনি। হৌজিক্তি ঐখোয়না উরিবসিনি ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা অমেরিকাদগী গেহু ইম্পোর্ট তৌনবা কোইচেল চেল্লি, মদুসু পি এল ৪৮০ গী মখাদনি।

হৌজিক, মীশিংনা 'ক্যাশ ক্রোপ' পাল্লিবা করিগীনো মরমদি ঐখোয়না ঐখোয়গী নোংম-নোংমগী পুন্সিদা শেলবু হেজিন্না মরু ওইনা লৌনরকপদগীনি। শেল হায়বসিমক্তি পোৎকা পোৎকা ওন্নবগী মেডিয়ম অমা

ওইবতনি অদুগা খুৎলাইনি। লাইবকথিবদি খুৎলাই অদুবু ঐখোয়গী মাষ্টর ওইবদি য়াহল্লোইদবনি। শেলতবু মরুওইনা লৌবা মিৎয়েং অসিনা ঐখোয়গী পুন্সিবু খুদুম চনগ্নবদি মতৌ করম্না খুঙ্গংগী মীশিংনা মখোয় মশামক চাবা কোল্লনবা অমসুং সিটিদা লৈবশিংবুসু থাক্লনবা মতিক ওকপা চিঞ্জাক মরু-মরাং য়াওদনা ঐখোয় করম্না হিংগদৌরিবনো? তশেংবনি ঐখোয় শেল চাদুনা হিংবা য়ারোই।

চিঞ্জাক্তা ঐখোয় ইশাগী কোন্নজবগী ৱাখলসি জাতিগী ঙাকশেলগী দমক্তদি তঙাইফদবা অমনি, মসি ঐখোয়গী লৈবাক্কী লৌমী পুম্নমক্কী ৱাখল্দা চঙহনগদবনি। ঐখোয়গী মীয়ামগী পীজনবা মতিক ওকপা চিঞ্জাক পুথোকপা হায়ব জাতিগী অশেংবা থৌদাংসি মখোয়গী ৱাখল্দা ফাওহনগদবনি। মদু ওইরবতদা, মখোয়না পাম্বা মতুং ইন্না অতে শেল থোকপা মহৈ মরোং থাগে হায়রবসু থাহনবা য়াই। সরকার অমসুং প্রজা তানদুনা অসিগুম্বা পায়খৎলগে হায়বা থবক পুথোক্কদবনি, অসুম তৌরবদি ঐখোয়গী লৈবাকনা য়াম্না দরকার ওইবা পোৎলমশিংদা ইশানা ইশাগী মথা পোঞ্জবা হায়বদু ওইগনি।

### মীরৈপাক্কী মিপাল তাংবগী মমল

মতমনা অসুম চঙশিল্লক্লগা ইশানা ইশাবু থাজজবগী অথুবা অৱাং-অপা থুংহনবা ঙম্নবগী ৱাখল অসি হেন্না ময়েক শেংলক্কনি। সরকারগী ৱারেপ, ঐখোয়গী মায়কৈদা ঈশিং ৱাত্তুনা মহৈ মরোং খুইথরক্লবা মতমদা য়াম্না পীনহৈবা ওইদুনা পাকিস্তান্দা ঈশিং খোংগী ঈশিং পীবা, ঐখোয়গী ঙাকশেনগী থৌরাংগীদমক্তা পৈশা অমা ফাওবা চেকশিনগদবা মতমদা মখোয়দা লুপা কোটি কয়া পীবা চখবা, অসিনচিংবা অসি থোইদোকপা য়েংশিনগদবা পোইন্টনি। মসি তশেংলবনি, মদুদি ঐখোয় ৱার্ল বেঙ্কনা তকশিল্লকপদগী মদুগী তৌদবা য়াদ্রবা ফিভম কয়ানা মীঙোন্দগী শেঙ্খং লৌবদা তাখিবনি। মসি ঐখোয়না হৌখিবা চহি কয়া অসিদা ইশাগী শেঙ্খমগী

ইরোন্দোম লেগচবগী চেকশিন থৌরাং নিংথিজনা তৌহৌদবদগী পীরিবা মমলনি। চিঞ্জাক্তা, শেন্থুমদা, অমসুং অতৈ খুদিংমক্তা মীওোন্দগী নিগনি হায়বগী হৈনবী অসি লৈবদগী হৌথিবা চহি তরানিপাল অসিদা ইশানা ইশাগী হোৎনজবগী থৌনা অমসুং নুপাথোকপা পুম্নমক মহী ময়াই চমথিদুনা ঐখোয় য়াম্না হন্থবা মীনাই ওইবগী থাক্তা হন্থরকখি। মসিদা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মপান্দগী তকশিল্লকপা থিংননবা অমসুং পাকিস্তানদা ঐখোয়গী ঈশিংখোংদগী ঈশিং লিকলা অমা ফাওবা পীদবা, মখোয়দা শৈশা অমফাওবা পীদবা, অসিনচিংবা কয়াগী থবক ওইনা পাওথোক্লবা তাঞ্জা লৌহৌগদবনি। অসুম্না তৌবসিনা মখোয়গী অপাম্বা কয়া ফংননবা খৎনবা হৌবগী থবক্তু লেপহনগনি। পাকিস্তানগা তৌনবা "ক্যান্যাল বাটর ট্রিটি" হায়রগা খঙনবা অদুদি লৈবাক্তুনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দাবকপা হেক মতুংদা মশানা অদুম ককচপ্রবনি। অচুম্বদি ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা পার্টিশন মতুং চহি তরানিপাল অসিদা মখল কয়াগী এগ্রিমেন্ট কয়াগী মখাদা মখোয়না ঐখোয়দা লান্দাবকপদগী মাওহনখিবা মমল ওইনা পীকম থোকপা ক্ষতিপুবন পুম্নমক তালহৌকম থোকপনি। অসিগুম্বা অচেৎপা ফিবেপ অসিনা ঐখোয় মতম খবদি বাবা যাই, অদুবু অনৌবা বাবেপ অদুনা জাতিগী মপাঙ্গল কলহনগনি, মতুংদা ঐখোয়গী শেন্থুমদা মবোন্দোম লেপ্পা ঙমলক্কনি।

ঐখোয় খঙমিন্নসি মদুদি জাতিগী নীঙতম্বা ঙাক্তুনা থম্বগী অশম্বা লম্বী লৈতে। জাতি খুদিংমক মশানা মশাবু থাজবা, মশাগী থাদোক্তুনা লেপ্পা নাইদনা শাথিবা লম্বীদা চঙশিল্লবতদা পম্থুং অদু য়ৌবা ঙমগনি।

নীঙশিংবা য়াবা পাওতাক অমা

পাওতাক ওইবা য়ারী মচা অমা লৈ। উচেক অমনা লৌবুক্তা মহুম অমা শাজে। মহৈমরোংদু লোক্তমদাইদা লমগী মপু অদুনা মচাশিংদা মাগী মরী-মতাশিংদা লাক্তুনা লৌবোকপদা মতেং পাংলনবা শিন্নরমই। মহুমদা লৈবা উচেক মচাশিং অদুনা লৌবুনা হায়রম্বা অদু তারমই অমসুং পাখৎলমই। মখোয়না মমাদা নুমিদাংয়াইরমদা পাউ অদু তম্নমই অমসুং মহুম অদু খুনক্তা

থাদোক্লবা তকশিল্লমই। তৌইগুম্নসুং উচেক মমাদুনা মচাশিংদু অথুবা করি অমত্তা লৈতে হায়রদুনা থেমথরমই। নোংম নিনি হৌগ্রে লৌবুক্তুদা কনা অমত্তা লৌরোকপা লাক্লে। লৌবু অদুনা লৌবুক্তুদা অমুক হন্না লাক্লে অমসুং মচাশিংদা মীনাইশিংবু থবক অদু তৌহল্লু হায়না হায়রমলে। উচেক মচাশিংদুনা পাউ অদু মমাদা অমুক তমলে অমসুং মমানা মখোয়দা অমুক হন্না হ্রাদনবা হায়রমলে। অমুক হন্না অহমলক শুবদা লৌবুদুনা লৌবুক্তুদা লাক্তুনা মচাশিংদা অসুন্না হায়রমই, "হৌজিক কনা অমত্তনা ঐখোয়দা মতেং পাংগে হায়দ্রে, ঐখোয় ইশামক্লা থবক অসি তৌরসি, থবকসি হয়েংদগী হৌরশি" উচেক মচাশিংনা পাউ অসি মমাদা অমুক তম্বদা উচেক মমানা হায়রমই, "ফরে হৌজিক্তি ঐখোয় মফমসি থাদোকপগী মতম ওইরে, ঙসি কাওবদি লৌবুসিনা মহাক্কী থবক শিং তৌবদা অতোপ্পা মখা পোনবশিংদা শিন্নে, অদুনা থবক অদু পায়খৎপা হৌবগী তাঞ্জা লৈতে। হৌজিক্তি মহাক মশামক লাক্তুনা থবক তৌননবা লেপশ্লবনিনা শোয়দনা হয়েংদগী থবক হৌরগনি।" হ্রারী অসিদগী লনাই মীওইশিং অমসুং জাতিশিংদা তমগদবা পারা অমা লৈ, মসি ঐখোয়না মতাং অসিদা অতৈ মতম পুন্নমক্তগী হেন্না ঐখোয় ইশামক্লা খন্নবগী কান্নবা লৈ।

অরংবা খুদম অমা

ঐখোয়গী মী-শিংদা মরৈপাক নীঙবগী শক্তম মতা অদু তম্বগী কান্নবা লৈ। ঐখোয়গী লৈবাক্কী নুংঙাই য়াইফবতা খনবনা মতিক ওক্লে। ঐখোয়না কয়া নিংথিজনা জাতিগী য়াইফনবগীদমক্তা অশান্বা ফোংদোকপা অমসুং মদুগী মতুং ইন্না থবক তৌবা অদুসু খঙবা তাবনি।

মরৈপাক নীঙবগী শোকপদগী লোয়নরকপা যৌনা অমসুং গুণগী থবক ওইনা চংনবা য়াবা মওংগী অরংবা খুদম অমা ইংলণ্ডদা থোকখি। অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও থোরকপা মতমদা ইংলণ্ডনা ভারতকুম্বা লৈবাক্তগী চিঞ্জাক লৈদুনা পুবা য়াম্না লুনা থোকখি। চানবা চিঞ্জাক পুবদা জর্মননা

'টোরপেডো' না কাপখায়দুনা চিঞ্জাকশিংদু মাঙহল্লি। ইংলণ্ডদি মতম অদুদা চাকখাউনা শীঙনরকপা অদু মায়োক্লদুনা লৈরম্বনা মখোয়গী লালগী থৌরাংশিং অদু থুপচিনবা তারমই। মখোয়না মাষ্টর প্লান অমা পুথোক্লুনা লৌউ-শিংউবা পোৎচৈ থাবা য়াবা লম মচেৎ খুদিংমক খোইগাইরমই। মখোয়না মরু মরাংশিংগী মগুন অমসুং মখোয়গী মহৌশাগী ওইবা মওংদু লেপথোক্লমই অমসুং চাথোক পুথোক্লমই। চহি অমা চুপনা কষ্টা থোকনা, পথাপ নাইনা চৎনহনবদগী 'ফুট ফ্রন্ট' তা মশাগী চিঞ্জাক কোয়নবা থোকহনবা ঙমখি। ইংলণ্ডনা তঞাইফদনা দরকার ওইবা চিঞ্জাক পুথোকপা ঙমখিবদগী লাল অদুগী মরু ওইবা চেলেঞ্জ অদু মায়পাকনা মায়োক্লবা ঙমখি। লৌউ-শিংউবগী লম য়াম্না চাং হম্বনা লৈবা ইংলণ্ডদা মদু মিত্রংগী মতৌগুম থোকখি। মসিগী ওয় তৈনবদা ঐখোয়গী লৈবাক অসি কয়া পাকচাউবা লৈহাওচেনবা লম লৈরিবা! ঐখোয়গী লৈবাকসি মসিগী লৈহাও চেনবগীদমক্তা খঙনরিবনি। অদুম ওইনমক ঐখোয়গী ইশানা ইশাগী কোয়জনবা চিঞ্জাক পুথোকপা ঙমদে। শীঙলবা অসি মায়োক্লনবা ঐখোয়গী জাতিগী 'স্কিল' শিজিন্নবগী হৌদোকপা অমসুং থৱাই য়াওহনবগী দরকার লৈ, মদুনা জাতিগী স্কিলবু শেমগৎ-শাগৎপগী চ্যানেল অমা ওইহনগনি।

## জাতিগী মোর‍্যাল শাগৎপা

অসুম্না য়াম্না বাংবা থাক্তা জাতিগী মোর‍্যাল শাগত্তুনা য়াম্না মরু ওইবা ৱাহং অমা শেম শারি। হৌজিক হৌজিক্কী অমসুং অশাংবা মতমগী ওইনা ঙাকশেন্দা, চিঞ্জাকতা, ইন্দাষ্ট্রিগী পোৎ চৈ পুথোকপদা ইশাগী ইরোমদোম কোয়জবা, ইশানা ইশাবু থাজজবা অসিনচিংবা অসি ইরৈশাক্কী মীপুম খুদিংনা মায়পাক্লবগীদমক শেম শাবা অমসুং মখোয়গী ঈ, হমাং অমসুং পিনচিংবা কখোক্লবতদা ওইথোক্লনি। লিশাং শিংনা জাতিগী ৱাখল চেলহন্নবা হৌদোকপনা ইশাগী ওইজবা থাদোকপগী লোইবা নাইদবা ঈফুৎ অদু হাংদোকপা ঙমগনি। মরম অদুনা জাতিগী ওইনা হোৎনবা পুম্নমক অসি কুপনা য়েংশিন্দুনা থোইদোকপা জাতিগী মোর‍্যাল ৱাংখৎপদু উবা ফংগনি।

**লন্নোন-ঈতিক তৌবা মী খুদিং**

মতাং অসিদা লন্নোন-ঈতিক কারবার তৌবা মী কাংলুপ শিংগী পাংথোক্কদবা মরু ওইবা থৌদাং য়াম্না চাউই। লাল মনুংদা, পোং-চৈ মমল তাংখংলি, অরৈবনা য়ামই অদুনা লন্নোন-ঈতিক তৌবশিংগী চৈকু য়াম্না কন্না কংবা লমদমদা, পুন্সি অমসুং সম্পত্তি মাঙ-তাকপা তারবদা, সমাজগী মায়োক্তা লৈবা নীতি জ্ঞান লৈতবা, কত্তবা লন্নোন-ঈতিক তৌবা মীশিংনা খুদোংচাবা লৌদুনা মীগী পুন্সিবু শেন্দাল লম্বী ওইনা শিজিন্নরকই। ১৯৬২ দা, চিনানা লান্দারকপগী অম্বাবা নংলবা মতমদা মীশিংনা তেজপুর থাদোক্তুনা চেন্নরমই অমসুং ব্রহ্মপুত্র তুরেল লাম্থোকপা তারমই। রিক্সো থৌবা কাংবু অমসুং হিংহোনবশিংনা মী অমদা লুপা ৫০ দগী ১০০ ফাওবা তারা লৌখি। অসিগুম্বা থৌদোক হান্দক্তা জামনগরদসু থোকখি। শিব য়ানা অম্বা অনা নংলবা মচিল-মনাওশিংদা কনবিবগী মহুত্তা মথোয়গী খুদোংথীবা তারিবা অদুগী কাম্নবা লৌদুনা নৈহত্তুনা শুমদুনা চানবা হোংনখি অমসুং মীওইবগী অম্বাবদা শেন্দোং তানবা লন্নোনপোং ওইহনখি। মসিদি মীচাবশিংগী নীতিনি। ভঙাইফদনা চঙবা পোংচঙশিংদা মমল হেন্না লৌবা হায়বসি চৈনঙাই ওইবা থবকনি।

লন্নোন ঈতিক তৌবা মী কাংলুপনা অসিগুম্বা মওং অসিদগী চেকশিন্নগদবনি অমসুং মরু ওইবা সেক্টর অসিদা চিরবা মতমদা মীয়ামগী মোর‍্যাল শোকহল্লক্লিবা অসি উশিনগদবনি।

**খুজং খুদিংদা**

খুজং খুদিং, সহর খুদিংদা পুন্নমক্তা নিয়ম নাইবা অমদি লিংজেল ঙাক্তুনা থমগদবনি, কোমথোকপগী খুদম অমত্তা উংলোইদবনি। লানফমদা ঐথোয়গী মী-শিংগী মোর‍্যাল শোক্কদবা থৌদোক হ্রাথোক অমত্তা থোকহল্লোইদবনি। মনুংগী শান্তিদা অকায়বা থোকহনবা য়াঁবা মীওইশিংগী মথক্তা চেকশিন্না য়েংশিনগদবনি অমসুং লালগীদমক থৌরাং তৌবদা মথং মনাও নাইদবা অমসুং থুগায়লাকায় তৌবা য়াহল্লোইদবনি। ঐথোয় ইশানা

ঐখোয়গী ঈংনা নুংঙাইনা পানবদা অকায়বা পীবদা য়াহন্নবা মরম লৈরে। মতম পুম্নমক্কী ওইনা মিকুপ নাহম শিংনা লৈবা হায়বদি নীঙতম্বগী মমলনি। সিবিল ডিফেন্স, ঙাকশেনবা থবক খুদিংমক্কীদমক খুঊশেনবা, সমাজ-বিরোধী ওইবা, জাতি বিরোধী ওইবশিংদগী চেকশিনবা মশুঙ ফানা চথগদবনি, মদুনা ঙমখৈ রাংমদগী হাইজিন্নকপা দেশকী সেকুয়রিটি মনুংদগী খুদোংথীবা থোকহন্নবা হোৎনবা 'ফিফথ-কলমনিষ্ট' শিংদা তাঞ্জা অমত্তা পীরোইদবনি।

সরকার

হিরম অসিদা সরকারগী দায়ী য়াম্না চাউই। মখোয়না য়াম্না চেকশিন্না 'মাঙহন-তাকহনবা তৌবা খুদিংমক অকনবা খুৎনা লাকশিনগদবনি, অদুগা অসিগুম্বা থৌদোক থোকপা খুদিংমক মীয়ামদা খঙহনগদবনি।

গুজরাট চিফ মিনিষ্টর বালবান্ট্রাই মেহতানা তোংবা সিবিলিয়ান প্লেন কাপথদুনা মাবু হাৎখিবা থৌদোক মতাংসিদা খুদম অমা ওইনা পনবা য়াই। প্লেন অদু পাকিস্তাননা কাপথখিবনি। মী পুম্নমক্কী রাখন্দা কন্না চিংনবা শোকখি, ঐখোয়গী ঙমখৈ মনুংদা লৈবা পাকিস্তানগী এজেন্টশিংনা ট্রান্সমিটরদা য়েকনবশিংদা মাঙজৌননা লংলা-লংজিল পুম্নমক পীরমখি। মী-শিংনা মসিমসু খঙলমই মদুদি ট্রান্সমিটর অদু দেশকী মফম খুদিংদা পাকশন্না থবক তৌহন্নমই। হৌজিক ফাওবদা থৌদোক অদুদা চেম্নবা য়েক্নবগী এজেন্টশিং অদু ফাখিদ্রা, দণ্ডি তৌখিদ্রা হায়বা খঙনীঙবগী লাংতক্নবদু কোকহনবা ঙমদ্রি। অসিগুম্বা ওথোরিটিস্ত ওইবা পার্ট ফংদ্রিবা ফাওবা ঐখোয়গী মনুংদগী য়েকনবশিং থেংননবা সেক্যুরিটিগী থৌরাং করি তৌরিবগে অশেংবা খঙদ্রিবা ফাওবা মীয়ামগী রাখন্দা চিংনবখি অসুম লৈরনি হায়বসি শোইদ্রবনি। মদুনা সরকার অসিদা মীয়ামগী থাজবা অদু শাথিনা শোক্রগনি; মদুনা মথাতানা হৌজিকী মতমসিদা অরাবগী মনাক ওইরগনি। সরকারনা অরানবা তৌবশিং অদু পুখোকপা ঙম্রবদি মদু ঐখোয়গী মীয়ামদা খঙহনগদবনি, মদুনা মীয়াম্না মনুংগী ওইবা সেক্যুরিটিগী থৌরাং অদুদা থাজহনগনি। মখোয়না থরাই য়াওনা মতেং পাংলকপা অদু নৌখৈনা হেন্দৎলকনি।

**শেল নত্তে; জাতিনা হায়া**

সরকারনা তৌবা থবক খুদিংমক্তা, শোয়দনা পুক্লিংদা থজগদবা থোইদোকপা য়াথন্দি মীয়াম্বু মখোয়গী থবক খুদিংমক্তা, ন্যাশন–ওরিয়েন্টেড ওইনবা শেম্বা অসিনি। সরকারনা পাকিস্তানি প্যারাট্রুপর অমা কনাগুম্বা অমনা কাবা গুম্বদা লুপা চামগা 'ক্যাশ অ্যাবার্ড' ওইনা পীনবা লাউথোকপা অদুনা চিন্নবা মতম অসিদা চেনবা য়াবা য়াথল মতা অদুগী মগুন চুম্না থৌগৎপা অদু মাঙহল্লি। শেলগী ওইনা তৌবা অ্যাপ্লিল অদুগী মহুত্তা মখোয়না মীশিংগী মরৈপাকনীঙবগী থম্মোইগী ঈহলদা অ্যাপ্লিল তৌদুনা লৌনম চাউবা য়েক্লবশিং খোঙ্গুল লীদুনা জাতি অসিবু মনুংদগী মাঙহন-তাকহন্নবা তৌরিবদু পুথোক্লবা হোৎনগবনি। শেলতনা অদুগুম্বা অ্যাপ্লিল ওইরবদি পাকিস্তাননা মখোয়গা য়ানদুনা তিন্নরিবশিংদা লুপা লিশিং অমা পীগে হায়দুনা সরকারগী অ্যাপ্লিল অদু চৎনহন্দনবা হোৎনরক্কনি, মরমদি য়েক্লবগী প্যারাট্রুপরশিং অদু পৈশা য়াম্না পুদুনা চৎলি অমসুং মখোয়গী কত্তবা থবক থৌওংশিং অদু পাঙথোক্লনবগীদমক ঐখোয়গী মীশিংবু শেম্না লৈদুনা ঐখোয়গী মীশিংবু জাতিগী মহুত্তা শেল মিহৌবা পোকহনগনি অদুনা ঐখোয়গী সরকারনা ফংগে খল্লিবা ফল অদুগী পুম্নমক তায়োন্নবা ওইরকপা য়াই।

**মান্নহন্নবগী লম্বী**

হৌজিক্কী থৌদোকশিং অসিনা উৎলে, জাতিগী ওইনা ভাব তাবা অমসুং হৌগৎলকপা থৌনা অদু থিংগ্রে নত্রগা থরমখৈদি মহ্ মরাই চমহনগ্রে, মশাঙ্গল কল্লবা পাকিস্তানগী এলিমেন্টশিংনা লৈবাকসিগী মকম পুম্বা শিন-থুংনা চাইথোকপ্রে। মমাঙদা মখোয়না লৈবাকসিদা মখল কয়াগী খুদোংথীবা থবকশিং পাংথোক্লুনা লাকই। হৌজিক মতম ফাওবদা মখোয়না মরক মরক্তা য়াইওং কয়া থোকহল্লি, হিংশাগী থবক কয়া তৌই অমসুং হৌজিক্কী ক্রাইসিস অসিদসু মখোয়না য়াম্না চিংননঙাই ওইবা শাজং শাওংদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমই, মদুদি মখোয়না মরু ওইবা জাতিগী পুন্সিগী ঈচেলদা অমত্তা ওইনা মান্ননা চংপা পামদে হায়বা তাকই।

মতাং অসিদা, মুসলিমশিংনা, খুদম ওইনা মখোয়গা ধর্ম্ম তিন্নবা লৈবাকশিং, ইরান, টর্কিনাচিংবগী মতৌ তমদুনা লৈবাকশিং অদুগী মীশিংগা তান্নুং-হেন্জংনবা হোৎনবা কান্নথা ওইগনি খল্লি। অরাবিয়াদগী ইসলাম শন্দোকপা হৌরকপা মতমদা য়ুমল্লোন্নবা লৈবাকশিং অদুগী মীশিংনা ইসলাম ধর্ম্ম লৌখি, তৌইগুম্বসুং মখোয়গী লোল, কলচর অমসুং পুন্সি মওংদি হান্নগী অদু ঙাক্তুনা অদুম লাকই। ইন্দোনেশিয়া মুসলিমনা মপুঙ ওইবা লৈবাক অমনি; অঙাং মচাশিং লাইরিক তম্বা হৌবদা মখোয়গী অহানবা প্যাড়া অদু রাম অমসুং সিতাগী মরমদগী হান্না হৌং। সুপ্নগী ঐখোয়সিদদি মুসলিমশিংনা মখোয়গী হৌরকফম মপা মপু লোল, চৎনবী রুহী অমসুং জাতিগী মপামপুদগী ফংলকপা সম্পতি পুম্বা লোইনা হুন্দোকই। অসুম্না মপা মপুবু কাওথোকপা অসিনা তোঙানবা লৈবাক অমা খাইদোকপদা লমজিংখি।

হৌজিক মতমদা উরিবা অহোংবা অসি ফিভম মতমনা ওইহল্লকপনি হায়বা য়াই, মসি ভারতনা মহাক্কী থৌনা অমসুং অন্নাবা খাংবগী লিংজেল চপ চানা উৎখিবা, অমসুং পৃথিবী পুম্বদা ফত্তবা তৌবশিংবু অশোয়-অমাং য়াওদনা হঞ্জন-হঞ্জন শাস্থখিবা অদুনা প্রমান ওইখি। অদুম ওইনমক, ঐখোয়না আশা তৌবা য়াই, অহোংবা অমা লাক্লিবা অসি মতমগী মতুং ইন্না মখোয়গী থম্মোইগী অশেংবা অওনবা অমা লাক্লম্বা য়াই। মখোয়না খঙগদবদি মখোয়সু মতম অমদা হিন্দু ওইরম্বনি, অদুনা লৈবাক অসিদা মখোয়গী রাজভক্ত ওইবা হায়বসি মখোয়গী মথৌনি, পুকচেল শেংনা লৈবাকসিবু সেবা তৌবা, ঈরৈবাকমচাশিংগী অন্না-নুংঙাইদা শরুক য়াবা অমসুং লৈবাকসিগী চৎনরোলবু ব্যাবহার তৌবা অসিনচিংবা তঙাইফদবনি। ঐখোয়গী ওইনা তৌকম থোকপনা ঐখোয় মতম পুম্নমক্তা অচেৎপা ব্রাখলগা লোয়ননা ঙাক শেনগদবনি, অদুনা অসিগুম্বা মীংজিং-মাংজিংনদুনা লৈরিবা মীওইশিং অসি মখোয়গী অপাম্বগী মতুং ইন্না জাতীয়তাবাদকী ঈচেন্দা লুপশিনখিগনি।

**দক্তি পীজুনা লেংদোকপা**

জাতিগী মরমদা ভাব ভাষা অমসুং অক-কন্ত ৱাখল ওক্তুনা থন্নবগী অরাংবা দরকার ওইবদি জাতিগী অপুনবা শক্তম মতম চুপ্পা লেংদনা থন্নবা সমস্যাশিং মতম পুম্নমক্তা উত্তুনা থম্বা হায়বসিনি। ঙসিদি, চিংনবা লৈতনা ঐখোয়গী জাতিগী ৱাখলসিদা থোইদোক হেন্দোক্না পুম্না হোৎনমিন্নবা মওং অমসুং ওইজবা থাদোক্লবগী মায়ওন লাকলে। ঙরাংতা, মশাগী ওইজবা থিনবগী পার্টি মনুংদা খংনবগী, শক্তি মুম্নবগী, মনুংদা মশেল লাম্বীনবা অসিনা জাতিগী পুন্সি অসি মচেং মকায় তারমই। তোথাই তানিংবগী ৱাখল্লা মদুগী অথিবা শক্তম য়োকখত্তুনা মরম কয়াদা উৎননবা হোৎনখি। হৌজিক্তি পুম্নমক অদু ঐখোয়গী থৌনা ফরবা জৱানশিংনা অশেংবা যজ্ঞগী মৈরিদা পুম্নমক তুমহনখ্রে। ঐখোয়গী জৱানশিংগী পুক্লিং থৌগৎপা মিংয়েংনা দেশকী কাচিন কোয়াদগী, কেরলাদগী মাদ্রাজ, মাদ্রাজদগী পঞ্জাব অমসুং বেঙ্গল ফাওবা লেংজুম লেংজুম ঙানদুনা লানফমদা অৱা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নখি, মরৈপাক্তীদমক্তা পুম্না লাহ্নেংখিন্নখি অমসুং শিমিন্নখি। মদুনা অমত্তা ওইবা থাইদোক্লবা য়াররোইদবা লৈবাক অমগী মুর্তি উংখি 'অচৌবা ভারত মাতা'। ঐখোয়গী পোকপদগী য়াওরকপা জাতিগী অমত্তা ওইবা হায়বা অদু অমরগী মশক ওইবা ইফুং অমুক নৌহৌনা হৌগৎলক্রমই, দেশ পুম্নমক অসিগী মখল মথেল পুম্নমক, ঐখোয়গী তোপ তোপ্পা পুন্সিগী লিপুন খণ্ডনা কপ্পাওনদুনা লৈরম্বশিং অদু মী অমত্তগী মতৌগুম্না হৌগৎলক্রমই, অচৌবা মপুঙ ফাবা মীওই 'বিরাট পুরুষ' অমগুম্না লেপখৎলক্রমই।

**ঈহৌ অমসুং তুংকোইনা মরাচেংপা**

পুম্নমক অসি কয়া কুইনা চংকনি হায়বা ঐখোয়না হায়বা ঙমদ্রা? ওত্তবা থবক্তা হৈনবা অমসুং মচেং মচেং ভানা কায়বা থৌওং কয়ানা ঐখোয়গী বোডি-পোলিটিক অসিগী হিংনবা পাঙ্গল পুম্নমক চিকথেক্তুনা লাকখিবা অদু হৌরবা মতমগী থৌদোকনি হায়না মতম পুম্নমক্কী ওইনা শোয়দবী পীবা ঙম্নগদ্রা?

ওক্টোবর ১৯৬২ দা চাইনিজশিংনা ভারত্তা লান্দারকপা মতমদা ফংখিবা জ্ঞান অদু ঐখোয়দা পাররা অমা ওইহৌই। লান্দারকপা খুদক অদুদা ঐখোয়গী মীশিংনা মী অমত্তগী মতৌগুম্না হৌগৎলমই অমসুং চাংদম্নগাই লৈতবা অপুনবা থবক অমসুং ওইহল্লিংবা পুম্নমক পুল্লমই। তৌইগুম্বসুং চাইনিজ শিংনা ইউনিল্যাটর্যাল সিজ-ফায়ার লাউথোকখিবা অমসুং মখোয়গী লাম্নী হন্দোকখিবা মতুংদা, কয়া কুইনা ঐখোয়গী ন্যাশন্যাল স্পিরিট অদু হিংখিবগে? খুদম অমথক তংতনা মদু থুনা লোইখি হায়বদু প্রমান ওইগনি। হান্দক্তা (জানুওয়ারী ১৯৬৫) ঐখোয়গী মরু ওইবা লোল ওইরিবা হিন্দী লোলগী মায়োক্তা মাদ্রাজদা ঈহৌ অমা হৌরকখি, মীরেপাকী লোল ইংলিসনা পুংপং পংথহনখি। লুপা কোটি কয়ামরুমগী মমল ওইবা জাতিগী সম্পতি মাঙহনখি। ইংলিস য়াম্না পাম্বা সেক্সন অমগী মরু ওইবা লুচিংবা অমনা লাউথোকখি মদুদি তুংদদি খা অমসুং অৱাংগী মী-শিংনা পুন্না লৈমিন্নবা হায়বসি ওইথোক্করোই, লৈবাক অসি খা অমসুং অৱাং হায়দুনা লৈবাক অনি থোক্লা খায়দোকপনা অমত্তা ঙাইবা লম্বী ওইগনি। অদুদি চাইনিজশিংনা লান্দারকপা মতমদা পীনখিবা ভাষন, জাতিগী অপুনবা শক্তম ঙাক্লনবা হায়দুনা মীয়াম হপনা ৱাশকখিবা অদু মীয়ামনা চিনাগী লাগী শুপ্নগী চহি অনিগী মতুংদা পুম্নমক মাঙখিরমই।

হৌজিক্কী ইমর্জেন্সি মনুং অসিদা ঐখোয়না হান্না হৈনখিবা শাজং অমুক হন্দিল্লকপগী ইঙ্গিং মানবা খোঞ্জেল খর তাই। ‘পঞ্জাবী সুবা’গী ৱাথোক অমুক হৌদোরক্তুনা সন্ট ফটেসিংনা চরা হেনবা অমসুং মপা কথোকপগী অলটিমেটম অদু হন্দোকখিবনি অমসুং মতম খরগী ওইনা ইহৌদু নেমথরকবনি। তৌইগুম্বসুং সিজ-ফায়ার লাউথোকখিবগী হেক মতুংদা হায়গী থংনবা অদু অমুক খুদক্তা হিংগৎলক্লমই, মমা লৈবাক্কী শহিদ ওইখিবশিংগী ঈত্তনা চোত্তুনা লৈরিবা পঞ্জাব অমুক হন্না মপোল থেংনবা লানফমদা লাকপিনখি।

**অন্নাবা মশানা খং-উন্নবা অমা**

ঐখোয়গী মকোক খোংবা লুচিংবশিংনা অচুম্বা মওংদা পান্না তমদুনা তৌশিনহৌদবা জ্ঞান অমা লৈরে। হৌজিক্কী মতাং অসিদা গুরুজীনা য়াম্না নুংঙাইতবা এক্সপিরিয়েন্স অমনি হায়না ফোংদোকখি। প্রধান মন্ত্রীনা পার্টি পুন্নমক্কী লুচিংবশিংবু পাকিস্তাননা লান্দাবরকপা তাঙ্গা অদুদা কৌখি অমসুং গুরুজী মশামকসু খন্নবা অদুদা শরুক য়ারনবা বার্তন তৌরকখি। মিটিং অদুদা লচিংবা অমনা হন্না হন্না 'ইয়োর আর্মি' হায়না ৱাঙাং খুদিং পল্লমই। মহাক ইতৎ তত্তনা ৱাহৈদু পল্লবদুদা গুরুজীনা ৱাহৈদুগী মহত্তা অন্নার আর্মি হায়বিয়ু হায়না প্রস্তাব তৌরমই। তৌইগুম্বসুং লুচিংবা অদুনা অদুম হায়দুনা লৈরবদা গুরুজীনা মরক থৎলদুনা হায়রমই "অদোমনা ঙাংলিবদু করিনো? অদোমগী ৱাহৈশিং অদুনা করি খংহল্লিবনো হায়বদু অদোম খংবীরব্রা?" অসুম্না মতম চানা নীংশিংহনবা অদুনা মহাকপু মিং পাংহল্লমই অমসুং মতুংদা মতোমতা চুমথোকচখি। অপুনবা য়ানবা মত অমসুং ওইহন্নিংবা অমত্তা পুরকপা ঙমখিদে, লান্দারকপশিং অদু তকথোকপা হায়বা ময়েক শেংদবা ৱাখল খর ফোংদোক্লখিবা নত্তনা অতৈ করিসু ৱারেপনখিদে মিটিং অদুদা য়াওররিবা মেম্বরশিং অদু কাংলুপ কয়া মরুমগী মীহুৎশিং ওইনা তৌই অমসুং অমগা অমগা য়ানরমদে।

অচুম্বনি, অসিগুম্বা হান্নগী কাংখোং নীক্লমদা অমুক হঞ্জিল্লকপা মতৌ অসি মমাঙগী হৌপ্রবা ইতিহাসতা কয়া থোকপ্রবনি। ঐখোয়গী সমাজ অসি কুম্ভকর্ণগা চপ মান্নে মতম খজিক্তং মিকপ থোক্লম্লগা মতম কুইনা তুমখুল তান্দুনা তুমখিবা অদুগুম্বনি। ঐখোয়না মায়পাক্লবা মতুংদা পোত্থাদুনা ঈংনা নুংঙাইনা লেপ্থোকপা অদুগা অমুক অরিবা খৎন-চৈনবা অমসুং তোখাই তাবদা অমুক্তং হঞ্জিল্লকপগী হৈনবী অসিনা য়েক্লবনা হেন্না কনবা চৈফু অমসুং ঐখোয়বু মায়খীবা পীবদা অচৌবা তাঙ্গা অমা হেক হেক পী। ১৮৫৭ কী অহানবা নীঙতম লালনি হায়না খঙনবা লালঅম অদুদা ঐখোয় মচিন্দা মায় পাকপা ফংখি, ফ্রিদম ফাইটরশিং অদুনা নুংঙাইথোকনা মতম লেল্লমই।

মকোক থোংবা লুচিংবশিং নানা সাহেব, টাপ্টিয়া টোপি নত্তনা অতৈ লোকেল লিদরশিং অমসুং অতৈ রেঙ্কশিং নুংঙাইনা পোখাদুনা লৈথোক্লমই, মখোয়গী খুদোংচাবা ফিভম অদুদা মায় পাকপা ঙম্মনবা কন্না তকশিনখিদে। মদুগী ফল ওইনা ইংলিসনা স্বর হোন্দোক্লবা মতম ফংখি অমসুং লালহৌ অদু অকনবা অহানবা খংয়ে য়ৈবা অমা পীদুনা মখোয়না মথক থোংখি, মখোয়গী লাম্নীগী শক্তি শেমগৎখি অমসুং নীংঙতম লাম্নীগী শক্তিবু মপুঙ ফানা মায়থীবা পীখি।

য়েক্লবনা লান্দারকপা মিকুপতা চুম্না হৌরকপা ব্রাখল ঈথিন্দগী জাতিগী মরমদা ভাব তাবা অমসুং জাতিগী অপুনবগী ব্রাফম হেন্না লুথনা অওই তানা খঙ্গদবনি। মদু ওইরবতদা তুংকোইবা জাতিগী অপুনবা অমসুং ভক্তি মরা তাহনবা ঙমগনি।

## ‘ইজম’ পুম্নমক চীঙলেম্বা ঙাক্তনি

হৌজিক মতমগী ক্রাইসিস অসিগী মনুংদা, ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা থাদোকপা অমসুং অৱা-অনা নংমিন্নবা লান্দারকপা য়েক্লবশিংবু তাম্বোকখিনবা পুন্না হোৎনমিন্ননবা ব্রাখল পোকহন্নবা কয়া হোৎনদুনা মখল কয়াগী অ্যাপ্লিল তৌরি। অ্যাপ্লিলশিংদু ডেমোক্র্যাসি, সেক্যুল্যারিজম অমসুং সোশ্যালিজমগী মমিংদা তৌই। ডেমোক্র্যাসিগী খ্বাইদগী ফজবা ব্রাখল্লোনদি নাগরিকশিংদা ফ্রিদম ওফ স্পিচ, থোট অমসুং এক্সনগী অধিকার পীবনি, মসি থাইনদগী চৎনরক্লবা শকথঙনরবা ‘হিন্দু ট্রাডিশন’ দগী হেন্না মপুঙ ফাবা মফম অমত্তা লৈত্রি। সেক্যুল্যারিজমনা ষ্টেটনা করিগুম্বা ধর্মমত অমত্তা তোপশিল্লোইদবনি, মদুনা ধর্ম্মগী থাজবা পুম্নমক চপ মান্ননা ব্যবহার তৌগদবনি; মসিসু ‘হিন্দু ট্রাডিশন’ গী অতোপ্পা মমিং অমনি। অচুম্বদি ‘হিন্দু ট্রাডিশন’ না নোংচুপলোমগী চুমনগী ‘টোলরেন্স’ গী কন্সেপ্ট অদুদগী য়াম্না লাম্বোকনা চৎস্ত্রে। হিন্দু ট্রাডিশননা ধর্ম্ম পুম্নমকপু চপ মান্ননা ‘অশেংবা’ ওইনা লৌদুনা ব্যবহার তৌই। সোশ্যালিজমনা শেম্বুমগী মান্নদবা কোকহন্নবা পাম্বে ওইনা লৌনরবদি, মসিদসু অমুক হিন্দুগী ব্রাখল অমসুং চৎনরিবা

শোয়কক্রবা সমাজ অমসুং শেম্বুমগী মীচং মীখায় নাইদবা খণ্ডনবা অমা ওইরমই। 'মনু' না লাউথোক্লমই মদুদি মী অমগী সম্পত্তি ফংবগী অধিকার অসি নোংমগী মহাক্কী দরকার ওইবা চিঞ্জাক অদুতনি। কনাগুম্বা অমনা মনুদগী হেন্না চিঞ্জাক শৈশিল্লবদি মহাক্তু হয়ানবনি দণ্ডি তৌকম থোকই।

মথক মখা য়াম্নবা য়াখল্লোনশিং অসি ঐখোয়গী মীয়ামদা খণ্ডননবা শিন্নখোক্লদবনি। হেন্না ফবা মওংদা হিন্দু ট্রাডিশনগী য়ানরবা য়াফমশিং অমসুং ন্যাশনালিজমনচিংবা চহি কুমজা কয়াদগী মখোয়গী ঈ-তোংদা হান্না য়াওদুনা লৈপ্রবশিংদু হৌহেক্লদবনি। মদুগী মনুংদা চিঙ্খাং কয়া লান্না চথরক্লবা পুন্যগী থবকশিং অদু হৌগংহন্ননবা য়াখল ঈথিল পীগদবনি। ইশাগী ওইজবা থাদোকপা অমসুং থৌনা ফবনা মরম ওইদুনা হৌজিক্কী জাতিসিনা থেংনরিবা চাংয়েং অসিদা মখোয়দগী আশা তৌরিবশিং অদু হয়াও হয়াও লাম্বোক্লদবনি।

জাতিগী পুন্সিগী য়ুম্ফম ওইবা অচুম্বশিং অসি অদুক্কী মতিক থুনা খণ্ডলক্লগা অদুক্কী মতিক হেন্না ফবা ওইগদৌরিবনি। অশেংবা, লেণ্ডদনা পুক্লিং থৌগংনবগী হৌরকফম ওইবা য়াঙ্গন্নদবা অশেংবা ন্যাশনালিজমতদা ফংবা ঙমগনি। ঐখোয় পুম্নমক্কী ইমা ওইরিবা অশেংবা অচৌবা ভারত মাতাগী নুংশিবগী য়াথন্না চাকলিবা, ঐখোয়গী অমত্তা ওইবা অপুনবা ভারত ইমাগী কায়নবা য়াদ্রবা মচিন মনাও ওইবা; জাতিসিগী হৌপ্রবা লেমজনঙাই ওইবনা ঙাল্লম্বা; ঐখোয়গী পুমতোপ তোপ্পা সভ্যতা, ভারত মাতাগী অরিবা মিংচংনা পৃথিবীগী জাতিশিংগী মরক্তা খ্যাইদগী চাউবা খ্যাইদগী নোম্লুকপা ওইদুনা মখোয়শিংদুগী মরক্তা খ্যাইদগী ফবা কয়া পুথোকখি। ঐখোয়গী মীশিংনা অতোপ্পনা লাকচবা য়াদবা শক্তি পাঙ্গল অদু হৌজিক মতমগী লমজায়নবা মতাং অসিদা মরাং কায়না উংশ্রে অদুগা জয় তৌবা ঙল্লরোইদবা অপুনবা ভারতকী থৌগংপা মিংয়েং অদুসু পুম্নমক্লা খণ্ডশ্রে। ভারত মাতা মখুং নামদনা থম্বাল, অফবা অমসুং আশীর্বাদ অদুগা অতোপ্পা অমদনা বজ্র, ফত্তবশিংবু লাকথনবা শক্তি, ব্রহ্মতেজ অমসুং ক্ষাত্রতেজগী শকফম লৌরিবা ভারত মাতানি।

# পারাশিং অদু কাউথোক্কনু

পৃথিবীদা ওইরিবা ফীভমশিং অসিগী অওইবশিং-শক্রশেশ য়াগনু-ঐখোয়গী লালদা মীয়োল কয়াদগী চংনরক্কবা মীংলৈ-নারে-মীয়ামগী য়োকখৎ-শৌগৎপা, মরুওইবা ওাকম-পারাশিং।

হৌজিক্কী লাল অসিনা লৈবাক অসি অচৌবা অওনবা ফীভম অমদা লংশিল্লমলে অমসুং জাতিগী য়াখল অসি অপুনবা মরেপাক নীওবগী, থবাই য়াওবগী থৌগৎপা মতৌদা মায় ওনশিল্লকলি। মসিনা ঐখোয়গী জাতি অসি অমত্তনি, হান্নদগী শাগোম্নবক্কবনি হায়বসি প্রমান ওইরে। অদুগা মসিমসু শেংলে, মদুদি মীং থকহন্নওাই ওইবা শক্তম অমসুং য়াহৈগী লাংনা ঐখোয়গী য়াখলবু লাঙ্গোই চনখিদুনা ঐখোয় মকম মরাং খওদনা লৈরুরে।

বৃটিশনা ঐখোয়গী সমুদ্র খোংবান থাদোকপ্রবা মতুংদা ঐখোয়না থবায় যাওনা ঐখোয়গী শান্তিগীপম্বুং অমসুং পৃথিবী পুম্নমক্তা য়াইফ-য়াখল থমদুনা কখোকখিবা অদুগী চপ চাব খুৎলং হল্লক্কনি হায়না থাজরমই। তৌইগুম্বসুং তত্তনা থেংনরকপা শাথীবা ২৫ উরুবা থৌদোক কয়াদা হৌখিবা চহি ২৫ অসিগী মনুংদা পৃথিবীগী অচুম অবান খংদবা লন্নী অসিনা ঐখোয়বু অওকপা পোকহল্লে। ঐখোয়না য়াম্ন পাম্না তৌজবা আশা, য়াম্না থাজবগা লোয়ননা গামজরুবা কয়াসু হৌজিক্কী খুদোং থীবা মতম অসিদা পুম্নমক যাওহনব্রে। য়াম্না পুকচেল শেংনা থাজরুবা পৃথিবীগী মনুংদা লৈরিবা মরুপ মপাং ওইনা খল্লুবা লৈবাকশিংনা লান্দারকপগী চিরবা মতম অদুদা ঐখোয়গী মতেং পাংলক্কনি খল্লমবা অদুসু অরেম্বা তাখি।

**দণিগী মশক ওইবা উরক খণ্ডলকপা লৌশিং**

ঐখোয়দা য়াম্না থুক পানবা উরক খণ্ডলকপদগী ফংবা লৌশিং জ্ঞান অমদি, ঐখোয়গী লৈবাক অসি ডেমোক্র্যাটিক ওইবা লৈবাক অমনি, পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা ডেমোক্র্যাসি চৎপা লৈবাক অমনি; ডেমোক্র্যাসি চৎপা লৈবাক অমত্তনা ঐখোয়বু ফোংনা শৌগৎনবা মাওজিন থারকখিদে অমসুং শা-কৈগুম্না নুংশিহৈজবা পাকিস্তানগী মিলিটারি ডিক্টেটর অদুবু অমত্তা ওইবা খোম্থোক্তা পুন্নাল লাল্লি হায়না মরাল শীখিদে।

ঐখোয় অয়াম্বনা থৱায় য়াওনা থাজনরমই, মদুদি অমেরিকা গুম্বা অৱাংবা মীওইবগী ভেল্যু খণ্ডবা জাতি অমনা ঐখোয়গী লৈবাক্কা মতম লৈবা খিবিক্তা পুকচেল শেংনা থাজনবা মরূপ অমা ওইগনি হায়না খল্লমই। অমেরিকা অসি ঐখোয়গা মান্নবা ফিদম্লফমদা চেংনা লেপ্লবা লৈবাক অমনি হায়নসু লৌরমই। তৌইগুম্বসুং মসিনা মিকা ফোংনা পাকিস্তানবু শৌগৎলকপা অদুনা ঐখোয়বু শাথীনা নীঙবা কায়হনখি, অমসুং শেরান্ননা থাজরুবা অদুগী নীঙঙমখিদে। হৌজিক্কী লাল অসিগী মমাঙদা ঐখোয়গী প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধীনা পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্তা কোয়না চৎলুই অমসুং ঐখোয়গী অচুম্বা অমসুং মীওইবগী ওইবা মরমগীদমক মখোয়গী মতেং থিখি। মহাক হেন্না শিংলবা চেংশিল্লবা মীওই অমা ওইনা হল্লকখি অমসুং তমথীনা হায়নীংবা ৱাফম ফোংদোল্লমই মদুদি পৃথিবীগী শক্তিশিং অসিনা অৱাবা ফীভম অসিদা সুপ্নগী চীনতদা নুংশিবা উৎপতা ওইরমই, ইষ্ট পাকিস্তানদগী রিফ্যুজি মিল্লিয়ন কয়া চেনশিল্লকখিবা অদুগী হৌরকফম মরু অদু খঙনবা হোৎনখিদে।

ইউ এন ওদা অচুম্বা তৌরক্তনি হায়না ঐখোয়না থাজরুবা অদুসু মপুঙ ফানা মফম চাদবনি হায়বদু খণ্ডলকখি। ইউ এন ও অসি প্রো-পাকিস্তান এন্টি-ভারত ওইবা থৌশিলশিং অমসুং অচুম্বা অমসুং ন্যায়বু মালংদা হুনগত্তুনা মাঙহনবা, অচুম্বা অমসুং হিউম্যান ভেল্যু পুম্নমকপু নাথৈদুনা ইউ এন ও অসি সুপর পাৱার শিং খরগী মশাগী শক্তি চাংয়েং তৌফম ওইহন্দুনা লৈরে। ঐখোয়গী প্রধান মন্ত্রীনা য়াম্না চুম্না লাউথোকখি মদুদি

কাশ্মীরগী মতাংদা ঐখোয়গী খুৎচাশিং মৈ চাকহনখ্রবা মতুংদা ঐখোয়না ইউ এন ও দগী শান্তাইনবা অমত্তা লাইবক চাংয়েং ওইনা মথা অনা থল্লয়োই।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী আইনগী লমদা য়াম্না খণ্ড-হৈরবা, মশামক কটচ ট্রাইবিউন্যালদা ঐখোয়গী কাউন্সেলশিংগী মনুংদা অমা ওইরম্বা অমদা মহাক্কী অ্যাডভোকেট ফ্রেণ্ড অমনা 'ইন্টরন্যাশন্যাল লো' গী মতাং খরদং ঙাংবীনবা হায়জরমই। অথোইবা জুরিষ্ট অদুনা হায়রমই মদুদি মহাক য়াম্না শাংনা স্পিচ পীননবা মতম লৈতে, তৌইগুম্বসুং স্মতেনবা ৱাহৈ পরেং অনি, মদুগী মচং ওইবা খর হায়গে। "মহাকনা হায়খি, মদুদি Jis Ki Lathi, Us Ki Bhains গ্র্যাফিক ট্রান্সনেশন মক নত্রবসু ইংলিস লোন্দা মদুগী ওইবা য়াবদি 'Might is right' হায়বদুনি, অদুগা অনিশুবা অদুনা, মীনম্বা অমা চামরক হন্না হায়য়ু, মদুনা অচুম্বা ওল্লক্কনি। (Dr. Goebbels গী য়াম্না খণ্ডনরবা ফিদম্নঙাই ওইবা ৱা)"

ঐখোয়না হিংলিবা পৃথিবীসিগী অশেংবা অদু মসিনি, ঐখোয়না জাতিগী ওইবা অপাম্বদা ৱার্ল ওপিনিয়ননা হাই-হুমনা পুখিবা অমসুং মদুগী দমক্তা ৱাবা থাদোক্নুনা ঐখোয়গী জ্ঞান তাবা ন্যাশন্যাল ইন্টেরেষ্টতা ফংগে হায়বা য়াওনা চেকশিন্না মওং তাবা চৎনবী লৈহনগদবনি। অসুক কুইবসি ঐখোয়না পৃথিবীনা করি হায়রক্কদগে হায়না কিবদগী ঐখোয়গী ওইবা অমত্তা তৌবা ঙমদ্রি! ঐখোয়না অকিবা অসি থাদোক্নুনা থবক তৌরবদি, ৱার্ল ওপিনিয়ন্না ঐখোয়দা করিসু তৌবা ঙমলোই; মসি ঐখোয়না অনৌবা অমসুং মমল য়াম্লবা মতম সিদা ফংবা জ্ঞাননি।

## ফত্তবশিং লাকশিনগদবনি

পাকিস্তানদা অমুক লাক্লগা, মসিগী চাউখত্তবা কাংবুগী ওইবা মতৌ, লুট পাৎ তৌবগী শাজৎ লিচৎ অসি হৌজিক মপুঙ ফানা ফোংদোকলে। পাকিস্তানননা ঐখোয়গী লৈবাক্তা হান্দক্কী অসিগা থারগা মরিকশুবা লান্দারকপনি। ঐখোয়গী লৈবাকপু য়েংথীবগী ৱাখল চেনবা, ঈম্ম নাইম্মু তাহনবা অমসুং য়েংথীবগী ৱাখলসি মখোয়গী ঈদা পোকপদগী য়াওত্রবনি।

মদু য়াওগ্রবদি মখোয় হিংবা ঙমগ্রে। পাকিস্তান হেক পোকখিবগা মসিনা ১৯৪৭ তা ঐখোয়দা লান্দারকখি অমসুং কাশ্মীরগী শরুক মঙা থোক্কপগী অনি মখোয়না লৌশিনখি। অদুগা, অমুক হন্না ১৯৬৫ দা কটচত্রা লান্দারকখি অমসুং মদুগী শরুক খর লৌশিনখি অদুদগী অমুক 'ছুম্ব' দা লান্দাশিন্দুনা কাশ্মীর অরেম্বা শরুক অদু লৌশিন্নবা হোৎনরকখি। মতুংদা চিনগা খুৎশন্নদুনা য়াম্না মবুক ফত্তবা মওং লৌদুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মায়োক্তা খুৎশন্নখি।

পাকিস্তান্না চুমনতা ঐখোয়গী লৈবাক্তা হন্না হন্না লান্দারকখিবতা নত্তে। পাকিস্তান হেক লৈরকপদগী মীওইবনা চৎপা হৌনদ্রবা তমথীবা শাজৎ কয়া তৌদুনতা লাকখি অমসুং পাম্বে লৈত্রবা মাইনোরিটিশিংদা খ্বাইদগী শাথীবা মওংদা থম্মগী ওইবা খুদুম চনশিনখি, ঙমখৈ ম্বাংমা লান্না মীওই মিলিয়ন কয়া তাম্ছোকখি। মসিগী ইকোন কোনবা থৌদৌদি ঐখোয়না ইষ্ট বেঙ্গোলদা উপ্লিবা অদুনি, অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মওংদা জাতি অমা তুম্না হাৎনবা তৌবা, নাগরিক মিলিয়ম তরাগী মথক্তা মরু ফংনা ফুক্তোক্তুনা হন্দোকখিবা অদুনা মীওইবা জাতিগী মায়োক্তা খ্বাইদগী তুক্কচনঙাই ওইবা ক্রাইম তৌখিবদু পৃথিবীগী মীশিংনা উখ্রবনি।

### অরিবা মতমগী হৈশিংলবা চেকশন খ্বাহে

পাকিস্তাননা ঐখোয়দা হন্না হন্না লান্দারকপা অমসুং মীওইবা জাতিদা মসিনা তৌখিবা ক্রাইমশিং অমসুং হৌজিক ফাওবদা মখোয়দা ঐখোয়না হনখিবা রিয়্যাকশন, পুন্নমক অসি অচৌবা পারা অমনি। মসি কান্নদবা নত্তে; মসিনা হেন্না চাউবা মখাতাবা খুদোংথীবশিং থোকহল্লকদৌরিবনি, ঐখোয়না ঙাকথোক্কবা ফিরেপ লৌদুনা ইশা কঞ্জনবতা হোৎনদুনা লৈরবদি মদু ওন্নতৈন্নবা ওইগনি। মদুগী মহুত্তা ঐখোয়না ফত্তবা ব্রেক্কবশিং অসি মপুঙ ফানা লাকশিনগদবনি, লম লৌশিনবগী খ্বাখল য়াওদনা য়েক্কবশিং অসিগী মীওইবগী মায়োক্তা ক্রাইম কয়া তৌদুনা লাক্লিবসি মতম পুন্নমক্কী ওইনা লোইশিন্নবা তৌগদবনি, নত্রবদি মতুংদা ঐখোয়গী সেক্যুরিটিদা য়াম্না অকায়বা

ওইরক্কনি। অদুগুম্বা মপুঙ ফাবা মায়পাকপা অদু ঐখোয়গী পান্দম ওইগদবনি। ঐখোয়গী হৈশিংলবা অহনশিংনা লাউখোক্লমই, মদুদি "agni shesha, roga shesha, reena shesha and shatru shesha" লেমথাক ওইহৌবা মৈ, লায়না অমসুং য়েক্লবা মখা তানা লৈহল্লোইদবনি। মখোয়গী খ্বাইদগী পিকপা খুদম ফাওবা মাঙহনখিগদবনি। নত্রবদি লেমহৌবা মৈরিক অদুনা মতমগী মতুং ইন্না অসুম চাউখৎলক্লুনা পুম্নমক তুমহনবা মৈ ওইরক্কনি। নীঙতম্বগী লালদা গৌনফরবা লুচিংবশিংনা হৌখিবা মতমদা সিগুম্বা হৈ-শিংলবা চেকশন ৱাহৈ অসিদা ৱাখল চঙলমদে, মখোয় ক্ষেত্র-ধর্ম্মগী অরানবা ৱাখলগী শারাক ওইখি। ইতিহাসনা ঐখোয়দা তম্বীরি মদুদি য়েক্লবশিং অসি হৌগৎলক্কনি ঐখোয়দা আক্রমন তৌরক্কনি অদুনা মখোয়বু মাঙজৌননা মাঙহনবা তাই।

লান্দা অচুম্বা মিৎলৈ-নারৈ

তশেংনা হায়রবদা পাকিস্তান অসি খুৎশেমগী ওইবা রাজনীতিদগী ওইবকপনি, মখোয়গী ফোবেন মাষ্টবশিংনা লোম্না ঐখোয়দা পুশিল্লকপনি। হৌজিক পাকিস্তান গী মনুংদা মচেৎ তানরক্লিবা অসিসু মহৌশাগী ওইদবদা শেমজিন শাজিন্দুনা তৌখিবদুগী ময়েক লাবা প্রমাননি। মখোয়গী তোঙান তোঙানবা শরুকশিং অদু মশেলগী ওইবা অপুনবা মরী অমত্তা য়াওদে। নোংচুপ পাকিস্তান মক্তদা য়াম্না লুনা চেকথায়দুনা মতুংদা ষ্টেট মরি খোকনা খায়দোকপা য়াবগী অকিবা লৈ।

অসুম্না হায়বা ঙাংবা অসি 'ৱার মোঙ্গরিং' নি হায়না মরাল শি। ফত্তবশিংগী মায়োক্তা লম্বেংনবা ন্যায় অমসুং 'হিউম্যান ভেল্যু' কন্নবা ঙাংবা অসি 'ৱার সাইকোসিশ শাগৎপনি হায়না ওন্ন-তৈননা লৌরোইদবনি। ঐখোয়গী দর্শনশাস্ত্রনা ঐখোয়দা তম্বীরিবদি ঐখোয়না লৈজবা শক্তি শিজিন্নদুনা লাল থেংনগদবনি অদুগা 'ৱার হিষ্টিরিয়া' না নাবা জাতি অমদি ওইরোইবনি শ্রীকৃষ্ণনা আর্জ্জুনদা লাল তৌনবা য়াথংপীখি তৌইগুম্বসুং 'ৱার ফীভর'

য়াওদনা তৌগদবনি। Yuddyasva vigata-jwarah, অমসুং কনাগুম্বা অমনা নীংজিং মাংজিংনবা য়াওদনা মশামক্কী মথৌ পাংথোকপগী লীংজেলগা লোয়ননা তৌগদবনি। Swadharmama pi chaavekshya na vikampitumarhsi.

মীয়ামগী ঙাকখৎ-শৌগৎপা য়াংলেন শরুনি।

হৌজিক ঐখোয়না ঐখোয়দা শিন্নবা দায়ীরোমদা অমুক ওনশিল্লসি, লাল মতমদা সাধারন মীয়ামনা লৌগদবা দায়ী অসি। ঐখোয়না ঐখোয়গী বাখল অমসুং ফীলিং অসি খ্বাইদগী ফবা মওংদা শেমগত্তুনা পুথরক্কগা শক্তি পুন্নমক অসি ঐখোয়গী সরকার অমসুং ঐখোয়গী জবানগী কান্নগদবা মওংদা থরাই লুপশিনগদবনি। ঐখোয়না খঙলিবা অসিনি হৌজিক কালগী লাল অসিদি লাম্মীতনসু তৌবা লাল নত্তে। 'টোট্যাল বার' দদি মীয়াম পুন্নমক হৌদুনা লম্বী অমদা নত্রগা অমদা য়াওশিনগদবনি। লাম্মীশিংগী নিয়ম নাইবা লিংজেল অদু বাংনা থাঙ্গৎত্তুনা থম্বা তাবনি। য়েক্কবগী এজেন্টশিংনা লৈবাক মনুংদা মাংহন তাকহনবগী খুদোং থীবা থবক তৌরক্কবদি কুপনা য়েংশিনবা চঙই অমসুং হেক হৌগৎলকপদা মরু ফুক্তোক্কদবনি। য়াম্না মিকুপ নাহুম শিংবা জেনেরেল পব্লিক্লা থবক অসি তৌবা ঙমগনি, ইচম চম্না পুলিসনা তৌগনি হায়না থাদোকপা য়ারোই। সিবিল ডিফেন্স, ব্লড ডোনেশন অশোকপশিংবু সেবা তৌবা অসিনচিংবসি থীন্দনা শীল্লাংগদবা মরু ওইবা সেবাগী থৌরমশিংনি।

মতৌ করম্না লাম্মীবু পুক্লিং থৌগৎকনি

পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী মরু ওইবদি, মী পুন্নমক অসি অকনবা ব্রত অমসুং ইশাগী ওইজবা থাদোকপগী অচেৎপা থৌনা চেন্দুনা মখোয়গী নুমিৎ খুদিংগী পুক্নিদা কুম্মৈ ফিয়োং, কেথোক মৌথোকপা পুন্নমক থাদোক্কদবনি। তোপতোপ্পা ঐখোয়গী লৈবাকসিগী নহারোলশিংনা মতম কুইরোইদবা ঙাইহাক্কী ওইবা ফ্যাশনদা তান্নদুনা লানগুম্বগী খুদোংথীবা পুংজা অদুদা

ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা লুপ্পুনা লৈরবা অদুগা ঐখোয়গী মীশিংনা রাজনীতিগী লৌতান্নবা অমসুং কৈগু লৈতবা থবক্তা মশেল খংনদুনা লৈরবদি অদুগুম্বা জাতি অদুগী দমক্তা লাগ্নীশিং অদুনা মশাগী পুক্নি কথোকনিংগদ্রা? অদুগা অময়োমদা মহাক্কী লৈবাকমচাশিংনা মহাক্কী অরা-অনা চাংয়েং কয়াদা মহাক্কীদমক্তা লেপ্লি হায়বা থাজবা লৈত্রবদি অদুগা লাইবক খীদুনা মহাক লানফমদা শিব থোক্লবদি মহাক্কী ইয়ুং মনুংবু মতীক চানা য়েংশিনবীহৌগনি, অরা-অনা অমত্তা থোকহল্লোই হায়না শোয়দনা থাজহনগদবনি। অসুম্না মীয়ামগী তৌগদবা যৌদাং লৌদুনা মহাক্কী যৌনাফবা রোল অদু মীয়াম্না খঙবীবনা লানফমদা যৌনাফবা অমসুং কথোকপগী যৌদাংদা শরুক চামা হেন্সংকনি।

## পারাশিং অদু কাউথোক্কনু

অরোইবদা, হৌজিক্কী অগ্নিপরীক্ষা মনুং অসিদা ঐখোয়না তমহৌবা পারাশিং অদু লেমনা মাঙহল্লোইদবনি, অহানবদা, জাতিগী অপুনবা অমসুং থরাই য়াওবা উংখিবশিং অদু অপিকপা রাজনীতিগী খংন-চৈনবনা মরম ওইদুনা চাইখায়দুনা মাঙহল্লোইবনি। মরমদি মদু জাতিগী ওইনা ভাব তাননা তিন্নবা মীশিংনা শক্তি লৈনা য়াইফনবা তৌবা ঙমখিবনি। অনিশুবনা, শুব-নোম্বা কনবগী টেম্পো অসি চেকশিন্না ঙাক্কদবনি। লৌবুক খুদিংমক্তা চাথোক মরাং কায়না হেন্সংহনগদবনি, মদুনা ঐখোয়গী লৈবাকসি মিপান তাংদনা মতোম লেপচবা ঙম্মনবা। ঐখোয়গী ইমাঙদা তারিবা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা থবক্তি অসিগুম্বা মশাগীতা য়েংদবা থকশি-খাসি ঙাকপা নুপা থোকপা জাতি অমা শেমগৎপনি। তশেংনা RSS না মিশন অসিগীদমক পুম্নমক কথোকখিবদু মসিগীদমক্তনি।

# ফিরাল অদু ব্রাংনা পাইহন্দুনা থন্মু

জাতিগী সন্মান হেন্‌ঙংনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌসি — অশেংবা রাজদুত — চাং নাইনা সংস্কার তৌবগী তঙাইফদবা — অতোপ্পশিংদগী অফবশিং লৌশিল্লু — নরমগী মীশিংবু সেবা তৌ — শাথীবা অফ্রিকাগী পার অমা — পৃথিবীগী ধর্ম্ম শন্দোকপা অমা ওইনা — ব্রাহং অমসুং পাউথুম

মীরমদা লৈরিবা ঐখোয়গী ইচিল-ইনাও ইচে ইচলশিংনা মখোয়গী ব্রাখন্দা পুহল্লিংবা অহানবা পোইন্টতি মখোয়গী নুমিৎ খুদিংগী ওইবা শাজৎ-লিচত্তা জাতিবু সন্মান তৌবা ব্রাখল ওইহল্লিংবনি। মদুগীদমক্তা ঐখোয়গী অহল লম্মননা ঐখোয়গীদমক্তা থম্বীরম্বা অরংবা ন্যাশনাল হেরিটেজ অদু মুন্না খঙবা তাবনি। ভারতনা থাইনগী মতমদা চাউখোকচনভাই ওইরম্বগী লেংদবা প্রমান হৌজিক ফাওবা লৈরি।

## পৃথিবী অসিনা করি আশা তৌরি

খা অমেরিকাগী মেক্সিকোদগী হৌরগা থাপখ্রবা নোংপোক পেসিফিককী অপিক অপিকপা দ্বীপ মচাশিং ফাওবদা ঐখোয়গী হিন্দু মিসন্যারিশিংনা পাক-শন্না থাইনগী লৌশিং জ্ঞান শন্দোক্রমই। মফম খুদিংদা মখোয়না ফংখিবা, হিদাক লাংতাক, অঙ্কশাস্ত্র, বিজ্ঞান, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী মহৈশিংদু মফমশিং অদুদা খুদোল তমথোক্রমই। পুম্নমক্কী থোইদোক হেন্দোকপদি, মখোয়না শন্দোক্রম্বা লেঙদ্রবা আধ্যাত্মিক কী মুল্যশিং অমসুং থবক ওইনা পাঙথোক্রবগী অরুবা তারিবা মমি অদু মীওইবগী ব্রাখন্দা মতম চুপ্পগী ওইনা লৈহৌরগনি।

সিয়াম (থাইলেণ্ড) নীওতম্না লৈবাক অমা ওইরকপা মতমদা মখোয়গী পার্লিয়ামেন্ট অদু অচৌবা হোল অমদা ফন্নম্মী, মখোয় পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা য়ানদুনা 'মনু' গী 'মুর্ত্তি' অমা 'প্রিজাইডিং ডাইটি' ওইনা থম্না লেপ্পরমই, সিয়ামিজ লোন্দা নুংদা হত্নুনা ইবা ব্রাহ্হেশিং অদু অমসুম্না ইরমই "Bhagavan Manu, the first and the greatest law giver of mankind" ইন্দোনেসিয়া অসি হিন্দু ট্রাডিশন হৈনজবা অতোপ্পা লৈবাক অমনি, মদুদা লৈবা লোকেল মুসলিমশিং অদু হিন্দু ট্রাডিশন চপ-যুংনা চঙই। মখোয়গী মীগী মমিংশিং মখোয়গী ঈশৈ, মখোয়গী ড্রামা, মখোয়গী ন্যাশন্যাল সিম্বোলনচিংবা পুম্নমক 'রামায়নগুম্না মহাকাব্যশিংদগী লৌরকপনা অয়াম্বনি।

## অশেংবা রাজদূত ওইয়ু

ঐখোয়না পুক্নিংদা থমগদবদি মী অমনা মপান্দা চখোকপা মতমদা মহাক লৈবাক অসিগী মীহুৎ অমা ওইনা চৎলিবনি হায়বা নিংশিংগদবনি জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং পুন্সিগী ভেল্যু, মঙোন্দা পোকপদগী লোয়নরকপশিং অদু খক থাদোকলোইদবনি। পৃথিবী অসিনা লৈবাক অমগী অমসুং মদুগী মীশিং অদুগী অচৌবা ভেল্যু অদুগী মমল মগুন অদু মখোয়গী লিচৎ শাজৎকী মতুং ইন্না থাতু চাংয়েংনবা নুংদা চাংয়েং তৌরি। মসি ঐখোয়গী অচৌবা অমসুং লিরবা জাতি অসিগী মতাংদনা অমুক্কা হেন্না অচুম্বা ওইহল্লি। ঐখোয়গী লিচৎ শাজৎ অসিগী অরাংবা কলচরেল ষ্টেন্দর অদু ঙাকনা চত্রবদি লৈবাক অদুদা মখোয় মুশি মুশিবা মমি ওইরক্লগনি অদুগা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মুর্ত্তিসু মখোয়গী মমিত্তা হন্থনা য়েংলক্লনি। ঐখোয়গী ইকাই খুম্নবা অমসুং সম্মান হন্থরকপনা ঐখোয়গী ঈশ্বৈশাকমচাশিং মফমদুদা লৈরিবশিং অদুসু, ঐখোয়গী লৈবাক্তসু, অনিমক্তা মশীং লাকঙমদবা অমাঙবা ওইহল্লি। মখোয়গী লমচৎ শাজৎনা ঐখোয়গী ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী অচুম্বা বাখল পুক্নিংদা হাঙজল্লবতদা মখোয় ফিদম্নফম ওইবা হিন্দু অমা ওইনা লেপচবা ঙমগনি, মদুনা ঐখোয়গী জাতিগী পুক্নিং যৌগৎপা মুর্ত্তি অমা উহনবা ঙমগনি লোয়ননা অতোপ্পা মীশিং অদুদগীসু মান্নবা ইজৎ ফংবা ঙমগনি।

### তৌইগুম্বসুং ওন্থোকপনি

হিরম অসিদা ঐখোয়না ফংবা রিপোর্ট কয়া য়েংলুবদা য়াম্না ৱানিঙাইহনি। মীরমদা চত্তুনা লৈরুবশিং অদুনা মখোয়গী শক্তম পুম্নমক মাঙহনবদৌনা তৌরে। মখোয়গী চিঞ্জাক্কী হৈনবী, নুংত্তিগী ওইবা চংনবী রুহী অমসুং মীরোল মথং মথং চংনরক্রুবা নাংকী মওং পুম্নমক হোংদোকহ্রে। মখোয়না ধর্ম্ম খণ্ডদবা, ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী পরমপরা অমসুং ঐখোয়গী ইতিহাস পুম্নমক কাউথোকপগুম উরে। মদুগী ফল ওইনা মখোয়না লৈরুবা লৈবাকশিং অদুগী মহৈ মশিং হৈবনি হায়নরিবশিং অদুনা হুমদুনা পুম্রে, মখোয়দুনা ঐখোয়গী পুন্সিগী মরমদা মীনম্বা, ওইদবা ঠিওরী অমসুং ৱাহন্দোক কয়া শন্দোকই। মখোয়না ঐখোয়গী ওইবা পোৎ পুম্নমকপু উশিং থৌওইদবা উংলি, অদুগা মীরৈপাকমচাশিংগী মতৌ অদু করিগুম্বা অচৌবা মতৌ তমনিঙাই ওইবনি হায়না য়েংবা হৌরকই। অয়াম্বা মতমদা মেটিরিয়্যালিষ্টিক সোসাইটিগী হৌনখণ্ডদবা থবক্তা মিহৌহনবা অমসুং লল থুম য়াম্না লৈরগা লোইরে হায়না থাজবা জড়বাদী ওল্লকই অমসুং ঐখোয়গী লৈবাক্কী সংস্কৃতি পুম্নমক কাউথোরকই। মখোয় অয়াম্বনা লৈবাক্তুদা মতম চুম্লগী ওইনা লৈথনবা ৱারেপ লৌরকই।

### ‘সংস্কার’ গী শরুক ফংহনবা

মরম অদুনা মফমদুদা লৈবা হিন্দু ইচিল ইনাওশিংনা মফম অসিগী অশেংবা সংস্কার খণ্ডলবশিংনা চাংনাইনা উম্নদুনা মফম অদুদা লৈবা মীশিংদা জাতিগী চাউথোকচনঙাই ওইবা ৱাখল অদু নৌহৌনা চুখৎকদবনি, হৌপ্রবা মতমদা হিরম খুদিংদা চাউখৎলম্বশিং অমসুং ঐখোয়গী মপাল লৈবাকশিংদা মিশন কয়া থারম্বশিং অদু খঙহনগদবনি। করিগুম্বা থৌদোকশিংদা তোঙানবা প্রোগ্রাম কয়া শেমদুনা পুন্না তিম্নহন্নবা শিনগদবনি। ঐখোয়গী শাস্ত্রশিংদা নৃত্য (জগোই) গীত (ইশৈ) অমসুং বাদ্য (যন্ত্র) নচিংবা অসি পল্লি, তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অসি ‘সংস্কার’ শিংগী অরেপ্পা ওইহন্নিংবশিং অদু ফংহনবদা কান্নগনি। চুম্নতগী ইশৈ নোংমাই জগোই ঙাক্তা উৎপনদি কলচর

ওইবা য়ারোই। অতিথি সংকার ওইনা কুম্মে ফিয়োং খর উংগনা কলচয়েল ভেল্যু অদু য়াওপ্রবদি থোইনা কান্নদে, মদুনা সমাজ লৈখা তাহন্নবা রোমদদুমে লমজিংই। হিন্দুগী ভেল্যুশিং নৌহৌনা হিংগৎনবগীদমক্তা নুমিৎ খুদিং তৌবা থবক থানা নিংথিজনা লেপ্তুনা হিংহনবা, চুনবা সংস্কারদা শরুক য়াহনবা, চাংনাইবা, ময়াম পুন্না তিন্নবা য়াম্না দরকার ওই।

অসুম্না মখোয়গী চাং নাইনা ময়াম পুন্দুনা য়ুমদা ভজন অমসুং শ্লোক শকমিন্নবা য়াম্না কান্নগনি। মরুওইনা অঙাংশিংদা ভজন, শ্লোকলচিংবা অসি থীবা তম্বিগদবনি অমসুং মদু থবাই য়াওনা কথোকপগা লোয়ননা তৌগদবনি। ঐখোয়গী লাইশং লৈবা মফমদা হিন্দুশিংনা ময়াম পুন্দুনা অশেংবা নুমিৎশিংদা সৎসঙ্গ অমসুং 'হবন' গী প্রোগ্রাম শিনগদবনি।

মহে মশিং হৈবা মীশিং অমসুং আধ্যাত্মিক গুরুশিং নকনা শম্নদুনা চুনবা মতম মতমগী ওইবা প্রোগ্রাম শেমদুনা মথক্তা পনখিবা পান্দমশিং অসি ফংবদা য়াম্না মতেং ওইগনি।

### অফবশিং লৌশিনগদবনি

অসুম্না হায়নৈ, ঐখোয়গী মী মপান্দা লৈত্রবশিং অদু মফমদুগী করিসু লৈতবা চিংশনবগী শক্তি অদুনা পুদুনা চৎখি হায়বসি ঐখোয়না মথক্তা পনখ্রে, অদুবু মফম অদুগী মীশিং অদুগী পুক্তিদা করি হেন্না ফবা পোইন্ট য়াওরিবগে হায়বসি হেন্না লুথনা খনবা তাবনি অমসুং অশেংবদু পুখোক্রবা তৌগদবনি। মালেমগী লৈমায় অসিদা লৈরিবা মীশিং অসি পুন্যগী থবক সুপয়াও য়াওদবা মীদি অমত্তা লৈরমলোই, নত্রগা দরকার লৈবা লেমজবা গুণশিং লোইনবা য়াওবা মী ঙাক্তসু ওইরমলোই। ঐখোয়না অমগা অমগা খেন্নবা লৈবদু খঙনবা মখোয়গী অফগা গুণশিং অমসুং ফত্তবশিং খন্দোক্লগা ঐখোয়গী অফবা পোইন্ট অমসুং অশোনবা পোইন্টশিং পুখোক্তুন খঙনবা হোৎনবা তাবনি, অদুদগী মত তিন্নবা য়াক্তিন্নবা অনিমক্কী খ্বাইদগী ফবা মচাকশিংদু ফংবা ঙমগনি। ঐখোয়গী হৈ-শিংলবা লৈবাকশিং অদুদা লৈবা মীশিংনা চাংদম্নদুনা নৈনরগা মখোয়না ফংবা ফল অদু অতোপ্পা ইচিল ইনাওশিংগী রাখল লৌশিং ওইহনগদবনি।

অতৈ লৈবাকশিংদা থাঙ্গেশেংনমক পুন্য চেনবা তমজনঙাই ওইবা মী য়াম্না লৈ। ঐখোয়না মখোয়গী মতৌ তমখৎনবা হোৎনগদবনি। হান্দক্তা অচৌবা, মতিক মগুণ লৈরবা অমেরিকা মচা, থৱাই পানবা জীব পুম্নমকপু য়াম্না নুংশিবা, ধর্ম্ম চেনবা সাধু অমা থেংনৈ, মহাক্না মপান্দা ফমদুনা মখুৎনা ঈশিংদা লুপশিনবা মতমদা চিংনবা অমসুং কিবা করি অমত্তা লৈতনা মহাক্কী মখুত্তা ঙা ময়াম য়োমশিন্দুনা শান্নরমই। অসিগুম্বা অসিনা থৱাই পানবা ঈশ্বরগী খুৎশেম পুম্নমক অসি অমত্তনি হায়বা ৱাখল নিংশিংহল্লি।

## সিগুম্বা মশিশিংদু খঙ্গত্নুনা লৌশিন্নু

মখোয়গী সাহিত্যদা পুক্লিং থৌগৎপা আইটেম কয়া অমা লৈ মখোয়শিং অদু খুঙ্গত্নুনা ঐখোয়গী ওইবা য়াই। ঐখোয়গী অৱাংবা ৱাখল্লোন কয়ানা খোঙ্থাং য়েঁখিদুনা মখোয়গী কবিতা অমসুং দর্শনদা য়ুম্ফম ওইবা লাইহিরিকশিংদা চঙখিবা য়াই। "Abou Ben Adhem" মিংখোনবা Leigh Hunt না ইবা শৈরেং অসি কয়াদা থম্মোইদা পান্নিংঙাই ওইগ্লবা হায়বদু অমুক্তং য়েংশি।

Abou Ben Adhem (may his tribe increase!)
Awoke one night from a deep dream of peace,
And saw, within the moonlight in his room,
Making it rich, and like lily in bloom,
An angel writing in a book of gold.
Exceedingly peace had made Ben Adhem bold,
And to the presence in the room he said,
"What writest thou?" The vision raised its head,
And with a look made of all sweet accord,
Answer, "the names of those who love the lord".
"And is mine one?" Said Abou. "Nay, not So"
Replied the Angel. Abou spoke more-low,

But cheering still and said, "I pray thee, then,
Write me as one that loves his fellowmen"

The angel wrote, and vanished. The next night,
It came again with a great wakening light,
And showed the names whom love of God had blest,
And lo! Ben Adhem's name led all the rest.

**লোক্যালিটিগী মীশিংগী অপান্বা খঙউ**

লোক্যালিটিগী মীশিংগী ফীভম মতা অচুম্বা মীৎলৈ নারৈ য়োকখৎপা শাজৎ লিচৎকী মওং খঙননবা হোৎনবা য়াম্না মরু ওই। অহানবদা ঐখোয়গী ইচিল-ইনাওশিং মীরৈপাক্তা লৈবশিংনা মখোয়গী বাখল্দা পুগদববদি, করিগুম্বা শিনফম অমা পায়বা নত্রগা মফমদুদা থবক তৌবা, শেন্তানবা অমসুং শেল তুংশিনবনচিংবা তৌবতনা মখোয়গী অমত্তা ঙাইবা পান্দম ওইরোইদবনি। মখোয়না লোক্যালগী মীশিংগী সমস্যা খঙগদবনি অমসুং মখোয়গী অপাম্বা অদুদা অৱা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নগদবনি। মখোয়না তানশিল্লকপা শেলগী শরুক খব মখোয়গী য়াইফ থৌরাং কয়া শেমগৎনবদা কাইথোক্তুনা থমগদবনি অমসুং হিন্দুইজমগী ভেল্যু অমসুং অচৌবা মুলতত্ত্ব অদু মীশিংদা খঙহন্নবা হোৎনগদবনি, লোয়ননা মখোয়না মশাগী ওইবা পুন্সি মরেল অদুনা মখোয়গী অচৌবা, কুইরবা সভ্যতা লৈবা লৈবাক অমদগী লাকপনি হায়বা উৎকদবনি, অমসুং মশামক অতোপ্পা শিংদা খুদম অমা ওইনা থমগদবনি।

**ম্রিৎ শাংহনবা থৌদোকশিং**

অসুম্না য়াম্না মরু ওইবা লিচৎ শাজৎতা থৌশাদবা অসিদগী মিংচৎ থীবা, করিগুম্বদনা অৱাবা অমসুং খুদোংথীবদা তাবগী মরম ওইহল্লি। ঐখোয় হিন্দুশিংনা ইষ্ট অফ্রিকান কন্ট্রীশিংদা মতম অমদা খুদোং থীবা কয়া মায়োক্লখিবা অদু মরম অসিদগীনি। হৌখিবা মতমদা ঐখোয়গী মীশিংনা লৈবাকশিং অদুগী অয়াম্বা মফমদা লমদুদা লৈরম্বা অফ্রিকান পিপলশিংগী

অপাম্বদা মীনুংশি অমত্তা উংখিদে। মখোয় অতৌবা কোলোনিয়্যালিষ্টশিংগী মায়োক্তা লাম্বুংনরম্বনি। মখোয়না, মখোয়না তানশিনবা শেনফমদগী মফমদুগী মীশিংগী য়াইফনবা, মচা মশুশিংগী মহৈ-মশিং তম্বগী মরমদা চাউখৎনবা করি অমত্তা চাদিং তৌখিদে, অদুগা হিন্দুইজমগী নীতিদা য়ুম্ফম ওইরগা মফম অদুগী মীশিংদা জ্ঞান তাহন্নবা থবকসু অমত্তা তৌরমদে। ধর্ম্ম অমত্তা চত্তবগী অহাংবা লৈরম্বা অদু খৃষ্টান অমসুং ইসলামিক মিশন্যারিশিংনা মেনশিনখি। অসুম্না পোলোইদা ঐখোয়গী ইথৌ পাংখোকহৌদবদগী অফ্রিকানা নীঙতম্বা ফংখিবা মতমদা মখোয় খৃষ্টান অমসুং ইসলামিক প্রোপ্যাগ্যাণ্ড না খুদুম চনশিনখি, মদুনা থুনমক ইরৈপাক মচাশিং অদুত্তা নত্তনা হিন্দুইজমবু য়ানিংবা অমসুং সাধারণ হিন্দুশিংবু য়ানবসু মাঙখি। মরম অদুনা হিন্দুশিংনা মখোয়গী চাথোক অমসুং শক্তি চেনবা মফমদগী হন্থহনখি। হিন্দুশিং লৈবাকশিং অদু থাদোকপা তাখি, মখোয়না মপুন্সি চুপ্পা তাঞ্জরম্বা লম্বুম, সম্পতি মাঙখি। থৌদোকশিংদুদা ফংখিবা ব্রাখল লৌশিং অদুনা মপান্দা লৈবা হিন্দুশিংদা মিৎ পাংহনবা ওইগনি।

## ব্রাহ্ম মিসন্যারি ওইয়ু

অশম্বদা, ঐখোয়গী মপাল্লমদা লৈবা ইচিল-ইনাওশিংনা মখোয়গী ব্রাখল অমসুং লাইভ-ষ্টাইল পুমহোং হোংবা দরকার লৈ।. মখোয়না লৈবাকশিং অদুদা নুংঙাইনা, ইনাক কৈরাক খুননা মপাল লৈবাক্তা ব্যাবহার লৈনা হিংগে হায়রবদি ভারতকী মুর্ত্তি অসি লৈবাকশিং অদুদা য়াম্না লংনা ঙালহনগদবনি। মদু ওইখোক্লবগীদমক্তা ঐখোয়না খোইদোক-হেন্দোক্লা থাজগদবদি ঐখোয় অচৌবা জাতি অমনি, ব্রাহ্ম মিশন অমগী খুৎশিন্নরক্লবনি; ঐখোয়গী ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা অৱাংবা থাক্কী সত্য অচুম্বা হায়বদু মীওইবা জাতিদা খঙহন্নবা তৌবসি ঐখোয়গী অশেংবা থৌদাংনি, মসি মতম পুন্নমক্তা ঐখোয়গী ধর্ম্মোইদা ঙংদুনা লৈরি হায়বসি খঙহনগদবনি। ফত্তবা, শীংনরকপা পুন্নমক মায়োক্লগদনি, পুন্নমকপু খোল্লিবা হিন্দুইজমগী বিজ্ঞানিক

ওইবা আধাত্মিকী মিৎয়েংদা শোয়দনা যায় পাক্লকনি। অসিগুম্না অরোইবা মিৎয়েং অসি ৱাখল্দা হোংবা লৈত্রবদি অতৈ পুম্নমক মীক্লাইগী মতৌগুম্না পুমশেং শেংলগনি।

**মপাল লমদমী লাকপা মরুপশিংগা লোয়ননা**

ৱাহং- ঐখোয়গী মরুপ খরনা মীরৈপাক্তা লৈবা মতমদা ঐখোয়গী ইমারোল খাদোক্লদনা লৈবসি অচৌবা পোৎলুম অমদৌনা লৌই। মখোয়না অসুম্নসু খক্সি মদুদি মফম অদুদা লৈদুনা মখোয়গী নোংম নোংমগী পুক্সিদা লোল অদুনা করিসু কান্নদে। মতাং অসিদা ঐখোয়গী ফিরেপ করি ওইগদগে।

পাউখুম- মীরৈপাক্তা লৈরবা ফাওবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী মুমদা ইমারোলশিং শিজিন্নবা অসি য়াম্না দরকার ওই। মহৌশা ওইনা সমুদ্র ৱাংমদা কুইনা লৈরুরবা মখোয়না ভারত্তা লাকপা মতমদা মমারোল নিংথিজনা ঙাংব্বা হৈতে। মখোয়না মরী-মতা অমসুং মরুপ মপাংশিংগা ঙাংনবদা ইংলিস হেক্তা থেংচল্লকই। মসি তৌরোইদবনি।

শ্রীরামলাল কৌবা রিবোলুউশন্যারি হীরো অমগী খুদম ওইবা য়াবা থৌদোক অমা লৈ মহাক অমেরিকাদা চহি কয়ামরুম লোই থাদুনা লৈখিরমই। মহাক্না মশক লোত্তুনা ভারত্তা লাকপা মতমদা ঐখোয়না স্বয়ম সেবকশিংদা ৱা খর ঙাংবিনবা হায়জরমই। ঐখোয় পুম্নমক্না ঙকখিবদি মমারোলদি হিন্দী ওইজরবসু মহাক্না য়াম্না শেংবা মারাঠি লোলদা ঙাংলকখিবা অদুনি। মদু ওইথোকপা য়াবগী মরমদি মহাক্কী অশেংবা মরৈপাকনীংবা অমসুং থৱাই য়াওবা রিবোলিউশন্যারি অমা ওইরম্বননি। ঐখোয়সু মরৈপাক নীংবগী ৱাখল য়াম্না লৈরম্লবদি মীরমদা লৈদুনসু ঐখোয়গী লোলসি লায়না ঙাকুনা থম্বা ঙম্নমগদবনি। ঐখোয়গী মতম কুইনা চৎনরক্লবা হিন্দুগী পুক্সি মরেল অদুসু হিংহন্দুনা থম্বা ঙমগনি।

ৱাহং- অঙাংশিংনা য়াম্না থুনা ঐখোয়গী লোলসি শোকউ হায়বা য়াদ্রে। অচুম্বা উচচারণ খংদ্রে। মসি কোক্লবা উপাই করিনো?

পাউখুম- মখোয়দা চাং নাইনা 'শ্লোক' অমসুং 'স্তোত্র' গী শারূপশিং অম্বিগদবনি।

ৱাহং- মখোয়গী মোর‍্যাল ইনস্ট্রকশন কমদৌবা?

পাউখুম- হিন্দুগী মমিং অমসুং চরিত্র য়াওবা অফবা ৱারী লাইরিক কয়া শেমশাবা, মদুনা অচৌবা নীতি নিয়ম, পুন্য চেনবা অফবা শাজংলিচং, কয়ানা হিন্দু কলচর খঙহনবদা মতেং ওইগনি। রামায়ণ অমসুং মহাভারততা অসিগুমবা ৱারী ৱাতাইগী মমল য়াম্নবা পুকৈনা পিক থল্লি।

ৱাহং- ঐখোয় লাইশঙ শানিংই।

পাউখুম- মদু য়াম্না ফবনি। মদু 'প্রনভা' নত্রগা 'ওঁকাব' দা কখোল্লুবদি হেন্না কৈ মদু হিন্দুগী কাংলুপ খুদিংনা য়ানবা অমদি ওইগনি।

ৱাহং- মপাল লৈবাক্তা লৈবা মীশিংগী থোইদোকপা প্রোব্লেম ওইরিবদি মখোয় অয়াম্বনা লুহোংদে অমসু: মথন মথম্ব লৈনে। মীরম লৈবাক্কী সমাজ অদুনা মখোয়বু মখোয়গী মরক্তা লায়না লৌশিন্দে, টেলিবিজন, সিনেমা য়েংবসু চোকথরকই। মখোয় মতোম মতোমতা হিংই।

পাউখুম- অফবা লম্বী অমা ওইবা যাবদি; অফবা ঐখোয়গী লোন্দা ইবা লাইরিক থমদুনা, ঐখোয়গী কলচর, ইতিহাস, সাহিত্য অমসুং দর্শনগী লাইবিক লাইশু পাহন্নবা শীনবা অফবা লম্বী ওইগনি। ঐখোয়গী মীশিংদুনা অফবা লাইরিকশিং পাদুনা মখোয়গী মতম লেনবা কান্নগনি।

ৱাহং- মী খরনা 'হিন্দু' হায়বা ৱাহে অসি হেক শল্লুবদা ঐখোয়গী শকফমসি মাঙলে হায়না খনবা য়াওই, মসি করিদগীনো হায়রবদি ঐখোয়গী সন্যাসীশিংনা মীরৈপাক্তা চত্তুনা মসি শন্দোক্লুবদগীনি।

পাউখুম- মদু মশানা মশাবু মায়থাম্বে খঞ্জবদগীনি, নত্রগা মশানা মশাবু হন্না খনবদগীসু ওইবা য়াই। স্বামি বিবেকানন্দ অমসুং স্বামি অভেদানন্দ অনিনা মীরৈপাক্তা থবক য়াম্না তৌখি। মখোয়না কৈদৌঙৈদসু 'হিন্দুইজম' গী চ্যাম্পিয়েননি হায়না লাউথোকপদা ইকাইখ্রা পোকখিদে। মখোয়না অচম্বব্ন প্রক্চেন তিংনা অকিবা

য়াওদনা ঙাংলমই। মখোয়না মফম অদুদা খৃষ্টগী মমিংদা চৎনরম্বা কয়াগী মরমদসু দোষ গুণ নৈনদুনা ঙাংলমই, অদুম ওইনমক মখোয়বু লুনা ব্যবহার তৌরমই।

নোংচুপ লৈবাক্কী মীশিংনা মখোয়বু য়াম্না শীংথানরমই অমসুং ব্যবহার তৌরমই। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি মদু নত্রে। মপাল লৈবাক্তা চৎথিবা ঐখোয়গী সমস্যাশিং অদুনা মখোয়না চৎলুবা লৈবাকশিং অদুগী পেন্নবা হোৎনবা থবক্কী পরীংদা মখোয়গী খ্বাখলগা থাজবগা অনিদু য়েংশিন্নরমই, মদুনা মীরৈপাক্কী মিৎয়েংদা মখোয়দা ব্যবহার খ্বাংলকখি।

খ্বাহং- ইউ কে দা লৈবা মুসলিম খরনা হোৎনবা অসিদা ঐখোয়গা পুনবা পাম্মই। মসি তৌবদা ঐখোয় পুক্নিং থৌগৎফম থোকপ্রা?

পাউখুম- হিন্দু কলচর অসি মখোয়গী ওইনা জৌশিন্নবা থৌরাং লৈরবদি মদু ওইথোকপা য়াই। মখোয়গী তোঙানবা 'উপাসনা' হৌজবা য়াই, তৌইগুম্বসুং হিন্দুগী 'হেরিটেজ' অমসুং 'হিষ্টোরি' দি মখোয়গী ওইনা খনবা তাই।

# থৌওইবিদ্রবা ঈচীম্নাও ময়াম্বু সেবা তৌবা

বৃটিশকী তোখাই তাহনবগী পোলিসি হৌজিকসু চথরি – ঈশ্বর ভক্তিনা মরম ওইদুনা থাঙ্গৎলু – ফোরেন মিসন্যারিশিংদগী তমগদবা পারা – মীকোক থীবদা হিন্দুনি লাউথোক্কদবনি – ঐখোয়গী অরানবা খরদগী মখোয় শোখখিবনি – সেবা তৌবদা কর্মযোগী ওইবগী লীংজেল লৈগদবনি – হ্বাহং পাউথুম।

ঐখোয়না লৈবাক অসিগী নোংপোক থংবা লমদমদা অঙকপা অথংবা অউবা কয়া থেংনৈ। ঐখোয়গী সরকারনা 'খৃষ্টান' শিং লৈববুদি শকখঙলমই অদুগা 'হিন্দু' বুদি শক খঙলমলে। গর্ভমেন্টনা 'নন-খৃষ্টান' শিংবু 'ট্রাইবেল' হায়দুনা হিন্দুদগী তোঙান তাবা ওইনা খায়দোক্লমই।

**পোলিটিশনশিংনা করি হায়।**

'সেপ্যারাটিজম' গী নায়কশিংনা য়াম্না য়েংলি অমসুং হায় মদুদি হায়রিবা 'ট্রাইবেল' শিং অসি উপাল, নুঙ অমসুং লিম্নচিংবা ঈরাৎ পুজা তৌই। মরম অদুনা মখোয় 'অ্যানিমিষ্ট' নি, মখোয় হিন্দু কৌবা য়াদে। মসিমক্তনা মখোয়শিং অদু হিন্দুইজমগী মরমদা করি অমত্তা খংদে হায়বা তাকই। ইংলিস হ্বাহে 'অ্যানিমিষ্ট' হায়বসিগী অথদি থব্বাই পানবশিংগী নীতি হায়বনি মসিদি ঈশ্বরগী খুৎশেম পুম্নমক্কী মনুংদা য়াওরবনি। ফোংদোকপগী মওংদি ওইগে হায়বা অমা হেক্তা ওইসনু ঈরাৎনরিবা অদুদি শাগোন্নরিবা আত্মা অদুনি। লৈবাকসিগী মফম খুদিংদা 'উ' বু পুজা তৌদবা মফম কদায়দা লৈবগে? তুলসি, বিলভা, অশ্বভা

**শ্রীকৃষ্ণনা করি হায়রিবরমই**

ভগবদ-গীতাদা, শ্রীকৃষ্ণনা করম্বা পোৎকী মওংদা আত্মা শক্তি অসি অতৈদগী হেন্না কোংদোকই হায়বসি খংহন্নবা তাকপদা 'উ' শিংগী মরক্তা 'অশ্বত্থ' 'উ' বু খুদম ওইনা লৌখৎলমই। মহাক্কা লিল অমসুং অতৈ শা মখল অমসুং উচেকশিংগী মরমদসু তাকলমই। চীংশাং অমসুং তুরেলশিংগী মরমদসু তাকখিরমই। শ্রীকৃষ্ণনা অসিগুম্বা তশেংনা উংথোক্লবা পোৎশকশিংগী পরেং অমা পীরগা মখাগী অসুম্না লাউথোক্লদুনা লৌশিল্লি।

যদ্যদ বিভূতিমৎস্য ত্বং শ্রীমদুর্জিতমেব বা।

তত্তদেবাবগচ্ছ ত্বং মম তেজোংশসংভবম॥

অদুগুম্বা পোৎশক খুদিংমক অদুদা ভাম্ছোইনা চীংলেম্বা, থোইদোকপা গুণ, অরংবা, শক্তিনচিংবা ফোংদোরক্লবদি খংউ মদু ঐগী লাইগী ওইবা শক্তিগী মৈরিকনি।

**তোখাই তাহনবা খুৎশিংদু অদুম মখা চত্থরি**

লিল ঈরাৎপুজা তৌবা (নাগ, খারৌ) অসি ঐখোয়গী লৈবাক্কী মফম অয়াম্বদা চৎনৈ। খা-ভারত্তা 'সুব্রমন্য' স্বামি লাইশঙ য়াম্না লৈ, মমিং অসি মফমদুদা লৈবা 'নাগ' দগী লৌরকপনি। অদু ওইরবদি অদুগুম্বা ভক্তশিং অমসুং ঈরাৎপুজা তৌবশিং অদু "অ্যানিমিষ্ট" কৌবা য়াব্রা, অদুগা নন-হিন্দুনি হায়না লাউথোক্কগ্রা?

মসি পুম্নমক অসি ইংলিসমেনশিংনা থারম্বা মাং তাক্লবগী মশক ওইবা ঠিওরিশিংননি, মদুনা হিন্দু সমাজবু য়াম্না অপিক-অপিকপা কাংলুপ কয়ামুক থোকনা থুগাইনবা শিল্লম্বনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী লাইবক খীবদি ওসি মীরৈপাকমচাশিং অদুনা ঐখোয়বু থাদোক্লম্নবা মতুংফাওবা, ঐখোয়গী সমাজসিদা পোক্লুনা চাউখৎলক্লবা মীশিংনা ফাওবা হান্নগী ঐখোয়গী পশেল খাইবুং তানবা শিল্লম্বা পোলিসি অদু অদুম চত্থদুনা লৈরি।

**থৱোইদগী থোরকপা থবক তৌ**

হৌজিক ঐখোয়গী সমাজসিগী থৌশাবিহৌদ্রবা ইচিল-ইনাওশিংগী মফমদা চংপা, মখোয়গী ফিবম ফগৎনবা হোৎনবা হায়বসি ঐখোয়দা লৈরে। ঐখোয়না থৌশিল কয়া শেম্বা য়াই, মদুনা মখোয়গী অহানবা হকচাংগী দরকার ওইবশিং অমসুং নুংঙাই য়াইফশিং থুংহনগদবনি। ঐখোয়না স্কুলশিং হোষ্টেলশিং হাংদোক্কদবনি, ট্রেনিং কোর্সশিংসু হাংদোক্তুনা স্কিমশিং অদুগী কান্নবদু ফংহনগদবনি। হকচাং ফগৎহনবগা লোয়নননা হিন্দু ধর্ম্মবু নুংশিবা অমসুং মদুগীদমক্তা চাউথোকচবা, অমসুং হিন্দু অতৈগা মান্নে হায়বা ৱাখল পোকহনগদবনি। মখোয়গী পুক্লিংদা ৱাখলগী মৈরি নৌনা চুম্নৎপা অসি ঈশ্বর ভক্তিংগী লম্বীদা লাক্কদবনি। মদুগীদমক্তা ঐখোয়না অচৌবা-অশাং অৱাং-অনেমগী অৱানবা ৱাখল পুম্নমক থাদোক্তুনা মান্নবা ৱাখলগা লোয়নননা ইচিল ইনাওশিং অদুগা তিন্নশিনগদবনি। ঐখোয় মখোয়গা ইচম চম্না তিন্নগদবনি, চামিন্নগদবনি অশেংবা লাইশোল ইশৈ শকমিন্নগদবনি। অদুদগী, সমস্যা অমনা ট্রাইবেলশিংগী খুল হোংদুনা কোইচৎ চৎপগী হৈনবী অমা লৈরমই। মখোয়না মফম অমদা মতম শাংনা লৈবা নত্রবদি মতৌ কান্না মখোয়দা ট্রেনিং নত্রগা 'সংস্কার' পীবা ঙমগদৌরিবনো? সরকারনা মখোয়গীদমক্তা কান্ননবা খরদি তৌরি। তৌইগুম্বসুং সরকার হায়বসিদি শন্না হায়রবদা মেছিনরি অমনি, মেছিনরিনা মীগী লমচৎ-শাজৎকী নোম্না হোংদোকপা ঙম্লোই। ঐখোয় মীওইবা অমা ওইনা ট্রাইবেল ইচিল ইনাওশিংবু শোক্ন শম্নবনা মখোয়গী লৈতাবা পুন্সি পীবা ঙমগদবনি। ঐখোয়না কোইচৎ চত্তুনা লৈবা জঙ্গলগী শাশিং-য়ুমদা য়োক্লরি, ঐখোয়গী মীশিং অসি হেন্না ফবা, অরুবা শাজৎমতা ওইবা পুন্সি অমা করিগী লৌরোইদৌরিবনো?

ফোরেন মিসন্যারিশিংনা লমদমশিং অদুদা করম্না থবক তৌরিবগে হায়বদু অমুক্তা য়েংসি। মখোয়না কয়াদা খাঙবা কম্না, কয়াদা অকিবগী মশক ওইবা হোৎনকনবা থৌনা উৎলিবনো? কয়াদা খুদোংথীবশিং মখোয়না হরাও হরাওনা খাংলিবনো? মখোয় থাগত্তবা লৈবাকশিংদগী লাকলনি, অসুকপা

জঙ্গলশিংদা চঙদুনা লৈকই। মখোয়না মফমশিংদুদা লৈরম্বা মীশিংগা লোয়ননা অপিকপা খাংপোকশঙশিংদা লৈদুনা মখোয়গী মরোল তমই অমসুং মফমদগী শাজং-লিচং চংনবী পুম্নমক খঙননবা হোংলৈ। মখোয়না থোংনা নৌবা মীনুংশিগা লোয়ননা চংলি। ঐখোয়না মখোয়গী তারু উরুবগী লৌশিং জ্ঞান অদু লৌশিন্দুনা খরদং ওইরবসু মখোয়গী মতৌ তম্বা ঙমদ্রা?

## হৌদ্রবা মতমগী পারা

ঐখোয়না থৌওইনা মাঙজৌনংগা চেকশিনগদবা পোইন্ট অমা লৈরে। মদুদি মীকোক থীবগী রাফম অসিনি। ঐখোয়গী মমাঙগী উহৌ-খংহৌবশিংনা উংলি মদুদি ইসলামগী তুংইনবশিংনা মখোয়গী মীশিং খংহেন হেন্সংহনখি, মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী থবক থৌরমশিংদা অরাবগী মশক ওইবা চৈথেং কয়ামুক ফংখি। হিন্দুশিংনা মীশিংগী শক্তি পাঙ্গল খঙদনা লৈথোক্লোইদবনি। মখোয় পুম্নমক অমত্তা চিথদনা 'সেন্সস' তা মিং রেজিষ্টার তৌগদবনি, অমসুং মখাতাবদা হিন্দু পুম্নমক্কা সম্প্রদায়, বর্ন, ফুরুপ অমসুং ট্রাইব, ওইরবসু কম্যুনিটি পুম্নমক 'হিন্দু' হায়না চনগদবনি। ঐখোয়গী ইষ্টর্ন রিজনদা লৈবা নাগা, খাসি, জয়ন্তিয়া, মিকিব মিজো অসিনচিংবশিং অসিসু ফিজেং -চাকচা, লোল অমসুং মফম মফমগী চংনবী খেন্নরবসু কাংলুপ পুম্নমক অসি হিন্দু হায়না মিংথোনগদবনি। ঐখোয়গী অমত্তা ওইবা সমাজ অসিগী যুম্ফম ওইবা অচুম্বা অসি ঐখোয়না মতম খুদিংদা রাখন্দা পুগদবনি।

অসিগুম্বা যুম্ফম ওইবা অচুম্বা অসি য়াওদনা, লমদম অদুদা লৈরিবা ঐখোয়গী ইচিল ইনা...ংগা ফোরেন খৃষ্টানশিংনা তৌরকপা ফত্রবা ডিজাইনশিং অদুদগী ঙাকথোকপা য়াম্না লুগনি। মখোয়না খঙগদবদি হৌজিক মতমগী ওইনা মখোয় মশেল ম'গী মাগীনা মরোইরে হায়না মচেং কয়া থোকনা খায়দোকপা অসিনা 'ট্রাইব' কৌবা ডিবিজন কয়া থোক্লা খায়দোক্লুনা পুম্নমক সেকেণ্ড ক্লাস পোজিসনদা হন্থহল্লে। খৃষ্টানশিংদা মখোয় মাইনোরিটি ওইরবসু মখোয়না কল্লা ইনফ্লুয়েন্স তৌবা মরমনা লমদম অসিগী শরুক খরদা মকোক থোংবা ঙমল্লে।

### ঐখোয় প্রতিকার তৌশি

হৌজিক মতমদা, ঐখোয়গী মীশিং খরনা মখোয়গীদা, সুপ্পগী মখোয়দগী কান্নবা লৌনবগীদমক্তা চৎলি। মী খর লৈ মখোয়না মখোয়বু শনগী শাদোং চায় হায়দুনা পাউথোকই, মরম অদুদগী মখোয়বু হিন্দুনি হায়না খনবা ওমদে অমসুং মখোয়গা তিন্নতোৎনবা য়াদে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না মখোয়বু মীনুংশিগা লোয়ননা থৌজাল উৎপ্রবা অমসুং মখোয়গী ফিবম খণ্ডননবা হোৎনপ্রবরা? অহানবদা কনাগুম্বা অমনা মখোয়দা চত্তুনা শন অমোমদা খরায় য়াওনা ভক্তি তৌবা তম্বীবা য়াওপ্রবরা? হায়বদি শন অমোমবু মখোয়গী মমা ওইনা য়েংবা ওমপ্রবরা? অদুদি মরাল লৈরিবসি মখোয়দা নত্তে, ঐখোয়গীসুনি। অনিশুবদা মখোয়গী মতিক ওকপা চাননবা চিঞ্জাক ফংদে। মদুগী ফল ওইন, তঙাইফদনা শনগী শাদোংচাবা তাবনি। মসি চৎনবী অমা ওইনা তৌখিবা নত্তে। মসিদসু ঐখোয়গী অরানবা খর লৈখিবদগীনি। মসি ঐখোয়দা লৈরে, হিন্দু পুম্নমক্না মখোয়দা চত্তুনা, মখোয়বু তম্বি তাকপিদুনা মখোয়গী হিংবগী ফিবম অমসুং সংস্কৃতিগী থাকসু ব্রাংখৎহনগদবনি।

ঐখোয়গী সোসিয়েল সিষ্টেম অসিনা মরুদা মখোয়না থৌশাদবগী মরমনি হায়বসি অরানবনি। থাইনগী মতমদা পঞ্চায়েট সিষ্টেমনা সোসাইটিগী মরু ওইবা ইউনিট ওইরিঙৈ মতমদা, অসিগুম্বা উমংদা লৈবশিং অসি য়াম্না ইকাইখুম্নবা মফম ফংলমই। মসি শ্রীরামনা পানবা মতমগী পোলিটিকেল সিষ্টেম লীবা মতমদা পল্লি।

### কর্মযোগী অমগী সাহস

শোক্ল-শম্নবা অমসুং লোল অমসুং খোম্হোক্কী মরী লৈননবা ব্রাকৎপদগী ঐখোয়গী ইচিল-ইনাও, ইচে-ইচলশিং অসি হৌজিক্কী থৌশাবিদবা অমসুং বেকব্রার্ড ওইবা ফিবম অসি ওইরকখিবনি। হৌখিবা চহি কুমজা কয়া মখোয় মহৈ মশিং তম্বগী খুদোংচাবা, সমাজগী অতৈ

অতোপ্পশিংনা ফংবগুম ফংলক্লে মখোয় চুনবা টেক্নিকেল অমসুং অতৈ ট্রেনিং কয়া ফংবা য়াংহৌবদগী পোখোক পুথোকপা অমসুং চাউখৎপগী শক্তিদা তুংওইননা লৈহৌরি।

ঐখোয়না মহৈ মশিং তম্বিবগী থবক অসি লৈবাক অসিগী কাচিন কোয়া থুংনা শন্দোক্লদবনি, ধর্ম্মবু কৈসু লৈতবা অন্ধবিশ্বাসকি পোৎয়োম ওইনা লৌবা মখোয়শিংদুদা; অদুগা অশেংবা ধর্ম্ম তম্নবগী তাঞ্জা অমত্তসু ফংখিদ্রিবা, অথাম্পা খুঙ্গংদা, চীংদা, অমসুং অশুকপা উমংদা লৈবা মখোয়শিংদুদা ধর্ম্ম তম্বিবগী খুদোংচাবা পীবা তাবনি। ঐখোয় অয়াবা, খুদোংথীবা, অয়া-অনা থেংনবা তাবনি, করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না তৌরিবা থবক অদু কনা অমত্তনা থাগৎশিদবা থবক ওইনা খনবা য়াওরক্লনি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক হৌজিক্কী থবক্কী মহৈ ফংবগী আশা তৌরুদনা লেপ্পা নাইদনা কর্মযোগী অমা ওইনা নোংমা মায়-পাকপা ওইগনি।

## পুন্নমকপু সেবা তৌ

য়ার্কর অয়াম্বনা অতোপ্পশিংবু মরাল শীরগা নুংঙাইহবদৌনা তৌই, ফত্তবা য়াম্না ঙাংই। খরনা মখোয়গী রাজনীতি তিন্নদবশিংবু হন্দুনা নিন্দা তৌদুনা ঙাংবা শকপা তৌই, খরনা হেঞ্জিনবা মওংদা খৃষ্টান, মুসলিম অমসুং অতৈ ধর্ম্ম চংপা মীশিংদা খংনবা হৌবগী থবক তৌই। ঐখোয়গী য়ার্করশিংদি অসিগুম্বা থবক অমসুং য়াখল মতা অসি থাদোক্লদবনি, মরমদি ঐখোয়গী মীশিং অমসুং ঐখোয়গী ইচিল-ইনাওশিং অসিদা মতেং পীবা য়াবদা মতেং, অয়াবা তারবা ফিবমদা অয়াবা কোক্লবা পাম্বে পীগদবনি। কনাদসু খেন্নবা থমদবা ঐখোয়গী সেবাগী থৌরম অসিদা মীগা মীগা খেন্নবা থমলোইদবনি। ঐখোয়না পুন্নমকপু সেবা তৌগদবনি, খৃষ্টানবু ওইরবসু মুসলিমবু ওইরবসু য়ানবা য়াবা মীওইবা খুদিংমক্তা খেন্নবা থম্লোইদবনি; মরমদি মহৌশাগী ওইবা খুদোংথীবা অয়াবদা তাবা, লাইবক থীবা থৌদোক্লচিংবা খেন্নবা লৈতনা পুন্নমক্তা চপ মান্ননা থোকই। অয়া-অনা থৌদোকশিংগী মতেং ওইনবা সেবা তৌবা অসি চুয়া নুংশিবিবগী য়াখল্দা তৌরোইদবনি, নোম্লুকপগা লোয়ননা,

ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরগী সেবানি খন্না তৌগদবনি। ধর্ম্মগী অচুম্বা বাখনগা লোয়ননা পুন্নমক্তী থম্মোইবু কোনশিন্নবা, লোয়নবা নোল্লুকনা মীগী সেবানি খন্না কখোক্কদনি, মহাক ইপানি, ইমানি, ইচিল-ইনাওনি, মরুপনি অমসুং ঐখোয়গী পুন্নমকনি।

ঐখোয়গী থবকশিং মায়পাক্কুনা ঐখোয়গী সনাতন ধর্ম্মগী মিংচৎ অমসুং মঙাল পুরকপা ওইসনু

## বাহং অমসুং পাউখুম

বাহং- ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী বাখল অসি 'গিরিজন' শিং অমসুং অতৈ অতোপ্পশিংগী মফমদা করম্না ভাব তাহনবা ঙমগদগে?

পাউখুম- মান্নবা থাক অমদা মসি তৌবা ঙমগনি, অৱাংবা থাক্তগী মসি তৌবা য়ারোই। ইহান হানবদা, মখোয় ঐখোয়গা চপ মান্নবনি হায়বা ফাওহনগদবনি, মখোয় ঐখোয়গী ইচিল-ইনাওনি হায়বা খঙহনগদবনি। ঐখোয়না মখোয়বু তশেংনা নুংশি পামই হায়বা উৎকনি মদুতদা মখোয় ঐখোয়না হায়বা তারক্কনি অমসুং পোৎশিংদু লৌশিনবা ঙম্লক্কনি।

অচুম্বনি, মমাঙদা মখোয়গা সংস্কৃতিগী মরী থম্নবা থৌরাং লৈরমই। গ্রোবিল অদুগী 'গোস্বামি' শিংদু ট্রাইবেলশিংগা তিন্ন-তোৎনদুনা মখোয়বু মহৈ-মশিং তম্বীনবা অমসুং সংস্কৃতিগী থাক বাংখৎনবা শিন্নরমই। অসামদদি অদুগুম্বা মীশিং অদু 'চতন্য' গী শিষ্য ওইবা আচার্য্য শঙ্করদেব' 'পন্থ' দা য়াওবশিংনি। গুরুজীনা মতম অমদা অদুগুম্বা মীওইশিং খরা উন্নরমই। মখোয়না হায়রমই, 'মতৌ করম্না অসিগুম্বা চাউখৎতবা ময়াম অসিগা ঐখোয়গা তিন্ন-তোৎনগদৌরিবনো"? অদুম ওইনমক, খর খন্ন-নৈনরবা মতুংদা গোস্বামিশিং অদুনা মখোয়গা পুন্না ফম্মিনবা অমসুং মখোয়গা চামিন থকমিন্নবা য়ারমই। ট্রাইবেল লুচিংবশিংসু লাক্কমই অমসুং মখোয়না অসুম্না ওইরক্কনি হায়বা থাজবা ঙমলমদে। মদু ফাওবদা মখোয়শিংদু মখোয়ঙাক্তা খর থাপনা পুল্লপ পুনশিন্দুনা লৈরমই। গুরুজীনা মখোয়দা ঐখোয়

ইচিল-ইনাও ঙাক্তনি, করিগী তোঙান-তারুগদপ্তে হায়রমই। ট্রাইবেল লুচিংবা অনিথক গুরুজীগী য়েৎ ওইদা পুন্না ফম্মিন্নদুনা চরাদু চামিন্নখি। মখোয় ইচম চম্না বা ঙাংথোকপা ঙমদবমখে ঙাওহল্লমই। খুদোংথীরিবদি অসিনি, ঐখোয়না মখোয়বু থাগতোক্লনবা হোৎনে অদুগা মখোয় ফৈ ফম্তে হায়দুনা কমথেন তৌই।

মতুংদসু মখোয় কৈদৌঙৈদসু গবর্ণমেন্ট ওফিশ্যাল শিংগা শন্নবা পাল্লমদে। মদু করিগীনো হায়বা খঙব্রা? নাগা কাংলুপ অমা লৈ মখোয়গী মশম অদু লাইবক লোমদা মচীন তুমথোক্লুনা শন মচী মান্না কিশি পুল্লি। মখোয়না মদু ফজে হায়দুনা তৌরিবনি, অমসুং লেন্নরিবনি। অসামদা অসিগুম্বা জাতিশিং অসি য়েংশন্নবা খল্লবা অফিসার অমা মখোয়গীদা লাক্লমই। ট্রাইবেল লুচিংবশিংনা মাগা উন্নবা লাক্লমই। তৌইগুম্বসুং অফিসার অদু করি অমত্তা থৌশারমদে। মহাক্কা মখোয়গী মরক্তগী অমা তাপ ফারগা, মাগী শন্নুল অদুদা পায়রমই, নিক্লমই অমসুং হায়রকই, 'মসি ককথৎলুনে, নখোয় হৌজিক কালগী মী ওইয়ুনে''। নাগা লুচিংবশিং অদু খংহন-হন্দোকখিরমই। অফিসার অদুনা সাধারণ জ্ঞান অমসুং বাখল খন্থবা বাক্তুনা মখোয়গা লোয়নবা ঙমন্ত্রিবসি করিগীনো? ট্রাইবেল লুচিংবশিং অদু গবর্নমেন্ট ওফিশ্যালশিংগা লোয়নবা ইপাম পামখিদ্রে।

*(খোম্বেদা লৈবা 'বোদ্দার' কম্যুনিটিগী ওর্গ্যানিজেশনগী প্রেজিডেন্ট অমগা উন্নবা)*

রাহং- লাইরিক লাইশু তম্বগী চাং অসি ঐখোয়গী কম্যুনিটিসি য়াম্না হন্থরি। মেট্রিক পাস তৌরবশিংসি কেরানী ওইনা নত্রগা কেন্টরি অমসুং ওফিসশিংদা রোচমেন ওইনা থবক তৌরি।

পাউখুম- ইডিউকেশন অসি থবক তৌবদা তঙাই ফদে। তৌইগুম্বসুং পাঙলনা তানবা শেন্দান্না হেন্না ফংলবদি মেট্রিক্যুলেটশিং অদু ফিজিকেল মার্ক তৌবা য়াইনা। মহে-মশিং তম্বগা ফিজিকেল লেবরগা অনিগী মরক্তা

য়েংনরোইদবনি। অনি অসি পুন্নবা কান্দতা চাউখৎপা লাকদৌরিবনি। অদুগা অমরোমদা থবক চঙনবগী দমক ইডিউকেশনেল কালিফিকেসন হন্থহনবা হায়বসি থোইদোক্লা থৌগৎফম থোক্তে।

থবক চঙনবগীদমক ইডিউকেশন কালিফিকেশন হন্থহন্নবা দাবী অসি কয়া পান্নফম থোক্তে। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা, 'সিগুম্বা মী কাংলুপশিংগী মহৈ মশিং তম্বদা শোথরিবা অদুসু মখোয়গী মহৈ মশিংগী থাক ব্রাংখৎনবা দায়ী লৌগদবনি। খ্বাইদগী হন্থবা মার্ক চহিসিদা চাদা ৩৫ দরকার ওইরবদি চহি অনিগী মতুংদা চাদ ৪০ গী চাংদা হেক্লৎনবা হোংনফম থোকই। অসুন্না শোথহৌরবা কাংলুপশিংনা মশানা হোংনজবতনা মশা মথন্ত ব্রাংখৎচরকপা ঙমগনি। অদু নত্রবদি, অসিগুম্বা কাংলুপকী মচাশিং অদু পুন্সিগী অব্রাংবা আশা অদু ফংবা ইঙম ঙন্নরোই। মখোয়দু অহেনবা লৌশিং জ্ঞান অমসুং থবক ঙম্বগী শক্তি লৈবা অব্রাংবা পোজিসন অমা মতম পুন্নমক্কী ওইনা শোথরগনি। বুদ্ধি লৌশিংগী থাক হন্থবশিং অদু মখোয়গী থবক্কী লম্বী অদুসু মান্নবা লোকেল অদুদা পুথরক্কনি। মহাক মশা য়াওনা অয়াম্বগী পুন্সি খুদোং থীহনগনি। মান্নবা নিয়ম অদু ডোক্টর, ইঞ্জিনীয়ার অমসুং টেক্নিসিয়ানশিংদসু চৎনগদবনি। হৌজিক মতমগী বিজ্ঞান অমসুং টেকনোলোজীগী যুগ অসিদা ঐখোয়গী মতীক চাবা অমসুং থবক ঙম্বগী চঙদবা য়াদবা লৈ। অদুনা, ঐখোয়গী অঙাংশিংসি অচুম্বা ব্রাখল লৌশিনবা ঙমত্রা, মখোয়গী থবক ঙম্বগী গুণ অমসুং মহৈ-মশিংগী থাক ব্রাংখৎপ্রা হায়বদু য়েংবা তাই। হিরম অসিদা ঐখোয়না মখোয়বু কন্না তকশিনগদবনি।

ঐনা অনৌবা ব্রাখন্নোন অসিগী ভিউপোইন্ট অসি য়াবা তাই। হৌজিক ফাওবদা কনাগুম্বা অমনা ঐখোয়দা সিগুমবা মওং অসি হায়বীখিবা লৈত্রি। ঐহাক্লা মসি অচুম্বা ফীবমনি হায়না খঞ্জে।

ব্রাহং- ঐখোয়গী সমাজ অসিদা খরনা খল্লি মদুদি মখোয় Gotra, Yajnopavita অসিনচিংবা অমত্তদা চন্দবদগী অতৈদগী খেন্নমা উহল্লি। মসি কোকপা য়াবা লম্বী পুখোক্লবা করি তাকপীবা য়াবগে?

পাউখুম- মখোয়দা Gotra অমসুং Yajnopavita পীবা য়াই। মখোয়গী Gotra খঙদ্রবদি মখোয়দা পুরোহিত অদুগী Gotra সু পীবা য়াই। থাইনা মসি চৎনরকই অমসুং শাষ্ত্রনসু য়াই। শাষ্ত্রনা হায়রিবদি, Gotra অমত্তা লৈতবশিং অদু 'কাশ্যপ' গোত্রনি হায়না লৌবা য়াই, মরমদি পুম্নমক অসি কাশ্যপা মুনিদগী পোকললকপা ওাক্তনি হায়না থাজনবদগীনি। মখোয়দা ধর্ম্মগী থৌ, পূজানচিংবগী মান্নবা অধিকার অমসুং খোংথাংফম পীগদবনি, 'বেদ' শিং নৈনবা অমসুং লাইশঙদা লাই খুরুম্বা য়াহনগদবনি, সাধারণ ওইনা ঐখোয়গী সমাজগী অমসুং ধর্ম্মগী থৌরম খুদিংমক্তা শরুক য়ামিন্নগদবনি। মসিনা ঐখোয়গী হৌজিক্কালগী হিন্দু সমাজদা জাতি ধর্ম্ম খায়বগী সমস্যা অসি কোক্লবা অমত্তা ওাইবা ৱাখৈবা ওইগনি। মসি ঐহাক্না সংকারাচার্য্য পুম্নমক অমসুং অতৈ আচার্য্য পুম্নমক্তা লানথৎত্রবনি।

# মীওইবগী শোক্ল শম্নবা, অচৌবা থম্মোই থোংহনবা

চা থাবশিং, মীরৈপাকমচা অমসুং ইরৈপাকমচা, পুমখেন খেন্নবা – শাগোম্নরক্লবা অফবা ওইবা গুণদা থাজবা থম্মু – লাইরবশিংদা তৌগদবা অহানবা থৌদাং – Identhakarai গী খুদম – ‘থম্মোই’ অসি মরু ওই।

‘কোফি প্ল্যান্টরস এণ্ড ইণ্ডষ্ট্রিয়্যালিষ্ট’ কী মীফম অমদা ঙা ঙাংবদা গুরুজীনা অসুম্না হায়খি, মদুদি মখোয় মফম অদুদা ঐখোয়গী ধর্ম্ম অমসুং সমাজ অসি অমুক নৌনা হিঙ্গংহন্নবা করি তৌবা য়াবগে হায়বদু খন্নবা মফমদুদা তিল্লিবনি। মহাক্না হায়খি ঐখোয় পুম্নমক নুংশিননা, থম্মোই অমত্তা ওইনা ফম্মিন্নদুনা খন্নবসিদা অসামগী টি প্ল্যান্টরশিংবু খুদম অমা ওইনা লৌদুনা পোইন্ট খর শেংদোকচগে।

### খেন্নবা উংপা

অসামদা ইংলিসশিংনা মপু ওইবা চা বাগান খর লৈ। মতৌ করম্না ইংলিস প্ল্যান্টরশিং অদুনা মাগী শিন্মীশিং অদু লোয়নবগে? মহাক্না মখোয়গী মযুমশিংদা চংলি, মখোয়গী মচাশিংদু খুবাক্না পোপপোপ ফুদুনা নুংশিবা উংলি অমসুং মশামক্না মখোয়গী না-য়েকপা লৈত্রা হায়বদু য়েংশিল্লি। মহাক্না শিন্মী ইমুং মনুং পুম্নমক্না মীওইবগী মরী থম্নবা শেমগংলি। মদুনা লোইদে, মহাক্কী লমদা চর্চ অমা নত্রগা চ্যাপেল অমা শাই। মহাক অমসুং মাগী ম্যোনজেরিয়ান ষ্টাফ অমসুং মখোয়গী ইমুং মনুংগী মীশিং নোংমাইজিংগী

অমুক খুদিং চৎলি। মখোয়না শিগ্নীশিং অদু চর্চকী লাই খুরুম্বা অদুদা লাক্নবা পুক্লিং থৌগৎলি। মখোয়না চর্চ কারকপশিং অদুদা অহেনবা কান্নবা খরসু পী। মখোয়না পুরোহিত অমা লাওদুনা চয়োলগী ওইনা চর্চ কারকপশিং অদুদা ধর্ম্মগী পাওতাক পীরমই। অসুম্না মখোয়বু অপাম্বা পোকহনবা অমসুং য়ানহন্নবা তৌবসিনা মখোয়গী থবকশুবা মীশিংদু পাকতক্লনা খৃষ্টান ওলহনবদা মায় পাকলকখি।

য়াম্না ওন্ন-তৈনবদা, ঐখোয়গী ইরৈপাকমচা হিন্দুশিংগী চা বাগান য়াম্না লৈ, মখোয়গা মখোয়গী শিগ্নীশিংগগী মরী অদু তরাম তরাম তৌনদে। মখোয়না শুপ্নগী মখোয়শিং অদু হেক ওম্বমখৈ শুমদুনা থবক শুহন্নবা হোৎনৈ। শিগ্নীশিং অদুনা য়ানিংদনা মখোয়গী মায়োক্তা হৌরকই অমসুং খুৎশুমন হেঙ্গৎনবা অমসুং হেন্না ফবা খুদোংচাবশিং দাবী তৌরকই। মুক্লবা অদু নোংম নোংমগী অসুম হেঙ্গৎলকই। লৌদান্নদুনা মুক্লবা অদু শুপ্নগী শেম্বুমগী হিরমদদসু নত্তে। নাকল অনিমক্তা সমাজগী ওইবা অমগা অমগা লোয়নবা শাজৎ অমত্তা লৈরমদে। চা বাগানগী মপু অদুনা মাগী ব্রার্করশিংগা লোয়নবদা মীওইবগী মরী অমত্তা থমদে। মখোয়না শিগ্নীশিংগী লৈফম চাফমগী ফিবম অদু নোংমতসু য়েংলুবা তৌদে।

### মখোয়দগী পান্না অমা তমসি

কয়াদা অব্রাবগী মশকনো, মীরম মচাশিং অদুনদি ঐখোয়গী লমগী মীদা মীওইবগী ওইবা মরী থম্বা ওমই, কয়া ফত্তবা ওইগে ওইয়ু, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী মীশিং অসিনা মখোয় মশামক্কী মীশিংদা মখোয়না হেন্না থোইরবনি হায়না লমকেৎ লমহাইবা শাজৎ চৎলি। ঐখোয়গী ইরৈপাকচাশিং, প্ল্যান্টরশিং ইণ্ডষ্ট্রিয়্যালিষ্টশিং, মখোয়গী মথাদা, য়ামত্রবা শিগ্নী কয়া থবক শুরিবা, মখোয়না মতমগী খোঙলৈ খঙনা সমাজদা মখোইগী দায়ী লৈরিবশিং অদু খঙবা মতম ওইরে। মখোয়গী মীওইবগী মরীতনা শেম্বুম অমসুং সমাজগী অশোনবনা মরম ওইদুনা অব্রাবগী পোৎলুম পুরিবশিং অসি কোকহনবা ওমগনি। মখোয়না মখোয়গী মরমদা লাইশঙ নত্রগা লেবর

কোলোনি শানবা শীনবিগদবনি, লাই খুরুম্বা ভজন কৃতন শকশোনবা, থম্মগী মরমদা ব্বারী ব্বাতাই নৈনবা অমসুং হরিকথানচিংবা হাণ্ডাগী ওইনা পাংথোকপীগদবনি।

**শাগোন্নরকপা অফবা**

বাগান অমসুং ইণ্ডস্ট্রিগী মপুশিং খরনা ব্বার্করশিংদা মীওইবগী মিনুংশিনচিংবা খন্থরুদনা মখোয়দা ব্বাখল চঙলুরবদি মখোয় লাকণ্ডম-ফাণ্ডমদনবা ওইরকই অমসুং কাহেনবা খুদোংচাবশিং লৌননবা হোৎনরকই হায়না য়েৎপা য়াওই। ঐনা খনবদদি মদু মতম পুন্নমক্তা অদুম তৌগদবদি নত্তে। ব্বার্করশিং অদুগী মপুশিংনা চুম্না মপাম্বোংদা উৎপদা নত্তনা মীনুংশি অমসুং থবক্কী পুকচেল শেংবদু থাজরক্লবদি মতম খরগী মনুংদা শোয়দনা নাচুংলককনি। ঐহাক্লা ঐখোয়গী মীশিং অসি শাগোন্নরকপা অফবা গুণ য়াওদে হায়না খনবা ঙমদে; মীওইবগী পুন্যগী থবক অমসুং পুকচেল চাওবদা ইল্লক্লোই হায়নঙাইসু লৈতে। মতম অমদা ঐহাক্লা বানারস বিশ্ববিদ্যালয়দা লৈরিঙৈদা ঐখোয়গী য়ুমগী সারব্যান্ট অমা ম্মাগী লমগী মীশিংনা মমল য়াম্বা পোৎ খর থল্লম্বগী ফারমই। পুলিস অদুনা পোৎ অদু ঐহাক্লা পীবনি হায়গে হায়রবদি মাবু থাদোকপীরগে হায়রমই, অদুগা মতুংদা সারব্যান্ট অদু পুকচেল শেংবা অমা ওইখি। সারব্যান্ট অদু মতুংদা হান্না পুকচেল শেংদবা অমা ওইরম্লবসু মতুংদদি মদু পুমথা থাদোকখি, ঐখোয়বু পুকচেল শেংনা তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা সেবা তৌখি।

মরক মরক্তা ব্বাহং অমা অসুম্না হংই, মতৌ করম্না ঐখোয়না কম্যুনিষ্টশিংগা মায়োক্লগদগে। করিগুম্বদা ব্বার্করশিংসি কম্যুনিষ্টকী ব্বাখল্লোনদা তাকশন্দুনা তশ্বিপ্রবা মখোয়না ঐখোয়গী থবক, অফবা ব্বাখল পুন্নমক চিংনবা মিৎয়েংনা য়েংলকপা য়াই। মদু তৌপ্রবা ফাওবদা, ঐহাক্ল হায়নীঙবদি কম্যুনিষ্টশিংগী 'হিউম্যান টচ' লৈতবা মফম অদুদা মখোয়গী খোঙফম ফংগনি। মীওইবগী থম্মোইগী অ্যাপ্পীল অসিবু শীঙনবা ঙম্বা 'ইজম' অমত্তা লৈতে। শিল্পীশিং অসিসু মীনি, মীওইবনি, কম্যুনিষ্ট ওইরবসু।

### ঐখোয়সি কয়াদা থম্মোই পানখিরবা

মসিদা 'হিউম্যান টচ' কী ফেক্টর অসি ঐখোয়দা য়াৎলি। অসিগুম্বা অয়াংপা অসি ফেক্টরি নত্রগা প্লান্টেশনগী ঙাক্তা নত্তে, মসি খুঙ্গংদসুনি, সহরদসু, ঐখোয়গী নোংম নোংমগী ওইবা মীপুম খুদিংমক্তা মসি ফংগনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, লম্ফুম মরাং কায়বা মী য়াম্না লৈ, মখোয়দুনা য়ুমগী থবক-ঈথাং তৌনবা মীনাই নুপীশিং থমই। মীনাই নুপী অদুনা মপুগী য়ুমদা মচা পুদুনা লাকই, অঙাংদু কাচিন অমদা নমশিন্দুনা থম্লগা মহাক মশামক্তা য়ুমগী থবক তৌই। য়াম্না তোয়না উবা দৃশ্যদি অঙাং মচাদু কনা অমত্তনা থৌশাবিদনা মখোল য়াক্লা য়াক্লা কপই। মসি তত্তনা উরিবনি মদুদি, ইয়ুংগী য়ুম্বুরেম্বী অদুনা অঙাং কপ্লদু করিসু থৌশানা তাবিদে। অদুগা মহাক্তা মীনাই নুপীদুদা থবক্তু ঙাহক্তং থাদোকুনা কপ্লিবা অঙাংদু ঙাহক্তং থেম্মু হায়বিবা লৈতে।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী প্রোবিন্স খুদিংমক্তা পাক্লবা লমদম য়াম্না লৈ মদুদা ঐখোয়গী চাব ফংদবা মীশিং, মফি মরোল নিংথিজনা শেত্তবা, লাইরিক লাইশু হৈতবা, ধর্ম্মগী ওইবা ভক্তিনচিংবা য়োকখৎপগী খুদোংচাবা য়াম্না য়াৎলি। পুম্নমক অসি কম্যুনিষ্টশিং অমসুং খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা কাম্নবা লৌই। চাউখৎপা মফম ফাওবদা খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা য়াম্না মনুং হঞ্জিনবা মফম ফাওবদা মখোয়গী ধর্ম্ম শন্দোকই।

### তম্বা য়াবা খুদম অমা

মীরৈপাক্কী খৃষ্টান মিশিন্যারিশিং অসিনা য়াম্না থাপ্না লমদগী লাক্লগা মপুক্লিংদা করিগুম্বা য়াখল অমা ফুমদুনা থম্লগা থবক তৌবা ঙমই; ঐখোয়না ঐখোয়গী ধর্ম্ম, ঐখোয়গী মীশিংবু তশেংনা নুংশিরবদি ঐখোয়সু শোয়দনা হেন্না ফবা তৌবা ঙমগনি। মসি টামিল নাদুগী 'ইউনথাকরাই' কৌবা খুঙ্গং অমদা অপিকপা চাংয়েং অমা তৌখ্রে। চাউরাক্লা চহি ৫০০ গী মমাঙদা খুঙ্গং অদুগী মী খোং খোংপা নমথাক তৌদুনা খৃষ্টান ওলহনখি। তৌইগুম্বসুং খুঙ্গংদুগী মী পুম্নমক্লা মখোয়গী মপা মপুগী ধর্ম্ম ওইরিবা হিন্দু ধর্ম্মদা অমুক

হল্লকপে হায়না লেপ্লমই। ঐখোয়গী স্বামিজীশিংগী মরক্তগী অমা মকম অদুনা চত্তুনা হিন্দু ধর্ম্মদা অমুক হল্লকপগী হৌনবী থৌ কর্ম্মনচিংবা পাঙথোকল্লুরে। তৌইগুম্বসুং মীশিং অদু সমস্যা কয়া মায়োক্লরমই। অহানবা প্রোব্লেমদি থবক শুরুম লোস্কম খঙদবসি ওইরমই। মখোয় লাইরবা গা ফারগা জিবিকা ওইবা মী ওাকনি। নোংজু থাদা মখোয় সমুদ্রদা চৎপা ওল্লমদে, মখোয় থবক তৌকম খঙদে অদুনা চরা হেনবা তারমই। মঙ্গালোরগী গনেশ বীড়িগী প্রোপ্রাইটরনা মাঙ-থানা চোংথোরক্লমই অমসুং সেন্টর মচা অমা হাংদুনা নুপী অঙাংশিংদা থবক পীরমই অমসুং হিংনবা চরা অনবা ওমহল্লমই। অদুদগী পীনহৈবা মরুপ খরা থোরক্লুনা ঈন শানবা লং পীরমই। স্বামিজী খরনা লাইশঙ অমা শানবা ডোনেশন পীনবা বাশক্লমলে। অতোপ্পা অকোয়বদা লৈবা খুঙ্গংশিংদগী মী লাক্লুনা মীশিংদু য়েংলৈ অমসুং মখোয় নুংঙাইজরে। ‘ইডিনথাকারাই’ খুঙ্গংগী খুদম অসিনা য়ুমলোন্নবা অতৈ খুঙ্গংদসু মান্নবা অফবা মায়ওন ওইহল্লকখি। মসি ‘হিউম্যান টচ’ কী মেজিকনি।

অচৌবা থম্মোয়

অসিগুম্বা মওংগী থৌনা লৈবা থবক পায়খৎপা অসি প্রোবিল্ল খুদিংমক্তা তৌবা য়াই। অসিগুম্বা প্রোজেক্ট অসিগীদমক্তা পাম্বৈ উপায় য়াম্না চঙই হায়বসিদি চিংনফম লৈতে। মসি ঈশ্বরগী থৌজান্দগী লম্ভুম মরাং কায়না লৈবা ফিবমগী মীওইশিংনা মাঙ-থানা চোংথোকপিরক্লুনা দরকার ওইবা পোৎচঙগী পাম্বৈশিংনা শৌগৎপিরক্লবদি য়াম্না কান্নগনি।

অদুগুম্বা মীশিং অদুনা লাইশঙশিং, হায়রিবা মীশিং অসিগী য়েংবীদুনা য়োকখৎপিবগী দায়ীসু লৌবিগদবনি। লোকেল বোডিশিং লিংখত্তুনা নুমিৎ খুদিং লাই খুরুম্বগী থৌরাং য়েংশিনবিগদবনি মসি লু-হেন্নবা অমসুং অশেংবা মফম ওইননবনি। পুম্নমকসি য়েংশিন্নবা ‘ট্রুষ্ট’ অমা শেম্না য়াই, মতুংদা মসিনা লাইশঙ অদু শাবদা লৈখিবা ব্রাঞ্চ লিংজেল অদু কায়দনা থৌরম পুম্নমক শেন্নবা অমসুং লমজিং পীননবসু হোৎনগদবনি। হৌজিক

মতমদা ঐখোয়গী লাইশঙশিংসি থৌশাবিদনা থম্বদগী অসুম মাঙশিল্লকলে, ঐখোয়গী লাইশিং অমসুং লাইরেম্মাশিং থাজবগা লোয়ননা সেবা তৌদবা অসি অরাবা ফিবম অমনি। মুসলিমশিংদা অমুক্তা ওনশিন্দুনা য়েংউ, লম্বীগী মতাইদা কনাগুম্বা অচৌ অশাং অমগী মমিংদা চেক থরদং লোনথক্তুনত্তা থম্বদা চহি অমদা মদু অনিরক শুনু হাইজিনগনি অমসুং অশংবা ফিরাল অমা মদুগী মথক্তা পাইহন্দুনা থমগনি।

পুম্নমক অসিদগী ভক্তি লৈবা থম্মোই মসিনা থ্বাইদগী মরু ওইবনি। থম্মোই অদুনা চাউরবদি, ফণ্ড অমসুং অতৈ অতোপ্পা মখলগী রিসোর্স পুম্নমক মশানা অদুম লাকচগনি। ঐখোয়গী সমাজবু নুংশিবা, ঐখোয়গী হিন্দু সমাজবু হন্না হৌগৎলক্নুনা মপুঙ ফানা চাউখৎপা অমসুং মিংচৎ লৈবা অদু উনিংবগী থৌরাংবা লৈরবদা মদুনা থম্মোই অদু পীনহৈবা অমসুং ভক্তি লৈরক্কনি।

# মমা ওইবীশিংদা কৌবা

য়ুম খুদিং সংস্কারগী কেন্দ্র ওইহনবা – অয়ুক্কী লাইশোল ঈশৈ শকপা, ফিজেৎ নচিংবা –'মোডর্নিজম', শিবগী শরীক থীংবা – থৌনাফবী-মমাশিং সমাজগী ফিবম 'লোললিনেস' থাদোকউ – লাইরিক ইবা পাবা ওয়্নবা 'ক্যাম্পেন', থবক্কী ট্রেনিং পীবা অমসুং দরকার ওইবা ইচল ইচেশিংগীদমক্তা 'সংস্কার' – সাবিত্রীগুম্বীগী লিংজেল অদুগীদমক্তা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌসি।

ঐখোয়গী ইমাশিংনা ঐখোয়গী সমাজগী হৌগৎলক্লিবা মীরোল অসি য়োকখৎপিবগী তোপ-তোপ্পা দায়ী লৈ। হৌজিক 'য়োকখৎপা' হায়বসিনা তশেংনা করিবু খংহনবগে? অঙাংশিংগী পীভা-পীথকপা, মফি মরোল শেৎপিবা, স্কুলদা থাবা অসিখক্তরা তৌগদবসে? মদু নত্তবদা মচং ওইবা শকওংদা মখোয়বু তম্বিগদবসু য়াম্না লৈ; মখোয়শিং অদুদি অচুম্বা মওংগী 'সংস্কার' হায়বদি মখৌদা পুক্লিং চঙবা, মরম্নাই হোৎনকনবগী লিংজেল, মমা লৈবাকপু নুংশিবা, অমসুং সমাজগী সেবা তৌনবগী অপাম্বা শেম-শাদুনা লৈবা অসিনচিংবসিনি। ঐখোয়গী ইমাশিংনা অসিগুম্বা লমচৎ শেমগৎপগী শকওংশিং অসি মখোয়গী অহানবা খৌদাং ওইহনবিগদবনি। ওইহন্নিংবা অসিগীদমক্তা, অশিক অপিকপা পোৎ কয়াদা বাখল চঙবিগদবনি, নৌরিবশিংগী বাখল্দু মওং তানা শেম্বীগদবনি।

**অয়ুক্কী ছাঁচা**

ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ মতমদু নিংশিংবদা, য়াম্না থোৎনৌবা-নুংশিবা ময়াম অমা থোরকই। ঐনা অয়ুকতা হৌগৎলকপা মতমদা 'স্তোত্র' থরগী

নুংশিবা সুন্ন তাবসি অদুম তৌরকই। ইমানা য়ুমগী থবক ঈশাং তৌনা তৌনা ঈশ্বরগী মিংথে শক-শোনবা তাখি। কয়াদা লুনা অমসুং শেংনা নুংশিবা খোঞ্জেল্দো ঐগী অঙাং ওইবগী ৱাখল্দা পালহনগ্রবা; হৌজিক মতমগী 'মোর্ডন' ওইবা ইমুং অমগা কয়াদা খেন্নরবা। মমানা অঙাংশিংদু অয়ুক্তা হৌদোক্তে নত্রগা লাইতিন ইশৈ নোংমাই শক শোনবা তাহনদ্রে। অয়াম্বা মতমদা অঙাং শিংনা মখোয়না নুংথিলগী মতম হৌবদা অকাম্বা লুদবা সিনেমাগী ইশৈশিং তাবা হৌই অমসুং ইশৈশিংদু ঙংই। লাইরিক লাইশু নিংথিজনা হৈতবা নুপী, নহা ওইরিবী মমা চাকশঙদা চাক থোংলিঙৈদা, অমসুং অঙাং শুম্লনবা নাউশুম হাংরিঙৈদা য়াম্না হম্বা ঈশৈ শকই। অঙাংশিংনা মমা মপানা অসুম্না শাজৎ লিচৎ চংলবদি মচাশিং অদুনা শোইদনা মতৌ তম্লক্লবা মরম ওইরে। অসিগুম্বা য়ুমদা হৌরকপা কলচরেল বেকগ্রাউণ্ড লৈতবা অঙাং অদু খৃষ্টান প্রোপ্যাগণ্ডানা লায়না শারাক তমখিগনি।

চহি ৮ নত্রগা ৯ শুরবা অঙাং অমা ছুটিদা ময়ুমদা লাকপগী থৌদোক অমা লৈখি। মঙোন্দা কৃষ্ণ জন্মাষ্টমি পালন নুমিত্তা চরা হেন্নবা হায়বা মতমদা মহাক্না মমা মপাদা হংলক্লমই, "করিগী নখোয়না অদুগুম্বা ওক্তবা মী অদুগী মপোক নুমিৎ পালন তৌগদৌরিবনো? খৃষ্টগী মপোক নুমিত্তা করিগী তৌরোইদৌরিবনো? চহি ৮ নত্রগা ৯ গী অঙাং অমনা মমা মপাগা মায়োক্লদুনা অসিগুম্বা হঙ্গোয়নঙাই ওইরবা ৱাহং অসি করম্না হংলক্লিবনো? ঐখোয়গী ইমা ওইবীশিংনা মচাশিংদু অয়ুক অঙনবদা হৌদোকপীগদবনি, ইমুং অহল লমনশিংদা থৃরুম্বা অদুগা ইমুংগী লাইদা ইড়াৎ পুজা তৌগদবনি। অশেংবা মাতৃভক্তি, দেশভক্তি অমসুং দেবভক্তি অসি হিন্দু নুপামচা নুপীমচা পুম্নমক্কী পুক্লিংদা চংহনবা, অসি ঐখোয়গী মমা ওইবীশিংগী দায়ীত্ব ওইগদবনি।

## 'সংস্কার' শীনমক্তা ফিজেৎ

মথা তাবদা ফিজেৎকি মরমদা অমুক থম্নসি। ড্রেস অমসুং ডেকোরেশনশিংসি নহা ওইরিবশিং অদুগী পুক্লিংদা পালহনবা অসিসু মখোয়গী ৱাখল্দা পুগদবনি। মমাশিংনা অঙাংশিংনা ঐখোয়গী কলচরগী মওং মতৌ অসি খঙনবা তানশম্নবসু য়েংবীগদবনি।

ঐনা ঐগী য়াম্না নহা ওইরিঙেগী অমা নিংশিংলকই। ঐগী অশাংবা অকুওবা খোইরি খোইরি তৌবা শম হৌরমই। ঐহাক্কী ইমানা মরক মরক্তা ঐগী শম শেম্বীরমই অমসুং ৱাহোং মতু অমা থেৎচনবিদুনা 'বাল কৃষ্ণ' মান্ন উননবা মওং নাইহন্দুনা শেম্বীরমই। মহাক্না ওকশমদা লৈ পরেং অমা শিৰিগনি অদুগা মীশিংদা হায়গনি, "য়েংউ ঐখোয়গী মধুসি করি মাল্লে, চপ চান্না বাল কৃষ্ণ মাল্লবনি"। অসিগুম্বা অসি, অপিকপা অমা ওইনা উরবসু ঐখোয়গী কলচরেল ষ্টেণ্ডরগা চাননা অণ্ডাংগী মনোবিজ্ঞান শেমগৎপদা মতেং ওইগনি। অদুগা অমরোমদা অণ্ডাংশিং অসি ইউরোপিয়ান ষ্টাইলদা য়োকখৎলবদি, মখোয়না লৌরকলিবা তারিবা মমি অদুগী চপ মান্নবা অদু ফংগনি। ইমা লৈবাকপু চপ য়ুংনা নুংশিবগী মরু অমসুং মদুনা য়োকখৎলক্লিবা কান্নবা গুন অদু অদুগুম্না ৱাখলগী হৌরকফম অদুনা মায়োল চোংহনবা ওমলোই।

## করম্না 'নুপী' না সিফাই ওইরকপা

করিগুম্বা মতমদা, মীশিংনা ফিজেং চাকচানা ৱাখল্দা অরেম্বা ইথিল পীরি হায়বসি খল্দবদৌনা তৌই। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্চাও মনুংদা থোকখিবা নুংঙাইরবা থৌদোক অমা লৈখি। ইংলিস শিংনা লৈবাক সাসন তৌরিঙেদা অথু-অহাগী ওইবা হুকুম লাউথোক্লমই, মদুনা অহল ওইরবা, পোথাপ্রবা সিফাইশিং কৌখত্তুনা খুদক্তা লাম্মীদা 'জোইন' তৌনবা খঙহল্লমই। সিফাই অমা লৈরমই মহাক আর্মিদা অমুক হনবা অদু পাল্লমদে। মহাক খুজং অমদা লৈরম্বনি। পুলিসনা মাবু থিরগা কৌখৎনবা 'ৱোর‍্যান্ট' থাক্লমই। সিফাই অদুনা মদু খঙলবদা, মহাক্না নুপী ফিজেং শেৎচল্লমই অমসুং য়ুম মনুংদা লোৎলমই। পুলিস লাকপা মতমদা, মাগী নুপীনা হায়রমই মদুদি নুপা অদু য়ুমদুদা লৈতে, য়ুমদুদা লৈরিবা হায়বমক্তবু মহাক্না মাগী মচেশিং অমথক্তনি। তৌইগুম্বসুং পুলিস অদুনা লৌনম্বনি হায়না চিংনরমই। মখোয়গী 'মচে' হায়রিবদু কৌথোক্লমই, অচুম্বা অদু পুথোকখিরমই অমসুং পুখিরমই। সিফাই অদু মাগী হান্নগী প্লাটুনদা থাখিরমই। মতোম্দা আর্মি ড্রেস শীখিরমই

অমসুং মাগী রেস্কতা তিলহল্লবিরমই। মহাক্লা সিফাইগী ড্রেস শেত্তুনা লেপ্লা মতমদা, মঙোন্দা যুমদা হল্লিংলিব্রা হায়না হংলমই। মহাক্লা মাগী খোঞ্জেলদা অনৌবা বারেশকা লোয়ননা খুল্লকুমই, মদুদি মহাক হৌজিক লাম্নী ওইরে, যুমদা হলবগী বাকম লৈত্রে, মহাক হৌজিক লানফমদা চৎপা তারে। থাঙ্গেশেংবনি, ড্রেস হায়বসিনা পুম্নমকপু ইতোপ তোল্লা সংসার অমা ওইহল্লি।

## 'মোডর্নিজম', শিবগী শরিক খিঙবা

অদুদগী ঐখোয়গী মীরোল চীঙ্খাং য়ৈনা চৎনরক্লবা ইমুং মনুং অমসুং লাইনীঙ লাইশোন তৌবগী থবক ওইনা উৎপা অসিনি। ঐখোয়গী যুমগী লাই অমসুং মীওইশিং ওইগে হায়বা অমা ওইসনু, ঐখোয়না ভক্তিগা লোয়ননা ঈরাৎ পুজা তৌগদবনি অমসুং ঐখোয়গী অশেংবা ইমুংগী চৎনবী অদু ঙালহনগদবনি। হৌজিক মতমদদি অসিগুম্বা পোৎশিং অসি উশিল্লক্রে, মসি কয়াদা খুদোংথীনবা মশকনো। খারোমদা, ঐখোয়না 'তুলসী বৃন্দাবন' যুমগী মমাঙদা থম্বা করিগুম্বদা উবা ফংই। নুমিদাং বাইরম মঙ্গারকপা মতমদা ঐখোয়গী ইমাশিংনা মদুগী মমাঙদা থাউমৈ থাল্লি। তত্তনা পুজাগৃহদা ঐখোয়না শরিক্কী মখোল তাই অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা পুজা তৌই। অরাংলোমদদি অসিগুম্বা অসি পংনা উদে। 'মোডর্নিজম' না লাই পুম্নমক ঐখোয়গী য়ুমশিংদগী তাম্থোকখ্রে।

'মোডর্নিজম' অসিনা ঐখোয়গী পুন্সিগী পামজবা ভেল্যুশিং পুম্নমক লোইনা মাঙহল্লে। স্বা:শ্বরীদা কপলিট অমদা অসুম্না হায়, "ধর্ম্মচেনবা মী অমনা মহাক্লা তৌবা অফবা থবক পুম্নমক্কী মথক্তা নোল্লুকপনা শন্দোক্তুনা কুপশিল্লি, মতৌ অসুম্না পুন্যচেনবী নুপী অমনা মাগী হকচাং অদু নিংথিজনা কুপশিল্লি"। মসিনা পুন্যচেনবী নুপী অমগী মহৌশাগী ওইবা মওংদু ফোংদোকই। তৌইগুম্বসুং 'মোডর্ন' ওইবী নুপী অমনা 'মোডর্নিজম' হায়বসি মহাক্কী হকচাং অদু ময়াম্না য়েংশিল্লক্লবা হেন্না হেন্না থাদোকপা অদুনি য়ামনা খল্লি। কয়াদা লৈখা তাথ্রবনো!

ঐখোয়গী লৈবাক্তা 'মোডর্নিজম' না খণ্ডনরিবসি ইপণ্ড পণ্ডনা লোৎচুপ লৈবাকশিংগী মতৌ তম্বা নত্তনা করিসু নত্তে। হৌজিক কালগী মোডর্ন কেমিস্ট্রীগী অশাং অয়াম্বনা মমাদা মম্মি (mummy) হায়না মিংথোনে। মাহে অসিনা অহৌবদগী খণ্ডনরিবা পুরিবা অর্থ করিনো ঐখোয় খণ্ডলব্রা? ইজিপ্তা, মোংফম য়াম্না লৈ, মদুদা থাইনগী নিংথৌশিংগী অশিবা মশাশিং অদু মোংফমদা ফুমই। অদুগুম্বা অশিবা ফুম্ফম ফুরা অদুবু 'পিরামিড' কৌই। মনুংদা ফুমম্রিবা অশিবা হকচাং অদুবুনা 'মম্মি' কৌই। অদুগা মফমসিদা ঐখোয়গী অহিংবা নুংশিবা ইমা অদুবু মম্মি হায়না মিংথৌনম্রি।

## থৌনাফবী মমাশিংগী মহাকাব্য

ঐখোয়না নিংথিজবা খণ্ডলিবা অসিনি, ঐখোয়গী জাতি অসি অমাবা খুদোংথীবা মতম কয়া নণ্ডদুনা লাকই। ঐখোয়গী ইমা লৈবাক অমসুং সমাজ অসিবু লৈথা তাহনগে হায়না হোৎনদুনা লাকখি। মতম পুম্বদা মাংনা ইকাই খুম্নরুবা ঐখোয়গী আধ্যাত্মিক ভেল্যুশিং অমসুং সম্পতিশিংদা শীণ্ডনবা অসুম হেন্থলকখি। লাম্বেংনবা অমসুং মায়ওক্লদুনা শীণ্ডনবনা খুরক হাংলমদে। অসিগুম্বা ফিবম অসিদা ঐখোয়গী অশাংশিংবু করম্বা মখলগী ট্রেনিং পীগদগে? ঐখোয়না মখোয়বু য়েখায় থীজাই থোক্তনবা য়ুমদগী চথোক্তনা লৈবা তম্বীগদ্রে? ঐখোয়না মখোয়বু মখোয়গী তুংগী নুংঙাইনবগা মরী লৈনবা থবকশিংদা শৈথাদুনা লৈরগদ্রা, অতৈ থবক্তা খুৎ অমত্তা থিংজিলহল্লরোইদ্রে? ঐখোয়না মখোয়দা করি তম্বীগনি?

মহাভারতা লীবা নুংঙাইরবা মারী অমা লৈ। বিদুলা কৌবী মহারাণী অমা লৈরমই। মহাক্লা মহাক্কী মচানুপা সঞ্জয়বু লানফম অমদা থারমই, তৌইগুম্বসুং মহাক্তু য়াম্না কিগনবা অমসুং লিংজেল পান্দবা অমা ওইরমই। মহাক্লা য়েক্লবদগী মমায় ওন্দুনা শগোল খুরুক থাদুনা কোলুং তাম্না চেজ্জক্রমই। বিদুলা মাগী মচানা য়াম্না নীংবা কায়বা ফিবমদা লাকপা উরবদা লানবনগী থোণ্ড লোনশিল্লমই অমসুং শাথীনা মারক মাতেল্লমই। মমাগা মচাগা অনিগী

ওাংন-শানবা অদু 'বিদুলা-সঞ্জয়-সম্বদ' হায়না খঙনখি, মদুদা বিদুলা মহাক্কী মচানুপাবু লানফমদা থৌনা ফবা লাম্বী অমনা চংফদবা শাজংলিচংকী মরমদা তন্বি-তাকপীরমই। অদুদগী মহাক্না লানফমদা হন্দুনা, চংননবা অমসুং মায়পাক্কবা থৌনাফবা অমা ওইনা হল্লক্কবা য়াথং পীরমই। মরী অদুগী মখা তারকপদা সঞ্জয়না লানফমদা য়েক্কবগী মথক্তা হোংচন্দুনা কন্না লান্দারমই অমসুং থোইদোক হেন্দোকপা থৌনা উংলমই অমসুং লানফমদগী মায় পাক্না হল্লক্নুনা মম্নানা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা মহাকপু ওকখি।

মহাভারতকী লাল চথত্রিণ্ডেগী মমাওদা পাণ্ডব মঙানা মমাগী আশির্ব্বাদ ফংনবা চংলুবা মতমদা কুন্তিনা হায়খিবা ৱাহৈশিংদুগী থৌনা ফবগী মওং মতাদু য়াম্না য়েংশম্নঙাই ওই, মহাক্না হায়খি

যদর্থং ক্ষত্রিয়া সুতে তস্য কালীঽয়মাগত।
ন হি বৈরং সমাসাদ্য সীদংতি পুরুষর্ষর্ভাঃ॥

(ক্ষত্রিয় মমাশিংনা মচা নুপাশিং পোকচবগী মতমদু লাকলে। নোংশাগী থম্মোই চেনবা মীশিংনা, য়েক্কবশিংগা মায়োক্নবদা মখোয়গী থৌনা লিংজেল অদু খক য়ৈথবা ঙমদে।)

মহাভারত্তা 'কপলিট' অমদা অসুম্না হায়, ইকাইবা পীরবদা তুমিন্না খাঙদুনা লৈবা মচা অমত্তা নুপী অমত্তনা পোক্তবা ওইসনু, লিংজেল য়াওদ্রবা, নুপা ওইবগী থৌনা চেন্দ্রবা, মহাক অদু য়েক্কবশিংনা হরাওনঙাই ওই।

### অচুম্বা গুণশিং থম্মোইদা মমি তাহনবা

মখা তাবদা, ঐখোয়গী জাতিগী চাউথোকচনঙাই ওইবা পুম্নমক থম্মোইদা মমি তাহনগদবনি। নুমিৎ খুদিং শিজিন্নবা য়ুমগী পোৎচৈশিংদা স্বদেশীগী সংকল্প তৌগদবনি। মদুনা জাতিগী হৌনশা ওইবা মতৌদা চুনহনগনি। নোংচুপ লোমগী সভ্যতাগী অরং অয়াক্কী মতৌ তন্বনা লৈবাক অসিগী চনুরাশিংনা লিংখৎলম্বা চীঙলেম্বা অমসুং স্বতীত্ব, মপা লৈতলা মীরোল কয়া লাম্না চংনরক্নবা চংনবীবু মাঙহন্নবা থক্লোইদবনি।

হিন্দু জাতিসি 'সত্য'দা লেংগ্রবা ভক্তি লৈবা অমসুং লমচৎ, গুণ ভাক্লা চংপা জাতি অমনি হায়না খঙনরকই। তৌইগুম্বসুং হৌজিক মতমদদি, ঐখোয়গী অচৌবা লুচিংবশিং ফাওবা মোয়্যাল হম্বরকপা অমসুং করণশনগী খঙনরবা বা য়াম্না ঙাংনরে। ঐখোয়গী ইমাশিংনা হৌগৎলক্লিবা নহা রোলশিংবু অসিগুম্বা চাথৎলক্লিবা ইথিল অসিদগী কনবিনবা তৌবিকম থোকই। মখোয়না য়ুমদা অসিগুম্বা হৱা-নুংশিং মদুনা কনা অমনা ইম্মোয়্যাল ওইবা অপেনবা অমা ফংবদগীদি হরাওনা চাক চরা অমা চাদনা নাম্থোকহনবনা হেন্না কৈ হায়না লৈবাকমচা তাহনবা তম্বিগদবনি। ইমুং হুপনা, করণশননা ফংলকপা পাপকী মশক ওইবা টিঞ্জাক অমত্তা চারোই হায়না য়াশকমিন্নগদবনি।

ঐখোয়গী ইমাশিংনা অসিগুম্বা অফবা অমসুং থৌনাফবগী শাজৎ-লাকচং অসি ঐখোয়গী অঙাংশিংদা তম্বীদুনা থম্মোইদা মমি তাহনগদবনি, সুন্না তৌরবদি তুংগী মীরোলশিংনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মথল মখা, য়াম্বা চেলেঞ্জশিংদা মায়পাকনা মায়োক্নবা ঙমগনি।

## সমাজগী অমত্তা ওইনা তিন্নবা মাঙত্রবদা

অদুদগী, সমাজরোমদা ঐখোয়গী মীৎলৈ-নারে অমসুং ফীভম করম হায়না তৌবগে হায়বগী য়াহং অমা লৈরে। মসিমদি শেংলবনি মদুদি ইমুং মনুংগী লনাইগী পুল্লিগী নুংঙাইবা অমসুং সুরক্ষা অসি সমাজগী য়াইফবা পুল্লিদা মখা পোল্লি। অশেংবনি সমাজদা শান্তি অমসুং সুরক্ষা লৈত্রবদি লনাই মীওইশিংগী মোয়্যাল অমসুং আধ্যাত্মিক্কী চাওখৎহনবদা অথিংবা অমসুং অওৎপা পীরক্কনি। অসুন্না তৌবসিনা সমাজগী পুল্লি অসি মশা মউফনা লৈরিত্রা হায়না য়েংশিনবা হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক্কী অহানবা মরু ওইবা তৌফম থোকপা থৌদাংনি।

হৌন্ত্রবা মতমদা, সমাজগী পুল্লি ফিবম চানা থম্বা, নীঙতমহনবা অমসুং মশানা মশাবু ব্যবহার তৌহনবা মওং অসি কয়া থৌশানরমদে। ঐখোয় মপুম ওইনা লৈবা পোৎ অমনি হায়বসি কাউথোকই। ঐখোয়গী

য়াম্না য়াম্বা মীশিং লৈদুনসু ঐখোয় 'ইথক্ত' তাদুনা লৈ। মতম অমদা নাগপুরদা মী লিশিং কুনলোম তিনবা অচৌবা মিটিং অমা ফম্লমই। ইথং থংহৌদনা, কনাগুম্বা অমনা কন্না লাউরক্রমই, "হায়ই, মখোয় লাকলে" খুদকুদা য়ামম্রবা মীয়ামদু মফম মরাং খংদনা কায়দুনা চেন্নরমই। মীশিংনা মাগী মাগী চ্যাপল হুন্দোক্লুনা চেন্নে। চেল্লিবা মী অমদা অমনা করি তৌরবগে হায়না হংই। মহাক্না খুম্লকই, ঐসু খঙদে। মী পুম্নমক কি খংনা চেন্নরি, ঐসু চেন্নমই। তৌইগুম্বসুং নংদি লেপ্পুনা করিগীনো হায়না হংবা য়াম্রা? ঐনা কৈদৌবা ঙমগনি, ঐহাক ইতোমতনি"।

### অশেংবা 'য়জনা'

অসিনি অমত্তা ওইবগী য়াথল য়াংপদগী থোরক্লিবা ফলসি; অমত্তা ওইবা সমাজ অসিগী মচা মশুশিং ওইবদগী ঐখোয় অমনা অমগী অয়া-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নবা তাবনি। ঐখোয়গী সমাজ অসিবু নুংশিবা অমসুং লাংপা অসি য়াম্না তাশন্নবা মওংদা ফোংদোক্লদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, নোংমদা চরা অনি শুনা চাবা ফংদবা কয়া অমা লৈ; ঐখোয় মখোয়গীদমক্তা মিনুংশি ফাওব্রা? ঐখোয়না মখোয়গীদমক্তা করি অঙম্বা থবদং তৌনবা হোংনখিবা লৈব্রবরা? থাইনদি Balivaishwadeva Yajna গী চংনবী লৈরমই মদুদা লাইরবা অমসুং অয়ামখৌরাংলবা মীশিংবু হান্না শীজ-পিথকপা চংনরমই, অদুগা অতৈনা কোম্না চানরমই। হৌজিক মতমদদি, ঐখোয়না নুমিৎ খুদিং মরু মরাং খুজোক অয়াম খৌরাংলবা সমাজগী মীশিংগী থাইদোক্লুনা থম্লবা মতুংদা ঐখোয়না চাবা য়াই। মদুনা অশেংবা Balivaishwadeva Yajna গী মত মতুং ইন্না ইশাগী থরদং থাদোকপা হায়বদু ওইগনি।

### য়ুম্রোন কৈরোম্নবদা তৌগদবা ইথৌ

ঐখোয়গী মমাশিংনা তৌগদবা অরুম্বা পোংলুম অমদি সমাজদা লৈরিবা অয়াং-অপানা থম্লবা ঐখোয়গী ইচল-ইচেশিং অসিবু সেবা তৌবনি।

ঐখোয়গী ইমা অয়াম্বনা অহাবা তারবা অমসুং করি অমত্তা লৈজত্রবা মীশিংবু অথাম্না মফমদা চত্তুনা সোসিয়েল ৱার্ক তৌবা হায়বসি খুদোং চাদবা য়াম্না লৈ। অদুম্ন ওইনমক, মসিনা মখোয় মতম চুন্নদা তুং ওহোক্নুনা লৈগদবনি নত্তে। মখোয়না মখোয়গী য়ুম্ন্নোন কৈরোম্নবা নুপীশিংগী মরক্তা কান্নবা মরী লিংখৎপা য়াই, মদুনা ঐখোয়গী অপাম্বা ৱাখল অদু মখোয়দা অমসুং মচা মশুশিংগী থম্মোইদা য়ৌহনবা য়াই। নোংম নোংম তিন্ন তোৎনবদগী অমগা অমগা তেংবাংনবগী ঈহল অমসুং সেবা ৱাখল অসি খ্বাই পুম্নমক্না পান্নবা ওইহনগদবনি। ঐখোয়গী নুপী ওইবীশিংনা মশাবু হম্বনা খনবগী ৱাখল নত্রগা পান্থে লৈত্রবনি হায়না খক খলহন্নোইদবনি। মখোয় Parashakti গী অহিংবা খুদমনি হায়বসি তশ্বিগদবনি।

ঐখোয়গী মহে-মশিং হৈরবী ইমাশিংনা অকে অমৌগী ক্লবশিংদা ফমদুনা ৱাচোই ঙাংদুনা অহাংবা মতম অমসুং থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি অরেম্বদা মাঙহল্লি, মতাংসিদা মখোয়গীদমক্তা কান্নবা য়াবা অমা পন্নিংই। মখোয়গী অকোয়বদা স্কুল চত্তবা অপিকপা অঙাং নুপামচা নুপীমচা কয়া লৈরমগনি। মখোয়না অদুগুম্বা অঙাংশিংদু মখোয় মশাগী য়ুমদা নত্রগা অতোপ্পা খুদোংচাবা মফম অমদা পুলহন্নগা মখোয়বু শান্ন-খোৎনবা, ৱারীলীবা, ইশৈ-শকপনচিংবদা শিজিন্নরবদি কান্নগনি।

## লৈত-লাইরশিংদা সেবা তৌবা

ঐখোয়গী অকোয়বদা ঐখোয়গী ইচল ইচে কয়া শন্দোক্নুনা খুৎনা শুবা থবক নত্রগা পান্থে সুপনৈ লৈত্রবা অমসুং নাম শোয়বা ওইদুনা শিজন্নরি। অসিগুম্বা ফিভমসি উবা মতমদা ঐখোয়গী থম্মোইসি পেখ্নরকই অমসুং মমা ওইবগী মিনুংশি পোকই। ঐখোয়না হিংননবা চরা তান্ননবা, করিগুম্বা কান্নবা শিনফম পীবা ঙম্ননবা চুনবা প্রোজেক খর থৌরাং তৌবা য়াই ঐখোয়গী ইচে-ইচল ইমাশিং অসি লম্বী সরক্তা কনা অমত্তনা থৌশাবিদনা হন্দোকপা অসি য়েংশনবিবা ঐখোয়গী অশেংবা থৌদাং ওইফম থোকই।

লাইরিক ময়েক চংশা, ইবা পাবা গুম্লনবা ক্যাম্পেন লৌখৎপা অসি নুপীশিংগী মরক্তা য়াম্না মরু ওইবা প্রোগ্রাম অমা ওইগনি; মসি ঐখোয়গী লাইরিক হৈবী ইমা শিংতনা মায়পাক্লা পাংথোকপা ঙমগনি। তৌইগুম্বসুং মসিদসু য়াম্না চীংলেম্বা 'সংস্কার' শিং মখোয়গী থম্মোইদা মম্রি তাহনবনা অহানবা ওইগদবনি, ময়েক তশ্নীবনা অনিশুবা ওইগদবনি। মসি তৌননবগীদমক্তা, ইমা লৈবাক্তা অশেংবা ভক্তি থম্বগী ঈহুল লৈগদবনি, ঐখোয়গী ধর্ম্মদা থাজবা অমসুং ঐখোয়গী ইতিহাসতা চাউথোকচবা থমগদবনি। মখোয়দা ইমা লৈবাক্কী অশেংবা শকফম উংশীগদবনি, লাইগী ওইবা তুরেল, চীং তীর্থ অমসুং লাইশঙশিং, হিমালয়দগী কন্যাকুমরী ফাওবা শন্দোক্লুনা লৈরিবা অসি মখোয়দা হৌদোকপীগদবনি, ইনাকখুল্লবা মখল মখা অয়াম্বা জাতিগী পুন্সি, লোল, সাহিত্য, কলা অমসুং সমাজরুহি পুম্নমক খঙহন্নগদবনি। অসুম্না মখোয়বু ঐখোয়গী জাতিসিগী অশেংবা থবাই য়াওবা অদুসু খংহনগনি।

## সাবিত্রী গুম্বীগী লিংজেল ফংননবা প্রার্থনা তৌসি

ঐহাক্না মসি শোয়দবনি হায়না থাজে, মদুদি ঐখোয়গী ইমাশিংনা সমাজ অসি থাঙ্গৎকে হায়না চপ য়ুংনা ব্বারেপ লৌরবদি, পৃথিবী অসিদা অতোপ্পনা মখোয়বু মায়থীবা পীবা ঙম্বা কনা অমত্তা লৈরোই। সাবিত্রিগী ফিদম্নকম ওইবা থৌনা লিংজেলগী মমাঙদা অশিবগী নিংথৌ অদুনা ফাওবা মায়থীরে হায়না য়াজখি। মখোয় পুম্নমক্না, মখোয়গী মনুংদা অসিগুম্বা ব্বাখল অমত্তগী ওইবা লাইনীঙসি লৈরবা, অদুগুম্বা লমচৎ-শাজৎকি অশেংবদু চেপ্লবা অমসুং মপা লৈত্রবা থৌনাফবী ওইরবা, অদু ওইরবদি মখোয়না পাংথোকপা ঙম্লোইদবা অমত্তা লৈতে।

অমুক্তং ঐখোয়না মসি তৌরবা, ঐহাক্তি শোয়দ্রে হায়না লৌরে, অশাংবা অহিংগী মতমদু হৌগ্রনি অমসুং অনৌবা অয়ুক্কী মতম অমা, ভারতক্কীদা নত্তনা মালেমগী নোংখোঙ পরেং থুংনা শন্দোক্লুনা ঐখোয়গী ধর্ম্মগী নৌহৌনা লংনা ঙানবা মঙান্দু উরক্লনি।

অদুগা মসিমসু, গান্ধীজীনা ঐথোয়গী ধর্ম্মগী তুংগী ওইরক্কদবা ফীভম হায়রা উদুনা হায়রম্বা অমা লৈ, মহাক্না হায়রমই-"হিন্দুইজম অসি অথাকপা লৈভনা 'অচুম্বা' হংনবা অরুদুনা লাকপনি, ঙসিদি মসি শিরুমনারুম ভৌরে, মশা খীঙব্রে চাওখৎনবা হোৎনবগী দায়ী লৌব্রে, মসিগী মরমদি ঐথোয় চোকথরে, চোকথবা অসি হৌব্রগদি, হিন্দুইজম অসি নোংমা পৃথিবী অসিদা মমাঙদা অমুক্তা খঙখিদ্রিবা মওংদা লংনা পোকথায়রকখিগনি"।

## ঐখোয় অমসুং ঐখোয়গী মহৈরোইশিং

মী মখল অহুম – মহৈ-মশিং তম্বগী মচং শেম্বা – ফিদম্লকম ওইবা অমদা কখোকপা – ওজা, পুম্নমক্তগী মরুওইবা – অফবা য়ুমগী হুরা নুংশিং – অরানবা রাজনীতি লুচিংবশিং থাদোকপা – মশা-মঔ ফবা ইউনিয়নশিংগীদমক – প্রেস অমসুং পব্লিসিটিগী রোল – মপুঙ ফানা রিওরিয়েন্টেশন তৌবগী তঙাইফদবা।

ছাত্রশিংবু কম্যুনিটি অমগুম্না লৌদুনা সমাজকী লেমহৌরিবা অতৈগা শেন্নবা অমদৌনা লৌরিবা অসি অচুম্বা ওইরোই হায়না লৌই। মীগী মগুনশিং অসি সাধারন ওইনা নহা ওইরিবশিংদা ফোংদোকই মদুসু মপুঙ ফানা চাউখত্রিবা রাখল ওইবা, এক্সপীরিয়েন্স লৈত্রিবা অমসুং মখোয়, মথুম মরাং হৌগনবা অসিনচিংবা মগুনশিং অসি থিংবা ঙমদবা মওংদা খংহৌদনা ফোংদোরকই। অফবা শাজং-লিচংকী চংনবী খঙবা রাংপা তুংগী তম্বা ঙম্নদবা ফিবম অমসুং পুল্লিগী সুরক্ষা লৈতবা পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা মখোয় বুদ্ধি সুমহৎলি, ফরিগুম্বা অমগীদমক কয়া হোংনদুনা লাজ্বেংননবা ফিদম্লকম অমত্তা উদে, অমসুং লমচং-শাজং, মোর‍্যালিটি চাউখংননবদা খুদম ওইবা য়াবা মীয়ামগী লুচিংবশিং অমসুং লমজিংবশিং লৈরক্তবা, 'য়ুম' হায়না খঙনবা ইনষ্টিটিউশন পুম্নমক মচেং মচেং কায়বা, অসিনা ঈলাং লাংবা, পুক্লিং লাংতক্লবা মরম ওইহল্লি, অমসুং চুম্নী রাওদবা লমচং-শাজং ওইহল্লকই, মদুবু ঐখোয়না নহারোলশিংগী থবকশি-খাশি নাইদবা হায়না খঙলে, মখোয়শিং অদুনা ঐখোয়গী ছাত্রগী কাংলুপ শেমলিবনি।

**ঐখোয়গী জাতি-শকখম অহম**

ঐখোয়গী জাতিগী মীওইশিং চাউরাক্লা অচৌবা শরুক অহুমলোম থোক্লা খায়দোকপা য়াই-

(ক) মীয়োল কয়া চুপনা লাইর চুতংনবা, মহৈ মশিং তম্বা হায়বদু খণ্ডলক্লবা, লৈখা তারবা কাংলুপনি, খ্বাইদগী হেন্না ফত্তবদি মখোয়সি সমাজদা মীয়ক তিনবা গুমহন্দবা অসিনি। লাইবক ফদুনা সরকারনা মহৈ মশিং তম্বা পাকশন্না লৌখংনবা থবক চথরকপদা প্রাইমারিগী থাক ফাওবা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফংলে। ছাত্রশিং অদু চেকশিন্না কুপ্না য়েংশিনবিদুনা অফবা গুণ চেন্নবা, মখোয়গী মনুংদা তুমদুনা লৈরিবা পুক্লিংগী পাঙ্গল অদু হৌগৎহন্নবা হোৎনবা চওই, মরমদি মখোয়সি নিংথিজনা য়োকখৎনবগী যুম্ফম ব্রাংলি। অমরোমদা হায়বগা, মখোয়সি য়ান্না ব্রারকপা পুন্সি অদুনা মরম ওইদুনা মুখৎপা য়াররোইদবা মওংদা লুনা খোংশ্রবা অহাংবা স্রেটনি, জ্ঞানগী মঙাল ফংলক্তবা, লম্ভুমগী নুংঙাইবসু য়াওবক্তবা অমসুং জাতিগী পুন্সি শেমগৎপদা লেংমান্নবা লোয়নবগী খঙনবা পাম্বে ব্রাংলবা মখোয়নি। মখোয়বু থব্রাই য়াওনা য়োকখত্তুনা তুংগী আশা থমসি।

(খ) চাংচংকী ওইবা মপাম্ভোংগী ফীভমগী মীওইশিংনি। জাতিগী পুন্সিগী মওং পুন্নমক্তা মতম লৈবা খিবিক্তা য়াংলেন-শরু ওইরিবা মখোয়নি। সাধারণ ওইনা ব্যবহার তৌনবা য়াবা ওইনা উহন্নবগী অপাম্বা লৈ, মখোয়না মখোয়গী পাম্বেগা চাং মান্নদবা পুন্সি মরেল লেল্লি। হৌজিক্কী শেম্ভুমগী ফিবম অসিনা মখোয়দা অকনবা চৈথেং পি। ব্রাখলগী অঈংবা অমসুং য়ুমগী শান্তি উখিদ্রে। মখোয়না মখোয়গী তুংগী আশা অমসুং মচাশিংগী আশা অমত্তা উদে। ফীভম অসিনা মখল খুদিংমক্কী অঙাওবা লমহেনবনচিংবা ফত্তবা শাজং লিচং কয়া ওইহল্লকই। কাংলুপ অসিদগী থোরকপা নহাশিংসিনা ছাত্রগী মশিংগী অয়াম্বা শরুক ওইরি, অমসুং আশা উদ্রবা, নীঙবা কায়রবা ওইদুনা মখোয়গী ব্রাখলগী শাগৎচবা পুন্না মাঙহল্লি। অসিগুম্বা নীঙবা কায়রবদগী থোক্লবা অমা তৌগে খল্লবা মখোয়দুনা দায়ি খৎদবা থবক থৌওং কয়াদা চিংশল্লকই।

(গ) মখোয়শিংদু লম্বুম মরাং কায়বা, ইকাই খুমকম ওইবা ফীভমদগী হৌরকপনি। চাং য়াম্না হেনবা সম্পত্তি, সমাজগী অৱাংবা ফীভম মত্তা অমসুং শক্তিগা ইরোইনরকপা; মসি করাগুম্বা অমগী মকোক্তা মরু ওইনা মমুন কাপ্লিবা নহারোলশিংদা, মশানা খং-উরম্বসু কয়িসু লৈত্রিবা, জ্ঞানসু লৈত্রিবা, অদুগা মঙোন্দা অফবা ফত্তবগী খেন্নবা খঙনবা অথৌবা বুদ্ধি অদুসু পুক্লুংদা লৈরিবা অঙাংগুম্বা নৌরিবা ওাক্তনি। ফীভম অসিনা মপুঙ ফানা নৌরিবা অঙাংশিংগী পুন্সিগী 'মোয়াল ফ্যাবরিক' পুম্নাঙ মাঙহল্লি। মসি সংস্কৃত শ্লোক অমদা অসুম্না ফোংদোকই।

যৌবন ঘনসংপত্তি: প্রভুত্বং অবিবেকতা।

একৈকমপ্যনর্থায় কিমু যত্র চতুষ্টয়ম॥

চাদিং চাং ককপা, পুন্সি শেমগৎলক্লিবা ছাত্র ওইরিঙৈ মতমদা, হকচাং মাঙনবা নুংঙাইবা, ওক্তবা নত্তবা শাজৎ লমচত্তা রাখল লুম্নগী খুদোংচাবা অমত্তা পীরোইদবনি - অসিগুম্বা চেকশিন যৌরাং অসিনা পামদবা থবক অমসুং লমচৎ-শাজত্তগী লাপনা থম্নদা মত্তেং পাংগনি।

আম্না শক্তিদা তকশল্লু, মঙংদা নত্তে

মশিং য়ামল্লবা ঐখোয়গী নহারোল ময়াম অসিবু ধর্ম্মচেনবা অফবা নাগরিক ওইহন্দুনা অচুম্বা লম্বীদা মখোয়বু শেমগৎ শাগৎনবা রাখল চঙবা অসি অচৌবা সমস্যা অমনি। মসি ইচম চম্না খনবা অমসুং ইচম চম্না পাম্নেনা হেক শেংদোকপা ওম্লোই।

খুদম অমা ওইনা লৌখৎলবদা, মহৈ-মশিং তম্ফমশঙশিংগী রাফমদ, ওজাগা ছাত্রগগী লৈনবা মরীগী চাং, হোষ্টেলগী খুজিল-যৌরাং, অসিনচিংবা সমস্যাশিং অসিগী মরুনি হায়দবা ওমদে। মহৈ তম্ফমশঙশিং অসি চলাইবগী অহানবদা ইন্ডিভিজুএলনগী পান্দম অমসুং রাওগদবা হীরম শরেং ওজাশিংগী গুণ অমসুং ষ্ট্যাণ্ডার্ড, হোষ্টেলগী ৱার্ডনশিং, লৈবাকসিগী সাধারণ ওইবা অকোয়বগী ফীভম অমসুং থম্মোয়শিং অসি চুমথোক্লবা চঙখোয়া হোৎনবা চঙই।

ঐখোয়গী ইডিউকেশন অসি চুম্লগী 'ইনকোমেটিভ' অমা ওই 'কোমেটিভ' ওইদে। কম্না হোৎনরিবদি কনাগুম্বা অমগী হিংনবা লম্বী শেম শাবা ওইনা তোঁই নহারোলশিংগী মশাদা য়াওবা তোপ তোম্না শুগ অমসুং মীওই অদু চিংথোক্লবা হোৎনদে। 'ডি ষ্টেওর ওক লিভিং' চাউখৎনবা হোৎনবগী ফিদমকম অদুদি পোং চৈ মরাং কায়না ফংবা, অপাম্বা অসুম য়ামখৎলকপা অমসুং হকচাংগী ওইবা অপেনবা ফংননবা শাস্ত্রেশিং অমসুং মীদা চেনবা শাগী হন্নবা ৱাখলদা পামশনবা হেক্তৎলকপা অসিনা মপুঙনি। মসিনা ৱাখল বুদ্ধিগী চাউখৎপগা মরী লৈনদে অমসুং হেন্না ৱাংবা মীওইবগী শকওং কীডম মতাগসু মরী অমত্তা লৈনদে। অদুনা মশানা তাবা কল ওইনা ওইথোকপা য়াবা শাস্ত্রে পুন্নমক শিজিন্নদুনা নুংঙাইবা ফংনবা মতেং পুন্নমক শৈশনবগী হেঞ্জনবা অপাম্বা অদু ওইরকই। 'কলচরেল এক্টিভিটি' না কোংদোকলিবসি ইশৈ শকপা, জগোই শাবা অমসুং অতৈ অসিগুম্বা থবকশিং অসিনা লায়না হন্নবা থম্মোইগী ঈহল হৌগৎহল্লি, মসিগী অশেংবা এক্টিভিটিশিং অৱাংবা থাক্কী কোক অমসুং থম্মোই চাউখৎহনবদা তেংবাংশনবা, অমসুং অশেংবা ইন্দ্রিগী ভেল্যুশিং মমি তাহনবদা ওইগদবনি। 'ইমোশন' নত্রগা পুক্নিং লাংবা অমসুং প্রেরনা থিংগদবনি অসিগুম্বা ৱাখলসি মপুঙ ওইনা থৌশাদে নত্রগা দয়কার লৈতবা লৌশিনবদা কান্নদবনি হায়না খল্লে।

### মী শেম্বা মহৈ-মশিং তম্বগী মওং

হায়রিবা মওং অসিদা য়াম্না শন্দোক্লম্রবসু সিমখৈত্তা হায়রবসু মতীক চায়ে, মদুদি, মহৈ মশিং তম্বগী পথাপ অসি মপুঙ কানা হোৎবনা কয়ে হায়বসিনি। অঙাংখুদিংদা 'ধর্ম্ম'গী মরু ওইবা নীতি খরদি শোয়দনা তম্বীগদবনি, ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংগী পুজিগী ইতিহাস তম্বীগদবনি। মখোয়না অৱাংবা পুজিগী নীতিশিং অদু ইন্দুনা হিংলম্বা অমসুং থবক ওইনা উৎলম্বা, ঐখোয়গী জাতিগী অশেংবা ইতিহাস চীঙলেম্নবা 'ন্যাশন্যাল হেরিটেজ' থম্বীরম্বগী ৱারীদু তম্বীগদবনি। ছাত্র অমদা তঙাইফদনা 'মাইন কন্ট্রোল'

তৌবগী বিজ্ঞানগী অহানবা পাররানিং ইচম্‌চম্বা 'যোগ' গী শাজেম্না মরম ওইদুনা তাকপীগদবনি। মহে মশিং তম্বগী অতে শরুক অদু অকোয়বগা মরী লৈনবা অমসুং নুমিৎ খুদিং থোকপা পুন্সিগা মরী লৈনবা ঙাক্তা ওইগদবনি। মসি তৌবা মতমদা মীওই খুদিংমক্কী মশাদা তেল্লিবা হৈশিংবা, চানবা, হৈনবা মওং খওদোক্লগা পুন্সিগী চাংয়েং অমসুং অরা-অনা কয়া মায়োক্লবা ওয়বা রাখল লিংজেল হাপকদবনি। অহৌবমতম্দা মরী লৈনবা পুন্সমক্তা মথৌ পাংথোকপদা হেন্না অকনবা নিয়ম চংহনগদবনি। মথৌ নিংথিজনা পাংথোকপগী ইন্দ্রি অসি মপুং ফাহনগদবনি অমসুং মসি য়াম্না পাম্নকমসু ওইবনি। হৌজিক মতমগী কেথোকহনবগী হ্রবানুংশীং অসিদগী ঈথৌ পাংথোকপনা অথোইবনি, মীওই অমগী নত্রগা গ্রুপ অমগী অধিকারশিং ফংবা হায়বসি মথৌ পাংথোকপগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ হায়বা অচুম্বা অসি খঙহনবা ওয়দে। অদুনা অঙাংশিংগী 'ফোর্মেটিভ স্টেট' তা মথোয়গী রাখন্দা থম্মোইদা পকপ্রবা মমি লেঙদনা তাহৌনবা তৌথদুনা লৈগদবনি।

## পুক্লিং থৌগৎপা কিন্দম্বকম

মথৌ পাংথোকপগী মথোয়গী রাখন্দা চঙহন্নবা হোৎনবগী পান্দম অসি ফংননবা ঐখোয়গী মহে মশিং তম্বগী পথাপ অসি 'আইডিয়্যাল-ওরিয়েন্টেড' ওইবা চঙই। 'আইডিয়্যাল' হায়বা রাহে অসিগী অর্থদা খেন্নবা, মরূ থাংনবা থোকহনবা য়াই অমসুং য়ানদবা লন্নী লম্ফাংনবসু থোকথিবা য়াই। তৌইগুম্বসুং পুন্নমক্লা করিগুম্বা পাকচাউবা য়ুম্ফম অমদা য়ানবা য়াবগী আশাদি লৈ। মীওইবা জাতি অসি অরোইবা 'স্যুপ্রীম রিয়্যালিটি' গী লম্বীদা লম্বী চংগশিংনি। 'রিয়্যালিটি' অসি ওইজবা থাদোকপা অমসুং থবাই লুপ্পবা খঙনা ফংবা ঙমগনি। মীওইবগী সেবানা মরম ওইদুনা ঐখোয়না রিয়্যালিটিবু সেবা তৌবা ঙমগনি। মীওইববু সেবা তৌবসি মহৌশাগী ওইনা নক্লবগী পুনশিন্নরিবা, মপা মপুদগী ফংলকপা সম্পত্তি, মীয়োল মথং মথং চথরকপা, অমসুং জাতিগী শকওং পুন্নমক অসিদগী হৌরকদবনি। ঐখোয়বু য়োকখৎলিন্নক্লিবা ইমা লৈবাক্তা তৌবিমন খঙনা ভক্তি লৈরকপা অমসুং

পুম্নমক্কী অপুনবা ভক্তি, মদুনা ঐখোয়বু পুনশিল্লক্তুনা 'ন্যাশন্যাল পার্সোন্যালিটি' অমা ওইহল্লক্লিবা অদুবুসু তুংওইনবা য়াদে। মসিনি ঐখোয়গী য়ুম্ফম ওইবা ব্রাখল, নত্রগা 'কমন আইদিয়্যাল' অমগী মওং। অসিগুম্বা 'আইডিয়্যাল' অম্রদা ঐখোয়না কথোকপগা, লোয়ননা, কাংলুপকী অপাম্বা, চিন্র-তোংনবা, অমসুং চেকশিন্না ঙাকশেল্লবা থবক থানা অদুনা ঐখোয়বু থকশি-খাসি নাইবা হায়বদু ওইহল্লক্কনি। মিলিটারি ট্রেনিংনা হকচাংগী ওইবা থবক্তা লেংমান্নবা থবক তৌবা ঙমই। চথরিবা মওংসি ফৈ, অদুগা মদুগী থাক য়ৌনা মহে-মশিং তম্বদসু তৌকম থোকই। পুক্লীং লায়না ওলহনবা য়াবা স্কুল কাবা চহি লেজ্জাশিংদা থাক নাইনা মিলিটারি ট্রেনিং পীবা দরকার ওই, অসুম য়াংখংলক্তুনা কলেজগী পুন্সি য়ৌরকপদা য়াইদগী য়াংবা মতাং য়ৌহনগদবনি। অসিগুম্বা ট্রেনিং অসি খুংলাই পায়বা লাম্মীগী ষ্টেণ্ডর য়ৌহনবগী অঙাইফদবা লৈতে। তৌইগুম্বসুং, চুম্নগী মিলিটারি ট্রেনিং থক্তং পীবনা অশেংবা ডিসিপ্লিনগী ব্রাখল হাপটিনবা য়ারোই, মদুসু অচৌবা আইডিয়েল অমদা ভক্তি লৈরগা মদুদগী থোরক্কদবনি।

### অফবা অকোয়বগী ফীভম

মহৈতম্ফমশঙশিং অমসুং হোষ্টেলশিংদা ফংহল্লিবা খুদোংচাবশিংদু হায়রিবা পান্দম অসোমদা ওনশিনগদবনি, হৌজিক মতমদা ফংহল্লিবা খুদোংচাবশিংদু পোথাবা অমসুং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা, 'প্লেঝার হন্টিং' লোমদা লৈশিনবগী মতৌ ওইনা তৌই। হায়রিবশিংদু ছাত্রগী পুন্সিদা শোয়দনা মফম অমদি লৈফম থোকই। তৌইগুম্বসুং তম্ফমশঙগী হব্রা নুংশিং পুম্নমক তম্বগী ব্রাফদা পীল্লাংগদবনি, কনাগুম্বা অমনা জ্ঞান তানশিনবগী মরমদা করি অনৌবা হাপচিনবা ঙম্না, ধর্ম্ম চেন্দুনা 'আইডিয়্যাল' অদুগী থবক্তা খুদম অমা থম্বা ঙম্বা অসিনচিংবা ওইবা য়াই। চুনবা 'এক্সত্রা-করিকিউলার-অ্যাকটিভিটি' শিং পীগদবনি, মদুনা 'স্পোর্টস এণ্ড ফিজিকেল এক্সসাইজ' নচিংবা অসি আর্ট কি ফোর্মদা ওইহনবা য়াই, পিকচরশিং, নুংঙাইবগী খোংচৎ কয়া, অমসুং আউটিং, অশেংবা পুন্সিদা চঙবা তোঙান তোঙানবা খুংনা নোম্বা শরুক

য়াবনচিংবা তন্নবা কান্নগনি, খর হন্থনা খুদোংচাবা কংবা হৌজিক্কী সমাজগী পুন্সিদা চঙবা সেবাগী থৌরম তমশিনবদা মতীক চায়।

**ওজানা মমাঙথংবা শরুক**

পুন্নমক অসি ওজাশিং অমসুং হোষ্টেলগী ৱার্ডেনশিংনা তত্তনা য়েংশিনবা চঙই। মহৌশা ওইনা ওজাশিং অসি মখোয়না তম্বিবা বিষয়দু মতীক চাবা অমসুং নীংথিজনা খঙবা ওইগদবনি, মী হুন্দুনা ঙাংশক্তবা লমচৎ-শাজৎ খুজিল থৌয়াং হৈবা অমসুং নহা ওইরিবশিংগা তিন্নবদা নুংঙাইবা মরী থম্বা ঙম্বা মীওইশিং ওইগদবনি। ওজা অমা, হায়বসি মতম পুন্নমক্তা লাইরবনা মরম ওইদুনা ৱাদুনতা লৈ, মাগী য়ামদ্রবা পাম্বৈ অদুনা মাগী ইমুং মনুংগী মীশিং থাকপা অমসুং অঙাং ময়াম অমা য়েংশিনবগী দায়িত্বনা মপোৎ লুম্নদুনা ব্যাবহার তৌবা য়াবা শকফম ওইদ্রবা মখোয়নি। মখোয়না ওইবা য়াবা ষ্টেণ্ডর য়ৌনা আশা তৌবা ঙমদে। মহাক্কী শেন্থুম অমসুং য়ুমলৈকৈরেগী থাক ৱাংখৎহনবা তাবনি; মখোয়না য়েংশিনগদবা ছাত্র মশিং ককপা তাবনি। ঐখোয়না ফংলকপা মিৎ-না-কোংনা ফংবা জ্ঞানগী মতুং ইন্না কনাগুম্বা অমনা খুদোংচানা শেন্নবা য়াবা অঙাং মশিংসি ১৬-২৪ নি হায়না লেপনৈ, হায়রিবা 'রেশিও' অসি ঙাক্লা চৎলবদি ঐখোয়না অপাম্বা ফল অদু শোয়দনা ফংগনি। মসিগা চপ মান্ননা অচুম্বা অদু হোষ্টেলশিংগী ৱার্ডেনশিংদসু ঙাকদবনি।

**য়ুম, ছাঁচা হৈফম কেন্দ্র**

অসিগুম্বা তকশাক্রিবা, ক্রক ক্রক ফাজিনবা শেন্থুমগী ফীভম, ইণ্ডষ্ট্রিদা য়াম্না চাওখৎলকপনা মরম ওইদুনা 'য়ুম' গী ইনষ্টিটিউশন অসি পুমকায় কায়রে। মমা মপা ওইবশিং অমসুং গার্ডিয়্যানশিং মখোয়গী মচা-মশুশিং য়েংশিন্নবা পাঙ্গল শক্তি মতম ইফং ফংলক্রে। মখোয়দগী করি অমত্তা আশা তৌবা য়াররে। অদুম ওইনমক মখোয়না শাস্তি ওইবা ইমুং মনুংগী পুন্সি, পুন্য চেনবা ধর্ম্মগী থবক থানা পাংথোকপা, হান্না চৎনরকপা ধর্ম্ম কর্ম্ম

পুজানচিংবা অমসুং খোইহেজ্রা মরু ওইনা, মখক্তা পনগ্রিবা পুন্নমক অসি থাজবগা লোয়ননা অভাংশিংসু শরুক য়ানবা তশীবা তাকপীবা চক্কই। মখোয়দা পুক্লিং চঙবা, অমবা শাজং নীচং অমসুং থকপি-থাসি নাইবনচিংবা মখোয়গী বাখল্দা চঙহন্নবা হোৎনবদি মখোয়দগী য়াম্না থাপ্পা লৈদ্রে। য়ুমলোন কৈরোয়নবশিংদগীসু অভাংশিংগী পুন্সিদা অমবা লমচৎ ব্যবহারগী চৈথেঙ অমা লিংখৎপদা মতেং য়াম্না ওইগনি।

অভাংশিংদি মিতৈ তম্বদগী য়াম্না কান্নবা পায়া তমই। ওজাশিং, য়ার্ডেনশিং অমা মশা অমসুং য়ুম-লোন কৈরোয়নবশিংগী চৈথেংদগী মখোয়গী পুক্লিং লায়না ওনহনবা য়াই। মখোয়না মদু লৌশিল্লি অমসুং মখোয়গী পুন্সি নিংখিজনা শাগৎলি।

## অচুম্বা লুচিংবা

লৈবাকী সাধারণ ওইবা হৌরা নুংশিং অসিসু থন্নবা য়াবা মচাক অমা ওই। হৌরা নুংশিং পুন্নমকসি পুন্সিগী রাজনীতিগী অমসুং শেন্নুমগী জীভমদা হেক্লিন্না ময়াই চমহল্লি। হায়রিবা ফিল্ডসিদা লৈবা মীশিংবু সমাজগী কিন্নমকম ওইবা লুচিংবনি হায়না প্রোজেক্ট তৌনৈ। হায়রিবা মীওইশিং অসিগী লমচং শাজং লমজিং অদুদি তাম্বৎ-হেজংনবা হোৎনবদা মতীক চাবা ওইত্রা হায়বদুদি হায়বদা লুনা থোকই, অয়াম্বা মতমদা তাংনা ফংই। নুমিৎ থোকপদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ঈরাংতা লাংদুনা লৈ, মীশিংগী পুক্লিং লাওহন্নবা 'এজিটেশন' কয়া লাওবা, অয়াম্বা মতমদা কয়া শুকচেল চাওবদি নওবা মীশিং থাদোকই অমসুং থাগৎনঙাই ওইদবা মোর‍্যাল ক্যালিবর অমসুং কিদমকম ওইদবা মীওইশিংবু লুচিংবশিং ওইবগী কম জিন্দোকই। এজিটেশননা পুক্লিং ঈহল হৌহল্লি, পুক্লিং য়াম্না লাংগনবা নাহারোলশিংদা লায়না পুক্লিং ওনহনবা অসি মহৌশা ওইনা তৌই। মখোয়গী আন্দোলন শৌগৎপা মশিং য়াম্নবা অমসুং মপাঙ্গল কনখৎনবা এজিটেশন হৌদোকপশিংনা মিহৌহন্দুনা থুনা ওনগনবা নাহারোলগী শক্তি অদুগী কান্নবা তৌই।

ছাত্রগী ইউনিয়নশিং অসি পোলিটিকেল পার্টিশিংগী অমা নত্রগা অমগী লমজিং লীবা নত্রগা য়োকখৎপগী মথাদা থবক তৌই, মরমদি পোলিটিকেল এজিটেশননা ইউনিয়নশিং অসিগী মতেং লৌদুনা শক্তি শেম শাগৎলি অমসুং মখোয়গী য়াথং ইলহল্লি। অসিগুম্বা থৌওং অসি হোংবা অবনি। পোলিটিক্স অমসুং পোলিটিকেল পার্টিশিং অসি খর অহল ওইরবা ছাত্রশিংনা মীচং নাইদনা মহে তম্মক্ষমশঙগা মরী লৈননা তমগদবনি, তৌইগুম্বসুং পার্টি লিডরশিংনা ইউনিয়নগী থবক থানাদা খুৎ থিংজিনবা য়াহল্লোইদবনি। লৈবাক্কী সাধারণ ওইবা রাজনীতিগী হুব্রা নুংশিং অসিসু হোংবা অমদি চঙই। এজিটেশন ওইনা চংশনবা লম্বী অসি প্রোগ্রেম পুন্নমক্তা খন্ন-নৈনবা, ভাব তামিন্নবা, অমগা অমগগী বাখল্লোন অদু লৌশিন্নবা থৌরাং তৌদুনা লৈবা অসিগুম্বা শেমগৎ শাগৎপগী লম্বীরোমদা ওনশিল্লক্কদবনি, অমসুং পুন্নমক্তুগী বাখৈনবা অমা শান্তিওইনা পুরক্কবা হোংনগদবনি। মতাং অসিদা সরকারগী থৌদাং পুরিবশিংগী রোল য়াম্না চাউই অমসুং মরু ওই। মখোয়না মখোয়গী বাখল্দগী হেন্দোক্কুনা অতোপ্পশিংগী মততা মতীক চানা ব্যবহার তৌব্রবা অমসুং খন্ন-তান য়াদ্রবা, এজিটেশনসু অসুম চথদুনা লৈখিগনি অদুগা মদুগা লোয়ননা ছাত্রশিংগী থকশি খাশি বাংপসু অসুম হেক্সংলক্কনি।

**ইউনিয়নশিংসি নহারোলশিংগী থবক শুবগী শক্তি চিংখোক্কবা পান্থে ওইহনগদবনি**

মরম অদুনা ইউনিয়নশিং অসি রাজনীতি অমসুং অতৈ এজিটেশন্যাল পার্টিশিংদগী মপুঙফানা খাইদোক্কগদবনি অমসুং মখোয়গী থবক থানাশিং অদু জ্ঞান তানশিনবা, থবক্কী বাখল, মখুৎনা থবক শুবগী লেমজবা, কাংলুপকী পুন্সিদা মরুপ মপাংগুম লোয়নবা ওমবগী থৌনা লিংজেল তানশিনবদা অক্তবা ঈরম ওইহনগদবনি। ইউনিয়নশিং থিংজিনবনা কোক্কবা পান্থে ওইরোই। ইউনিয়নশিং অসি কলেজ লেবেলতদা পুক্লিং থৌগৎকদবনি। স্কুলগী চৈন্দদি ছাত্রশিংসি নৌমল্লি, ইউনিয়নগী থবক পাংথোকপদা নিংথিজনা খঙবা অমসুং

থবক পাওবা ওমখিরোই। মরমদি ইউনিয়নগী থবকনা পিক্লিবা অঙাংশিংদা মখোয়গী থবক্কী শক্তি অদু হেল্লা চিংথোকখিগনি। মখোয়গী কান্নবা লল্লী থৈগদবা থবকশিং অদু হান্নানা অতোপ্পা অময়োমদা থিন্দুনা উৎথ্রবনি।

## প্রেস অমসুং পব্লিসিটিগী রাংহন্নবা থৌদাং

প্রেস অসি মীয়ামগী পুন্সিগী মঙাল হুন্দোরকপনি হায়না লৌবা য়াই। সমাজগী ফত্তবা কয়া খবরগী থোঙদা লায়না ফোংদোকপা য়াই। রাজনীতি অমসুং কান্নবা পোংচঙ কয়াদা অকনবা থাহে থাতানা হৌজিক মতমদা ঐখোয়গী পুন্সিগী মরু ওইবা চঙদবা য়াদ্রবা হায়বদু ওইরি। মদু মচিন তুমহন্দুনা, চাওনা উহন্নবসু হোৎনরি। পাপচেনবা অরানবা তৌবশিংগী থাগী কয়া মীয়ামদা থুক্কৎপা পোক্কদবা মওং উৎথোক্কুনা চাউথোকচনিঙাই ওইবা মকম কল্লি। অদুবু ফীভম অসি মপুঙ ফানা অওনবা অমা পুরক্কবা হোৎনবগী দরকার লৈ। রাজনীতি-শেম্মুমগী শকওংতদা হেঞ্জিন্না মরু ওইনা লৌবগী মহত্তা, অসিগুম্বা থবক্তা লুপ্তুনা লৈরিবা মীওইশিংবু য়াম্না ফিদম্নফম ওইবা মীওইশিং ওইনা প্রোজেক্ট তৌনবা হোৎনবগী মহত্তা মখোয়গা মান্নবা নত্রগা মখোয়দগী হেন্নবা তৌবনা হেন্না ফগনি, প্রেসনা দেশকী দমক্তা অচৌবা কান্নবা সেবা কয়া তৌবা য়াই। মখোয়না ঈশ্বর অমসুং মীওইবা জাতিগী সেবাদ থবাই লুপ্লবদি, মখোয়গী পুন্সি, দাগ অমত্তা লৈতনা অশেং অশেংবা অমসুং চোকথবা নাইদনা মশাগী ওইজবা থিদবা থবক ঙাক্তনা তৌরবদি, মখোয়দু শোয়দনা মতৌ তমনিংগনি অমসুং মতুং ইনবদা মতিক চাবা ওইরকনি। অদুম ওইনমক মসি 'পেরিয়োডিক্যাল' অমসুং 'ম্যাগ্যাজিন' শিংনা হেন্না নিংথিজনা থবক তৌবা ঙমগনি হায়না খল্লি। নুমীৎ খুদিংগী ফোংবা পাউ চে শিংদগীদি কয়া থোইনা আশা তৌনিঙাই লৈতে।

মহে তম্বদা 'ওডিও-বিজিউয়্যাল' মেথড শিং শিজিন্নবা অসি তরাম্না থাগৎনৈ অদুগা তম্বী-তাকপীবা অমসুং লমচৎ শেম্মগৎপদা অচুম্বা ওইহন্নিংবা ওইহনবা ঙমগনি হায়নসু লৌনৈ। তৌইগুম্বসুং মেথড অসিগী

শক্তি অদু খবরদা, ফজাংদা অমসুং মীনা হেক উবা লায়গদবা মফমদা 'অ্যাডভর্টাইজর' শিংনা লান্না শিজিন্নে মীয়ামদা লুদবা লাউদ স্পিকরশিং রেডিও অমসুং ট্রানজিষ্টরশিং শিজিন্নদুনা মীয়ামগী নাকোং বাই চিলহল্লি। ইন্দ্রি-পেন্নগাই ওইবা পিকচরশিং, ইশৈ-নোংমাইনা খোংথাং খুদিংমক্তা মিং-না পেলহল্লি। মতৌ করন্না নহারোলশিংগী 'মোর‍্যাল ফ্যাবরিক' অসি চাথংতুনা মাওহনগদৌরিবগে হায়বসি লায়না খনবা য়ারে।

## বেসিক অরিয়েন্টেশন-পুন্ডকম অসিগী তৌদবা য়াম্রবা

তৌইগুম্বসুং চাউখংপগী মমিংদা পুম্নমক অসি য়ৈখায় থিজায় অমসুং অথিংবা অমত্তা য়াওদনা চথরিবনি। পুম্নমক অসিগী ফলদি পোংচঙগী রাজনীতিগী অমসুং ইন্দ্রিগী হৈনজবদা হেজিন্না লৌশিল্লুবদগী মোর‍্যাল অমসুং ইথিকেল ভেল্যুশিং মাঙশিল্লকপা উরিবা অসিনি। হৌজিক মতমগী লুচিংবশিংসি, মখোয়না শাগংলিবা হবা-নুংশিংকী ফিভম, শারমচংকী অরাম খৌরাংবা কোকহন্নবা অরানবা বাখল, মোর্ডনিজমগী খম থেংবা পুম্নমক ওইরবা, চাউখংলকপা অসিনা মীয়ামদা, হেন্না মরু ওইনা হৌগংলকলিবা মীরোন্দা 'ইমমোর‍্যাল' ওইহনবদা মতেং পাংলকই। মোর‍্যালিটি অসি ফৈ, ইমমোর‍্যালিটি অসি ফত্তে, অদুবু মসিগী অফবা ক্বালিটি অমদি লৈ, মদুদি মোর‍্যাল ভেল্যু খঙহনবা অমসুং মখোয়শিংদগী করম্না লম লান্নना চংখিবগে হায়বদু খঙহন্নবা ওই। তৌইগুম্বসুং 'নন-মোর‍্যালিটি' অসিদি য়েংফম্রবা খুদোংথীবা অমনি, মরমদি মসিনা মোর‍্যাল অমসুং ইমমোর‍্যাল অনিমকপু থৌশানা লৌদে। পাপকি মশক ওইবা ইমমোর‍্যালদি অনৌবা লমায় অমদা লৈশিল্লক্লবা তাঞ্জা লৈ, তৌইগুম্বসুং এমমোর‍্যাল ওইবা, নীতি অমত্তা খঙদবশিং অদুদি অরাল অচুমগী বাখল পুম্নমক অমত্তা ফাওনবা ঙম্নরোই অমসুং মখোয়শিং অদুদি হন্দোক হঞ্জিন য়াদবা অমা ওইনা অদুম লৈম্রগনি। অসিগুম্বা মীশিং অদুদি সমাজ অসিগী অচুম্বা য়াওন অমা পুরকপদা য়াম্না খুদোং থীবা হায়বদু ওইদুনা লৈরগনি।

রাখলগী শরিংদা মপুঙফানা রিওরিয়েন্টেশন তৌদুনা লনাই, মীওইশিংগী অমসুং জাতিগী মথল মখা অয়াম্বা মওংগী মরুওইবদু মচা খাঙদোক্লুনা পুলিগী ভেল্যু লিংখৎপা অসি পুঙফম অসিগী দরকার ওইবনি। মসি তৌরবদি ছাত্রশিংগী থকশি খাসি রাংপা য়াওনা সমাজকী ফত্তবা পুম্নমক অসিগী মরুদু কোকইনবা ঙমলোই। হেন্না চাউবা তুং-মাংগী রাফমদগী মসিগী রাহংসিমা থাইদোক্লুনা থমহৌরবদি মদুনা কান্নবা অমত্তা পুরকপা ঙম্লোই। মসিগী রিওরিয়েন্টেশনগী রাফম অসি থুদক্তা চংখোন্না লৌখৎহৌরবদি, অতৈ কোক্লবা পাম্বে নত্রগা প্রতিকার অমত্তা লৈরোই।

# থবক পাংথোকপদা শোয়ত্রবা টেকনিক

## ১) অশেংবা ন্যাশন্যাল রিওর্গ্যানিজেশন অমগীদমক

রিবোলুশন্যারি অমসুং 'মাস মুভমেন্ট' শিংগী অশোয়বা – মী শেম্নবা মতম মতমগী ওইবা টেকনিক –'হন্না হন্না তৌবা, অভ্যাস'তা লীচিং পীবা – ন্যাশন্যাল সিম্বোল ভগবা ধবজ, গুরু – কিদম্নফম অমবু ঈরাংপা লাইরিক নত্রগা মীওই অমবু নত্তে – শাখা, ন্যাশন্যাল রিওর্গ্যানিজেশন শৌদোকখ্রবা পাত্র – মীরোল লান্না চংনরক্নিবা জাতিগী উৎসব, হরাও কুমেল – 'ইনষ্টিটিউশন্যালিজম' গী খুদোং থীবা – মিলিট্যান্ট গ্রুপশিংনা খুদুম চনবা, হিন্দু নত্তবগী বাখললি – সঙ্ঘনা সমাজবু পুম্নমক্কী ওইনা শেমগৎপা পামই।

কিদম্নফম ওইবা অমা হায়বসিদা থৌওং অমা অমসুং থবক্কী পরিং চঙই, মসি অশেংবা পান্দম অদু ফংননবনি। হৌজিক মতমদা ঐখোয়না মখল মখা অয়াম্বগী টেকনিক কয়া ওর্গ্যানিজেশন শিংনা শিজিন্নবা উই। ঐখোয়গী ওর্গ্যানিজেশন অসি শেমগৎপা মতম ফাওবদা থবক্কী তোঙান তোঙানবা থৌওংশিং শিজিন্নখি। ঐখোয়গী ওর্গ্যানিজেশন অসি শেমগৎপা মতমদসু ডাঃ হেডগেবারনা সিষ্টেমশিং অদু খণ্ডনা খণ্ডনা সঙ্ঘ লিংখৎপগী তোপ-তোপ্পা টেকনিক অমা হৌদোকখি। পুম্নমকসিগী ওন্না তৈনবদা, সঙ্ঘ হৌদোক্লিক্লিঙৈগী মমাঙদা মতম শাংনা মতম অদুগী অতে সংস্থান কয়াদা মাঙজিন থানা য়াওশিন্নমই অমসুং মখোয়গী টেকনিকশিং অদু নিংথিজনা খণ্ডদোক্লমই।

অদু ওইরবদি মহাক্না তোঙানবা ওর্গ্যানিজেশন অমা তোঙানবা টেকনিক শিজিন্নদুনা হৌদোক্লল্লিবা করিগীনো? মহাক্না ফাউণ্ডর অমা ওইনা, লুচিংবা মিংচৎ অমসুং থাগৎপা পাম্মদুনা মনিং তম্বা তোঙানবা সংগঠন অসি শেম্লল্লিব্রা? পুন্নমক অচুম্বা অমত্তা নত্তে, ডাক্তরজীনা অতৈ প্লেটফোর্ম কয়াদা মতিক চাবা থাগৎপা কয়া ফংগ্রে। মহাক্কী মশান নাইদবা থাদোকপা, অকিবগী মশক ওইরবা থবক্কী থৌনা, ফুংঙাহোরকপা থোইদোক হেন্দোকপা লৌশিং, প্রতিভা লৈবা মরমনা মঙোন্দদি মিংচৎ তানবা অমসুং মীয়ামনা থাগৎপিবগী করিসু নাচুংবা লৈতে। মহাক্না পুন্নমক অদু থাদোকখিরমই, অমসুং মনা মনিল নাইদবা, নাপল য়াওদবা মখলগী ওর্গ্যানিজেশন অসি লিংখৎখি।

**অচুম্বা লম্বী খিরকপা**

অদু ওইরবদি জাতিগী লৌবুক অসিদা মহাক্না লাঙ্গোল য়োৎলম ফাংননবা ইললকলিবা মরমদু করিনো? নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা মমা লৈবাক নুংশিবগী মৈহৌবী ৱাখল মতা লৈবা মরমনা মহাক্কী অহানবা শুম্লাংয়াইদি মতমদুগী রিবোল্যুশনারি মুভমেন্টশিংদু মশানা পামজবনি। অচুম্বা অসিনা মরম ওইদুনা, মহাক্না মশাগী খুদোং চাদবা কয়া লৈবা মরক্তা কলিকাটাদা মেডিকেল তম্বা চৎকে হায়না লেপখি। মহাক্না মদু পাম্লম্বগী মরমদি মতমদুগী রিবোল্যুশন্যারি মুভমেন্ট অদুদা চঙশিন্দুনা মপুঙ ফানা লুপশিনবা পাম্লম্বনি। মতম অদুদা কলিকাটা অসি রিবোল্যুশন্যারি ঈহৌগী ব্রোং ব্রোং শৌরিবা মৈগী চীঙগুম্বনি। মহাক শাথীরবা চেম্থরক্লিবা মৈগী চীঙগী শৌদোক্লবা মহীগী ঈচেন্দা চোংথরমই; তৌইংগুম্বসুং বুদ্ধি থৌবা উগনবা মমিৎ অদুদি নিংথিজনা পাঙথোক্লমই। মহাক্কী থম্মোই অদু মৈরি থোক্লা চাকলিবা রিবোল্যুশন্যারি কমরেডশিং অদুগা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা তিন্ননা চৎমিন্নরমই। তৌইংগুম্বসুং মুভমেন্ট অদুদা শিজিন্নরিবা মখোয়গী থৌওংশিং অদুদা মপুঙ ফাবা ন্যাশন্যাল রিজেনেরেশন অমা পুরক্লবগী থবক পাংনঙাই ওইবা খুৎলাইদি ৱাৎলি হায়না খঙখিরমই। মখোয়গী অরোনবা, নোংথাংগুম্মা য়াঙবা, মখোয়গী থৌনাফবগী থবকশিং অমসুং মিংচৎ লৈনা শহিদ ওইখিবা মৈহৌবা

থম্মোইশিং অদু অঙকপা থাগৎনঙাই ওইবা ঙাক্লনি; তৌইগুম্বসুং মহাক্কী অঙৈংবা ৱাখল অদুনা রিবোল্যুশন্যারিগী মৈরীকশিং ঙাঙ্গোরকপা মতমদা মন্নিং উহনখিদবদি নত্তে।

মহাক্কা খঙলমই অরোনবা ৱার্কর খুজোক অমনা মীয়ামগা ইশম শন্নদনা জাতি অসিবু পুন্না ওর্গ্যানাইজ তৌনবা হৌদোকপা হায়বা অসি মপুঙ ফাবা ঈহৌ ওইরোই হায়বা খঙলমই। মদুগীসু মথক্তা মহাক্কা রিবোল্যুশন্যারি প্লোট অমসুং অরোনবা পুন্নমক অদু ইনফোর্মরশিং অমসুং বিশ্বাসঘাতকশিংনা কান্নবা লোকখিদুনা খংলাক লাকপা খুদোং থীবা কয়া মায়োক্লখি, মদু ইতৎ তত্তনা থোকই অদুগা অয়াম্বনা মখোয়গী মকোক থোংবা ক্যাডরশিং মনুংদগী ফাওবা তৌরকই। মতৌ অসুন্না চাউথোকচনঙাই ওইরবা থৌনাফবা অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপগী অরাবা খুদমশিং অদু খোঙফম অমদা পুন্নমক মাঙহল্লি। খম থেংবা ৱাখল চেৎপা থকশি খাসি নাইবা অমসুং মরৈপাক নীঙবা মীশিংগী নীংথিজনা তন্বীরবা মনুং চনবা শরুক য়াওদনা নিংথিজনা শিল্লাংলবা বৃটিশনা লিংখৎলম্বা অকনবা ষ্টেট মেছিন্যারি অমা থুগায়বা হায়বসি মায়পাকনা পাঙথোকপা ওইথোক্তে। ডোক্তরজীনা কলিকাটাদগী নাগপুরদা হল্লক্লবা মতুংদা, মহাক্কা কংগ্রেসকী নীঙতম্বগী অন্দোলন অদুদা চোংথখিরমই। লোকমান্য তিলককী লমজিং মখাদা কংগ্রেস মীয়ামগী অচৌবা মুভমেন্ট অমা ওইখৎলক্লমই। আর্ম-চেয়ার পোলিটিক্সকী যুগ অদু লোইখিরমই। বৃটিশনা লিংখৎপা লৈঙাক সাসনগী মায়োক্তা মীয়াম হুপনা থেংনবা অনৌবা কুমহৈ অমা চঙলক্লমই। 'স্বরাজ' গী ঈহলনা হৃ্বানুংশিংতা তিনখিরমই। লোকমান্য তিলকী মতুংদা মহাত্মা গান্ধীনা স্বরাজগী মৈরী অদু পাকশন্না শন্দোক্লমই অমসুং খুজং অমসুং টাউন খুদিংদা শীঙনবগী মৈরা অদু চুখৎলমই। গান্ধীজীগী চিংননঙাই লৈতবা লমচৎ-শাজৎ, মশাগী ওইজবা থিদবা, অকিবা খঙদবা, মহাক্কী ইচম চন্নবসু শোয়রোইদৌবা টেকনিক অসিনচিংবা পুন্নমক অসিনা সাধারণ প্রজা মীয়ামগী থম্মোইদা থাদোকপা অমসুং লাঙ্গ্লেংনবগীদমক জাতিবু অৱাংবা থাক্তা থাজৎলকখি। পণ্ডিত নেহরু মহাক্কী চাক্লবা আইডিয়্যালিজম অমসুং ডাইনামিজমনা পুক্লিং থৌগৎপগী

খুদমনা অনৌবা মীয়োলদা নিংতম্বগী য়াখল অদু মচিল তুমখৎলক্লমই, ইনখৎলক্লিবা মীয়োলদা নিংতম্বগী চাউথোকচবা য়াখল অদু পীরমই। অসিগুম্বা লুচিংবশিং অদুনা হোৎনরকপগী মহৈনা লৈবাক অসি এন্টি বৃটিশ ওইবা অকনবা ঈহৌ অমদা লাকশিনখিরমই। ডাক্তরজীসু বুদ্ধি লৌশিং ফকচিল্লা মাওজিন থারক্লমই। মহাক্না মীরৈপাক মচাগী সাশন অদুগী মায়োক্তা লানশীংনরমই অমসুং কৈগুমশঙদা অকনবা চৈরাক ফংখিরমই। মতম অদুমক্তদা মহাক্না অন্দোলন অদু কুপনা য়েংশিন খোৎচিনবা অমা চথরমই, অমসুং মতুংদা পামজবা পান্দম অদু ফংদনা মাঙলবা য়াবা শান্তীবা অশোয়বা অমা থোক্লগদ্রা হায়বগী নীংবা কায়বা অমা ফংলমই।

মুভমেন্ট অনিমক্তা মরু ওইনা পুক্রিং থৌগৎহল্লিবা অদু 'এন্টি বৃটিশ' ওইবগী য়াখল খক্তদা ওইরমই অদুগা জাতিগী নীংতম্বগী তুংকোইবা মিংয়েং অমদি য়াংনা উরমই। মদু সাধারণ মীয়ামতা নত্তনা লুচিংবশিং অয়াম্বদসু তৌরমই। অদুগা ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিগী অওইবা থাজবা অমা য়াওদনদি মুভমেন্ট পুম্নমক অদু মতমগী মতুং ইন্না ওয়তৈনবা ঈচেল অমনা চেন্দুনা ভাওথখিগদ্রা খল্লমই।

অনিশুবদা, ডাক্তরজীগী নহা ওইরিঙৈদগী হৃৎদুনা লাকপা মহাক্কী য়াখল্দা নৈশন্দুনা লৈরম্বা য়াহৎ অমগী পাউখুম মখোয়না পীবা ওল্লমদে। য়াহৎ অদুদি মুসলিম নত্রগা বৃটিশ, মপাল লমগী মীওই খুজোক অমা লাক্লগা ঐখোয়বু মীখা পোলহনখিবা অমসুং মতম কুইনা ঐখোয়গী ইখক্তা সাশন তৌবা ওল্লম্বসি করি মরমদগীনো হায়রবসিনি। বৃটিশ চৎখ্রে, ফরে, তৌইগুম্বসুং নারিবা লায়নাদুগী মরু করিনো, মদুনা মীরৈপাক মচাশিংনা ঐখোয়গী লৈবাকপু মতম শাংনা খুদুম চনখিবদো। ঐখোয়না মীনাই ওইখিবগী দমীদি ঐখোয় ইশামক্কী ইউনিটি লৈতবদগীনি হায়রবসিনা শেংলবদি, টেরোরিষ্ট মেথড অমসুং আজিটেশন্যাল মেথড অসিনা নুংগী ওইবা লায়না অসি কোকহনবা ঙমগদ্রা? মীয়ামগী লেঙদবা অমত্তা ওইবা হায়রবা অসি 'রিবোল্যুশন্যারি 'শোল্ড' এণ্ড 'মাস আপসর্জ' না শোয়দনা নুংগী অনাবা

অসি কয়নবা ওন্নগদ্রা? মশাগী মরম্মাইগীতা য়েংবা থকলি-খাসি বাংলা অমসুং জাতিগী বাখল চেন্দবনচিংবা কত্তবা বাখলগী ঈহৌশিং, মসিনা ঐখোয়গী মীশিংগী মরওইবা হকচাং কায়াংশিংদা হৌখিবা চহি, চা কুমজা কয়াদগী চিত্তুনা লাকলি অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়বু মীরৈপাক মচাশিংনা খুমে চনখিবনি। মসি থুনমক কোকহনবা ওমগদ্রা?

অদুগা অমুক, ঐখোয়গী মীশিংনা নিংখিজনা শিন্নবা জাতিগী পুন্সি অমগী অওইবা অমসুং নিংখিজনা য়োকথংলবা গুণশিং য়াওদনা অকনবা মুক্কবা অমদা য়ুম্ফম ওইরগা 'মাস ফিউরি' হায়রবদি মীয়াম শাওগংহন্নবা থবক লৌখংগা হায়বসি পাউতাক পীনিঙাই ওইদে। সেক্সপিয়রগী Julius Caesar দা Caesar যু মহাক মশামক্কী কোমরেডশিংনা হাংত্রবা মতুংদা, Brutus অমসুং Cassius না মীয়ামগী ঈহৌ অদুগী মতোংদা তোংখি, Caesar গী মরুপ Antony না য়াম্না হৈশিংনা মীয়ামগী অশাওবা অদু নিংখিজনা শেম শাদুনা শিজিন্নরগা মীহাংশশিং অদুগী মায়োক্তা লৈশিলহন্নকখি, মেন মান তাদনা মীয়াম হৌহন্নুবদু মমৈদা চেনবা তারকখি অমসুং Antony না অসুম্না মহাক্কী অফাওবা রিমার্ক অমা পীখি, "Michief, thou art afoot, Take thou what course thou wilt" মদু খংহৌদনা থোরকপা খুদোং থীবা অমনি "Thou wilt and not as we will" - অসিগুম্বা মীয়াম হৌবা আন্দোলন অসি, লৈবাক শিনবা থুংনা অওইবা ন্যাশন্যাল লাইভ শেল্যু অমসুং অন্দোলন অদু মমায় চুম্বা অমসুং লাকশিনব ওন্নগী শক্তি য়াওদ্রবদি সিগুম্বা খুদোংথীবসি শোয়দনা থোক্কনি।

### পুন্সীংগী বারেপ অমর্দিনক পুন্সীংগী ওইবা রিবোলিউশন অমা

লম্বী অসিদা লুনা খঙ্গবা মতুংদা ডোক্তরজীনা মীয়ামগী বাখল মওং অসি মশুক কাবা বাখলগী রিবোলিউশন অমা য়াম্না দরকার লৈ হায়না মত শীরমই। অদুনা মদু মেন্ট্যাল রিবোল্যুশন অমা ওইগদবনি ফিজিকেল রিবোল্যুশন ওইরোইদবনি, মদুনা ঐখোয়গী লৈবাক অসি মীরৈপাক্কী শাসন য়াওনা জাতিগী অনাবা পুম্নমক অসি কয়নবা ওন্না হীদাক ওইগনি। মহাক্না

মপুঙ ফাবা অহোংবা অমা; রাখল শনবদা পুন্নমক্কী শাজং-লিচত্তা, নাওংদা পুন্নমক অসি মীওই অমম্মতা ওইনা জাতিগী পুন্সি অমা শেমগৎনবা ওর্গ্যানাইজ তৌগদবনি, অদুগা থাগুবা কনবা, অতন্না, রাখল লোংদবা লম্বী, অমসুং বাজাই বেঙ্গল খোংবা প্রোপ্যাগাণ্ডানচিংবদগী থাপনা লৈগদবনি।

ন্যাশন্যাল রিওর্গ্যানিজেশন হায়বসিনা খণ্ডনরিবদি জাতিগী হৌনশা ওইরিবা শকওং শক্তম অদু য়োকখৎপবু খণ্ডনে। মসিনা ইমা লৈবাক্তবু নীংবা, ঈচিন্নাও ওইবগী মিনুংশি, জাতিগী থবক থানা খুদিংমক্তা শরুক য়ামিন্নবা, জাতিগী ফিদন্নকম ওইবশিংবু লুনা ভক্তি তৌবা; থকশি খাসি নাইবা, থৌনাফবা, নুপা খোকপা অমসুং অতে লেমজনগাই ওইবা গুণশিং তানশিন্নবা মায়কৈদা চঙশিনগদবনি। অসুম্না রাখলবু ছাঁচাদা য়ৈদুনা, অমসুং লমচৎ শাজৎ শাগৎপা অসি চুম্নগী পাওতাক শীবা অমসুং ময়াম পুন্না রাশকমিন্নবনা ওইরোই। জাতিদা ভক্তি লৈবগী রাখল অসি লেপ্তুনা চাক্তুনা লৈবা মৈরী অমগুম্না ওইগদবনি, অহিং নুংথিল চুপনা, চহি চুপ্না চাক্কদবনি। অসুম্না মী ময়াম নুমিৎ খুদিং চাং নাইনা তিন্দুনা ফম্মিনগদবনি, চুনবা অকোয়বগী ফীভম শেমগৎকদবনি। মত অসি লৈদুনা ঐখোয়গী ফাউণ্ডরনা কাইনথংদা হৌজিক্কী ওর্গ্যানিজেসন অসিগী ক্রেম রার্ক অদু শাগৎপিরম্বনি।

## পুক্লিং থৌগৎপা দৃশ্য অমা

মসিগী অহানবা মিৎ থক্তুৎহন্নখিবা ঐখোয়গী 'মেথড' অদু মদুগী নুমিৎ খুদিং পাংথোকপা প্রোগ্রাম অদুনি। অহাংবা প্লেগ্রাউন অমনি। গেরুন্না মচুগী ফিরানগী মখাদা নহারোল কাংবু কয়া, অমসুং নুপামচাশিংনা ভারতকী ওইবা মশাম্ন কয়াদা লুপ্তুনা শান্নরি। নুংঙাইনা পুক্লিং থৌগৎনা লাউরিবা খোঙ্গাং কয়ানা অতিয়া নিঙ্গি। অকি অথং লৈতবা নহাশিংনা মচিন্দা 'কবাদী' হায়না লাউরদুনা মাঙলোন্দা তকশিল্লিবদু য়েংবদা পুক্লীং তুজ্জুংঙাই ওই। জুচিংবগী হুইশেলগী মখোলন মখোয়দা মিত্রংগুম্না খুদক্তা মপুঙফাবা মথং মনাও অমসুং অচীকপা থোকহল্লি। অদুদগী লাঠী শায়দুনা হাইবা, সুর্য্য নমস্কার, মার্চিং, অসিনচিংবা মথং মথং শান্নে। প্রোগ্রাম খুদিংমক্তা পুন্না হোৎনমিন্নবা অমসুং

মরয়াই মথন্ত ওইজরকপা ডিসিপ্লিন শীনথুংনা য়াওই। অদুদগী মখোয় ফমই অমসুং মরৈপাক নীংথগী ইশৈ শকমিন্নে।

মতুংদা খন্ন নৈনবগী থবক চথৈ। জাতিগী পুন্সিদা ওইরক্লিবা সমস্যাগী মরমদা লুনা খন্নে। মমৈদা মখোয়না ফিরালগী মমাঙদা পরেং লেপ্তুনা লাইশোল অসি থী।

'নমস্তে সদা বৎসলে মাতৃভূমে'

(Many Salutations to thee, O loving motherland)

মসিগী খোম্বাংসিনা অতিয়া পুম্বা নিলহল্লি অমসুং আত্মাবু মথুম মরাং হৌহল্লি। 'ভারত মাতাগী জয়' হায়না লাউবনা খম থেংবা থবায় য়াওবা মতা উত্তুনা 'প্রোগ্রাম' পুন্নমক থৌগৎপা পীদুনা লোইশিল্লি।

হিন্দুস্তানগী মফম পুন্নমক্তা টাউন অমসুং সিটিশিংতা নত্তুনা খুঙ্গং মচাশিং, চীঙ অমসুং তমশিংদা অসিগুম্বা পুক্লিং থৌগৎপা অমসুং থম্মোই মরাং হৌহনবা ঈশৈশিং অসিনা মতম খুদিংদা তরাম্না ওক্লমই অমসুং নুমিৎ থোরকপদা, নুমিৎ তাবদা, অহিংদা, নুমিৎ খুদিংগী ঐখোয়না উবা ফংই। মদুবু ঐখোয়না 'শাখা' হায়না কৌই।

থবক্কী অশেংবা নীংলিবা বাদি 'শাখা' গা শম্নরবতদা খঙবা ঙমগনি। নোংমা শকনাইরবা অচৌ অশাং অমনা নাগপুরদা ফঙ্কশন অমদা সভাগী মপু ওইবা লাক্লমই। মহাক্না তশেংনা য়াজরমই অমসুং হায়রমই, "ঐহাক সঙ্ঘগী থবক থানাশিং অসি য়াম্না থাজরমদে, মতম পুন্নমক্তা মসিগী বার্করশিং অসিদা বাহং লিশিং হংদুনা শীঙনদুনতা লাকই। অদুবু ঙসিদি সঙ্ঘগী থবকশিং অসি হকথেংননা উরুবদগী ঐহাক্কী চিংনবা থাজদবা পুন্নমক লোইনা মাঙব্রে"। থবক্কী ওইনা হায়রবদা শাখা লৈবা মফম খুদিংমক্তগী অসিগুম্বা মাম্নবা বারীশিং য়াম্না তাই।

মসিগী মরমদি ইচম চম্বনি। শাখাশিং অসি নীতিগী হম্না হম্না তৌবা অভ্যাসকী, অহিংবা মওংনি, কাম্নদনা পংশন শম্দোকপা নত্তে। মসি থবাই

য়াওবা ৱাখল লুপ্পবা মীশিংগী ছবিনি, নহা অহল খক্তনা 'নুমিৎ খুদিং সাধনা তৌই', তুমিন্না লৈরবসু ৱাহৈদি ফজনা ফোংদোকই; অইবা অমসুং ঙাংথোকপা ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙম্নরোইদনা থবক্কী পাউজেল পীবা ঙমই।

**প্ল্যানার মরাং কায়না লৈ!**

সঙ্ঘগী ৱা ঙাংদবা য়াম্না প্রাকটিক্যাল ওইবা থৌওং অসি য়াম্না তঙাই ফদে, অমসুং থম্মোইশিং অসি জাতিগী অহিংবা হকচাং কায়াংনি হায়না শেমগৎপদা ৱাখল লুপশিল্লিবা অসি মপান্দা ওইরি তারিবা অসিগা ওন্ন-তৈনবনি হায়বসি ময়েক শেংলক্কনি।

মতম অমদা গুরুজীনা অহল ওইরবা, ভদ্রলোক অমগা উনরমই। মহাক্না গুরুজীদা সঙ্ঘগী ওর্গ্যানিজেশন অসিগী মরমদা মুন্না খঙই, তশেংনমক ডাঃ হেডগেৱার না তৌরিবা প্লান পুম্নমক অদু মহাক্না পীখিবনি হায়রমই। মহাক্না ওর্গ্যানিজেশনগী মরিক চুম্বা নোট অমসুং ফিদম্নফম ওইবা মেথড ওফ ওর্গ্যানিজেশনগী মরমদা মহাক্কী ৱাখলসু উৎলমই। অদুদগী গুরুজীনা মঙোন্দা হংই, অদোমনা কল্লিঙৈ পুল্লিগী অয়াম্বা মতম মফম অসিদা লেল্লকপনি, ফীভম অমদা হেক্তা অদোমগীদমক্তা শোয়দনা লেপকদবা মরুপ মপাং কয়া য়াম্না লৈবগে অমুক্তা হায়রিবা য়াগদ্রা? ভদ্রলোক্কুনা য়াম্না থৌওই উশিত্তনা খুল্লক্লমই; মফম অসিদা ঐগা মরুপ ওইনা তিন্নবদা মতীক চাবা মী অমফাওবা লৈতে, পুম্নমক শাপ চেল্লবা মরাইবক থীরবা মীতা ঙাক্তনি। মতুংদা গুরুজীনা ফাগি ওইনা হায়রমই, "অরোইবা নুমিত্তা অদোমগী হকচাংদু পুবিনবা মী মরিখক্তদি থমহৌবা ফৈকো"।

ঐখোয়গী লৈবাক অসি ঙসিদি 'এক্সপার্ট' 'প্লান্নরস' 'প্রিচরস' অমসুং 'অ্যাডভাইজর' না শৌ শানা লৈরে, মখোয়গী ' য়াম্না খঙহৈরবা ' ঙাংলিবা ৱারী ৱাতায় অমসুং ৱারক ৱাতেম্বা পুম্নমক মরাং কাই। মসি খঙনরবা ৱাফমনি মদুদি মীশিং অদুনা অকনবা হনবা নাইদবা প্রাকটিকেল টেকনিক অমদা চেংনা লেপত্রবদি অশাম্বা শান্দম অদু ফংবা ঙমলোই, মদু ৱা চাউনা ঙাংবা অমসুং অনেম্বা থাক্কী হৈনবী ওইরক্কনি।

## মুর্ত্তি ইড়াংপা

পাংথোকপা য়াবা মওংদা হেন্না কনশিনবা থবক পুন্নমক্তা সজ্বনা মতিক চাবা টেকনিক্কী ফ্রেমবার্ক অমা পুথোক্নবা হোৎনবদা ব্রাখল য়াম্না চঙই মদুনা ফিদম্নফম ওইবা অমা ফংবদা কান্নমগাই ওইগনি খল্লি। য়াম্না চুনবা টেকনিক অমা য়াওদনা ফন ফবা আইদিয়েল ওইদুনসু মদু ফংবা ঙমলোই। ঐখোয়গী তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংদা খুদিংমক্কী অরেপ্পা 'এমব্লেম' লৈনৈ। মখোয়গী ফিজেৎ-চাকচা, লৈতেংনচিংবা অদু তোঙান তোঙানবা মওংনি, তোঙানবা মন্ত্র থি অমসুং থকশি-খাশি ঙাকপগী তোঙানবা নিয়ম চৎনৈ। শৈব্য অমা, শাক্তা অমা নত্রগা বৈষ্ণব অমা, খুদিংমক মাগী মাগী তোঙানবা লাইনিং-লাইশোল লৈ, মশাগী ধর্ম্ম কর্ম্ম, আইন অমসুং চৎনবী ব্যবহার কয়ানা মখোয়গী পুন্সিদু লমজিংই।

ঐখোয়গী টেকনিক অমা লৈরমই, 'এমব্লেম' অমা, মন্ত্র অমা, অমসুং অপুনবা অমত্তা ওইবা জাতিগী পুন্সিগী আইডিয়েল অমা ঙাক্নুনা থম্নবা 'কোড অফ ডিসিপ্লিন' ঙাক্লা চৎলকই। ঐখোয়গী অমর ওইরবা পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা খনখ্রবা এমব্লেমদি 'ভাগবা ধ্বজা' নি মসিনা ঐখোয়গী মিৎতা থাইনগী অশেংবা অপুনবা জাতিগী পুন্সি অমগী অহিংবা মুর্ত্তি অমা মিৎকি মমাঙদা তাহল্লি, লৈবাকসিগী অরিবা অশেংবা অদুনা প্রান্তগী কাংলুপকী জাতি বিজাতিগী লোলগী অমসুং চৎনবিগী পনখৈ পুন্নমক লাম্হোক্লমই। নিংশিংবা ঙমদ্রবা মতমদগী হৌদুনা ফিরাল অসিনা ঐখোয়গী ধর্ম্মগী সিম্বোল ওইরকই, ঐখোয়গী সংস্কৃতি, ট্রাডিশন অমসুং আইডিয়েলসু ওইরকই। মসিনা অশেংবা যজ্ঞগী মৈগী মচু লৌদুনা আইডিয়েলিজমগী মৈনুংদা মশা কৎথোকচখিবগী পাউজেল পীদুনা লাকই, মিংচৎ লৈরবা থোরকপা নুমিৎকি কমলা মচুদুনা অমমবা পুন্নমক কোকহল্লি, অমসুং অকোয়বদা মঙাল পি। মসিনা ঐখোয়গী হোৎনবা পুন্নমক্কী লমজিংবা থব্বানমিচাক ওইদুনা লাকই হায়বসি ঐখোয়গী ইতিহাসকী লামায় খুদিংদা লেঙদ্রবা শাক্তি ওইরিবনি। মসিনা সম্রাজ কয়া হৌগৎলকখিবা অমসুং লৈখা তাখিবা উম্রবনি, যোগীশিংনা মতোমতা প্রায়শ্চিত্ত তৌজখিবা, থৌনাফবা কয়াগী আত্মাত্যাগ অমসুং মশিং

খিঙমগ্রবা মীওই কোটি কয়াগী মঙলান মঙফাওনখিবা যুগ কয়া লাক্লকবা লৈবাকনি। অশম্বদা, মসি খ্বাইদগী বাংবা খ্বাইদগী লেমজবা, খ্বাইদগী অওইবা ঐখোয়গী জাতি অসিগী সিম্বোলনি।

**ঈরাংপগী ফিদম্লফম, মীশক অমা নত্রগা লাইরিক্তা নত্তে।**

সক্তঘনা অসিগুম্বা অহিংবা সিম্বোল অসি মসিগী লমজিং মৈরা, 'গুরু' ওইনা লৌরকই। ডাঃজীনা ফিরাল অসি ঐখোয়গী গুরুনি হায়না থম্বা মতমদা মাহাক্কী কো-ৱার্কর খরনা গুক্না য়েংনরমই। ডোক্তরজীবু মখোয়গী ঈ-তোং য়াওবা 'আইডিয়েল' মক্লি খল্লম্বা মখোয়শিং অদুনা হংলক্রমই, "ডোক্তরজী মশামক ঐখোয়গী 'আইডিয়েল' নি হায়না লৌবা য়ারোইদ্রা?" তৌইগুম্বসুং সক্তবগী ফাউগুর অদুনা ওর্গ্যানিজেসন অসিগী ৱাখল্লোন অদু য়েংদুনা অমর ওইরবা ভাগৱা ধ্বজবু ঐখোয়গী আইডিয়েল ওইনা থমখিবনি। ফন চাউবা ওইসনু, মীওই অমখকপু ন্যাশন অমগী আইডিয়েল ওইবা য়ারোই। কনাগুম্বা মীওই অমা হায়বসিদি মতম পুম্বগী ওইবা জাতিগী পুন্সিদা মতম খরতগী ওইবা পোংশক অমনি। ফন চাউবা ওইদুনসু, মীশক অমনা 'ফজব'গী শরুক মচেং খজিক্তংগী মঙাল ফজনা হন্দোরকপা ঙমই, চহি কুমজা কয়া জাতিগী পুন্সিবু মপুঙ ফানা শাংকাইহন্দুনা নুংশিবা মনম শন্দোকপ্রে। পুম্নমক্কী মথক্তা, ফন য়াম্না অচৌ অশাং ইকাই খুম্নবা ওইদুনসু মী পুম্নমক্না কনাগুম্বা মীওই অমদা চপ মাম্নরা য়োকখৎপা ফংগনি হায়বসি অরেম্বনি। মী কয়ানা শ্রীরাম মখোয়গী খঞবা ঈশ্বরমকনি হায়না ঈরাংচৈ, খরনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরগী স্বয়ং অরাতারনি হায়না লৌনৈ। মরম অদুনা সক্তঘনা সিম্বোল অসি পুম্নমক্কী ওইবা য়াবা, পুম্নমক্না লৌশিনবা য়াননবা থৱাই য়াওনা হায়জবনি।

মীওই খরগী অকোয়বদা য়োমদুনা হৌখিবা ঈহৌ কয়া মখোয়গী থৌগৎপা অমসুং ফিদম্লফম লৈদুনসু মুভমেন্ট কয়া অৱাবগী মশক ওইনা লোইশিনখিবা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াগী ইতিহাসতগী উবা ফংই। 'পার্সোন্যালিটী কল্ট" অমসুং "রাইজ অফ ডিক্টেটরস" না মীওইবগী মায়খোংদা কিহন-খংহনখিবশিং অদু মীওই অমবু লাইগুম্না ল্কাৎলুবা অদুগা

'আইডিয়েল' শিংবু থৌশাদনা থম্লুবননি। ঐখোয়গী সংস্কৃতিনা মতম পুম্নমক্তা ঐখোয়দা তম্বিরকই মদুদি কনাগুম্বা মীওই অমবু অচৌবা অম-নুং মতীক চাবা অমা ওইনা নুংশিনা লাংপা, তৌইগুম্বসুং অসুম্না তৌবদু মহাক্কী পুন্সিদা কোংদোক্লম্বা আইডিয়েল ওইবশিংগী শিংথানবা য়াবা মখেতা ওইগদবনি, শাকচাউব্রবা পৃথিবী অসিদা ঐখোয়গী ধর্ম্মতনা কনাগুম্বা মীওই অমগী 'ওথোরিটি' অমসুং 'হিষ্টোরিসিটি' দা য়ুম্ফম ওইদবা তম্বিরমই।

ঐখোয়গী হেরিটেজগী তোপ-তোপ্পা মওং অমদি লাইরিক অমত্তবু ঐখোয়গী ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী অমত্তা ওইবা থোইদোক হেন্দোকপা ওথোরিটিনি হায়না লৌদবসিনি। ঐখোয়গী ধর্ম্মগী লাইরিক অসিদি মীওইবগী পুন্সিগী অমত্তা ঙাইবা পুম্নুং লম্বীশিং অমসুং তোঙান তোঙানবা শকওং, ফীভম মতা অদু শুগায়না তাকপনি। সজ্ঘসু করিগুম্বা লাইরিক অমবু মপুঙ ফাবা ওথোরিটিনি হায়না লৌদে অমসুং অসুম্না খন্নবসু থৌরাং তৌদে। মতম অমদা ধর্ম্মগী লুচিংবা অমনা গুরুজীদা হংখি, "করম্বা ধর্ম্মগী লাইরিকপু অদোমনা ইল্লিবগে"? গুরুজীনা খুম্লক্লমই, ঐখোয়না ধর্ম্মগী লাইরিক অমগী ব্রাশিংদা ফাজিন্দুনা লৈরবদি ঐখোয়সু মখোয়গী লাইরিক অমদা চপ য়ুংনা লেপ্তুনা লৈবা মুসলিম অমসুং খৃষ্টানশিংদগী হেন্না ফবা অমা ওইরগ্লোইদবনি অদুনা ঐখোয়গী লাইনীং অমসুং ধর্ম্মগী সাধন অসি 'আইডিয়েল'দনি, মসিদা অতাবসু লৈতে, হেন্দোকপসু নত্তে।

মসি অৱাংবা জাতিগী মীরোল মথং মথং চত্থরকপা অদু ইন্দুনা লাকপনি, অমসুং সজ্ঘনা মদু লৌশিন্দুনা কনাগুম্বা মীওই নত্রগা, লাইরিক অমনা মসিগী ওথোরিটি ওইবা য়ারোই; ভাগবা ধ্বজাতনা মঙাল লৈবা সিম্বোল অদু ওইগদবনি হায়না মমাঙদা থমখিবনি। মসি জাতিগী পুন্সিদা য়াম্না চাউবা অফবা অমনি মসিনা মরম ওইদুনা অপূনবা জাতি অমগী অশেংবা মরৈপাক নীঙবগী ব্রাখল অদু শীননবা হোৎনরকলিবনি।

ভাগৱা ধ্বজানা মাঙদা থমদুনা শেংদোক্লবা মতমদা 'শাখা'গী নোংমগী থবক থৌরমশিং অদু হৌই। ঐখোয়গী মী কাংলুপ পুম্নমক পূল্লি, লোল,

রাজ্য, জাতি বর্ন, ধর্ম্ম সম্প্রদায়নচিং করিসু নত্তবা খেন্নবশিংদু কাউথোক্লদুনা অপূনবা ইমা অমগী, লৈবাক অমগী মচাশিংগী মতৌ লৌদুনা মহাক্কী অশেংবা উফুললক্তা চেন-চোংদুনা শান্নে। মখোয়না ইমা লৈবাকপু ইকাই খুম্নদুনা প্রার্থনা তৌই মমা লৈবাক্কী চাউথোকচনগাই ওইবা মরমশীদমক্তা মখোয়গী পুন্সি ফাওবা কথোক্কনি হায়না ব্বারেগনে। মখোয়না পুন্না ইশে শকপা, শান্নবা অদুনা মখোয়বু অমত্তা ওইবগী ঈহুল পুরকই হুকচাং শাজেল তৌমিন্নবা, পুন্না মার্চিং চংমিন্নবদা মখোয়গী থশ্মোয়শিং অদু মথুম মরাং হৌই।

প্রোগ্রামশিংদুদগী হেন্না মরু ওইবদি মফমদুগী হব্বা নুংশিং অদুনি। নুংশিবা অমসুং শেংহন্নবা হব্বা-নুংশিং অমা মফমদুদা শিংলি। মতমনা অসুম চগুশিন্নকপগা লোয়ননা তিল্লিবা মীশিং অদু মখল মখা য়াম্বা খেন্নবশিং কাউথোক্তুনা অমত্তা ওইনা উরকই। মখোয়গী ব্রাখন্দা মরুপ মপাং ওইবগী ফীভম অমসুং মত তিন্নবদু মরা তানা চেংশিল্লি। পুক্লিং থৌগংনগাই ওইবা জাতিগী অমত্তা ওইবগী মগুলান অদুনা সমাজ, রাজনীতি, শেন্থুম অমসুং অতে তোখাই তাবা পুম্নমক নমথখিদুনা ন্যাশন্যাল ইউনিটিবু অহিংবা অশেংবা ওইহল্লি। মতৌ অসুম্না 'শাখা' অসি লেমজবা মরৈপাক নুংশিবগী মীয়ামদা তৌবা কথোক্লবা সেবা ওইহল্লি অমসুং মখোয়বু অমর ওইরবা মরুপ মপাং ওইবগী লীপুন্না পুনশিল্লি। মসি মক্লবা জাতিগী লমচং শাজং, জাতিগী তুংকোইবা অপূনবা পুরক্লবা কেন্দ্রনি।

### মীয়াম হুপ্পা মিকপ থোকহন্নবা মচাং

মসিগী মথক্তা সঙ্ঘনা চথরকপা মীরোল কয়া লান্না পাংথোরক্লিবা উৎসব অমসুং হরাও কুম্মোশিং অসি মীয়াম হুপনা মিকপ থোকহনবগী মপাঙ্গল কনবা মচাং অমা ওইদুনা ঐখোয়গী অচুম্বা মরা চেংপা জাতিগী পুন্সি অমা শেমগৎপা ওইথোকহল্লি।

Varsha Pratipada নত্রগা Yugadi, হিন্দুগী চহি হৌবা নুমিৎ অসিনা থৌদোক কয়া থোকহন্দুনা নিংশিংনগাই ওইবা থৌদাং কয়া পাংথোকখিবা মখোয়বু নৌহৌনা নীঙশিংহল্লি। লাইবক ফবদি, নুমিৎ অসি (Hindu

Samrajya Dinot sav (Iyestha Shudha Trayodashi) গা কাংনবনা চহি ৮০০ চুপ্পা মুসলিমশিংনা ভারত্তা ওং-নৈদুনা পাল্লম্বদু লোইখিবা নুমিৎনি। নুপা থোকপা লুচিংবা ছত্রপতি শিবাজীনা মীখা পোন্দবা জাতিগী সিংহাসন লিংখৎখিবদু ইং ১৬৭২ হায়রিবা নুমিৎসিদনি। গুরু পুজা (Ashadha Poornima) অসি মীরোল কয়া লান্না ছাত্রশিংনা ওজাবু পুজা তৌবা নুমিৎনি। সঙ্ঘনা মসিবু ন্যাশনাল ক্যারেক্টর অমা ওইনা লৌই। নুমিৎ অসিদা সঙ্ঘনা মসিগী গুরু 'ভাগবা ধ্বজা'বু ঐখোয়গী ধর্ম্ম অমসুং ঐখোয়গী 'ন্যাশন'গী সিম্বোল ওইনা লৌদুনা পুজা তৌই। (Raksha Bandhan (Shravana Poornima) না ঐখোয়দা অপুনবা ইমা লৈবাকসিগী মচানি হায়বা নিংশিংহল্লি। ঐখোয়না (Rakhi) পুল্লি, নুমিৎসিদা, ধর্ম্ম পুনবা ঈচিন্নাও ওইবগী খুদম উৎপনি। Vijayadashami (Ashwayuja Shuddha Dashami) না ফত্তবগী শক্তিবু ঙমদুনা মায় পাকখিবগী মিংচৎ উরোং য়ুংখিবগী নিংশিং মৈরা চুখৎপনি। নুমিৎ অসি সঙ্ঘগীসু মপোক নুমিৎনি। Makar Sankraman, প্রকৃতিদা অহোংবা লাকপা, অমম্বদগী অঙানবদা, ঐখোয়দদি মসি ইশাগীতা য়েংবা অমম্বদগী জাতিগীদমক্তা ভাব তাবা মঙাল উরকপগী পাউজেলনি।

মতৌ অসুম্না, অমরোমদা জাতিগী মরমদা ভাব তাবা গুণ 'ক্যারেক্টর' অমসুং 'কোহিঝান' অদু শাখাদা নুমিৎ খুদিংগী ট্রেনিং তৌবদগী মীশিংগী বাখল্দা চঙই, অদুগা অমরোমদা জাতিগী য়াকাইরকপগী মৈরি অদু তোঙান-তোঙানবা ন্যাশনাল ফেষ্টিভ্যালশিং অসিনা য়োকখৎলি।

### ইনষ্টিটিউশনাললিজমগী পাপ

মথক্তা ফোংদোকখিবশিং অসিদগী শেংলে মদুদি দেশ ভক্তিগী বাখলদা পুম্নমক লৌশিন্দুনা চুপশিনবা অমসুং কন্নাগুম্বা মীওই অমা নত্রগা ইনষ্টিটিউশনদা লুপশিন্দবা মতা অদুনি সঙ্ঘনা থিরক্লিবসি। অসিগুম্বা লাইভ-স্পিরিট অসি য়াওদনা চুমনা মপাম্বোংগী শাগৎপা অমদা নপশিন্দুনা অমসুং পেন্দুনা লৈবনদি 'ন্যাশন্যাল ডিসরপশন' থোক্লনবা পোইন্ট অমা ওইরকনি।

হৌরবা ঐখোয়গী ইতিহাসতা অমসুং হৌজিক মতম ফাওবদা ঐখোয়গী খুৎশাশিং মৈন্না থিংজিন্দুনা ন্যাশনাল রিওর্গ্যানিজেশনগী নীতি অসি থৌশাদনা ইন্থোকন্রে। হৌখিবা মতমদা তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী শরুকশিংদা মীশিং মিকপ থোকহন্নবা, ওর্গ্যোনাইজ তৌননবা কয়ারক হোৎনন্রে। অদুগুম্বা মুভমেন্টশিং অদুগী লুচিংবশিং অদুনা সমাজ অসি পুনশিন্নবা অমসুং মপাঙ্গল কলহন্নবা হোৎনখি। তৌইগুম্বসুং ফীভম মতম হোংলকপগী মতুং ইন্না মখোয়না ওইরকপগী খুদক্কী ওইবা মরমদু লৌথোকন্রে, অদুগা মপাম্বোংগী শকফমদা নপশিন্দুনা মশাসু নুংগী কত্তবা ব্রাখলদা লুপশিনন্রে। মদুগী ফল ওইনা অসিগুম্বা য়ামনা লিংবা শাথীবা সম্প্রদায় কয়া মখোয় মশেন্না মরোইরে থল্লকুনা হৌজিক মতমগী মশাগীতা য়েংবা হুব্রা-নুংশিং অসিদা য়েক্লবা ওল্লকই।

খুদম ওইনা হায়রবদা, মুসলিমশিংগী শাথিবা লালগী মতমদা, 'পঞ্জাবতা গুরু নানক দেব কৌবা সাধু অমা হৌগৎলক্লমই, মহাক্লা থাইনগী ঐখোয়গী ধর্ম্মগী থাজবা পুম্নমক অচাকপা মৈনুংদা তাবা অশাবা উংকুম্না শিথরক্লবা মতমদা ঐখোয়গী মীশিংদা নৌহৌনা মৈ চুখৎপিরম্না লুচিংবনি। মহাকপু নিংথৌ তুরেলগুম লংলবা গুরু মাপলনা মতুং ইন্নমই মখোয়শিংদুনা ধর্ম্মগী মরমগীদমক্তা ভক্তি ত্যাগ কয়া তৌরম্বগী মঙাল নাইরবা খুদম কয়া থম্বীরল্লগা হিংলমই অমসুং পুন্দি লোমখি। তরাশুবা গুরু; গুরু গোবিন্দ সিংহনা ধর্ম্মগী ওইবা লাইনীংঙতনা থৌনাফবগী থবক য়াওদনদি 'অধর্ম্ম' ওইবা শক্তিশিংগা মায়োক্লবদা থোইনা কান্নবা ফংলোই হায়না মপুক্লিংদা ফাওরমই মহাক্লা মাগী তুংইনবশিংদা লাকচবা য়াদবা লাল তৌবগী থৌনা হাপলমই, অমসুং মখোয়গী থৌনাফবা লাম্মী ওইনা য়েক্লববু লাকশিনবা গুম্বা লাম্মী তেঙ্গোল অমা মওং তানা শেমগৎলমই। তৌইগুম্বসুং লাইবক থীবদি গুসি, অদুগুম্বা মিংচৎ নাইবা ঈহৌ অদুনা করিসু লৈতবা মশানগী ওইবা মওংদা নপশিনখিদুনা "ইনষ্টিটিউশন' অসি লিংদুনা থম্লবা অকলবা রুহী অমা ওল্লকুনা, য়াম্না কনশিনবা তোখাই তানিংবগী ফত্রবা মত অমা পোকপা হৌরকই। অসুম্না মখোয়না গুইরকপা 'লাইফ-স্পিরিট' অদু থাদোকখি।

ঐখোয় হৌজিক মতমগী অতোপ্পা খুদম অমগা লৌখত্তুনা য়েংসি। ইং ১৯৪৭ তা বৃটিশনা কংগ্রেসকী মখুত্তা শক্তি শিন্নবা মতমদা, কংগ্রেস লুচিংবশিংনা গান্ধীজীনা পীবা কংগ্রেস মুখৎলো হায়বা পাউতাক অদু শীঙনদুনা, মাগী মমিং অমসুং মওং অদুদা কন্না নপশিন্দুনা হান্নগী অফবা খল অমসুং থাজবা অদুগী কান্নবা লৌদুনা মখোয়মক্তা শাসনগী শক্তি পায়শিনখি। মদুগী ফল ওইনা ঙসিদি কংগ্রেসমেনশিং অসিনা শাসনগী শক্তি অসুম পায়দুনা লৈননবা, অচুম চুমদগী বাখল ফাওদনা য়ামনা হন্থবা থাক্তা কুমথরকলি। মীয়ামনা মখোয়দা থাজবা ফংনবগীদমক্তা মখোয়না মীয়ামদা মশাগী ওইজবতা খনবা বাখল পোকহন্নবা, অনেম্বা মোর‍্যাল য়াওদবা অপাম্বা কয়া মিহৌহন্দুনা পেলহন্নবা হোংনৈ নত্রগা মখোয়গী অয়েংপশিংদু পুক্নি লোইশন্নবা শিল্লি।

ঐখোয় ইশামক্তা ফংখিবা খুদম অমগা লৈ। সম্ভবৃ অথিংবা থমখিবা মতম অমদা গুরুজী গোলবালকরসু জেলদা চঙখি। থৌদোক অদু ইং ১৯৪৮ দনি, নোংমা অয়ুক অমা জেলদা ফাজিন্দুনা থমলিবা স্বয়ংসেবকশিং অদু 'অ্যাপোলোজি' তৌরগা জেলদগী থোকখিবা য়ানবা অ্যাপোলোজি ফোর্ম কয়ামরুম ফংলমই। জেলগী সিউপরিন্টেণ্ডেন্ট অদু খর থেঙনা গুরুজীগী কাদা লাকখি অমসুং গুরুজীদা স্বয়ংসেবকশিংগী মরক্তা অ্যাপোলোজি তৌরগা জেলদগী থোকখিনবা ফোর্মশিং অদু অপাম্বা মীশিংদা য়েন্থোকখো হায়রমই। গুরুজীনা মঙোন্দা স্বয়ংসেবকশিংগী মরক্তা কনা অমত্তনা অ্যাপোলোজি তৌননবা মঙদা ফাওবা থন্নদে, মরমদি মখোয়শিং অসি মখোয়গী পুন্সিদগীসু হেল্লা লুনা খঞ্জরবা, য়ামনা নুংশিজবা পামজবা মরম অমগীদমক্তা মখোয় মশা মশানা পামজদুনা লাকপ্লবনি। তৌইগুম্বসুং পুন্নমক অসিগী মথক্তা অসিগুম্বা হন্থবা ট্যাকটিকস অসি শিজিন্নরগা মখোয়না ফংগদৌরিবা অদুনা করিনো? মী অমনা করিগুম্বা মরম অমগীদমক্তা মহাক্কী বাশক অদু কায়রবদি মদু লমচৎ নাইদবা মহাক্কী লেমহৌরিবা পুন্সি অদু লেংদবা ফিরেপ ওইগদ্রা। অসিগুম্বা অকায়-অতোই অসিনা ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা করি কান্নবা ফংগদগে। অসিগুম্বা বৃটিশনা শিজিন্নবা অ্যাপোলোজি তৌবগী মেথড অসি

পুন্নমক্কা খঙবম থোকপনি। মরমদি, মখোয়দদি, মখোয়গী সাশন অদু মতম কুইনা চত্থবা য়াননবা লৈবাক অসিগী নহারোলশিংগী থৌনা লিংজেল অসি তকথায়দুনা মাংহনবা দরকার ওইবনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মসি স্বরাজনি হায়। অদু ওইরবদি অসুম হায়না তৌদুনা ঐখোয়গী মীশিংগী ইচ্ছা শক্তি, অনীঙবা, নিয়ম নাইবা থৌনা মচেৎ তানা কায়হনবদা মখোয়দা করি কায়রে।

### অন-হিন্দু ওইবগী ব্রাখল থাদোকউ

মরম অদুনা সঙ্ঘনা সমাজগী মনুংদা তোপ তোপ্পা তোঙান তাবা ওর্গ্যানিজেশন অমা লিংখৎপগী ব্রাখনসি পুক্রিং চঙদে। সঙ্ঘ হেক লিংখৎপদগী হৌনা তশেং তশেংনা সমাজ অসি পুন্না শেম্বা অসি পান্দম ওইনা থল্লকই, সমাজগী শরুক অমখক্তা ওইনা শেম্বদি পাম্লমদে। মরম অসিদগীনি সঙ্ঘগী ব্রার্করশিংনা মখোয় মশামক 'সঙ্ঘ গ্রুপ' হায়দুনা মীয়াম মমাঙদা উংপা থেনবা তৌখিদে। সঙ্ঘ ব্রার্কর লিশিং কয়ানা, জাতিগী খুদোংথীবা মতমদা, চাক তাংবদা, ঈশিং চাউবদা, রিফ্যুজি ময়াম পাকিস্তান্দগী চেল্লকপা অসিনচিংবা থৌদোক কয়াদা মখোয়গী লৈজবা পুন্নমক্কা পোম্বা ওইদুনা থবক তৌনখি। মখোয় সমাজগী ইচম চম্বা মেম্বরশিং ওইনা লৈবনা পেঙ্গরমই অমসুং সাধারণ মীশিংদা সমাজগীপুন্সি শেমগৎপা অমসুং চেকশনবা শাজৎ চৎপগী খুদম কয়া থমখি। অসুম্না নিংথিজনা পুলল্লবা সমাজ, মরৈপাক নীঙবা অমসুং মথক্তা য়োকখৎচবা ওম্বা জাতিগী পুন্সি অমনা জাতিবু মতম পুন্নমক্কী ওইনা ঙাকপা ঙমগনি।

সমাজগী মনুংদা য়াম্না শক্তি লৈবা গ্রুপ অমা শেমগৎপগী ব্রাখলসি প্রাইভেট আর্মি অমগী ওইনা, জাতিগী নীঙতম্বা অমসুং চাউখৎপদা শাথীনা খুদোংথীবা কয়ানা থল্লক্কনি। ঐখোয়না অসিগুম্বা 'বোডি' শিং থবাম্মীচাক মথীগুম্না জর্মন, ইটালি, রুশিয়া, অমসুং চিনাগী রাজনীতিগী হোয়াইজনদা শুপনম শাসন লিংখৎখিবা ঐখোয়না উরে। অসিগুম্বা টোটলিট্যারিয়্যান পার্টিশিং অসিগী মওং লৌদুনা সমাজবু দমন তৌদুনা মীয়ামবু রাজনীতিদা,

শেম্মুমগী নীতিদা, সমাজদা অমসুং সংস্কৃতিদা মীনাই ওইহন্দুনা মতম পুম্নমক্তা মখোয়গী শাসন শাংনা চথনবা হোৎনরকপা লৈবাকশিং অদু ইতিহাসতা সাক্ষী ওইদুনা লৈরি। তাবদা শম চপ চপ য়ুংবা, 'মাস পর্জ' 'ব্রেন ৱোশিং', 'স্লেভ কেম্পস' শিং রুশিয়া অমসুং চিনাদা লিংখৎলম্বা অদুনা ঐখোয়দা লৈবাকশিং অদুদা, করি করম্বা মওংদা চথরম্বগে হায়বদুগী অশেংবা ছবি ফংহৌরে। জাতি অদুগী মখোয় মখোয়গী মনিংতম্বা অনীওবা অপাম্বা ফোংদোকপা অদু থৌরী মেত্তুনা থিংলমই। নাগরিক অধিকার পুম্নমক মাংহন-তাকহল্লমই, লনাই চাউখৎনবা হোৎনজবা য়াম্রবা নীওতম্বা সমাজ অদু থুনা লৈখা তারকখি।

পাজল শক্তি শিজিন্নদুনা জাতি অমবু নত্রগা সমাজ অমবু দমন তৌবা হায়বা অসিমক্তি ঐখোয়গী লৈবাকসিদদি সংস্কৃতিনা অমসুং ট্রাডিশননা য়ারমদে। ঐখোয়গী পুম্নমক্না অসিগুম্বা 'অন-হিন্দু' ওইবগী ৱাখল্লোন অসিগী মায়োক্তা হৌদুনা লাকই। মখল কয়াগী ধর্ম্মগী থাজবা কয়া মফম অসিদা থাইনদগী হৌগৎলকই। ঐখোয়গী তোঙান তোঙানবা মচুগী পোলিটিকেল ইনষ্টিট্যুশনশিং লৈরকই। ঐখোয়গী রিপব্লিকান সরকারশিং অমসুং মপা মপুগী স্বত্বদগী ফংলকপা নিংথৌশিং লৈরকখি। থীভম পুম্নমক্কুগী মখাদা মীশিংনা মাগী মাগী পুন্সি মওংদা নুংঙাইনা লেনবা য়াহল্লমই। মী খুদিংমক মশাগী প্রতিভা, স্বভাব অমসুং অপাম্বগী মতুং ইন্না চাউখৎচনবা তৌবা য়াই। মসিগী ৱাখল মতা অসি থমদুনা হিন্দু মিসন্যারিশিংনা সমাজবু নুংশিবা, সেবা, লমচৎ-শাজৎ অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপতনা পান্নে ওইদুনা হৌগৎনবা অমসুং শেমগৎনবা হোৎনদুনা লাকই, কৈদৌঙৈদসু শা-কৈগুম্বগী শক্তি অমসুং পোলিটিকেল পাৱার শিজিন্নদুনা সমাজ শেমগৎলমদে।

অসিগুম্বা মখলগী হোংদোক হোংজিন য়াবা অমসুং মশা মথন্ত ফোংদোকচবা মখলগী ওর্গ্যানিজেশননা ঐখোয়গী সমাজবু পুনশিন্দুনা হিংগৎহনবদা মতেং ওইগনি। চাংদম্নবা মীওৎ-মীনৈ অমসুং খৎনবা হৌদুনা

লান্দারকপনচিংবা তৌদুনা ঐখোয়বু মীথা পোলহল্লবা কয়া তৌদুনসু ঐখোয়গী অপুনবগী শক্তিদি হিংহনবা ঙমগনি। সমাজ শেমগৎপগী মওং অসি নোপ্তবা অতিংবা ওইরবা অমসুং মথক্তগী নমদুনা তৌহল্লব্বা ওইরবদি ঐখোয়গী সমাজ অসি ঙসিদি ইচম চম্বা লৈনুংদা লৈদুনা নুং ওল্লবা পোৎ অমা ওইরমগদবনি। অচৌবা শাশিংনা মশাদু লুম্বনা লেংবা ঙমদে, অসুম অসুম শিথরকই, মদু মখোয়গী মশাদু কঞ্জনবা মপানগী কুয়োমদু চিংখোক চিংশিন য়াদবদগীনি। মরম অদুনা সজ্ঘনা মশা মথন্তা, মায়খীজনঙাই ওইবা মীতৌ তব্বা মখলগী ওর্গ্যানিজেশন অসি খাদোক্লবা হোৎনৈ, অদুগা ঐখোয়গী মনুংশেংবা ন্যাশন্যাল সিষ্টেম অমনা সমাজ নৌহৌনা শেমগৎনবা চপ যুংনা লেপলি।

# থবক পাংথোকপদা শোয়দ্রবা টেকনিক

## ২) অচুপ্পা লম্বী

রাজনীতি দলশিং অমসুং জাতিগী পুনশনবা – ইংলণ্ড অমসুং ভারত – মপুণ্ড ফানা অনাবা ফহন্নবা তৌদবা য়াদবশিং – মতৌ করম্না ব্রাখলগী মওং হোংগদগে – মিকুপমতগী হৌবদুদি হনখিনি – 'সংস্কার' তৌবগী নিয়ম শিং – অশিকপদগী অচৌবা পোত্তা – অশেংবা থকপি খাপি নাইবা – হৌজিক মতমগী অরানবা ব্রাখল–স্বয়ং সেবক, মিসন অমনি – মশানা মশাবু থাজবা, মথন্তা মুথংচবা – প্র্যাকটিশ তৌবা মতুংদা শন্দোকপা – থকপি-খাসি অমসুং কথোকপা-জাতি নৌহৌনা হৌগংলক্লবা ময়োল।

মপুণ্ড ফানা জাতিবু নৌহৌনা শেমগংপা হায়বা অসি থবক ওইনা পাণ্ডথোক্লবা সজ্যনা হোৎনদুনা লাকই অদুনা মসিগী থবক থানাসি নন-পোলিটিকেল ওই। পোলিটিকেল পার্টি অমদা য়াওরিবসি মীয়ামগী য়াম্না পিকখ্রবা শরুক মচেং অমত্তনি। জাতিগী অমত্তা ওইবা হায়বা অসি রাজনীতিগী প্রোপ্যাগ্যাণ্ডা, অমসুং ইলেক্সনদা পুরকপা ওমলোই। পোলিটিকেল টেকনিক অমসুং পোলিটিকেল পাব্বারনা মীগী থম্মোইদা কংথোকপা, থৌনাফবা, লমচৎ-শাজৎ, মরুপ মপাং ওইবা অমসুং থাদোকপনচিংবগী ব্রাখল অসি চণ্ডহনবা ওয়েই। থাঞ্জেশেংবদি, নিংথিজনা পুনশনবা জাতিগী পুন্সি অমগী গ্রাস রুটতা লৈত্রবদি, পোলিটিকেল পার্টিশিংসি অমগা অমগা য়েংথিনরক্কনি অমসুং ন্যাশন্যাল ফ্যাবরিক অদু মাণ্ডলক্কনি।

মওং মতৌদা তান্নবা, নীংজেল মাংথরকপা

হৌজিক মতমদা ঐখোয়না ফংলিবা খুদোংথীবা ফীভম মত্তা অসি লাইবক থীবনি। অমত্তা ওইবা জাতি অমা হিংবা হায়বা অসি লিডিং ফেথ য়াওগ্রবা অমসুং জাতিগী অপাম্বদা ফজনা ভাব তাগ্রবদি, রাজনীতি দলশিং অসি অকায়বা তৌবা শক্তিশিং অমসুং চিংথায়নবগী ঈহুন পোক্লকপ ওইহল্লি। ঐখোয়না করিগুম্বদা রাজনীতি দলশিং অসি ইফোং ফোংনা লৈবাক্কী মনুংদা এন্টি ন্যাশন্যাল ওইবা মীওইশিংগা, অদুগা মপালগী য়েক্লবা শক্তি ফাওবগা খুংশন্নদুনা মখোয়গী অথুবা পার্টিগী অপাম্বা অদু ফংনবা হোংনৈ।

কনাগুম্বা অমনা হংবা য়াই, পার্টি অনিথক্তা লৈরগা ব্রাখল ফন কম্পিটিশন তৌনবগী করি অকায়বা লৈবগে অদুগা মদুনা অমনা অমগী অশোয়বা পুখোক্লবা তৌবা, অসুম তৌদুনা ন্যাশন্যাল হেল্টতা পার্টি অমনা নত্রগা মীওই অমনা ডিক্টেটরসিপ চলাইদুনা রাজনীতিগী পুক্লিদা হু চেলহল্লোইদবনি। ডিমোক্রেটিক ইন্সটিট্যুশনশিং অসি চিংনবা লৈতনা মদুদগী কল্লনবা মওংনি। তৌইগুম্বসুং মদু নিংথিজনা চলাইনবদি মীয়ামনা 'ন্যাশন অ্যাবভ পার্টি' দা ভাব তানরগদি চেংনা মরা তাথিগনি। নোংচুপলোমগী লৈবাকশিং ফাওবদা অদুগুম্বা চহি কুমজা কয়া চুপনা চংনরকপা ওইরবসু, পার্টিশিং অদু মশেল কল্লক্লবা অমসুং ক্রক ক্রক তান্নবা পুমকোক কোকপদি নস্তে। অদুম ওইদুনসু মখোয় রাজনীতিগী ঙমখৈ অমগী মনুংদা থৌরী চিংনবদি অদুম মরে, জাতি য়াইফনবা লম্বীদা হায়বা পুম্নমক ইল্লি। মখোয়গীদমক্তদি 'সিগুম্বা ইন্সটিট্যুশনশিং অসিনা অফবা তৌই অমসুং মখোয়গী পুক্লিগী থৌনা হাপই। মপা মউ ফব অমসুং অকনবা মী অমনা 'মলমল' গী ফজপ্রবা ফুরিং অমা লিংশিন্নবদি থোইনা হেন্না ফজফম থোকই। তৌইগুম্বসুং মী অমা, মাগী হকচাং কায়াংশিং অদু শারবা অমসুং ময়াং কংলবদি মাগী মথবান্দু কোম্বগনি অমসুং চুম্না ফাওবা লেপ্পা ঙম্লোই; মহাক্না ফজবা ফুরিং অদুমক লিংলগা ফন্দুনা চংলবদি অতোপ্পশিংগী মমিংত্তা ফাগী তারগনি।

খুদম ওইনা হায়রবদা, ঐখোয়গী লৈবাক্কী ফীভমগা ইংলণ্ডগুম্বা লৈবাক্কী ফীভমগা চাংদম্নদুনা য়েংবা য়াই। চহি খরগী মমাঙদা, পণ্ডিত নেহরুন্দা অমেরিকা চৎপা খোঙচত্তা লণ্ডন্দা লেপ্লমই, লণ্ডন্দা লৈবা ভারতমচা খরনা এরোড্রোমদা চত্থুনা মাগী মায়োক্তা 'ব্লেক ফ্লেগ' ডিমোন্ট্রেশন চৎলমই, মরমদি মখোয় সুপ্লগী অতোপ্পা পার্টি অমদা য়াওবা ওাক্তা ওইরম্বগীনি। মখোয়না মীরমদা ঐখোয়গী প্রাইম মিনিষ্টরগী মায়োক্তা অসিগুম্বা থবক তৌবসি ঐখোয়গী জাতি অসিবু ইকাইবা পীবনি হায়বসি কাওথোকপদৌনা তৌই।

হৌজিক ইংলণ্ডগী থৌদোক অমা য়েংসি। WINSTON CHURCHILL , মতম অদুগী বৃটেন্দা ওপোজিসন পার্টিগী লুচিংবা অদুনা অমেরিকাদা কোয়বা চৎলমই, মী খরনা মঙোন্দা মাগী মরৈপাক্কী লেবর গবর্ণমেন্ট অদুগী মরমদা মাগী মত করি লৈবগে হায়না বাহং খর হংলমই। চার্চিলনা খংহায় হায়রক্লমই, 'মপাল লৈবাক্তা লৈবা কান্দা ঐখোয় অমত্তনি, য়ুমদা ঐখোয়গী খেন্নবা লৈবদুনা অমনি'। পৃথিবীগী লাঙ্গাও অনিরক থোকখিবা মতমদা, অৱা অনা কয়াগী মরক্তা মফমদুদা লৈবা মীশিংনা অবাবা কয়া খাঙমিন্নখি, পোলিটিকেল পার্টি অমত্তা মশাগী পার্টিগী কান্নবা য়েংদুনা ফীভম অদুদা কান্নবা অমত্তা লৌনখিদে। লৈবাক অদুগী কম্যুনিষ্টশিং অদু মতুং ইলেক্সন্দা শাথিনা মায়থীখিবা অদুনা বৃটিশশিং অসিগী য়াম্না লুনা মরা তারবা ন্যাশন্যালিজমগী ধাখল লৈ হায়বদু প্রমান ওইখি।

**ওইক্তেনবা শিথরবা মঙাল**

ঐখোয়গী নুংদা লৈরিবা স্পিরিট অদুদি য়েংদনা অতোপ্পা লৈবাকশিংগী ইনষ্টিট্যুশনশিং লিংখৎপগী বাখলদু ইয়াং য়াংনা লৌবা য়াদে। মী খরনা হংই, ইংলণ্ডগুম্বা লৈবাকশিংসি য়াম্না চাউখৎলি অমসুং খুদোংথীবা অগ্নিপরীক্ষা কয়া থোইদোক্না হোৎনকনবা য়াওদনা মায়োক্লম্ব্রে। মফম অদুগী মীশিং অদু মখোয়গী সাধারণ পুন্সি অদু অদুম তৌদুনা লেপ্লি। পোলিটিকেল পার্টি শিংনা

লৈবাক্কী থবক থানাশিং য়াম্না মায় পাকনা পাংথোকই। অসুম্না তৌরবদি ঐখোয়গী লৈবাক্তা তৌরিবা অসুম্না তোঙানবা ওর্গ্যানিজেশন ময়াম লিংখৎপগী করি কান্নবা লৈ।

তৌইগুম্বসুং মফম অদুদদি মী পুম্নমক, পোকপদগী মরৈবাক নীংবা দেশ ভক্ত ওই। কনাগুম্বা মী অমা দেশভক্ত হায়না পুল্লুবগী কান্নবা থোইনা লৈতে। ঐখোয়না কনাগুম্বা অমা পনবা মতমদা 'মী' হায়বা ৱাহৈ অসি মীদুগী মমিংগী মমাঙদা হাপ্লদবগুম লৈবাক অদুদদি মরৈপাক নীংবা দেশভক্ত হায়না কনাদসু হাপ্লদে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী লৈবাক্তদি কনাগুম্বা অমবু 'দেশভক্ত' হায়বা ৱাহৈ অসি মী থরদা ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা হাপচিন্নে। ইংলণ্ডদি ইনষ্টিট্যুশন খুদিংমক্তা, স্কুল অমা, কলেজ অমা লাইব্রেরী অমা নত্রগা যুঠ লিগ, সোসিয়েল মিট, নত্রগা কলচরেল বোডি অমসুং য়ুম য়ুম ফাওবদা অঙাংশিংনা অহানবা তম্বা পারাদি, "England! With all thy faults, I love thee still"। অদুগা মফমসিদদি ঐখোয়গী অচৌবা লুচিংবশিংনা মিংচৎ উরোং খিল্লবা হিমালয় চীঙশাংবু 'not a blade of grass grows' হাযনা শিংথাদুনা কান্নদবা মফম ওইহল্লি।

ইংলণ্ডনা চহি কুমজা কয়াদগী লিংখৎলকপা থৌগৎনঙাই ওইবা মরৈপাক নীঙবগী মীরোল কয়া লাম্না চৎনরকপা অদু অমুক্তা হন্না য়েংসি। হৌখিবা চহি কুমজা থরগী মনুংদা 'ট্রেটর' অমত্তা লৈখিদে হায়বা য়াই। সেকেণ্ড বার্ল ৱারগী মনুংদা জাতিদা বিশ্বাসঘাতক তৌবগী থৌদোক অমথক থোকখি। Lord Amery, মতমদুগী সেক্রেটরী অফ ষ্টেট ফোর ইণ্ডিয়া ওইবা অদুগী মচানুপাদু জর্মনশিংগী মখাদা অরোনবা থাজবা মাঙবা থবক তৌরমই। লাল মতুংদা মহাক বিচার তৌরমই অমসুং শিবগী চৈরাক পীরমই। মহাক্কী মপানা মহাক্কী অচৌবা অফিস পায়দুনসু ইথিল পীদুনা মচা নুপাগী দণ্ডি অদু থরা হন্থহন্নবা ফাওবা হোৎনখিদে অমসুং থনবা ফাওবা থনখিদে। অমরোমদা, মহাক্না 'মার্সি পিটিশন' ফাওবা সবমিট তৌ হায়বা য়াখিদে। মহাক্কী মচানুপাগী হাৎপগী দণ্ডি পীবা নুমিৎ ফাওবদা মহাক্কী.মশক অমুক্তং

য়েংউ হায়বফাও য়াখিদে। মহাক্কা অসুম্না হায়খি, মহাক্কী ইমুং মনুংগী মরৈপাক নীঙবগী মীয়োল কয়া চৎনরক্কবা মিংচত্তা অমুবা কালি ওইরবা মাগী মমায় য়েংবা হায়বসি অচৌবা পাপ অমনি।

অদুগা মফমসিদা কমদৌরি, ডাহির অমসুং পৃথিরাজগী মতমদগী হৌরদুনা বৃটিশ শাসন মতম ফাওবদা দেশবিদ্রোহী কয়া লৈবাক অসিদা পোকখি। অদুগা মদু, হৌজিক মতম ফাওবদা লেপ্তুনা চথরকলি। হৌজিক মতমদদি লৌনম্বা থাজবা মাংহনবা অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তদি অচৌবা ফম ফংননবা পাসপোর্ট ওইরকলে। লানগী খুৎশু খুৎলাই থন্না য়াওবা ভারত্তা থুংগদবা জহাজ অমা পাকিস্তানদা থৈদোক্কবা শীনখিবা ভদ্রলোক অমা মতুংদা ঐখোয়গী ষ্টেটকি গবর্ণর হাপখি। লৌতুনবদা চেন্নবা ভদ্রলোক অদুনা খুৎশু খুৎলাই জহাজ মপোৎ অমা পাকিস্তান্দা থৈদোকখিবদু মহাক্না ভারতকী অ্যাম্বাসদর ওইনা পাকিস্তান্দা লৈরিঙৈ মতমদনি।

ইংলণ্ডদদি পোলিটিক্স অসি নুংঙাইবা মশান্না অমনি। লেবর পার্টিনা শাসনগী শক্তি পায়রিঙৈদা ওপোজিসন পার্টিগী লিডর অমসুং ডিপুটি লিডর অনিমক মথংশিংনা অমেরিকা অমসুং চিনাদা অ্যাম্বসদরশিং ওইনা থারম্বই। অসিগুম্বা অফবা কনভেন্সন অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তা শাসন পায়রিবা পার্টি অমদগী থাজবা য়াত্রা। রুলিং পার্টিগী 'থার্ড রেট' অমসুং 'ফোর্থ রেট' কী মীওইশিং ফাওবনা অতোপ্পা পার্টিগী খ্বাইদগী হেন্না ফবশিং অদুদগী কাওবা সুপিরিয়র ওইনা খনবা য়াওই। মদুগী ফল ওইনা রুলিং পার্টিনা সাশনগী থবক পুম্নমক মোনোপোলি তৌরকই। মদুনসু লোইবা নত্তে। ষ্টেট মেছিন্যারি পুম্নমক মখোয়গী পার্টিনা মনিং তম্না কান্নবা লৌরকই। ওপোজিসন পার্টিশিংগী অ্যাজিটেশন অমসুং মুভমেন্ট কয়া শা কৈওয়া গবর্ণমেন্টনা মেজর কয়া লৌখত্নুনা নমথনবা হোৎনৈ।

### অনৌবা শোক্ক-পন্ন য়াদবশিং

মসি হান্দক্তা নৌনা থোরকপা নত্তে। হৌজিক কালগী ওইনা নত্তবা লম্বীদা চিংলিবা অসি ইং ১৯৩১ তা কংগ্রেসনা শাসন পায়বগী মহাও

ভংলুবদা হৌরকখিবনি। ঐখোয়না উহৌ তাহৌবদগী খঙবা ওমই মদুদি কংগ্রেসনা মচিন্দা সজ্বগী থবক খুদিংদা শরুক য়ায়মই। সজ্বমু হৌদোক্লবা লুচিংবা মহাকসু সজ্ব লিংখংলগ্না মতুং কাওবদা কংগ্রেসকী মুভমেন্টতা শরুক য়ায়মই। তৌইগুম্বসুং কংগ্রেসনা ১৯৩৭ তা প্রোবিন্স করাদা মখোয়গী সরকার শেম্নমই, অদুদগীদি মখোয় 'পোলিটিকেল শেল' অমগী মনুংদা চপশিন্দুনা লৈখিরমই অমসুং মখোয়গী মেম্বরশিং অদু সজ্বগী থবক থানাদা য়াওবা য়ারোই হায়না থিংখিরমই, অমসুং ঐখোয়গী বোডি পোলিটিক্তা 'পোলিটিকেল অনটচিং' গী অনৌবা হু অমা কামশিনবা হৌরকখি।

১৯৩৭ কী থৌদোক অমদা প্রোবিন্স অমগী কংগ্রেস মিনিষ্ট্রী অদুনা পোলিটিকেল অ্যাজিটেশন অমা নমথনবা পুলিসনা নোংমৈ কাপখি। ভদ্রলোক অমনা কংগ্রেস প্রেজিডেন্টতা চিঠি ইদুনা নন-বাওলেন্স শেংনা লুপ্নবা পার্টি অমনা মীয়ামদা করিগী নোংমৈ কাপশিন্নিবনো হায়না হংখি। কংগ্রেস প্রেজিডেন্ট অদুনা খুম্নক্রমই, "ঐখোয়গী নন-বাওলেন্সকী পোলিসি অদুদি বৃটিশশিংতদা শিজিন্নবনি, ঐখোয়গী মী-শিংদদি নত্তে"। ভদ্রলোক অদুনা খবর কাগজদা মখোয়না চংনবা য়ারোলশিং অদু ফোংদোকখি।

## মপুঙ্ক কানা অনাবা কহনবা

ন্যাশন্যাল ডিসইন্টিগ্রেশনগী মহিকনা ঐখোয়গী জাতিগী হিংনবগী পাজল পুন্নমক চাখোকখিবদগী লৈবাক অতৈদগী পোলিটিকেল অমসুং অতৈ ইনষ্টিট্যুশন শিং মতৌ ভন্নবা করিসু কায়রোই, মদুনা ঐখোয়গী সমস্যা পুন্নমক কোকহন্দুনা জাতিবু অমুক নৌহৈনা শেমগৎ-শাগৎপা ওমগনি হায়না আশা তৌনিঙাই লৈতে। ঐখোয়গী জাতিদা নারিবা লায়না অসিদি য়াম্না লুথগ্রে মপুঙ্ক কানা লায়েংবা অমা চঙই। মসিদি সজ্বগী নুমিৎ খুদিং ট্রেনিং তৌরিবা মেথড অসিনা মরু ওইবা অনাবা অদু মরু কুক্তোকপা ওমগনি, নুমিৎ খুদিংগী থাদোকপগী থৌনা, থকশি-খাসি অমসুং জাতিবু নুংশিবনচিংবা গুণ অসি মীশিংগী থম্মোইদা ভাহনগদবনি, মদুনা নৌনা হিংগৎলকপা অপুনবা জাতিগী পুক্সি অমা শ্যাগৎপা ওমগনি।

মরম অদুনা, ঐখোয় পুম্নমক লাকুনা সব্বদা নুমিৎ খুদিং চাংনাইনা পুল্লবদি ফগনি হায়না ঐখোয়না থাজে। মসি ঐখোয়না উবা তাবদগী কংলকপা জাননি মদুদি কয়িগুম্বা তোপ তোপ্পা আইডিয়া অমা হয়া হয়া অকক্লবা পুওফমদা চাং নাইনা খন্নরবদি, মদুনা ঐখোয়গী 'মীওই' দা লুনা মরা তারকই অমসুং মদুনা ঐখোয়গী তৎন-থান য়াদবা লমচৎ-শাজৎকী শরুক, মতুংদদি চোকথবা নাইদবা চাং নাইবা, মতম চানা চৎপা অসিনচিংবা অকনবা নীচিং হেক্কৎহল্লি।

পোইন্ট অসি খুদম অমনা শেংনা তাক্লনবা বারী মচা অমা লৈ। ইনাক খুনবা নুপা অমনা মাগী ফজপ্রবা লৈকোল অদুদা নুমিদাংবাইরম খুদিংগী অইংবা উরুম অমদা ফমলমই। নোংমা বাহোং অমা লাক্লমই অমসুং পুক্কিং হুনিঙাই ওইরবা মতুশিং অদু শন্দোক্লদুনা উ অমদা তোংলমই। লৈকোল মপু অদুনা খল্লমই "মসিনা নুমিৎ খুদিংগী মতম অসিমক্তা লাক্লবদি লৈকোল অসি কয়াদা ফজগদবা!" মহাক্লা চাবা য়াবা পোৎ খর কানি খর তোংলগা বাহোং অদুগী মমাঙদা লংখোক্লমই। বাহোং অদুনা পোত্তু চারমই অমসুং নুংঙাই মথোই কাহল্লমই। মথংগী নুমিত্তসু বাহোং অদু লাক্লমই অমসুং নুপাদুনা পীজবা কানিগী ডোজ অদু নিংশিংদুনা নুংঙাইরমই। মমৈদদি উচেক অদু অসুম হৈনরক্লে কানি য়াওদ্রবসু নুমিৎ খুদিং চাং নাইনা পুংফম অদুমক্তা লাক্লমই।

মসিমক বাখলগী মহৌশাগী ফীভমনি। চাং নাইনা আইডিয়া অমা বাখন্দা য়াঙাংদা অমসুং থবক্তা হয়া হয়া তৌরবদি মদুদগী হৈনবী, শেমই। মসিদা চাং নাইবসি য়াম্না মমল য়ামই। চাং নাইদবদগী অকবা লমচৎ ফাওবা মাঙহল্লি। মী কয়া অমা লৈ, মখোয়দু য়াম্না নোমই, মৈকম্নদা, উ য়ানম্না, নুঙ থুগাইবা অমসুং অকনবা থবক কয়াদা! তৌইগুম্বসুং মখোয় কনা অমত্তা 'Sandow' গুম্বা ওইখিদে। মখোয় থাজৈশেংনা হকচাংগী শাজল শিজিন্নদুনা কন্না নোমলম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং মখোয়না নোম্বা অদু মথং মনাও নাইদে অমসুং চাংসু নাইদে। তৌইগুম্বসুং মী অমনা চাং নাইনা হকচাং শাজেল

তৌরবদি য়াম্না কন্না তৌভ্রবা কাওবদা মহাক্কী হকজাংগী শাবান্নচিংবা শাগংপা ঙমই অমসুং শান্নরোই অমা ওইবা কাওবা ঙমই। অকাওবা জর্মনগী জেনেরেল ফিল্ড মার্শেল Hindenburg অহানবা পৃথিবীগী লাল্লাও লোইরবা মতুংদা জর্মনগী প্রেজিডেন্ট ওইরকখি, মহাক চহি মরিফু শুরবা কাওবা মশা য়াম্না থীংখি অমসুং মপাঙ্গল কনখি। মহাক্কী থীংজেল অমসুং কম্বী লৈবগী অরোনবা অদু করিনো হায়না হংবদা মহাক্কা হায়খি মদুদি মহাক্কা নুমিৎ খুদিংগী চাং নাইবা পুঙ অমরোম উ ককপা খায়বনচিংবা তৌই। মদু তৌবদা মহাক্না চাং নাইনা তৌবতা মত্তনা অককনবা মতমদা তৌই অদুগা মদুগী প্র্যাকটিশ অদু মাগী চহি মতাং অদুফাওবা লেপ্তনা চখরি হায়খি।

মসিনা ঐখোয়দা মথোই কাবগী ৱাখল অমা পি, করিগুম্বা থৌগংপা আইডিয়া অমা নত্রগা করিগুম্বা পোৎ অমা প্র্যাকটিশ তৌগে হায়না ৱারেপ লৌবা মতমদা অসিগুম্বা ৱাখলসি পোকই। তৌইগুম্বসুং কয়া কুইনা মদুগী ফিলিং নত্রগা ৱারেপ অদু লৈগদগে? ঐখোয়গী নাহারোলশিং লেমজনা ৱারেপ অমা লৌবা নত্রগা করিগুম্বদা ডাইরিদা নুমিৎ খুদিংগী কৈনো অমা ইবা হৌনবগী অকবা নুমিৎ খনবা নত্রগা চাং নাইনা হকচাং শাজেল তৌরগে হায়না লেপ্পা অসিনচিংবা অমসুং মথংগী নুমিত্তা পুম্নমক লোইনা কাউথোকপা ঐখোয়না তোয়না থেংনৈ।

ঐখোয়না মরক মরক্তা থবক অমা খংহৌ হেক হৌবা মীওইশিং থেংনৈ। ঐখোয়না করিগুম্বা থৌদোক্তা মীশিংগী ফিলিং অমসুং ইমোশন লৈবসু তোয়না থেংনৈ। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মতম থরতগী ওইবা ৱাখলগী ঈথিল অদুনা, মীশিংদা লেঙদবা 'সংস্কার' তৌনবা পুক্নিংদা পালহনবদা মতেং ওইরোই। হৌজিক মতমদা মীশিংনা হায় মদুদি লৈবাক শীনবা থুংনা ধর্ম্মদা যাকায়বগী ঈথক অমা কয়া হৌরকলি, ধর্ম্মগী 'সারমন' শিং লাউট স্পিকরগী থোঙদা লাউথোকলি। গঙ্গা তুরেন্দা চহি খুদিংগী মীওই মিলিয়ন কয়া ঈরুপ্তুনা হকচাং শেংদোকলি। পাকচাউপ্রবা মীয়াম্না পুরান অমসুং হরিকাথা নচিংবদগী ধর্ম্মগী পাওত্তাকশিং তানরি, অদুগা রামনবমি সত্যনারায়না পুজা

অমসুং পনেসউসব পাওখোক্করি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা প্রোগ্রামশিং অসিনা অপাম্বা ফল্দু ফংবা ঙম্লব্রা? মখোয়না মীশিংগী পুক্নিংদা পুকচেল চাউবা ব্রারেপ হায়বদি হৌজিক মতমগী মশাগীতা ন্নেংবা পুন্সি অমসুং অশেংবা লমচৎ-শাজৎকি, সেবা অমসুং থাদোকপনটিংবগী করি ব্রাখল লেপ্পা ঙম্লবগে, হায়রিবা গুণশিংসি মীগী থম্মোইদা চংহনবা ঙম্লব্রা হায়বসিনি।

রামকৃষ্ণ পরমাহংসনা গঙ্গাস্নান চৎলিবা মীশিংদা ফাগি ওইনা হায়রমই, "ফরে, মখোয়না গঙ্গাগী অশেংবা তোর্বান হেক মৌবদা, মখোয়গী পাপশিং অদু মখোয়গী মশাদগী পাইথোকখি অমসুং অথাপ্পা উশিংগী মথক্তা ফমদুনা পোথাদুনা লৈ; তৌইগুম্বসুং মখোয়না স্নান তৌরগা হল্লকপদা পাপশিং অদুনা মখোয়দা অমুক চোংশিল্লকই"। মসিগী মোর্য়্যালদি অসিনি, মীগী লমচৎ অসি চুম্নগী মিকুপখরত্তগী ওইবা পুক্নিং লাওবগী ঈহৈ অমনা শেমদোকপা ঙমদে। মসি মিলিয়ন অমগী মনুংদা অমখক্তনি; মহাক্না মিকুপ খরগী হাদোরকপা ফিলিংনা মহাক্কী লমচৎকি লেংদবা শরুক খরা ফাওবা শাগৎনবা 'মেন্ট্যাল ষ্ট্যামিনা' পীবা ঙমদে। মরম অসিদগী ঐখোয়গী মেন্ট্যাল ডিসিপ্লিনগী ওথোরিটিশিংনা ঐখোয়দা য়াথং পিরি মদুদি ইমোশননা থুক্কাৎতুনা ঐখোয়বু ঙমহল্লোইদবনি অমসুং ঈশ্বরগী মিংদা কপ্পা তৌরোইদবনি, তৌইগুম্বসুং অচেৎপা থকশি-খাসি ঙাক্তুনা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা ঐখোয় ইশাবু প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি। ইমোশননা থুক্কাৎলবদি হৃকচাংগী নর্ভশিং মাঙহনগনি মী অদু শোত্থরক্কনি অমসুং মোর্য়্যাল মাঙলক্কনি। মসি য়ুগী নিশা খমথ্রবা মতমদা ব্রাখল খনবগী পাঙ্জল য়াম্না হত্থরকপা অদুগুম্বনি।

মতম অমদা ভদ্রলোক অমনা সভাগী মিটিং য়াওরুরবা মতুংদা য়াম্না মথুম-মরাং হৌরদুনা লাউথোক্লমই মদুদি মহাক্না মহাক্কী ইমুং মনুংগা মরী পুম্নমক কক্করগনি অদুগা মাগী লৈজবা পুম্নমক সভাগী মিশন অসিদা কখোক্লগনি হায়রমই। মখা তারুদুনা কাম্নদে মাগী ইমোশন অদু নেমথখিবা মতমদদি মাগী হাম্নগী মশাবু সেল্ফ সেন্টর ওইবা পুন্সি অদুদা হঞ্জল্লক্লনা পুম্নমক থাদোকপগী ব্রাশক অদু ফাওবা পুমকাউ কাউথোকখি।

**থাজননা অমাঙবা খোকশা থবকশিং**

পুন্সিং লাংবগী মতম খরগী ওইবা ইহৌগী দশা তারবা মী অদু মাগী য়াখলগী খল অদু খুদোংথীবগী চংদা অকায়বা থোরক্কনি। অসুম্না কনাগুম্বনা মখোয়গী ইমোশন থিংবা ঙমদবদগী মখল মখা য়াম্না শামদবা ঈরম কয়াদা কোংদোরক্কনি। খরনা মখোয় মথক্তা য়াগনি অমসুং তেংথারক্কনি। অতোপ্পা খরনা নীংবা কান্নবদগী অকি অথং লৈত্রবা থবক কয়া তৌদুনা মশাগী আইডিয়েলগী ইন্টেরেষ্ট কাওবা মাঙননবা তৌরক্কনি। করিগুম্বদা অসিগুম্বা মেন তাদবা থবক অদুনা মী কয়ানা খাঙবা কন্না নোমদুনা মতম কয়া চঙনা শাগৎলম্বা কান্নগদবা কীডম পুন্নমক মাঙহল্লকই। য়ামনা অরাবগী খুদম অমা ইটালিনা মশাগী নীঙতম্বগী লানশোক্লরিঙে মতমদা থোকখিবা অমা লৈখি। Garibaldi Mazzini নচিংবা ইটালিগী মকোক থোংবা লুচিংবশিংনা চুঙশিন্নদুনা ইটালিগী নীঙতম্বা অদু থুজিলহন্নবা ফ্রাঞ্চগী লুচিংবশিংগা অরোনবা করাড় অমা তৌনরমই। তৌইগুম্বসুং খঙহৌদনা Mazzini দা পাউ অমা ফংখিরমই, মদুদি কনাগুম্বা অমনা ফ্রাঞ্চগী নিংথৌরেন্দু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎপ্রে হায়না। Mazzini দু য়াম্না থুক্কৎখিরমই। মহাক্না খংহাই হায়রকখিরমই, "ঈশ্বরনা ঐখোয়বু কনবিসনু! মীহাৎপা অদু ইটালি মচা নত্তবা অতোপ্পা অমা ওইরম্বা ওইসনু"। অদুম ওইনমক, লাইবক্তদি ওন্নতেননা তম্নমগ্রে। মীহাৎপা অদু ইটালি মচা অমা ওইখিরমই। Mazzini অমসুং অতোপ্পশিংগী অরোনবা প্লানশিং অদু পুম্নাং মাঙখিরমই।

**মতমনা য়ানরবা টেকনিক**

অদুদি মতম পুন্নমক্কী ওইবা 'সংস্কার' শিংদু মীগী থম্মোইদা চুদুনা লৈননবা প্রোসেস অদু করিনো? সাইকোলোজী খঙবা মীশিংনা ঐখোয়দা ফেক্টর অহুমথক অকই - অহানবনা, 'সংস্কার' শেমগদৌরিবা আইডিয়েল অদু তত্তনা ধ্যান তৌবা, অনিশুবনা, মান্নবা আইডিয়েল অদুদা য়াখল লুপ্পা মীশিংগা তত্তনা লোয়নবা, অমসুং অহোইবদা, হকচাং অদু আইডিয়েল অদুগা চুননা থবক্তা শিজিন্নবা অসিনি; অদুগা অমুকসু আইডিয়েল অদুগী

মতুংইন্না মীদুগী লমচংকী মওংদুসু দরকার লৈবা মওংদা শেমদোক্কদবনি। তৌইগুম্বসুং সাধারণ মীয়ামদি নোংমগী মনুংদা অন্নাম্বা মতমদি মশাগী অমসুং ইমুং মনুংগী থবক তৌদুনা লেপ্লি, শেম্বুম তানশিনবা, অভাংশিং পিজ-পীথকপা, য়োক-থাকপ অসিনচিংবা তৌদুনা লেপ্লি, অসিগুম্বা নোংমগী মনুংদা পুঙ ২৪ চিংশদুনা লৈবা হায়বসি চংনবা য়াদবা ৱাকমনি। পুন্নমক থাদোক্লবা যোগীশিং কাওবা মপুঙ ফাবা সমাধিগী কীভমদা নুমিৎ হুমনিদগী হেন্না লৈবা ওমদে, মদুগী মতুংদদি হকচাং অদু তুথরকই।

মরম অদুনা সমাজবু চাউনা শেমগৎ শাগৎশিরম্বশিংনা সাধারণ প্রজাশিংগীদমক্তা 'সংস্কার' গী মচং ওইবা ৱাগী মরু অদু সিষ্টেম অমা ওইনা হৌদোকপিরমই, মদুদি নোংমগী মনুংদা অককনবা মতম খর, অয়ুক্তা, নুমিদাংৱাইরমদা নত্রগা অহিংদা কাইথোক্লগা, হকচাংগী পুক্লিংগী অমসুং বুদ্ধিগী শক্তি অমসুং থবক পুন্নমক অথন্নবা আইডিয়েল অমদা চাং নাইনা মতম চানা পুনশিনবা ওন্নবা অমসুং মান্নবা ৱাখল চেনবা মীশিংগা নোংমগী মনুংদা মতম খরদং ৱাখল লুপশিন্নবা ওন্নবা অদু ওইরবদি অকবা সংস্কারগী জ্ঞান ফংবা ওমই।

সন্ত্যনসু হৌজিক চংনরিবা 'সংস্কার'গী টেকনিক অসি হৌদোক্নুনা মতমনা য়ানরবা মওংগী 'সংস্কার' তম্বি-তাকপীরি। ন্যাশন্যাল রিওর্গ্যানিজেশনগী আইডিয়েল অদুগা চুননা নুমিৎ খুদিংগী ওইবা 'সংস্কার' শিং পাঙথোকই, মাস্সি Rashtradevo bhava (Be a devotee to Nation-god) হায়বা ৱাখল্লোন অসিনা থৌগৎলকপনি। ৱাখল্লোন অসিনা শক্তি পীদুনা অপিকপা পোংশিং শান্ন-থোৎনবা, লাঠি হাইনবা ঈশে শকপা, মার্চিংনচিংবনা শক্তি লৈবা ন্যাশন্যাল লাইভ অমা শাগৎনবগী 'সংস্কার' মখোয়গী মবুক্তা চংহনবা ওমই।

মসি অপিকপা পোংশিং পুন্নগা য়াম্না ওর্গ্যানাইজ ওইবা মওংদা অচৌবা পোং অমা শেমগৎনবা চথরকপনি। "পেনি" দা চেকশিন্নু, পাউগুদি মশা মথক্তা অদুম চেকশিজ্বিগনি" হায়বা পাওয়ৌ লৈ, মসি অচৌবা 'লমচং'

শেমগৎপদা য়াম্না চুমই। অচৌবা 'লমচৎশিং' অসি নোংমদা রেডি-মেড কী পোত্থোক ওইনা থোরকপা নত্তে। মখোয়শিংসি তুমিন্না, তন্নাদনা শাগৎলকপনি, অমসুং মখোয়গী মিংচৎকী অবাংবা অদু খজিক খজিক থাক থাক লাইনা কাখৎলকই।

**ফত্তবা করম্না লায়েংগনি**

ফত্তবা লমচৎ শাজৎ হায়রবসিসু অপিকপা অরানবা অমদগী হৌরক্লগা ওইরকখিবনি। নহা অমখক মহাক্তু মী হাৎপগী মরান্দা ফাঁসি তৌদুনা শিবগী দণ্ডী ফংলগদবা অমগী বারীনি। মহাক্কী অরোইবা পামজবা অমা থুংহন্নবা মহাক্কী মমাদু মাগা উন্নবা লাক্লমই। মমাহেক উবমক্তদা মহাক্না মমাদা চোংশিন্নক্লমই অমসুং মহাক্কী মনাশিংদু শাইগাইখিরমই। মহাকপু চিংথোকনরমই অমসুং মহাক্কী শিবগী মিকুপ লাক্লবা মতমদুদা মাগী শারমচৎকি মতৌ অদুবু কিহন্দুনা বায়ক্লমই। নহা অদুনা লাউথোরক্লমই মদুদি মহাক্না ফংগদৌরিবা অরাবগী মশক ওইবা অরোইবা অদু মহাক্কী মমাদুনা মরমনি। মহাক্না হায়রমই, "নুপা মচা অমা ওইনা ঐনা মতম অমদা মীগোন্দগী পৈশা খর হুরান্নুই অমসুং মদু ঐগী ইমাদা পুরক্লুনা পীশিনখি। মতম অদুদা মহাক্না ঐঙোন্দা দণ্ডী অমত্তা তৌদনা হরাও হরাও লৌশিনখি। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা অদুগুম্বা ফত্তবা হৈনবী অদু চথরকখি অমসুং মদুগী মতুং তাবা মহে ওইনা ঐনা ঙসি ফংগদৌরিবা অসিনি। গুরুজীনা নহা ওইরিঙৈদা ইংলিসকী শৈরেং মচা অমা পাখি, মদুনা য়াম্না অপীকপা পোৎশিংগী মরু ওইবশিং অদুবু লৌদুনা ইবা শৈরেংনি। শৈরেং অদু বাহৈ পরেং অসিনা হৌই, "For want of a nail, the shoe was lost" মখা চথরকই "for want of a shoe the horse was lost," অদুদগী শগোলতোংবা অদু মাঙখ্রে, অদুদগী লান্দু মায়থীরে অমসুং কাইনথংদা লৈবাক অদুসু মাঙখ্রে। শৈরেং অদু বাহৈ পরেং অসিনা লোইশিল্লি "And all for want of a horse-shoe nail"!

কত্তবা হৈনবী অমসুং ইহন কয়া, ঐখোয়দা চহি কুমজা কয়াদগী হৌগৎলক্লবসু নোংমদা হেক্তা কোকহনবা ঙমদবা নত্তে। মরম অদুনা নুমিৎ খুদিংগী 'সংস্কার' পাংথোকপা য়াম্না দরকার লৈ। হকচাং অসিসু নুমিৎ খুদিংগী শেংদোকপা চঙই। বাখল অসি শেংদোকপদা য়াগদবনিনা হেন্না চাংনাইবা অমসুং অর্জনকনবা অমা চঙই, মসিদি ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা কত্তবা ইহল কয়াগা লেপ্তনা লোয়নদুনা লৈরিবনি শ্রীরামকৃষ্ণগী অদ্বৈত গুরু টোটাপুরিদা আত্মা জ্ঞান ফংলবা মহাক্না 'সংস্কার' গী নুমিৎ খুদিং রুটিন চথবগী করি কারবা লৈবগে হায়না হংবদা, মহাক্না খুমখি, মদুদি বাখল অসি সংসার অসিদা হিংলিবা মখৈ নুমিৎ খুদিংগী শেংদোকপা চঙই, থক্লবা ঈশিংগীদমক শিজিন্নবা পাত্র অদু নুমিৎ খুদিংগী ফেংদোকপা তাবা অদুগা অমত্তনি।

### মী-শেমগী থবক্কী পরিং

মরম অদুনা সজ্জনা 'সংস্কার' গী থবক্কী মথং মনাও অমা শেমই, মদুগী মনুংদা মী অমগী বাখল বুদ্ধি অমসুং হকচাং অহম অসি তাকপি তম্বি, মদুনা মহাক্তু সমাজগী অচৌবা কোর্পোরেট বোডিগী অহিংবা কায়াৎ অমা ওইনা শেম্নবা হোৎনৈ। মীওইবা অমগী মনুংদা খুদম ওইনা হায়রবদা কায়াৎ য়াম্না লৈ, অমসুং কায়াৎ খুদিংমক্তা, 'সেল' মিলিয়ন কয়া লৈ। 'সেল' খুদিংমক্না হকচাং পুম্নমক অদুগা অমত্তনি হায়না ফাওই অমসুং মতম লৈবা খিবিক্তা হকচাংদু মশা মউ ফনবা অমসুং চাউখৎনবা মশামক থাদোক্লনবা থৌরাং তৌদুনা লৈ। অশেংবদি অসিগুম্বা 'সেল' মিলিয়ন কয়ানা মশা কৎথোক্লবা শেম-শাদুনা লৈ, মদুনা মরম ওইদুনা হকচাংনা পাংথোকপা থবক খুদিংদা থবক তৌবগী শাজল এনর্জি থাদোরকই।

শাখাদা নুমিৎ খুদিংগী পীরিবা ট্রেনিং অসি য়াম্না চেৎনা ইনগদবা চাংনাইবা মওংদা পীরিবা অসি অমত্তনি হায়বগী বাখল অমসুং পুকচেল তিন্না থবক পাঙথোকমিন্নবা তম্বিবনি। মসিনা কনাগুম্বা অমবু কম্বাকলোম্নবা মতৌ অদু কোক্লনবা দরকার ওইবা থৌগৎপশিং অদু পি, সমাজদা লৈরিবা মাগী

মচিন মনাওশিংগা অমত্তা ওইবগী শাক্তং চংহন্নবা হোংনৈ অমসুং তোঙান-তোঙানবা অতোপ্পা য়াঙলশিংগা মীংয়েং অশানচিংবা চুশিন্নবা থকশি খাসি নাইনা শেমগৎলবা পুক্নি লম্বী অমা চৎমিন্নবা য়ানবা শেমই। মকম অদুদা ডিসিপ্লিন মীশিং অদু য়াথং অমখক্তনু ইনবা তম্বি। থকশি খাসি নাইবনা মখোয়গী ঈ তোংলা চঙহনখি। মখোয়না মখোয় মশাগী ওইবা পুক্রিং ঈহৎ অমসুং থৌগৎলনচিংবা পুন্নমক অচৌবা জাতিগী ওইবা মরম অমরোমদা মমায় চুন্নবা তমই। মতৌ অসুম্না থিন্নমক ওইবা থকসি খাসি ঙাকপগী মওং অসি থমখেংবা জাতিদা কখোকপগী থৌনা লিংজেলদগী থোরকপনি। অসিগুম্বা ডিসিপ্লিন অমনা মী অমগী অথুপ্পা ওইরকপগাই ওইবা জাতিগী অক-নুংঙাইগা চুনবদা মহে য়ানবা অমা ওইহল্লি। অসুম্না শেমগৎলকবা মীশিং অদু মপুঙ ফানা মীওইবগী গুণ চেন্নবা, মশেল নুংশিনবা, পুম্না থবক তৌমিন্নবা, মশা মতোমতদগী থোকচরকপা ডিসিপ্লিন অমনা পুল্লবা, পুন্নমক মতম অমত্তদা থবক অমা হেক্তা তৌগনি হায়বগী শেমশাদুনা লৈরবা; মখোয় অদুনা চোকথবা নাইদবা জাতিগী পাঙ্গল ঙাকুনা থমগনি।

### ঐখোয়গী অচৌবা মিংচৎ মাঙহনখিবা অমা

ডিসিপ্লিন অসি জাতিগী পুক্নিদা য়াম্না মরুওইবা মচাক অমনি। মী ময়াম অমা পুল্লবা, পুন্নমক্কী পুম্বুংদি চপ মান্নরবা ডিসিপ্লিনদি য়াওদবা, অদু ওইরবদি মীয়াম অদু অপুনবা থবক অমত্তা তৌশিনবা ঙমলোই। অসুম্না ময়াম পুনবা অসিনা করিগুম্বা পম্বুং অমত্তা ফংবা ঙমদে। চহি খুদিংগী যাত্রিক লাক্ষ কয়া পুরিগী ভগবান জগৎনাথ দর্শন তৌবা চৎনৈ। চেন্নবা অদুদা মী কয়ানা তুনৈ তানৈ, মখোঙ মথুং তেকনৈ অমসুং অতোপ্পনা নেংখায়দুনা শিনবা কয়াসু য়াওই। অসিগুম্বা নোংদমথীবা অসি য়াম্না তোয়না থোকপা থৌদোকনি। মখোয় খুদিংমক্কী অপুনবা পান্দম অমা লৈ হায়বসিদি চিংনমঙাই লৈতবা বানি। অদুবু মখোয় মথং মনাও নাইদবা, ডিসিপ্লিন য়াওদবা ওইবা, সুপ্পগী জগৎনাথ দর্শন তৌবতনা মখোয়গী অপুনবা পান্দম ওইবা, অতৈদি মফম

মরাং খঙদবা অমসুং খুদোং থীবা ঙাক্তনি। মথং মনাও নাইদবা মী চা কয়াবুদি ডিসিপ্লিন লৈবা মী খুজোক অমত্তনা থবক তৌবগী শক্তি য়াম্না হেল্লি। ঐখোয়গী ইতিহাসতা উশ্রে, বৃটিশ লাম্মী খরতন্না মশিং য়ামত্রবা ভারতকী লাশ মীশিং মায়থীবা পীদুনা চাইথায়বা ঙমই। মসিগী অশেংবা মরমদি মখোয়গী থোইদোক হেন্দোকপা ডিসিপ্লিন অদুননি।

ডিসিপ্লিন য়াওদবা হায়বসিনা ঐখোয়গী হৌখিবা ইতিহাসতা য়াম্না অচৌবা মিংচং মাঙহনখিবা অমনি। পানিপথকী অহমশুবা ১৭৬১ গী লাল অদু হিন্দু স্বরাজগী য়াম্না শাখিবা অরোইবা লানফমনি। চাউশ্রবা হিন্দু লাম্মী অদু হৈ-শিংলবা জেনেরেল সদাশিব রাও পেসবানা লুচিংলমই অদুগা লান্দারকপা লাম্মীগী লুচিংবনা অহমেদ সাহ অবদাল্লিনি। হিন্দু লাম্মীশিংগী অফিসারশিংদু লানগী লাম্লোং লেপথোক্লবা কনফরেন্স অমা ফম্লমই। মালহায়রবাও হোলকার অমসুং অতে অতোপ্পা খরনা য়েক্লবমু মপুঙ ফানা মায়থীবা পীনবা 'গ্যারিল্যা' ৱোর ফেয়ার তৌবা পাম্লমই তৌইগুম্বসুং সদাশিবরাও 'পিচেড ব্যাটল' দা লান্না লৈত্রবা জেনেরেল অমা ওইনা সম্মান ফংগ্রবা লুচিংবা অসিনা খুত্থা অমুক্তা মাঙহনবা ঙমগনি খন্না পিচেড ব্যাটল তৌগনি হায়না মত পীখিরমই। মসিদা মালহার রাও কম্না য়ারমদে অমসুং লাল য়াওদনা হন্দোকখিরমই। সদাশিবগী মখাদা লৈবা লাম্মী পুম্নমক লাল চঙখিরমই। য়াম্না খুদোংচাদবা মিকুপতা লানগী দৃশ্য অদুদগী পংথাপ থাগুনা লৈবা মালহার রাওগী মতেং খজিত্তং ফংলম্লবদি অরোইবা ওইনা থোরকপা শাথীনা মাযথীবা অদু থোক্লমদবা য়ারম্বনি, মায়থীবা অদু অচৌবা মায়পাকপা অমা ওইদুনা ঐখোয় ইতিহাসকী তাংকক অমা হোংখিরম্বা য়ারম্বনি। তৌইগুম্বসুং মালহার রাওগী লাম্মীশিংনা ইচম চম্না য়েংদুনা লৈথোকলমই। পানিপটনা ঐখোয়গী হিন্দুগী লাম্মী মপে অদুগী অরোইবা মায়থীবা অদুগী সাক্ষী ওইখি। মরমদি লুচিংবা অনি অদু লান্দারকপশিং অদু অম্থোকখিনবা মখোয়গী মান্নবা পান্থুং ওইরম্লবসু অপুনবা চঙশিনমিন্নদবা থবক্কী মতাংদা য়ানবা পুরকপা ঙমখিদে।

**মতম মতমগী মাবী**

ন্যাশন্যাল রিওর্গ্যানিজেশন তৌননবদা সম্বনা য়েংলিবা মিংয়েংদি দয়কার ওইবা ডিসিপ্লিন অমগীনি, মসি অচম্বা বোক্তি অমগী নত্তে; পুলিসকীসু নত্তে, নত্রগা মিলিটরি টাইপকীসু নত্তে। মতম অমদা গুরুজীদা মহাক্কী মরুপ অমনা অসুম্না হংখি হায়, মদুদি সম্বগী ওর্গ্যানিজেশন অসি বিক্রমাদিত্যনা লিংখৎলম্বা অদুগী টাইপলা নত্রগা শঙ্কারাচার্য্যনা লিংখৎলম্বা অদুগী টাইপলা। গুরুজীনা খুম্নমই মদুদি মখল অনিমক অদুনা হৌজিক্কী মতমগী ওইহল্লিংবা অমত্তা খুংহনবা ঙমলোই। বিক্রমাদিত্যগী মিলিটরি ওর্গ্যানিজেশন অদু ঙমখৈ নাইবা মতম খরগী য়েক্লবশিংবু লৈবাকসিদগী তাম্থোকখিনবা তৌরম্বনি। নিংথৌ অদুনা শতাব্দী অমদগী হেন্না য়েক্লবশিংবু লৈবাকসিদা খোঙদারকপা ঙমহনখিদে। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা টেকনিক অসিনা ঐখোয়গী মীয়াম্বু মতম পুম্নমক্কী ওইনা পুনশিলহনবসু ঙমদে অদুগা মখোয়দা লেঙদবা জাতিগী ওইবা গুণ অমত্তসু ব্রাখন্দা চঙহনবা ঙমদে। অদুগা অমরোমদা শঙ্কারাচার্য্যগী ইনটিলেকটিউয়্যাল ডিসকশন অমসুং মোর্য়্যাল ডিসকোর্সকী টেকনিক্কী বুদ্ধিগী ওইবা পুকচেল শেংবা, মপুম ওইবা মতমদুগী ইফোং কোংনা শেংলবা অদুদি হৌজিক্কি মতমদদি ব্রাংলে। মন্দনা মিশ্রগী নুপীনা মহাক্কী মপুরোইবগা শঙ্কারাচার্য্য অনিগী মরক্তা য়েংনবগী বিচার তৌনবা বিচারপতি অমা ওইনা ফমখি। মহাক্কী বিচারদা শঙ্কারাচার্য্যগী ধর্ম্ম মতভা অয়াবা পীখি। ডিবেৎ অদুগী য়ানখিবা টর্মগী মতুং ইন্না মন্দনা মিশ্র অমসুং মহাক্কী নুপী, মখোয় অনিমক শঙ্কারাচার্য্যগী শিষ্য ওইখি।

তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা ফীভমদি হৌজিক্কী মতমসিদদি ওইদ্রে। ইনটিলেকটিউয়্যালগী ওইনা চপ য়ুংবা অমসুং পুকচেল শেংবা মশিং য়ামদ্রে, মখোয়না চুমই হায়না খঙলবা অদু খবক ওইনা চত্থবা তৌনদ্রে। মসি ঐখোয় পুম্নমক্না খঙলবা ব্রাকমনি মদুদি ঐখোয়গী মশক নাইরবা অয়াম্বা লুচিংবশিংনা মীয়াম মমাঙদা সম্বগী ব্রাখল্লোন অসিবু য়াম্না শাথীনা য়েংপগুম তৌই অদুগা মখোয়গী প্রাইভেট লাইভতনা মসিবু মপুঙ ফানা য়াবা কোংদোকই।

মরম অদুনা ঐখোয়না মসিগী অমত্তা ভাইরবা টেকনিক অসি ওইখোয়রক্লবা হোৎনৈ, মদুনা ঐখোয়গী মীয়াম পুম্নমক অসি মশা মথন্ত শোকচরকপা নিংথিজনা থকশি-খাশি নাইবা, জাতিদা ভক্তি লৈবনা শক্তি ওইবা, মদুনা মখোয়না চুমই হায়না খল্লবা বাখলগী মতুং ইন্না অকিবা লৈতনা মওং তাবা সমাজ অমা শেমগৎলকপা অসিনি।

অদুম ওইনমক ডিসিপ্লিন অসিগী অচুম্বা মশাগী ওইবা অসিদা লান্না লৌনবা কয়া অমা লৈ। মীশিংনা মিলিটরি অমসুং পুলিসকী মওংগী ডিসিপ্লিন কয়া উই, মদুদা দণ্ডী ফংগনি হায়বগী কিবা শেম্বমগী অপাম মিহৌহনবা অমসুং কমগী য়াওই। সঙ্ঘগী অহকপা ডিসিপ্লিন য়াওবা প্রোগ্রামশিং অমসুং বার্করশিং উবদা মখোয়না সঙ্ঘ অসি সেমি-মিলিটরি বোডিনি প্রাইভেদ আর্মি শেমগৎপনি অসিনচিংবা হায়। মসিদি মখোয়গী বাখল য়ৌদবা অমসুং অমত্তা ওইবগী বাখল লিংজেল অদুবু লৌশিনবা ঙমদবদগীনি। মথন্ত তমজরকপা ডিসিপ্লিন অমসুং মশা লাকশিঞ্জবদগী কমরেডসিপ অমসুং 'মিশন' অমদা মশাবু কখোকচবতনা মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ মওং তানা শেম শাহনবনি।

অসুম্না মখোয়না বাখল লৈতবদগী মী থরনা অ্যাটোমিক মিসিলগী যুগ অসিদা লাঠিবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা তম্বিবা অসি মতমগা চুনদ্রবা থবকনি হায়। মখোয়না কাউথোকই মদুদি লাম্মীদা অ্যাটোম বম অমসুং মিসিলনচিংবা খুৎলাই শিজিন্নবগী ট্রেনিং পি। অদুবু পৃথিবীগী লৈবাক অমত্তদা, অমেরিকা অমসুং রুশিয়া য়াওনা অসিগুম্বা খুৎলাইশিং অসি সাধারন প্রজাশিংদা পায়হনবা য়াদে। লৈবাকশিং অদুদা সাধারণ প্রজাদা ট্রেনিং পীবদা ফিজিকেল এক্সরসাইজ অমসুং মচম্বা খুৎশু খুৎলাইনা পি। অসিগুম্বা ট্রেনিংশিং অসি মীশিংদা ডিসিপ্লিনদু মখোয়গী বাকদা তপ্না তপ্না চংহনবদা দরকার ওই।

ঐখোয়গী ওর্গ্যানিজেশন চাংনাইনা চত্থবা কোর্সশিংদা খুদোংচাদবা অতৈ কয়া অমসু লৈ। মখোয় থরনা হায়, মদুদি মখোয়না অথিংবশিং অমত্তা থম্বা শামদে, হৌজিক মতমসি 'ইনডিভিডুয়াল ফ্রিদম' গী মতমনি। অসিগুম্বা ভদ্রলোক অমনা সঙ্ঘ অসি 'ফেসিস' নি হায় মরমদি নহাদগীনা অহল ফাওবা সঙ্ঘদা য়াওরিবা মী পুম্নমক অসিদা হংবদা সঙ্ঘদা ফ্রিদম ওফ থোঠ অসি

সুপলৈ লৈতে হায়রক্কনি। মসিনা ফোংদোকলিবদি করিগুম্বা অচুম্বা পাউখুম অমা পুম্নমক্তা পীরক্কবদি মদু 'ফেসিস' কি মওংনি হায়বনি। অদুদি ফরে, অনিগা অনিগা কয়ানো, শোয়দনা পুম্নমক্তা মরিনি হায়না পাউখুম পীরক্কনি, অদুদি অচুম্বা চপ মান্নবা পাউখুম পীবসি 'ফেসিস' নি হায়গদ্রা। অচম্বা অচুম্বদি অসিনি, অপীবা বাহং অমগী পাউখুম অচুম্বদি অমখক্তা ওইগনি।

সঙ্ঘদা লৈরিবা মীশিং অসি অচুম্বা ন্যাশনগী চপ চাবা কীভমদু খঙলবনি, মদুগী মতুং ইন্না মতম মতমগী হৌরকপা ন্যাশন্যাল প্রোগ্রেম কয়া মখোয়গী পুক্লিংদা হাপ্জিন্দুনা লৈরবনি। মসিবু 'মেন্ট্যাল রেজিমেনট্যাশন' নি হায়না লায়্না লৌদুনা ন্যাশন্যালিজমগী স্পিরিৎপুনা 'ইনষ্টুমেন্ট ওফ রেজিমেনট্যাশন' নি হায়না হায়রকপা য়াই। 'ফ্রিদম ওফ থোঠ' অমসুং 'ফ্রিদম ওফ স্পিচ' গী মতাংদা পুরিবা বাখল মতা অসি হৌজিক মতমগী কয়া মুন্দবা বাখন্দগী থোরকপনি, মসিনা নহা ওইরিবশিংগী বাখন্দা অমাওবা থোকহল্লি মখোয়না 'ফ্রিদম' বু 'লাইসেন্স' অমসুং 'সেল্ফ-রিষ্ট্রেন্ট' বুনা 'মেন্ট্যাল রেজিমেনট্যাশন' ওইনা য়েংবা হৌরকই।

## স্বয়ম সেবক, মিশন্যারি অমনি

সঙ্ঘনা শেমগৎলিবা ডিসিপ্লিন অসিদি সভ্য ওইবা জাতি অমগী মশানা মশাবু লাকশিঞ্জবদগী মরম্নাই মথন্ত ওইজরকপা শাজৎ অমনি। ডিসিপ্লিন অসিগী মখাদা মী খুদিংমক্তা জাতিদা মহাক্কী থোইদোকপা তৌফম থোকপা থৌদাং লৈবদু বাখন্দা ফাওগনি, অমসুং মহাক্কী মশাগী অমসুং ইমুং মনুংগী অপাম্বদুদি খর কোন্না থমগনি। মহাক্তা অদুগুম্বা অরাংবা থাক্কী দরকার ওইবদু ভাইদুনা লৈগনি অমসুং মথং মনাও নাইনা পুম্নমক্তা লোয়ননা থবক তৌমিন্নবা খনগনি। মসি, ডিসিপ্লিন মখল অমনি, মসিনা পুম্নমক মখোয়গী বাখল লৌশিং, হকচাংগী থবক ওম্বগী শক্তি, মখোয় মখোয়গী লৈজবা পুম্নমক পুল্লপ পুন্না জাতিগী হেন্না ফবা য়াইফনবদা চিংমিন্ননবা অচৌবা মরম ওইহনগদবনি।

মসি মশা মথন্তা মরম্নাই ওইজরকপা ব্রাখলনি অমসুং মশানা মশাবু লাকশিনবা পান্না অমসুং থাদোকপা, মদুনা সঙ্ঘদা ট্রেনিং তৌরবা কনাগুম্বা অমা খুদম ওইনা লৌনবা য়াবা ওইরকই। মহাকপু ঐখোয়না 'স্বয়ম সেবক' হায়না কৌনৈ। স্বয়ম সেবক অমা হায়বা অসি অচম্বা বোলনটিয়ার অমা নত্তে; হৌজিক মতমদা অদুম হায়না লৌনবসু য়াওই। মহাক পব্লিকী থৌদোকশিংদা ইউনির্ফোম শেত্তুনা খোরকই অমসুং ফিজিকেল ডিমোনষ্ট্রেশন্নচিংবা উৎলি। অসুম্না মহাকপু কনাগুম্বা অমনা হায়রগা মমল তিংদনা খুৎনা শুবা থবক থানা কয়া পাংথোকপা 'প্যাসিভ এনটিটি' ওইনা লৌবসু য়াওই। স্বয়ম সেবক অমা হায়বসি জাতিগী মিংয়েংদা অচৌবা মিশন্যারি অমনি। জাতি শেমগৎপগী অচৌবা প্লান অদু মুম্না খঙলবা মতুংদা হৌরবা চহি লিশিং কয়াদগী তোঙান-তোঙান্না শেংনখ্রবা লৈবাক অসি, কয়ারক হন্না খল্লবা মতুংদা মশামক ইতিহাসকী ওইবা থৌদাং অমা শরুক য়াননবা চেৎনা লেপখ্রবনি। মহাক্না পুম্নমক্কা মত চানবা তমই অমসুং মহাক্কী মহৌশাগী ওইবা ব্রাখল ইহন, পুক্নিং লাংবা অমসুং থৌগৎপা কয়া চুম্না মমায় থৈদুনা ন্যাশন্যাল রিকনষ্ট্রকশনগী দমক্তা কান্নবগাই ওইবা খুৎলাই অমা ওইরকই। মহাক্না মহাক্কী ব্রাখন্দা মশাগী ওইনা কান্নবা, শেম্মুম, শক্তি অমসুং মিংচৎকী ব্রাখল পুম্নমক মাগী পুক্নিংদগী মুথৎখ্রবনি।

ব্রাখল লুপশিনবগী সিংজেল

সঙ্ঘগী টৈর্কান্ট্রী তোঙান তোঙানবা মওংদু মসিগী স্পিরিৎ অসিনা ফোংদোকই। তোঙান তোঙানবা ট্রেনিং কেম্পশিং অমসুং কনফরেন্সশিংদা য়াওরুবা স্বয়ম সেবক শিংনা মখোয়না ফনা লাইরবা ওইদুনসু মখোয়গী খরচ পুম্নমক মখোয়গী ফুরিংখাউদগী চংলি। মখোয় কেম্প ফি পি, ইউনির্ফোম লৈজে, মখোয়গী হঙ্গৎ-হন্দা চখোক চৎশিন তৌবগী খরচ তৌজে, পুম্নমক মশাগী থাদোকপা অমসুং মশানা মশাগী পান্নে ওইজবগী ব্রাখন্না মখোয়বু থৌগৎলি।

থাইনদগী মীরোল কয়া লায়া চথরক্লিবা 'গুরুদক্ষিনা' অসিসু সঙ্ঘনা হায়রিবা বাখল্লোন অসি ইন্দুনা অসুম চথদুনা লাক্লিবনি। চহি অমদা অমুক্তং 'গুরু পূর্ণিমা' গী শেংলবা নুমিত্তা, স্বয়ম সেবক খুদিংমক্লা অশেংবা গুরু 'ভগবা ধ্বজ' দা পূজা তৌই অমসুং দক্ষিনা কংলি। সঙ্ঘদা থাগী নত্রগা চহিগী ওইনা কণ্ড কলেক্সনগী সিষ্টেম লৈতে। কংলিবা অদু পূজাগী মওং ওইনা কংপনি। স্বয়ম সেবকশিংনা মখোয়গী মমিং অমসুং কংলিবা অদু কনাদসু খঙহন্নদে। স্বয়ম সেবক অমনা মদু কখোকপনি হায়না তৌদে, মহৌশাগী ওইবা মখৌনি খন্দুনা মদুদগী করিগুম্বা মহে অমত্তা আশা তৌদে। মখোয় টুকারাম্না হায়রম্বা মতুং ইন্না মখোয়বু ট্রেনিং তৌরবনি।

আতা উলো উপকায়া পুরো

(হৌজিক ঐনা হিংলিবসি অতোপ্পগী সেবাগীদমক্তনি) মসি কবি অমগী থৌগংপা ব্রাহেশিংনি।

তেরা বৈভব অমর রহে মাঁ হম দিন চার রহে ন রহে।

(চাওলেম্না ঙাম্ভোইবিয়ু, হে ইমা, অমর ওইবিয়ু, ঐখোয়দি নুমিৎ খরনি হিংলবসু, হিংদ্রবসু, করিবু কান্নবা লৈ)

তৌইগুম্বসুং, লাইবক থীবদি, হৌজিক মতমদা ঐখোয়গী লৈবাক্কী সথারণ ওইবা নুংশিৎ নুংশাসি অকিবগী মশক ওইনা থেয়রে। কনাগুম্বগী কখোকপা অদু শেল ওম্ভোক্নুনা তৌখিবা থবক্কী মমল তানবা অসি হৌজিক্তি য়ায়া চংনরে। মিং অমসুং মিংচং তানবা অসি লাই খুরুম্বদকাওবা উবা যংলে, ঐখোয়না লাইশঙ শারিবা নুঙ অমসুং নুঙপাক্তা ডোনরগী মিং থাবা য়ায়া চংনৈ। মতম অমদা গুরুজীনা লম চংপদা স্বামি অমা মহাক্কা লোয়নরমই 'স্বামিদুগী পাত্রদা মহাক্কী মমিং হকলিবা অদু গুরুজীনা উখি, মিংদু স্বামিগীসু নত্তে অদুগা মাগী আশ্রমগীসু নত্তে। গুরুজীনা মরমদু হংবদা স্বামিদুনা তাক্লমই, মদুদি আশ্রমদুদা নুপা অমনা কোল-লিক পাত্র ময়াম অমা দান তৌরমই অমসুং পোৎ খুদিংমক্তা মাগী মমিং থোৎ থোংপা থারমই। মদুবু ঐখোয়না 'দান' কৌশিরা? করিগুম্বা পোংচৈ অমা কংপদা করিগুম্বা

অমা ফংনবা পান্দমদা কংলবদি, মমিংগী খণ্ডদে অতোপ্পা অপাম্বা অমগী খণ্ডদে, মদু কংপা নত্তে, মত্তিক্রবনি। সত্মদদি অসিগুম্বা শেলগীদমক্তা থবকশুবা মতৌ অসি কৈদৌঙৈদসু তৌহন্নবা য়াদে। ঐখোয়না থাজৈশেংনা কংপবু য়াইদগী অন্নাংবা অমসুং পুকচেল চাউবনি হায়না লৌই। জেজসনা অহল ওইরবা নুপী অমনা কংপা পৈশা খরনা পুকচেল চাউনা কংপনি হায়না লৌখি, শেন্থুমদা য়াওন্নদুনা লৈবা ঈনাক খুনবনা লাইশঙদা লম্থুম ময়াম কংপবুদি মহাক্না থৌশাখিদে।

## মায় পাকপগী য়ুম্ফম

সত্মনা লৌখংলিবা তোঙান তোঙানবা সিস্টেম অমসুং সভানচিংবা ফম্বদা চংনরিবা অসি মশা কথোকপগী য়াখলনি। পুঙ অমগী 'শাখা' অসিনা য়াখল অদুগী ঈকুংনি।

অহল ওইরবী নুপী অমনা, য়ুমগী থবক থানা পুম্নমক মখুং ওইখক্তনা তৌরমই। মরম হংবদা মহাক্না খুন্নক্রমই মদুদি মাগী মখুং য়েং অদু চহি অমগীদমক্তা লাইদা কথোকপ্রে, অদুনা খুং য়েং অদুদি ঈশ্বরগী সেবা চংপা মতমতদা শিজিন্নবনি হায়রমই। ইচম চম্বা য়াশক অমা ওইরবসু, কয়াদা ফজনা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অদু খুদম্না ফোংদোকলে। অচুম্বমকনি, মসি সত্মগী মী শেম্বগী প্রোসেসতা শাখাগী পুঙ অমা কথোকপগী চথরিবা প্রোসেস অদুদা শরুক য়ারিবশিং অদু কথোকপগী হোংনবা থৌনা লিংজেল অমা মপুঙি চুপ্পা লৈহৌই।

মরক মরক্তা মীশিংনা অপিকপা পুঙ অমগী প্রোগ্রাম অসিনা চীঙলেন্নবা, সমাজগী পুম্নমকপু মওং পুমহোং হোংহনবা ঙমগনি হায়বসি ওইথোকপ্রা হায়না চিংনবা পোকনৈ। মসি সধারণ ওইবা মীওইবগী তাবা উবগী জান্দগী খঙবা ঙম্বদি মীয়াম্না চংনরিবা নোম্না মতৌ অদু ইনবা পামই, অরিবা চংনম্রবা পাওতাক য়াথংনচিংবা পামদে পুঙ অমগী ট্রেনিং অসিনা হিংদুনা লৈরিবা জাতিগী শাজংলিচং অদু খিংবা ঙমদবা শক্তি অমগা লোয়ননা মখোয়গী লম্বীদা মীয়াম্বু চিংশিল্লকই।

শ্রীরাম কৃষ্ণগী পুন্সিদা কাউবা য়ায়রোইদবা থৌদোক অমখক্তা লৈ। মতম্ম অমদা মাগী মচা পিকপিবা অমা পুদুনা নুপী অমা রামকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লমই অমসুং মঙোন্দা মাগী মচাদু অথুম্বা য়াম্না হৈনমন্দুনা মশা শোক্নহ্রা হায়বগী নুংঙাইতবা লৈরে, অথুম্বা য়ামনা হৈনবা অদু ফহন্নবা পাওতাক পীবিয়ু হায়জরমই। শ্রীরামকৃষ্ণনা মঙোন্দা হাপ্তা অমা লৈরগা লাকউ হায়রমই। মহাক হাপ্তা অমগী মতুংদা লাক্লমই অমসুং মদুদসু নুমিৎ খরনিগী মতুংদা লাকউ হায়না অমুক্তা হায়রমই। মতুংদা, নুপীদুনা অমুক লাক্লবা মতমদা শ্রীরামকৃষ্ণনা অঙাং অদুদা হায়রমই, "অঙাং অথুম্বা য়াম্না চাবা ফত্তে, মদু থাদোকই"। অঙাং অদুনা খুদক্তুদা মদু তৌরগে হায়না য়াশকচরমই। নুমিৎ অদুদগী হৌনা অঙাংদু অথুম্বা চাবা তোকখ্রে। থৌদোক অদু উহৌবা শিষ্যশিংনা রামকৃষ্ণদা হংলমই, "গুরুজী, অদোমনা অঙাংদুনা অহানবা লাকপা নুমিত্তুদা অঙাংদুদা অথুম্বা চাগনু হায়বিদ্রিবা করিগীনো, মদু তৌবীদদুনা নুপীদুবু মক্মসিদা অহন্নক লাকহল্লিবনা করিগীনো"। শ্রীরামকৃষ্ণনা খুম্লক্লমই, "ঐ ইশামক অথুম্বা য়াম্না পাম্বনি। ঐহাক্না মতৌ করম্না অঙাংদুদা অথুম্বা চাগনু হায়না পাউতাক পীগদৌরিবনো, ঐহাক্না পাউতাক্তু পীরম্লবসু অঙাংদুগী থম্মোয়দা কয়া য়াম্না য়েহলবা ঙম্লমগদগে। অদুনা ঐহাক্ল নুপীদুদা হন্না হন্না লাকউ হায়খিবনি। মতুংদদি ঐহাকসু অথুম্বদা য়াম্না হৈনবা অদু থাদোকলে, অসুম্না ঐহাক ইশামক অঙাং অদুদা পাউতাক পীবদা মতীক চাবা অমা ওইরে।

মীওইবগী তাবা উবগী জ্ঞানদগী অচুম্বা অমগা লৈরে, মদুদি, অচৌবা শক্তি অমসুং নোম্বকলবসি তশেংনা উৎলকপা অসি মশিং লাইদবা পীকখ্রবা কয়া হোৎনরকপদগী ওইরকপনি।

গুরুজীগী মরুপ অমনা মহাক্না তীর্থ চৎলুবদগী ফংলকপা জ্ঞানগী মরমদা য়াফম খর লীরমই। মরুপ্তুনা তীর্থ চৎপদা মুসলিম পীর অমগী মোংফমদা শাবা ফুরা অমসু য়েংলকই হায়। মৌলবী অদুনা অরাকপা মী খুদিংদা মনাক্তা তারিবা অচৌবা নুঙ অমা থাঙ্গৎনবা হায়রমই। মখোয়না ফনা হোৎনদুনসু থাঙ্গৎপা ঙমদ্রবা অদুদা মখোয় পুম্নমক্তা মখোয়গী মখুৎশিংদু নুঙদুদা থমউ

হায়রমই, "পীর সাহিবকী জয়" হায়না লাউরগা নুঙদু থাঙ্গংলক্লমই, মাদু 'পীর' অদুগী লাই শক্তিদগী থোকপা থৌদোকনি হায়না লৌনখি। লাই শক্তিনা তৌবা ঙম্বা থৌদোক্কী ঝারীদু তারগা স্বয়ম সেবাকশিংদা 'পীর' গী নুঙদুদগী হেন্না চাউবা নুঙ অমা থৌরাং তৌহল্লে, স্বয়ম সেবক খর নুঙদু থাঙ্গংনবা শেম শাদুনা মখুৎশিং থমহল্লে; মখোয়শিংদু 'জয়' হায়না লাউরগা নুঙদু অমুক্তদা চপ মান্ননা থাঙ্গংলু হায়না হায়রমই। য়েংউ, কয়াদা ঙকপ্রবনো, নুঙ অদু য়াম্না ঝাংনা থাঙ্গংলে। পীর সাহিবকী লাইগী শক্তিগী অথুপ্পদু ভাব তারে। শক্তি অদুগী নুংগী অরোনবা অদুদি মতম অমত্তদা খজিক খজিক্তগী ওইবা চুঙশিন্নবা অপুনবা হোৎনবা অদুদা লৈরে। 'জয়' হায়না লাউবা অদুদি শুপ্নগী মতেং পাংবতনি। অশুম্না মী মিলিয়ন কয়ানা থকশি-খাশি নাইনা কখোকপগা লোয়ননা নোংমদা পুঙ অমা কখোকপা হায়বসিনা অচৌবা চীঙজাও লেঙবা ঙমগনি, ন্যাশন্যাল লাইভত্তা অচৌবা 'মিরাকল' অমা ওইগনি।

### ইন্টিগ্রেশনগী ময়োন

ঐখোয়গী ক্রোড় কয়াগী ওইবা মীশিং অসি সঙ্ঘস্থান্দা য়ৌহল্লকপা ঙমগদ্রা হায়বা ঝাহং অমা লাকই। সঙ্ঘস্থান (শাখা গ্রাউন) দা লাকহন্দুনা শাখাগী নোংম নোংমদা তৌরিবা থবকশিং অসি খংহনবা ঙমগদ্রা হায়বা ঝাফমসু লৈ। মখা তাবদা, সঙ্ঘ অসি নুপা ঙাক্তগীনি, হায়বদি সমাজগী শরুক তংখায় ওইরিবা নুপীশিংদি মসিদা তিলহন্দে। অদুদগী, সমাজগী অয়াম্বা শরুক্তি অহল ওইরবশিং অমসুং অঙাংশিংনি, অতোপ্পা কয়া অমা মরম অমা নত্রগা অমদগী চাং নাইনা চথবা শাখাগী ট্রেনিং কোর্স অসি য়াওবগী খুদোংচাবা ফংদে। অদু ওইরবদি ঐখোয়না সমাজ পুম্নমক অসি করম্না রিওর্গ্যানাইজ তৌদুনা নুমিৎ খুদিং চথরিবা মী শেম্বগী প্রোসেস অসি মায় পাকপা ঙমগনি।

অদুনদি, থবক অসিগী য়াম্না মরু ওইবা থৌওং অমদা ঐখোয় ঝাখল থাদবা তারি, মদুদি শাখাগী নোংমদা পুঙ অমগী থবক অসিগী মথক্তা স্বয়ম

সেবকশিংনা লৈরিবা অতে মচিন-মনাওশিং উন্নবা চংলি, মখোয়গা মরী ম্রাতাই শাদুনা হরাও নুংঙাইবদা শরুক য়াম্মিন্নে, মখোয়গী মক্তবা লমচংনা, পুম্নমক কোনশিনবা, থবক্তা লাইনীং ওইবা অমসুং থকশি-খাশিনা মখোয়বু থাজবা পোকহল্লি। নুপা, নুপী; অহল-নহা, স্বয়ম সেবকশিংগী লৈফমদা, মখোয়বু নুংশিবীব মরুপশিং অদুদা সত্ত্বগী শ্পিরিৎ অদু শিন্নরকই। শাথা অদু অপুনবগী নুংশিবা, লমদম অদুগী মীয়ামগী অপাম্বগী সিম্বোল অমসুং মচিন্থংবা ওইরকই। অসুম্না তুমিন্না, মনা-মনিল নাইদনা নোংম নোংমগী থবক, অমসুং থম্মোই থম্মোইগা শম্নবদগী মী কাংলুপ কয়ানা য়োমশিল্লকই; জাতিগী মরমগীদমক অমগা অমগা নুংশিনবগী থুগাইবা ওন্নরোইদবা লীপুন অমসুং লাইনীঙ চেংশিল্লকই।

গঙ্গানা মহাসাগরদা লুপ্তুনা তিনথি

মতৌ অসুম্না মপান্নাইদ্রবা নোম্বা কনবা অমসুং য়াহনবনা স্বয়ম সেবকশিংনা অচৌবা সহরদা অমসুং খুঙ্গং মচাশিংদা খুদিংমক্কী থম্মোইদা য়ৌই অমসুং শোকই। মফম খুদিংমক্তা মখোয়না জাতিগী অমত্তা ওইবা পুকচেল চাউবগী হবা নুংশিং পুদুনা চংলি। লোল, প্রোবিন্স, চিঙ্গাক অমসুং ফিজেৎ-চাকচা খেন্নবগী মপাম্থোংগী খেন্নবগী হৌরকফম ওইরিবা পুম্নমক মখোয়গী মঙাল মশানা পুম্নমক মাংখি। খুঙ্গংদা অমসুং অথাপ্পা উমংদা লৈবশিংগা মখোয়গী লোন্দা ঙাংনৈ অমসুং ব্রারী ব্রাতাই শানৈ অমসুং খণ্ডনৈ। মখোয়না রাম অমসুং কৃষ্ণগী ব্রারী শাই, ঐখোয়গী মতীক মগুণ লৈবা সাধু সন্ট অমসুং থৌনা ফবশিংগী খুদমনা ঐখোয়গী ইমা লৈবাক্কী মপুঙ ফাবা ছবিদু মখোয়গী ব্রাখন্দা য়েকপা ঙমই। ঐখোয়গী লৈবাক্তা শন্দোক্লুনা লৈরিবা তীর্থমফমশিংনা মখোয়গী ব্রাখলশিংদু শেংদোকই; ধর্ম্ম অমসুং সোসিয়েল ফঙ্কসম্না মখোয়বু জাতিগী মচিন মনাও ওইবগী ভাব তাহল্লি, অসুম্না মখোয়বু জাতিগী লোইবা খম্বা নাইদ্রবা শক্তি ওম্থোকই।

স্বয়ম সেবকশিংনা তালুক, জিলা, প্রোবিন্স অমসুং ভারত পুম্নমক্কী লেভেলদা উন্নে, ট্রেনিং কেম্পশিং শীল্লি, মদুনা ন্যাশন্যাল ইন্টিগ্রেশনগী

থবক্তা ওম্থোকপা প্রোগ্রেস ওইহল্লি। ব্রাখল মিংয়েংগা ট্রেনিংগনা মথৌ শগুদুনা স্বয়ম সেবকশিংনা অসিগুম্বা রাষ্ট্র থম্মগী মৈরা অসি লৈবাক অসিগী কাচিন কোয়া থুংনা য়ৌহল্লি। অসিগুম্বা পুল্লিশিং অসি উবদা সাধারণ মীয়ামনা জাতিগী মরমগীদমক্তা অৱাবা খাওবা অমসুং ওইজবা থাদোকপগী থৌগৎপা ব্রাখল ফাওহল্লি। লম্চুম মরাং কায়বশিং, লাইবক কয়া য়ৌদবশিং পুম্নমকপু মখোয়গী খোঙফমদা চিংশিল্লি। মীয়াম পুম্নমক্কী অথুপ্পা থবক ওম্বগী শক্তি অদু জাতিবু নৌহৌনা শেমগৎপদা শিন্নরকই, অমসুং ন্যাশন্যাল লাইভপু নৌনা শেমগৎপগী মঙ অদুবুসু নৌনা থবায় হাপই।

তোঙান তোঙানব জাতিগী পুল্লিগী থবক্কী লমদা স্বয়ম সেবকশিংনা লিংখৎলম্বা চৎনরোললনা মশা মতোমতা চথজবা কেন্দ্র ওইরক্লগনি। 'সংস্কার'গী প্রোসেস পুম্নমক কায়দনা চথগনি, মদুনা মীরোল অমগী মথংদা অমা চথবা সেবানা মতম পুম্নমক্কী ওইবা জাতি শেমগৎপগী অমসুং হৌগৎপগী পুল্লি ঈফুট ওইহৌরগনি। অসুম্না সজ্বনা চথরিবা প্রোসেস অসিনা ঐখোয়গী জাতিগী পুল্লিদা মতম পুম্নমক্কী ওইবা পুম্নমক কোনশনবা ওইরক্কনি। মহৌশাগী ওইবা নিংথিজনা শীল্লবা জাতিগী মওং অদু ওইহন্দুনা, মদুগী লিংখৎলবা আইন রূহীনচিংবা অদু ভাব তানা অমসুং অঙ্গন কনবগা লোয়ননা জাতিগী 'সংস্কার'গী অহিংবা মরুশিং অদু ঈশিং চাইগনি, সজ্বনা মসিগী তোঙানবা ইনষ্টিট্যুশনগী মমিং অমসুং মওং ঙাক্নুনা থম্বগী কান্নবা লৈতে। সজ্বনা অদুদগী গঙ্গা তুবেন্না সমুদ্রদা তিনখিবগুম জাতিগী পুল্লিদা তিনখিগনি, লাক্কদৌরিবা মতম পুম্নমক্কী ওইনা অরেংবা ন্যাশন্যাল স্পিরিৎ ওইনা লৈহৌরগনি।

# থবক পাংথোকপদা শোয়দ্রবা টেকনিক

## ৩) ওইহন্নীংবা থবক ওইহনবা য়াবা

নোংশাগী থম্মোইচেনবা মীশিং শেপ্পা – মরান্নাই মথন্তনা ওইজরকপা অমতা ওইবা – মশা মথন্তা লাকশিঞ্জবা মশানা থাদোকচবা – চুন-চানবা টেকনিক – অহললমনগী থৌদাং।

সন্তঘ হৌগৎলকপগী ৱারী অমসুং মসিগী কান্ননঙাইগী থবক্কী ফল অসি হৌখিবা চহি নিফুহেনবগী মতম অসিদা সন্তঘ হৌদোকপীরম্বা মতীক মগুণ চাউরবা লুচিংবা অদুগী থবক ওইনা পাংথোকপা য়াবা শাগৎপিরম্বা ৱাখলশিংদগী পোক্লকপা ওাক্তনি। মহাক্লা শিজিন্নবিরম্বা টেকনিকশিং অদুসু কাম্নে হায়বা প্রমান ওইশ্রবনি। মসি হৌজিক নিংথিজনা লিংখৎলে অমসুং সন্তঘদা য়াওদবা মীওই ফাওবনা য়ানরে অমসুং টেকনিক অসি মায় পাকলে হায়বসু খঙনরে।

### অশেংবা উফুলগী শক্তি পাঙ্গল

মতম অমদা য়াম্না চাউবা আর্মি ওফিসার অমগা গুরুজীগা উন্নরমই। মহাক্লা গুরুজীদা হংলমই, "করি থোইদোক হেন্দোকপা ট্রেনিং অমা সন্তঘনা পীরিবগে"? গুরুজীনা খুম্নমই, "সুপ্নগী শান্নবা অমসুং ইশৈ শকপা অসিতনি"। মদু করম্না ওইথোকলিবনো? মদুদগী হেন্দোকপা করিগুম্বা থোইদোকপা খরদি নৈরমগদ্রা খল্লি। মরমদি ঐনা পার্টিশনগী মতমদা

অকিবগী মশক ওইরবা মতমদুদা সন্তবগী স্বয়ম সেবকশিংনা ঐখোয়গী নিংথিজনা ট্রেনিং তৌরবা মিলিটরি মেনশিংদগী থৌনাফবা অমসুং থাদোকপগী গুন চেনবা হেনবা উখি। ঐ ইশামক্রসু খঙই মদুদি মখোয় অয়াম্বা ঐখোয়গী মীয়ামশিং কন্নবা হোৎনবদা হরাও হরাওনা মথন্নাই থাদোকখিবনি। অদুনা ঐহাক্না খঙবা পামলিবদি করম্বা থোইদোক হেন্দোকপা ট্রেনিং পীদুনা মখোয়বু অসিগুম্বা থৌনাফবশিং শেম্নকলিবনো? "গুরুজীনা আর্মি অফিসার অদুদা শাখাগী ইচম চম্বা প্রোগ্রামশিং অদু শন্দোক্লা মখা অনা হায়রমই, কবাদীনা ঐখোয়গী ট্রেনিং পুম্নমক্কী পুনশিন-খোমজনবনি" বাঙাংশিং অদু তাবদা অফিসারদুনা গুরুজীদা ঙক্লা থাজদনা য়েংখৎলক্লমই।

সন্তবস্থানগী অশেংবা উফুলদুগী পাঙ্গল শক্তি হায়ববু মসিনি মফমদুদা ঐখোয়গী অচৌবা ইমা লৈবাক অসিগী মচাশিংনা তিল্লি অমসুং পুম্না শান্নমিন্নরি, ইশৈ শকলি অমসুং মখোয়গী মমা লৈবাক্কী মিংচৎকিদমক পুন্না লাইশোন ইশৈ শকমিন্নরি। মসি Duke of Willington না মাগী অফাওবা বাহৈ পরেং অমদা পনখিবা "The battle of Waterloo was won on the playgrounds of Eton and Harrow" হায়বা বাঙাংগী স্পিরিট অদুগা চপ মান্নে।

## থবক্কী মজাং খুদিংদা মায়পাকপা

তোঙান তোঙানবা থৌদোক কয়াদা স্বয়মসেবকশিংগী থকশি খাশি ঙাকপা, কথোকপনাটিংবা লিংজেল অমসুং শাখাগী মী শেম্নগী প্রোসেসসু কয়ারক হন্না চাংবেং তৌখ্রে। অসুম্না অগ্নি পরীক্ষা কয়া তৌদুনা স্বয়ম সেবকশিংগী মতীং মথৌনা অদু হেন্না লংনা মঙাল লৈনা কয়ারক উৎখ্রে। ১৯৪৮ দা সরকারনা ন্যায়গী বিধি পুম্নমক খোংগাউনরগা সন্তবগী মথক্তা অথিংবা থমখি, সন্তঘনা তঙাইফদনা লৈবাক শীনবা থুংনা জাতিগী পুল্লিগী অচুম্বা অমসুং নিয়ম ঙাক্লা চৎপবু য়োকখৎ-কনখৎনবা মুভমেন্ট চথখি। সরকারনা মুভমেন্ট অদু নমথনবা হোৎনবা য়াবা হোৎনরবসু জাতিগী মরমগীদমক থকশি-খাসি ঙাকপা, থৌনাফবা, থোইদোক হেন্দোকপা ত্যাগকী বাখললা মৈ চুরবা, লাম্বা লৈতবা পাঙ্গল শক্তি অদুবু শীংনবা ঙমখিদে।

হৌজিক মতমদা ঐখোয়গী অকোয়বদা টেকনিক অমা উবা ফংই মদু য়াম্মা লাঙবা নিলখোংবা অমনি। তৌইগুম্বসুং, তশেংনা মনুংদা করি লৈবগে হায়বদুদি খন্নবা য়াবা পোইন্ট অমনি। ড্রম অমনা য়াম্মা লাংহল্লি, তৌইগুম্বসুং মদুগী মনুংদদি করিসু, লৈতে, ইহাঙ হাঙই। হৌনা বাজায় খোংবা অতোপ্পনা খোন য়ৈবনা সন্দ্বগী কর্মিশিংদা করিসু নাচুংবা তৌদে। ন্যাশন্যাল লাইভপু নৌহৌনা শেমগৎপা অমসুং কান্নহন্নবা, ওইহন্নীংবা পুম্নমক ওইহন্নবা সন্দ্বগী মেথড অমা লৈ হায়বসি মখোয়না খঙই।

চুনবা মেথড অমা

অচৌবা মীওই অমগী খুদম অমা লৈ - অচৌবনি, ফাওদি ফাওদে। ঐখোয়না খঙই, অচৌবা মীওই খুদিংমক ফাওখিদে অমসুং অফাওবা মী পুম্নমক অচৌবা ওইদে। ইউরোপিয়ান অমনা নোংমা হায়রমই, "নখোয় হিন্দুশিংনা শেংলিবা ফিজেৎ অসি কয়াদা অঙকপগী মওংনো, নখোয় ফৈজোম শেংলি, নখোয় মীগা ফুন-চৈনবা তারবদি নথম্তা ফৈজোমদা লৌশিন্দুনা তুরনি"। অচৌবা মীওই অদুনা থিন্দুনা খুম্নক্রমই, "ঐখোয় মতম লৈবা খিবিক্তা ফুনা চৈননবা য়েংদুনা লৈ হায়বদি নঙোন্দা কনানা হায়? ঐখোয়দি য়াম্মা সভ্য ওইবা চাউখৎপা জাতিনি, ঐখোয়না পৃথিবী শান্তিগী দমক্তা খন্দুনা লৈ 'ওঁ শান্তি, শান্তি' - মসি ঐখোয়গী 'মোটো' নি। ঐখোয় মসিগী মতুং ইন্না চৎলি, ফি শেংলি। নখোয়দি পুক্নিংদা শান্তি লৈতে, অমগা অমগা থাং শৎনদুনতা লৈ। মরম অদুনা নখোয় মতম পুম্বদা লানফমদা লৈবদৌনা ফি শেংলি। ঐখোয়দি কিগন্দে, শান্তি ওই, মরম অদুনা ফিসু মতৌদুগুম্না শেংপনি। ঐখোয়দা শীঙনরক্কবা মতমতদা ঐখোয় লাম্নীগী ফিজেৎ শেংলি"। কয়াদা মতীক চাবা পাউখুমনো!

অদুগুম্না ঐখোয়না খঙবা তোপ তোপ্পা পম্বুং অদুগা চান-চুনবা খোইদোকপা মেথড লৈ। মরক মরক্তা ইচম চম্না উবা নুমিৎ খুদিং পাংখোকপা 'শাখা' না বুদ্ধি খৌরবা মীওইশিং ফাওনা অসিগুম্বা অন্নাংবা পম্বুং অদু য়ৌবা ঙমগদ্রা হায়বা চিংনবা অমসুং বুদ্ধি মাঙবা য়াওই।

খন্দুনা য়েংসি, উহৈ ব্রাহৈ থাবা নুপা অমনা হৈনৌ পাম্বী থাবা পাম্মই। মহাক্না মরন্দু হেন্না হাউবা অথুব্বা মনম নুংশিবা হৈনৌ পুথোক্লবা খোইহী চঙ্গুগী পাত্রদা থাগদ্রা? নত্রগা মহাক্না, অমরোমদা লৈবাক্তু শেমদুনা হার তোত্তুনা থাগদ্রা? মসি ঐখোয়গী বাখল্লা ফংবা পোংনি মদুদি শক্তি অমসুং লমচৎ-শাজং 'সংস্কার' তম্বিনবা প্রোসেসকী মপানগী শরুক অদু কুপশিনবা তঙাইফদে।

## অহল লমনশিংগী থৌদোং

মপানগী ওইবা থৌওংশিং য়েংলগা ঐখোয়গী নুমিৎ খুদিং পাংথোকপা 'শাখা' গী প্রোগ্রামশিং অসিদা অহল ওইরবশিংগী মরক্তা লান্না থন্নবা খর লৈরে, মদুদি নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোক্লিবা, শান্ন-খোংনবা হুকচাং শাজেল, ইশৈশকপা, লাইশোন ইশৈগী রুটিন অসিনচিংবা অসি নুপামচা অমসুং নহারোলশিংগী ঙাক্ত ওইনা তৌই, অহলশিংগী থৌদাংদি শুপ্নগী অব্রা-নুংঙাই য়ামিন্নবা, য়াইফনবা বর পীবা, ঙাকখৎ-শৌগৎপগী থৌদাং খক্তা ওইনা তৌই। মদুনা ঐখোয়গী ওর্গ্যানিজেশন অসিগী স্পিরিট পুম্নমক মাঙহনবদৌনা তৌই। ঐখোয়না সমাজ অসি নৌহৌনা শেমগৎননবা থবকনি হায়রবদি, মসিনা খঙনগদবদি হৌজিক্কী সমাজ অসিনি। অদুগা ঐখোয়না 'হৌজিক্কী সমাজ' হায়রবদি মদুনা খঙনরিবদি অহল লমনশিং, য়ুন্বাক্লিবা মীশিং সমাজদা লৈরিবা পুম্নমকপু খঙনফম থোকই। খন্দুনা য়েংসি, মফি-মরোল শেত্তবা অঙাং খর সহরদা লন্নী নাকন্দা শান্নদুনা লৈরন্বদা মখোয়বু উবা ফনা অমত্তনা সহরদা লৈবা মীশিং অদু মফি শেত্তে হায়গদ্রা? অঙাং হায়বসিদি হয়েংগী মীরোলনি। অদুনা সমাজ অসি নৌনা শেমগৎপগী থৌদাংদি হৌজিক্কী মীরোন্না শামান-লেংমান্ননা থৌদাং য়ামিন্নগদবনি। মসি লৈবনা, অহলশিংনা ন্যাশন্যাল রিওর্গ্যানিজেশনগী অচৌবা মিশন অসিগী থবক থানা পুন্নমক্তা লমজিংবিগদবনি।

বাখল্লোন অসি থম্বা ভারবদি অহলশিংনা হায়রক্তদবা মরম অনিথক লৈ, অহানবদা মতম ফংদে হায়রকপা য়াই। থবকচিনবা থবক তৌবগী শক্তি

লৈবাশিংনদি পাব্লিক ফিল্ডদা অহেনবা থবক তৌবগী মতম ফংগনি। মহাক্না মহাক্কী থবক অতেগা মথং মনাও নাইনা শীন্দুনা মতম কাইথোক্লুনা মীয়ামগী থবক্তা য়ায় ওনশিল্লক্কনি অমসুং মহাক্কী মরু ওইবা মথৌনি খল্লক্কনি। সুপ্লতগী অতনবা মীতনা থবক্কী মতম ফংদে হায়গল্লি। মসি চংনবা মতকা খেন্নবা উবা য়াই, অদুম ওইনমক মসি অচুম্বনি।

অনিশুবদা, অসিগুম্বা বাখল অমগা লৈ, মদুদি ব্যবহার তৌনফম ওইরবা অহলশিংনা কোয়চং চত্তুনা খুৎনা শুবা থবক্তা নহাশিংদৌনা শরুক য়ারুবা হায়বসি মতীকচাবা ওইরোই। মখোয়না অসিগুম্বা থবক তৌবা হায়বসি মখোয়গী ইজ্জৎ মাঙবনি হায়না লৌই। তৌইগুম্বসুং মসিবু অচুম্বা মওংলা? মসিনা অচুম্বা ওইরবদি সমাজদা ঐখোয়না ইজ্জৎ ফংলে হায়না লৌরবদি মদু শাগোম্নরক্রবা অওইবরা নত্রগা মপাম্বোংগী ফিজেৎলা? মদু মপাম্বোংগী ফিজেত্তগীনি হায়না লৌরবদি মদুগী ক্রেডিট পুম্নমক ফি তুবা অমসুং ফি শুবা মীশিংদা চংখিবা তাবনি। অতোপ্পা অমরোমদা ঐখোয়গী অশেংবা অওইবা ইরৈ লৈত্রবদি মপাম্বোংগী শেমশাবগী মওং অদুনা মনুংগী অবাৎপদু খরদি শেমগৎপদা মতেং ওইগনি।

য়াম্না মরু ওইবা বাখল্লোন অমা ঐখোয়না বাখন্দা পুগদবদি, ভাগবদ গিতাদা অসুম্না হায় -

যদ্যদাচরতি শ্রেষ্ঠ: লন্তদেবেতরো জন:।

(অচৌবা অমনা চংপা শাজৎ অদু অতে মীয়াম্না মতৌ তমই)

অহল লমনশিং থাঙ্গেশেংনমক সমাজদা কান্নবা অমসুং ইজ্জৎ লৈবা ওইরবদি তোপ তোপ্পা মওংগী শাজৎ লৈগনি মদু পুকচেল চাউবা ফিদম্লফম ওইবদা চুনবা অমা ওইগনি, মদু অতে অতোপ্পশিংগী মমিত্তা ব্যাবহার তৌনফম ওইবা, মীয়াম্না শান্নবা ওইরক্কনি। খুদম অমা ওইনা, মহাত্মা গান্ধী অমসুং পণ্ডিত মালব্যনা ইংলণ্ডদা রাউণ্ড টেবল কনফরেন্স চংপা মতমদা, মখোয়গী মশামক্কী স্বদেশ ষ্টাইলগী ফিজেৎ শেৎলি। মদুনা মখোয়গী ব্যবহার বাস্তে, অমরোমদা মখোয়দা মীয়ামগী ব্যাবহারদুম হেন্নৎলকখি।

হৌজিক মতমসিদা অহল ওইরবা মীরোলনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলবু কয়নবগী থোইদোকপ দায়ী অমসু লৈরে। মতমগী হবা-নুংশিংকী ঈচেল অসিদা মশেল মত তিন্নদবা ওক্ত-শাজং চৎপগী হচেল্লবা মহিক কয়া পোক্লক্লে। অহল্লশিংনা পুকচেল চাউবা নুপা থোকপা মীওইশিং শেমগত্তুনা ঐখোয়গী জাতি অসি অৱাংবা মিংচৎ লৈবা ন্যাশন অমা শেমগৎপগী থৌদাং লৈ। মদুগী পান্দমদা অহল্লোনশিংগী নোংম নোংমগী পুক্লিনা অহিংবা খুদম ওইদুনা সঙ্ঘনা তাল্লিবা ন্যাশন্যাল রিওর্গ্যানিজেশনগী মিশন অসি মায় পাকহনবদা মতেং ওইগনি।

## নুংঙাইবা তুংগী ৱা তাকপা

মতম অমদা স্বামি বিবেকানন্দগী অথোইবা শিষ্য ওইরম্বা সিষ্টর নিবেদিতানা অসুম্না হায়রমই, “হিন্দশিংনা পুক্লিন্দুনা নুমিৎ খুদিং অয়ুক্তা অমসুং নুমিদাংৱাইরমদা মিনিট তরাথক্তং লাইশোল ইশৈ শকমিন্নরবদি মখোয় অসি মীনা লাকচবা য়াদবা সমাজ অমা ওইগনি”। রাষ্ট্রিয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘগী নুমিৎ খুদিংগী পাংথোক্লিবা ‘শাখা’ গী কথোক্লবা থৱাইশিং অদুনা পামজনা মংলিবা মংলান অদু ফংননবা তুংদা ওইরক্কদবা ৱা তাকপিরম্বনি।

‘শাখা’না শত্তুম লৌদুনা থবক্কীদমক কৌরিবা অসিদা ঐখোয় পুম্নমক হৌগৎলসি, ফীভম চেৎনা লেংদনা চথবা, তুমিন্ন লৈবা, অইন ফনবা অমসুং নুমিৎ খুদিং অপুনবা দেশশিনবা থুংনা মচিন-মনাও ওইনবা শাগৎলিবা থকশি-খাশি ঙাকপা অসিনচিংবসি অশেংবা জাতিগী খুয়াদা পুম্নমক কথোক্লসি।

# থবক পাংথোকপদা শোয়দ্রবা টেকনি

## ৪) গুরুনা কৌরকপা

ভগৱা ধ্বজ – খ্বাইদগী চাউবা জাতিগী সিম্বোল – থাদোকপা, জ্ঞান, পরিত্যাগ তৌবা অমসুং সেবাবু খংননবা ইঙ্গিত তাকপা – অশেংবা লাইনীংঙদি গুরু মশামক অদু ওইবনি।

শ্রীগুরু পূর্ণিমা, মসিবু ব্যাস পূর্ণিমা হায়নসু কৌনবা অসি ঐখোয়গীদমক্তদি য়াম্না চাউবা, অর্থ চেনবা শেংদোক্লবগী থৌদোক অমনি। ঋষি ব্যাসদেব অচৌবা জ্ঞানীনি মহাক্না জ্ঞানগী পুক্কে ওইরবা, 'বেদ' হায়রিবা লাইরিক অসি কাংলুপ নাইনা শীন্দোক্লমই অমসুং নিংথিজনা শেমগত্তুনা 'বেদ', পাকচাউরবা জ্ঞানগী পুক্কে ওইহল্লমই। মহাক্না মসিবু অৱাংবা পুন্যগী থবক, ভারতবর্ষদা কুমজা কয়াদগী চংনরকপা পুন্সিগী মুল্য পুম্নমক পুনশিন্দুনা ৱাখল অমসুং থবক্কী জ্ঞান পুম্নমক মদুগী মনুংদা চেংনা লুনা থম্বিরম্লবনি। মহাক্কী থবক্না অমসুং ৱাখল্না ঐখোয়গী লৈবাক্কী মীশিংগীতা নত্তনা মীওইবা পুম্নমক্কী লমজিং মৈরা ওইনা লেপলিবনি। মরম অসিদগী ব্যাস অসি 'জগৎ গুরু' হায়না কৌনরিবসি অচুম্বা মিংগৌমকনি। মরম অসিদগী গুরু পুজা অসিবু ব্যাস পুজা হায়রগসু খঙনখিবনি।

নুমিৎ অসিদা ঐখোয়না ঐখোয়গী গুরুবু পুজা তৌই, কনা ওইগে ওইসনু, করম্বা মফমদগীসু ওইসনু মহাক্কী চরন্দা পুজা কৎলি। ঐখোয়না মহাক্কী আশীবাদ নিজে অমসুং পুন্সিগী কিদম্নফম উংপা লমজিং থাউমৈ অদু ইন্দুনা চংচগে হায়দুনা পুক্নিংদা লেপচে।

ঐখোয়গী ওর্গ্যানিজেশন অসিগী মতুং ইন্নদি কনাগুম্বা মীওই অমত্তবু গুরুগী মিংয়েংদা য়েংবা য়াদে। ঐখোয়গী ধর্ম্ম লাইরিকশিংদা গুরুগী মগুণবু লৈশি লৈখোল্দুনা শিংথাই অমসুং ঈশ্বরভক্তি হায়বগী থাক য়ৌনা পুখংলি। মহৌশাগী ওইনসু অসিগুম্বা গুরুদি মীওইবা অমগী মপোক ওইনা পোকপা হায়বসিদি ওইথোক্তে। শিব নাইবা কনাগুম্বা অমবু অশোয় অভাম য়াওদবা, দাগ লৈতবা মপুঙ ফারবা মীওই লৈবা হৌনদে। মীওইবদি মতম খরতগী ওইনা হিংবনি, মীরোল কয়া লান্না জাতি অমবু মতম পুম্নমক্কী ওইনা লমজিংবা ঙমদে।

মরম মদুনা ঐখোয় সঙ্ঘদা লৈবশিংনা ন্যাশন্যাল হেরিটেজ অমসুং থ্বাইদগী থাংনা মতম অমদা চীঙলেম্না মঙাল নাইরকপা সিম্বোল অমবু গুরু ওইনা খল্লি, মদু অশেংবা 'ভাগবা ধ্বজ' অসিনি।

যজ্ঞ-খুদম্না ফোংদোকপা

'যজ্ঞ'-থাদোকপা হায়বসিনা ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী ফংলকপা পুম্নমক্কী মরু ওইবা ফিবম অমা লৌদুনা লাকই। 'যজ্ঞ' হায়বা থাহে অসি মখল মথা অয়াম্বা অর্থ পুই। কনাগুম্বা মীওই অমগী মশাগী পুন্সি কখোক্তুনা সমাজবু নৌহৌনা শেমগৎনবা তৌবা অসি 'যজ্ঞ' মখল অমনি। ঐখোয়গী ইশাদা লৈবা কান্নদবা, পামদবা অমসুং শেংদবা পুম্নমক মৈদা কখোকপা অসিসু 'যজ্ঞ' নি। কখোকপগী থৌনাফবা লশ্মীদা চত্তুনা, ত্যাগ, সেবা অমসুং প্রায়শিত তৌবসি 'যজ্ঞ' গী মচং ওইবা শরুকনি। 'যজ্ঞ' দা মপু ওইবা লাইদি 'মৈ' নি। মৈরিনা মৈগী মহুৎ শিল্লি, অমসুং অশেংবা 'ভাগবা ধ্বজ' অসিনা কমলা মচু মানবা থাদোকপগী মৈরীগী খুদমনি।

ভাগবানগী ফিরাল

ঐখোয় 'শ্রাদ্ধা' গী ভক্তনি থাজবা, অন্ধবিশ্বাস নত্তবা। ঐখোয় জ্ঞানগী লাইনীঙ ওইবনি, অজ্ঞতা ওইবা, জ্ঞান লৌশিং থাংপা অদু নত্তে। ঐখোয়গী মুনি ঋষি শিংনা অজ্ঞতা ওইবদগী কোক্লনবা, মতম চুপ্পগী ওইবা জ্ঞান অমসুং

অচুম্ববু ক্তংনবা অকনবা প্রায়শ্চিত্ত কয়া তৌরমই। অমম্বনা অনি ৱাংপবু খণ্ডনে অমসুং নুমিংগু আনগী মণ্ডাল ওইনা লৌনরমই। ঐখোয়গী থাইনগী সাহিত্যদা নুমিৎ সূর্য্যনারায়নবু শগোল তরেৎনা চিংবা দলাইদা তোংদুনা খোরকই হায়না ফোংদোক্লমই। মহাক্না অতিয়াদা থুংগ্রিউদা গেরুৱা মচুগী ফিরাল অদু দলাই মথক্তা পাইবদু নোংপোক্কী নোংখোঙ পরেংদা অরংবা মচুগা লোয়নননা উরকই। নুমিৎ থোরকপদা গেরুৱা মচুগী লংনা ঙাল্লকপা মচু অদু অমম্বা কোক্লনবা নুংথিলগী মতম ওইরক্লবা খুদম ইঙ্গিৎ পীরকপনি। ভাগবান সূর্য্যনারায়নগী ফিরাল অসি ভগবান ওইবা ঈশ্বর মশামক্কী ফিরালনি। হায়রিবা ৱাহে অসি মমৈদা 'ভাগৱা ধ্বজ' হায়না খণ্ডনরকই।

মীওইবগী খ্বাইদগী ৱাংবা চাউখৎপগী থাক অসি মরিগুবা অমসুং অরোইবা আশ্রম 'সন্যাস' হায়বসিনা ওই, মসিমক্তি মগুণ ফাবা আত্মাত্যাগ অমসুং সেবা গী ৱাখল্লা অরোইবা পান্দম্নি। সন্যাস অমনা খোংফম হন্দনা মশাগী ওইজবা থাদোকপগী লম্বীদা চঙশিল্লি। থাদোক্লবা পুন্সিনি হায়বসি তত্তনা নিংশিংনবা সন্যাসী অমনা 'ভাগৱা' গী ফিজেৎ শেৎলি।

### অশেংবা লাইনীঙ

মতৌ অসুম্না ভাগৱা অসি লৈবাক অসিদা চহি কুমজা কয়াদগী হৌদুনা খ্বাইদগী ৱাংবা চৎকদবা লমচৎ অমসুং থৌদৌ গী সিম্বোল ওইদুনা লাকই। হৌজিক ঐখোয়না সিগুম্বা 'গুরু' বু খুরুম্বদা ঐখোয়না পাম্বা করম্বা ৱাখলমতা ওইগদগে? লৈশু উচন্দম্নচিং কৎপা, আরতি হাইবনচিংবা অসিদি মপাম্বোংগী শকফমনি। অশেংবা লাইনীঙনা ফোংদোক্লিবা অথদি ঐখোয়গী পুন্সিগা গুরুনা খুদম ওইনা উৎপিরিবা গুণশিং অদুগা মান্ননবা হোৎনবা অদুনি। মতৌ অসুম্না গুরুগা হেন্না হেন্না অমত্তনি হায়না শক লেপ্না ঙম্বা অদুনা অশেংবা লাইনীঙনি। থাইনগী য়াথং অমা লৈ, মদুনা হায় মদুদি কনাগুম্বনা 'শিব' ঈয়াংচরবদি মহাক অদু 'শিব' মশামক ওইরকনি Shivo "Bhutva Shivam Yajet".

গুরু পুজা নুমিত্তা শেল ওইনা ঐখোয়না কংলিবা অসিদি, ঐখোয়না পুন্সি চুপ্পা তাঞ্জরিবা অসি ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা সমাজ অসিগী মতেংদগী ওইরক্লিবনি হায়বসি নিংশিংনবগীদমক্তনি। শেন্থুম তান্নিবশিং অসিতা নত্তনা ঐখোয়গী সিকিউরিটি অমসুং নুংঙাই য়াইফ পুন্নমকসু সমাজ অসিদগী ফংলিবনি। অসুম্না তৌবা অসিনা ঐখোয়না সমাজগী শেন্দোল অসি শিংদোকপগী থৌদাংদু পাঙথোকপা য়াই। অচুম্বনি, নুমিৎ খুদিংগী পুঙ অমগী 'শাখা' পাঙথোকপা অসিদা ঐখোয়না হকচাং ব্রাখল অমসু বুদ্ধি কখোক্তুনা নোংম নোংমগী পুন্সিদা সমাজদা তৌফম থোকপা ইথৌ পাংথোক্লবা ওই। ইশা কখোকপগী ব্রাখল অসিগা তুংইন্ননা গুরু দক্ষিনাগী চংনবী অসিসু অসুম চংনবা হৌরকই।



About the authour

# M.S. GOLWALKAR

Shri M.S. Golwalkar was a leader with a 'broad national outlook' who always thought on all India basis.

Shri Golwalkar had faith in spiritualism and had great regard for other religious faiths. He did not have a narrow view of any religion. In fact, he had love for the Muslims and only wanted them to join the national mainstream.

*–Acharya Vinova Bhave*

He held a respected position in national life by the force of his personality and the intensity of his conviction, even though many of us could not agree with him.

*—Smt. Indira Gandhi*

He was able to create a large following and enforce strict discipline among his followers. Anyone who succeeds in introducing discipline among a large body of people does a national service.

*–Shri Jagjivan Ram*

Shri Guruji was the Swami Vivekananda of the modern era, steadfastly dedicated to the building of a great and glorious Bharat.

*—Shri L.K. Advani*

Shri Guruji personified the ideal of simplicity and dedication to duty. He ardently believed in the reforms of Hindu culture and traditions and worked for it zealously.

*—Shri Zail Singh*

Though it would appear paradoxical, yet the fact remains that he was respected among thinking Muslims - not because of his philosophy but because of his courage of conviction, pure honesty, free from hypocrisy.

*—"Radiance" a Muslim weekly*

The presence of Shri Golwalkar - a great man of culture - was most essential during these hard times through which the country is passing.

*—Jain Muni Sushil Kumar*